# পান্‌থোইপী খোঙ্কুল্








মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

# পান্থোইপী খোঙ্কুল্

অনৌবা লোন্দা হন্দোকপা
শ্রীমোইবাংথেম চন্দ্র সিংহ, সাহিত্য ভূষণ,
পণ্ডিত অচৌবা, ভূতপূর্ব্ব সভাপতি মণিপুর সাহিত্য পরিষদ,
রিসার্চ স্কোলর মণিপুর ডান্স কলেজ

# পান্থোইপী খোঙ্কুল্



অহানবা খুৎনম
কোপী ১৭০০, ডিসেম্বর - ১৯৬৩ ইং
অনিশুবা খুৎনম
কোপী ১০০০, সেপ্টেম্বর ১৯৭২ ইং
অহুমশুবা খুৎনম
কোপী ১'০০, আগস্ট ১৯৮ ইং
মরিশুবা খুৎনম
কোপী ১০০০, আগস্ট ১৯৯৯ ইং
মঙাশুবা খুৎনম
কোপী ১০০০, নভেম্বর ২০০৯ ইং

অশেঙবা
ণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল
পাউনা বাজার

মমল লুপা ;

নম্ফম
দিগ্বাস ওফসেট প্রেস
শি ভাম সৌগ্রাকপাম লৈকাই, ইম্ফা

# মঙাশুবা খূৎনমগী মরমদা

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা থায়নগী অরিবা লাইরিক কয়া য়াওনা মৌজিক ফাওবদা লাইবিক নিফু ফোঙখ্রে। মসিদা মণিপুরী লোনগী তম্নবা লাইবিক কযাসু যাওবি। থোইদোক্লা পুয়া ময়েক্তা ইরম্বা মতীক ময়াই লৈববা লাইবিক কযাসু য়াওরি। 'পান্থোইপী খোঙ্কুল্' (পান্থোইবী খোঙ্গুল) অসিসু মশক মমিং নাইরবা, মগুণ লৈববা অমদি য়াম্না কান্নরবা লাইরিকনি। মসিদা নোভেলগী মওং চঙলপ তৌনা ইবম্মী হাযদুনসু মত পীনৈ, নোভেলমক্লি হায়কুবদি য়াফাৎত্রি। নুংশিববা ৱারী য়াওবি লোয়ননা মসিগী নুংলোন তোঙানবা অমসু যাওবি। 'পান্থোইপী খোঙ্কুল্' অসিমক নৈনবগী লোইবা নাইববোইদবা লাইরিক অমনি হায়বা য়াই, মীৎয়েং কয়াদগী, থিওরি কয়াদগী নৈনবদা অনৌবা অর্থ কয়া হনবা য়ারি। অসিগুম্বা লাইবিক অসি পরিষদনা মীয়ামদা ফংহনবা ঙমখিদবা কুইরে। মমাঙদা লাইরিক অসিগী খূৎনম মবিরক্তি পুথোকচখ্রে। পরিষদকী শেনথুমগী ফিভম ফত্তবনা মরম ওইদুনা লাইরিক কয়া অমসু ফোঙদোকপা ঙমদদুনা লৈরকই। তঙাইফদনা মণিপুবী এম. এ. গী টেক্স অমদি রেফরেন্স বুক ওইরিবা মাধবী ফোঙদোকসি হায়দুনা ৱারেপ্লখি। মতাং অসিদা এম. এস. পব্লিকেসনগী প্রোপাইটরসু ওইরিবা এম. শান্তিকুমাব সিংহ, পবিষদকী ওফিস সেক্রেটবীসু ওইবিবনা পান্থোইপী খোঙ্কুল্' অসি ফোঙবদা চঙগদবা শেনফম পূম্নমক পুথোক্লগা লাইবিক অসি পরিষদকী ওইনা ফোঙজগে, চঙখিবা শেনফম কোন্না 'জিনবীয়ু' হায়বকপা ৱাফম অদু কার্য্যাকারী সমিতিনা য়াবীদুনা লাইরিক মসিগী মঙাশুবা খূৎনম পুথোকচবনি। মসিগীদমক এম. শান্তিকুমারগী ফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি অমসুং থাগৎচরি।

লাইরিক অসি পণ্ডিত মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহনা পুয়া ময়েক্কগী বাঙ্গালা ময়েক্তা ইথোক্লগা পরিষদতা কৎলম্বা অদুমকনি। হাপচিনবা অমদি লৌথোকপা অমত্তা লৈতে, অহল ইবুংঙোগী বানানসু কায়দনা থমজরি। লাইরিক অসিবু টাইপ সেতিং তৌবীখিবা ঙাংবম ইবোয়াইমা সিংহ অমসুং ক্ষেত্রিময়ুম ওমোরজিৎ অমদি দবরোস ওফসেট প্রেস সিংজমৈ সৌগ্রাকপম লৈকাই, ইম্ফালগী মেনেজর অমদি স্টাফকী মেম্বর পূন্নমকপু মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

লাম্হোকচরি 'পান্থোইপী খোঙ্কুল্'। মঙাশুবা খূৎনম।

ইম্ফাল,
নভেম্বর ৪, ২০০৯ ইং

**বী. এম. মাইস্নাম্বা**
*জেনরেল সেক্রেটরী*
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
পাউনা বাজার, ইম্ফাল

## ৱাহৈ অমা অনিদং

করিগুম্বা জাতি অমগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতা কয়া য়াম্না লিরবগে অমসুং চাওখৎপগে খঙ্গে হ'য়রবদি জাতি অদুগী সাহিত্য কয়া য়াম্না লিরবগে হায়বা অসিসু য়েংবা তাই। মণিপুরী সাহিত্যদি ওন্থোক্লা লিরে। লোল অসিগী সাহিত্যগী অরিবা যুগতি ওন্থোক্লা মপুং ফাখ্রে। হৌজিক ফাওবদা থিজিনবদা অরিবা লাইরিক্কী মমিং চার্মাবি চামঙাবোম ফংই। মসিদগী হেনবা য়ানা লৈবি হায়না অখঙ অহৈশিংনা হায়নরি। মতাং অসিদা অৱাবা অমদি হায়রিবা লাইরিকশিং অসি থাইনগা অরিবা ময়েক্তা ইবা ওইবগা অদুগীসু মওক্তা খূল্লক- ইবক্তা লৈবিবা পণ্ডিতশিংদা চোইন চোইন লৈখিবনা পানিংবা অমসুং থিনিংবা মীশিংনা ফংবদা যামনা ৱান থোক্লি। হায়রিবা অরিবা লাইরিকশিং অসি থিজিনবদা মণিপুরদা নত্তনা কবো কছাড়নচিংবা মৈতৈ লৈব লৈব মফম ফাওবা যৌবা তাবিবনি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা অরিবা লাইবিকশিং অসি খোমজিনবা অমসুং ফোঙদোক্নবগী থবক পাইখৎলি। হৌজিক ফাওবদা অরিবা লাইবিক খরদি খোমজিল্লে। মণিপুরী লোলগী অবিবা সাহিত্যগী মপুং ফাববা পুক্কে অসি উবা ফংদ্রিবা মীনা মণিপুরী সাহিত্যবু মশক খঙফম থোক্তে। হায়রিবা লম্বি অসিদ চঙশিন্দুনা নৈনরুবা মী খর নত্তন খঙ্রবসু ঙম্মদ্রি। হৌজিক লৈরিবা মৈতৈগী অরিবা লাইরিকশিং অসি য়াম্না মপুং ফায় অমসুং মরাং কায় হাযবদা থোইন হাযমনবা থোক্লোই খঞ্জে। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা অহানবা ওইনা "পান্থোইপী খোঙ্কুল্" কৌবা লাইরিক অসি হৌজিক চৎনরিবা ময়েক্তা অনৌবা লোলগা লোইননা ফোঙদোক্কুনা পুথোকচরি। লাইবিক অসিনা মবম ওইদুনা সাহিত্য প্রেমী ইচিন ইনাওশিংগী পুক্লিং, অরিবা সাহিত্যগী মাইকৈদা চিংশিনবা ঙম্লবদি পরিষদগী নোমজমন মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি।

লাইরিক অসিগী লোল খর লুব ওইবনা নম্বদা করিগুম্বা অশোয় অঙাম য়াওখিবা মথংগী শায়োন্দা শেংদোকচগনি। অরোইবদা লাইরিক অসি অরাইবা লোন্দা হন্দোকপীদুনা স্বত্ব পুন্নমক পরিষদতা কৎথোকপীরিবা শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, সাহিত্য ভুষণগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

ইম্ফাল
তাং ১২।১২।৬৩ ইং

**নীলবীর শর্ম্মা**
জেনেরেল সেক্রেটরী,
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

## অফোঙবগী ৱারোল

মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী মণিপুরী এম.এ. নচিংবদা টেক্সবুক ওইনরিবা মণিপুরগী অশেংবা অমদি অৱাংবা সাহিত্য, কলা, সংস্কৃতিগী পুন্নফম ওইরিবা লাইরিক "পান্থোইপী খোঙ্কুল্" গী অহুমশুবা খূৎনম হন্দক নৌহৌনা নমদুনা পুথোকচরে। স্বর্গীয় শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ্, সাহিত্য বত্ন, পণ্ডিত অচৌবনা ঐখোয় মীয়ামগী ওইবা হৌজিক্কী অরায়বা লোন্দা হন্দোক্লগা থম্বীরম্বা অচৌবা খুদোল অদুদা করিগুম্বদা শোকচদে। করিগুম্বদা হান্নগী খূৎনমদা শোয়বা য়াওখিবা বানান্নচিংবদি খরা য়েংশিনজখি।

হন্দক্কী খূৎনম অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মায়পুননা অৱাবা লৌবিখিবা শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহবু মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিঞ্জরে হায়জনিংই।

অদুগা তেল্লবা মতমগী মনুংদা অশোয় অঙাম পুম্নমক কৃপ্না য়েংশিনবিরগা পুথোক্লবা হোৎনবিখিবা আর.বী. প্রিন্টিং হাউস, ইম্ফালগী মেনেজর অমদি স্টাফকী মেম্বর পুম্নমকপু মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

ইম্ফাল
তাং ২৭।৭।৮৭ ইং

**থোকচোম যোগেন্দ্রা সিংহ**
*জেনেরেল সেক্রেটরী,*
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
পাউনা বাজার, ইম্ফাল।

## মরিশুবা শায়োনগী ৱাহৈ অমা অনিদং

লাই ওইশ্নবা মতম অমগী মাযচৌশিংনা থম্বিরম্বা অবিবা ল[illegible]বিকশিংবু খোমজন্দুনা মদুবু অনৌবা লোন্দা ৱাহন্দোক পীরণা ফোঙ[illegible] হায়বসি মণিপুবী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী য়াম্না মরু ওইববা পান্দম [illegible]। পান্দম অসিগী মখাদা চহী কয়াগী মমাঙদা "পান্‌থোইপী খোঙ্কুল্" কৌবা অবিবা লাইবিক অসি মণিপুরগী শক্লাইববা পণ্ডিত, সনা কোনুংগী পণ্ডিত অচৌবা ওইবিবম্বা মোইবাংথেম চন্দ্র সিংহনা সম্পাদন তৌরগা পবিষদনা থোঙ্দোকচখি। অদুবু লাইবিক অসি মতম খবগী মমাঙদগী ফংদনা লাকখি। মীযামগী লন ওইববা, মীয়াম্না পাম্নববা লাইবিক অসি হন্দক অমুক পবিষদনা নমদুনা পুথোকচবি। হন্দক্কী খুৎনম অসিদা মমাঙগী খুৎনমশিংদা য়াওরম্বা অবান- অহুইশিং, ৱাহৈ- ৱাতা অমাদ বানান লানবনচিংবদু চুমথোকচনবা হোৎনজে। মসিগী মতাংদা শ্রী এল. অশোককুমাব সিংহগী চাউরবা মতেং ফংজে। মসিগীদমক শ্রী এল. অশোককুমার সিংহগী মফমদা পবিষদনা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

লাইবিক অসি মণিপুবগী মীযামগী মফমদা অমুক হন্না লাপ্থোকচরি।

ইম্ফাল
তাং ৫ মে, ১৯৯৯ ইং

ডা: আই.এস. কাঙজম
জেনেরেল সেক্রেটরী

# কংথোকচবা

''পান্থোইপী খোঙ্কুল'' হায়্‌ব লাইরিক্‌ অসি স্বত্ব পূম্নমক্‌
লোয়নন‌া মণিপুরী সাহিত্য পরিষদত কংথোকচরে! ইতি

শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ

## ৱামাঙ্ য়ান্ব ৱাহয়্ খর

খৃস্টাব্দ ৭৬৩ দ ফম্বাল্ কাখিব মৈতেঙঙ্গু খোঙ্তেক্‌চা য়োয়্‌রেম্বগী মতম্দ অকোইজম্ তোনবোইন "পান্‌থোইপী খোঙ্কুল্" হায়্‌ব লাইরিক অসি ইখি। লাইরিক্ অসি পারক্‌পদ মাসিদ শীজিন্নরিব ৱাহয়্ ৱারেংনচিংব অসিদ মপাল্‌থোংদ মতিক্ চাবা সাহিত্য অমা ওইনা উবগুম্ মনুংগী ভাবত য়েংলগদি বিজ্ঞান্‌গী অথুপ্প ৱা ফজন ফোংদোকই। পণ্ডিত অসিন "পান্‌থোইপী খোঙ্কুল্" দ রস য়াওদব, কংলব বিজ্ঞান্‌গী ৱাবু রস্‌ন থৱায় ওইব ফজব সাহিত্য অমা ওইন উত্তুন মহাক্‌কি মহৈগী মশক্ তাক্‌পগ লোয়নন খৃষ্টগী নিপাল্ শুব শতাব্দীদ মৈতৈ সাহিত্যন করম্ব থাক্ত লৈবগে হায়্‌ব ফজন উৎলি। মরম অসিন ঐখোয়্‌ন পণ্ডিত অসিবু সাহিত্য অমসুঙ্ বিজ্ঞান্ অনীমক্ত নিঙ্‌থিন হৈরব পণ্ডিত অমনি হায়্‌জব ঙম্‌ই। অদুগা মতম্ অদুদ মণিপুরী জাতিনা বিজ্ঞান্দ অমসুঙ্ সাহিত্যদ মতিক্ চান চাওখৎলে হায়্‌বা অদুসু ফজন তাক্‌লি।

পণ্ডিত অসিন "পান্‌থোইপী খোঙ্কুল্" অসিদ নোংপোক পান্‌থোইবীবু মীরা, লাইরা, অদুগ মখোয়্‌গী থবক্ অসি তাইবঙ্ পান্ব অসিদ থোক্‌খিবা থবক্‌লা নত্রগা পণ্ডিত অসিনা শেম্‌জিন্দুনা ৱারি ওইন ইরম্বরা হায়্‌কনচিংব ৱাখল্ কয়া পোক্‌হল্লি। থবক্ হায়্‌ব অসি মশক্ মুন্‌ন খঙ্‌দনা থবক্ তৌবদ পূক্নিঙ্ চঙ্‌ব ঙম্দে, অমসুঙ্ মতিঙ্ থেক্ল থৌনিঙ্‌দে। নোংপোক পান্থোইবীগী মশক্ মুন্‌ন খঙ্‌দন "পান্‌থোইপী খোঙ্কুল্" পাবগী নুংঙাইব ফংগনি হায়্‌ব নিঙ্‌জদে। মরম অদুন ৱাখল্ চাউব, থিজিন্‌নিঙ্‌ব মীগী ৱাখল্দ লংজিল্ ওইব য়ানব চিংনরিব ৱাখল্ অসিগী মরম্দ খরদং ইজরি।

নোংপোক্ পান্‌থোইবী অসি মীরা ঃ পান্‌থোইবীগী মরম্দ য়েংবদ মপান তাউরোইনাইনি, মমান লাইনামুং নামুংবী কৌই। মহাক্‌কি মবুং

তরেৎ লৈ। মপা মমান মহাক্‌পু খাব তরম্ খোইনু চাদ লুহোংদুন অওঙ্ অউল্ তম্‌দুন থাজৈ। নীপা ময়ুম্‌দ লৈরিঙৈদ য়ুম্ পান্‌বগী হৌনব মকু মনেম্‌গী ব্রা ইন্‌ন থবক্ চৎপনচিংব তৌই। মহাক্‌ন থাজব য়ারক্লবদ নিংথৌ শাপাইবগীদমক্ হায়্‌রৈ। মথংদ খাব শোক্‌ত্রোংবন মচা নিপা তরম্ খোইনুচাগী দমক্ হায়্‌দুনা লুহোংই। মীওইবন চৎপ লম্‌চৎ চৎলি। মহাক্‌কি মকুবোক খাব অসি কংলৈ নিংথৌনি, অদুগ পান্‌থোইবী মৈতৈ নিংথৌগী মচা নূপীনি হায়ন ইরি। পান্‌থোইপী নোংপোক্‌ক লও মুন্‌নব মতম্‌দ মশা মশাগী মশক্ তাক্‌নবদন পান্‌থোইবীন তাংখুল শবম্ নূপীনি হায় নোংপোক্‌ন মহাক্‌তি তাংখুল হূয়তোক্ পাখংনি হায়্। পান্‌থোইবীন খাব ময়ুম্‌দ লৈরবদ নোংপোক্‌ন হায়্‌খিব - "শানৌ তম্‌পা ব্রাঙম্ লোন্- ও কাইনও ঐকি পায়্‌মা নুংচঙ্‌পী নঙ্‌পু নপল্ তাংশক্‌তে, নতু মীথাতে হায়্‌বা নৎতাপারা? খাপা মরাল্ য়ায়্‌তা কতৌ নোংকিপু য়াংকোইঙাম্পানো?" অদুগ পান্‌থোইবীন খুম্‌ব ব্রান "অঙৌপা ইশাপি থব্রায্ ইমিরেল্ তাআও তম্‌পা নশানৌ ঐনা খাপা মরাল্ যায্‌তা য়াংকোইপাপু কোবও নুমিৎ মঙানি শুতারিয়ে। খাপা মমায়্ ওন্‌তারি, য়াংপা মনম্ মুক্‌তারিয়ে। লীক্‌লাং পাউহোংফহিরোইয়ে" অসিনি। অসিনচিংব মবম্ কযান লাইগী মহুৎত মী ওইন খন্তদব য়াদে।

নোংপোক্ পান্‌থোইবী লাইরা ঃ লাইরিক্ অসিদ পান্‌থোইবীগী মমা মপা অসি "লাইরেল্ তাউরোই" অমসুঙ্ "লাইনামুং নামুংবী" নি হায়্‌রম্‌লগ "পলেম্ পীনাইতাপী, পনথৌ পানাইতাপী" হায়্‌দুন মমা মপা লৈতবী নূপী অমা ওইনা ইরি। মহাক্‌কি মরম্‌চৎকি মরম্‌দ ইবন - "লিল্লা তোংকোন্‌পাপু খাঙ্‌শেৎনাপী, চক্‌মোম্ খাম্‌পী মৈরিথক্ মৈতরেং মৈ থাঙ্‌থৌপু মৈতোংপী, তম্‌পা পাম্‌পা ফাপী, ব্রাংঙম্ কৈরেল্ তোংপী, অঙৌপা শগোল তোংপী, খেক্‌লোয়্ মান্‌পল্ থকপু লাংকোই শকোল্ খুরুপ্ থওপাপু লাংকোই খোঙ্‌কুল্ তাতাপী" অসুম্‌ন ইরি। মাসিদ মীন ওইব য়াদব ব্রা শীজিন্‌নদুন মহাক্‌পু মী নত্তবগী মতৌ উৎলি। অদুগ মহাক্‌ন পোক্‌পগী ব্রান - "লিক্লা ব্রাইফেল্ নেতোনা য়াব্রা খোন্‌নাইতারিঙৈ অতিংঙা

পুনুং পান্তম নাইত্রিবঁগে" হায়দুন তাইবঙ্পাল লৈত্রিবঁগে, তাইবঙ্পাল্ লৈদুন লিক্লা তাবা তৌদ্রিবঁগে, তাইবঙ্ জীবগী খোঞ্জেল্ লৈত্রিবঁগে, অমসুঙ্ পৃথিবী লৈতবন অতিংঙাগী মশক্ লৈত্রিবঁগেদা পোক্ই হায়বি। মহাক্কি মপোক্ন - "য়াংদৌ হেক্মায় কানা চেংলও মিৎকুপ মরূম্পু নাউপুরাপাতা তম্পা ৱাঙম্লোন্ পান্থোইপী নঙপু নুমিৎ লাপা হাকোক্না লাইরেল্ লাপা হাথানানা তম্পা চাকোক্ অখৈপী নঙপু নাউনৌরাপাতা" হায়্বা ৱান মিৎকুপ্ অমতং নাউপুবগ হায়বদি নাউপুদন লাইগী অথোইব নীপা ওইব নুমিৎন মচা পোক্লুন ওন্থোক্প চাপোক্ ওইন পোক্পগী ৱা ইবি। মহাক্ন তৌব থবক্ তাক্পা মশক্ন "মৈবা ফনীক্না", "ঈশিং কানক্না", "মৈপী হান্তোংপী", "মৈরেল্ তোংশাৎনাপী" নচিংব ৱান মীওইবগী মচৎ নত্তব ফনেক্ কুম্ন মৈন যোম্ব, খাঙ্জেৎ নত্রগা থাকুম্ ওইন ঈশিংন কোয্ন লৈব, মৈগী মপী ওইব অশাব পোৎতগী থোবক্পী অথোইব মৈ ওইন মতোমত পোক্পীনি হায্না ইবি। মবম অসিন পান্থোইপীবু লাই নত্তন মী ওইন খনব যাদে।

নোংপোক্কি মবম্দা লাইবিক্ অসিদা ইবিব অসিসু খন্দব যাদব বানি। মদুদি ঃ "মালং হুম্ ওইপা", "খম্কোল খোঙকাওনপা", "মালেম্ চনিঙ্ লৈখৈবোন্কি লৈকু খুংশাপাতা পাফন্পা" অসিনাচিংব ৱান নোংপোকপু মী নত্তব ওইন ইবি। মহাক্ নুংশিৎন যোম্দুন ময়ুম্ ওইন লৈব অদুগ নুংশিৎ মকোয়্গি (খম্গোল্ - atmosphere) মথক্ত মখোঙ্ন কাওদুন লৈব" অমসুঙ্ পৃথিবী পূম্নমক্ শীন্- থুংন লৈকু লৈবাই ফাওবদ লৈব হায্ন ইদুন মশক্ তাক্লি। মবম্ অসিন নোংপোক্সু লাইগুম্ব মফম্ পূম্নমক্ শিন্- থুংনা লৈব পোৎ অমা ওইনা ইবি।

অদুগ পান্থোইপী অসি মীসু লাইসু নত্তবা পোৎ অমা ওইন অমুক ইাব। মদুদি - "মালেম্ লৈ লৈতাবিবঁগেতা লাইজ তবঙ্ ঈপাক্ থক্তা মীবেপ্ মোইকাপী পান্তমকুম্না পবিং মবি তৎতানা তান্থোঙ ময়ুং তম্, লেম্থোঙ্ মফৈ ওন্পী, পরিং লাংশঙ্ থাপী, লাইচা ঈফম্ ওইপী, মালেম্ লৈপাক পোৎলুম্ খাঙপী নোংথৌ পোৎলেন যাপী, চিঙ্লেল পোৎলুম্

পুপী, খুন্দনং, লাংপাকোক্ চনু" অসিনচিংব ব্রান ঈশিং তরঙ্ ওইরিঙৈদ মী মরেক্ তাউবগুম্ শেল্লগ মথং মথং চাউরক্লুন মরাক্ ময়ুং নাইরক্পী মাগী লৈফম্না ঈশিংদ ওইবী হায়্বদি ঈশিংন কোয়্ন লৈব অরুম্ব পোৎ পুবী লৈপাক্ ওইবী চিঙ্গি অরুম্ব খাঙ্বী হায়্বদি মথক্ত চিঙ্ লৈবী অমসুঙ্ অতিয়াগী মরু ওইব পোৎ হায়বদি গ্রহ নক্ষত্রগী মতৌগুম্ন মখোয়্গী অথোইব থবক্ অদু তৌরিবী পোৎ অমা ওইন ইদুন মী লাই অমত নত্তবগী মওঙ্দ ইরি॥ লাইরিক্ অসিদ পান্থোইপীগী লম্চৎ অনী তাক্লি। অমনা লুমাঙগী শম্গুম্ খ্বাইন খঙ্ন চৎপ চগোদ লৈবগুম্ লয়্ব শাজৎ অমা, অমন্, লুতুংগুম্ন মীন খঙনদব শাজৎন ওয় ওইনন চৎপ শাজৎ অম অসিনি। অদুগ মহাক্ অসি নাপা নুপী মশক্ খঙ্দে হায়্ন ইবি। মদুদি :-
"নুকি নুরম্ তাপী পাকি পারম্ শক্পী লুমাঙ্ শমলাং চকোলয়্, লুতুংশম্চি ওয়্বম্ হুল্" অসিনি। লৈপাককুম্ পোৎলুম্ পুব ঙম্ব মথক্ত চিঙ্য়াম পুব ঙম্ব অথুব খোঙ্চৎ অমসুঙ্ অতপ্প খোঙ্চৎ অনী থোক্ল চৎপ পোৎ ওইন ইদুন মী লাই অনীমক্ ওইদব পোৎশক্ অমা ওইন ইরি। মরম্ অসিদগী মখোয়্গী মমিং "নোংপোক্"- "পান্থোইপী" অনী অসি থুগাইদুনা য়েংবদ মখাগী অসি ফংই। নোংপোক্ = নোংম + পোক্প (= নোংপোক্ মায়্কৈ), নত্রগ নোংবু + পোক্প (চুহন্ব) = নোংপোক্ (অতিয়া, নোংথক্) অনী অসি ওইব য়াই। হন্দক্কি ব্রাহয় অনী অসিগী মনুংদ লাইরিক্ অসিগী নোংপোক্ক চানবদ মায়্কৈগী অতিয়া হেনন চানৈ। মায়্কৈ খঙ্নব নোংপোক্ ওইরবদি মালং হুম্ ওইব খম্গোল্ খোঙ্গাওনব হায়্ব ব্রা অমসুঙ্ পৃথিবীগী লৈকু লৈরাই য়ৌন শীন্ব থুংন লৈব হায়্ব ব্রাহয়্শিং অসি শীজিন্নবা য়াদে। অদুন নোংপোক্ অতিয়ানি। অমুক পান্থোইপী ব্রাহয় অসি থুগাইদুনা য়েংবদ অসুম্ন থোক্ই - পান্ = (পান্বদ চঙ্গদব) + থোই = (থোইদোক্প পোৎ) + পী = (পীবী) = পান্থোইপী থোক্ই। তাইবঙ্ পান্ব অসিদ মীওইন পান্বদ মতিক চাব পোৎ পীবিরিবদি লৈপাক্ লৈম নত্তন কনাসু ওইব য়ারোই। মসিদ কনাগুম্বন "মৈপী হান্তোংপী" মৈরেল্ তোম শাৎনপী" হায়্ব ব্রা অসি পৃথিবীদ

শীজিন্নব য়াব্র হায়্‌ব য়াই। মদ্‌দ চিংনফম্ লৈতৈ, পৃথিবী অসি মৈ মতুম্ ওইন নুমিত্তগী থোক্‌লন্‌পান। মসিগী মরম্‌দ ঐহাক্‌ন ইজব "পান্‌থোইপী" দ শুগাইনা নৈনজরি।

"পান্‌থোইপী খোঙ্কুল্" গী অহৌবদ পান্‌থোইপী হায়্‌ব অসি কনানো, কনান পোক্‌পনো, মহাক্‌ন পোক্‌খিব মপোক্‌ন করম্ তৌন পোক্‌খিবগে হায়্‌ব অদু শুগাইন তাক্‌লি। মতাং অসিদ পান্‌থোইপীগী মপান কনানো? মহাক্‌কি শাজৎন করিনো? অদুগ মহাক্‌কি মমান কনানো? মতৌ করম্‌ন মখোয়্‌ন উনদুন পান্‌থোইপী পোক্‌খিবনচিংব ইরি। পান্‌থোইপীগি মশক্ তাক্‌পদ মহাক্‌কি শাজৎ লম্‌চৎ, মহাক্‌না পোক্‌প মতম্‌দ মতৌ করম্‌ন পোক্‌প, মওঙ করি মান্‌ব, অদুগ মপাগী ফিভম্‌ন করম্ তৌবনচিংব ফজন তাক্‌লি। মতাং অসিদ পান্‌থোইপীগী মশক্ তাক্‌পগা লোয়নন মমা মপাগী মশক্ ফাওব নিঙ্‌থিন তাক্‌লি।

পান্‌থোইপীন চাউরক্লবদ মহাক্‌কি মপা চাব মীন হায়্‌জব হৌবে। নিংথৌ শা পাইবগী হায়্‌রবদ য়াখিদে। অদুগ খাব শোক্‌চ্রোংবন মচা নীপা তরম্ খোইন্‌নুচাগী হায়্‌দুন অওঙ্ অউল্ তম্‌দুন লুহোংই। মহাক্‌ন নীপা ময়ুম্‌দ লৈব মতম্‌দ লৈকাই কোয়্‌দুন, হিদেল্ খূদিঙ্ ইরুজবগী ব্রা ই। মমৈথংদ নোংপোক্‌ক থেংনদুন মখোয়্ অনী উনব য়ানবগীদমক্ ইল চিংব, লোং খোন্‌ব, পাম্ শেংবনচিংব থবক্‌কিদমক্ ময়ুমদ লৈরক্‌ত্রবদ খাব শোক্‌চ্রোংব শিশিন্নখি। মদুদ মহাক্‌ন শাউদুন চরা হেল্‌লগা হামৈ পীয়ু হায়্‌ন মনেমপোক্‌ত ইতত্তন হায়্‌রবদ মনেম্‌ন শাউদুনা মৈতাল্ অরাবন মখুত্ত হাপ্পুবদগী মৈ ওইন পাইখ্রগ নোংপোক্ থেংনদুন নোংমাইজিং চিঙ্‌দোন য়ৌন চৎখি। মফম্ অদুদ লাই ময়াম্‌ন নোংপোক্‌পু লাই ময়ামগী নিংথৌ হাপ্পুন পান্‌খি।

নোংপোক্‌ন লাইগী নিংথৌ ওইন পাল্‌লবদ লৈ লাংদুন হরাউব, অদুগ ঔগ্রি হংকেল্‌গী ব্রা ইরগ অনোয়্‌রোল্ ই। মতাং অসিদ মৈতৈ জগোই অসি কনান হৌদোক্‌লগ কনান কনাদগী তম্লক্‌তুন লৈবাক্ অসিদ শন্‌দোক খিবগে হায়ব অদূ ই। অনোয়্‌রোন্‌দ কংলৈ জগোই অমসুঙ্ চক্‌প জগোই

অনীগী ৱা ই। মথংদ পান্থোইপীন শবম্ লৈশাবী ওইদুন পাম্ য়াল্লিঙৈদ নোংপোক্ন হূয়্তোক্ পাখং ওইন লাক্লগ লওফম্ মুন্নব অমসুঙ্ মখোয় অনী খৎনববদ পান্থোইপীন শাউদুন মশক্ তাক্লবদ খঙ্নবতুন খৎনব তোক্খিবগী ৱা ইবি।

অসোম্দ নোংপোক্ পান্থোইপীন নোংমাইজিঙ্দ পান্খ্রে। খাবগী ময়ুম্দ খাব শোক্চ্রোংবন পান্থোইপীবু তান্নকুবগী মফম্ খঙ্দন হল্লক্লবদ মনুতেক্ঙান, পান্থোইপীন মখোইদ লৈবিঙৈদ শীজিন্নবম্ব ফিমল্, শম্জেৎ হাৎপদ কেল্হৌব শম্, চিল্লম্ব লৈ নাচোম্ অমনব অদু পুবদুন নোংমাইজিঙ্দ কাদুন পান্থোইপীবু নিঙ্জকুবে। মহাক্কি মতৌ উবদ চান্বিদুন লাই মতৈ মনাউগী অশেংব মশক্ উহল্লবদ খাব ময়ুম্দ চাক্লোল্ কৎনব মনুতেক্ঙান হায়্জবে। অদুদগী খাবন নোংপোক্ পান্থোইপীবু চাক্লোল্ কৎলগ খূভম যাদুন লাৎচখি অমসুঙ্ চহী খুদিঙ্ চাক্লোল্ কৎলগ লাই হবাউব হৌখিবগী ৱা ই। মসিগী মথংদ লাইবেম্ব পাউশা ঈশৈ ইদন মীওইবন যুম পান্বদ চৎকদব শাজৎনচিংব ই। অদুগ পান্থোইপীন তৌব মীন ঙম্দব কযা ইবগ "পান্থোইপী খোঙ্কুল্" গী ৱা লোই।

অবোইবদ লাইবিক্ অসি পাবিব ঈবুংঙো ঈবেম্মাশিংগী মফম্দ বানান্গী মবম্দ খবদং নিঙ্শিংজবি। লাইবিক্ অসিদ ইবিব বানান্শিং আস মৈতৈ মযেক্ত ইবিব বানান্গী খৃৎতং ইন্ন ইজবনি। অদুগা অবানবা লোলগী বনানসু খোনথোক্কি মতুং ইনন মযেক্ত অকম অযাং খায়্জববসু থায়নগী বানানগী শক্তম্ ইন্ন ইজবি। মসিদ তপ্নব মযেক্ যাওব অসিন খোনথোক্ত কৃঙ্শিন্ব অমসুঙ্ লম্নগী মতুং ইনন ইর্জাব। কনাগুম্বন 'ন' গ 'ব' গ তপ্নবদ 'ব' গী খোনথোক্ লৈবোই হায়্ব যাওই। মদুদ হায়র্জাববন 'ন' গ তপ্নব 'ব' গী খোনথোক্ মাঙ্বগুম্ তৌবদি অন্তস্থ ব নত্রগা উকাবদগী ওন্র্বনি। মৈতৈগী খোনথোক্ত মদুবু ব হায। ব দি তপ্নব মতম্দ মহাক্কি খোনথোক্ মাঙ্দে। মবম্ অদুন 'ব' সু 'ন' গ শিজিন্নফম্ চাবদ তপ্নজবে। অদুগ অচম্ব মফম্দ হসন্ত ( ) শীজিন্নজবি। মসিগী মবম্ন বাঙ্গালা লোল্ নত্তব সংস্কৃত, হিন্দি, মৈতৈ নচিংবদ চৎনব মতুং ইনন হসন্ত (্) হাপ্পনি।

অদুগী মথক্ত মৈতৈলোন্দ হসন্ত (\) য়াওদ্রবদ অকায়ব কয়া লাক্ই। মদুদি ঃ- 'তানব', 'পানব', 'লোইন' অসিনচিংব মফমদ লান্ন পারগ অতোপ্প অর্থ অমদ চৎখিদুন ভাব্ত য়াম্ন কায়রৈ। মরম্দি 'তানব' অসি তান্ব হায়গদবদ তানব (খন্নব) ওইন লওরবদি কয়াদ কায়খ্রব। অদুগুম্ন 'পানব' অসিবু 'পান্ব' (লৈব, য়ুম্ পান্ব) অমসুঙ্ পানব (লাইরিক্ য়েংনব) অদুগ 'লোইন' অসিন মতুং ইন্ব মনাই নত্রগা ব্রাৎতন, খাক্তন অসুম্ন ব্রাখল্, মচৎ মান্নদব অর্থ থোক্ই। মসিগুম্বা অসি থোক্তনব মৈতৈলোন্গী চৎনবী মতুং ইন্ন হসন্ত (\) হাপ্চবনি।

অদুগ মৈতৈ ময়েক্ত য়াওদব ময়েক্ অমগ লাইরিক অসিদ ঐখোয়্ন শীজিন্নরি। অরিব লোন্দ শেন্ 'তরেৎ' চেঙ্গ চাক্কবু 'তরা' হায়্। হায়্রিব মফম্ অসি গুম্ব মশিঙ্ গ পোৎকদ শীজিন্নবিব 'র' অসিগী মহুত্ত 'ড়' ইরি। মনম্দি মশিঙ্দসু শেলদসু 'তরেৎ', মশিঙ্দসু চাক্চেঙদসু 'তরা' শীজিন্নবদ বাখন্দ নুংঙাইতব মতম্ লাকই। মদুগীদমক্ শেন্ অমসুঙ্ চেঙ্ - চাক্ খঙনব মফম্দ 'ড়' ইজবনি। মসিসু ঐখোয়্গী লন্নাই ব্রাখন্ন হেক্ত হাপ্চব নত্তে। রাজর্ষি শ্রী যুক্ত জয়সিংহ মহারাজন শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউদ কৎননব রাসগী পৃঙ্লোন অমসুঙ্ ঈশৈ ইরক্পদ মৈতৈ ময়েক্ন সংস্কৃতকি যুক্তাক্ষর য়াওব ব্রাহয়শিং অমসুঙ্ মৈতৈ ময়েক্ত য়াওদব ময়েক্ কয়ামুক শীজিন্নখি। মদুদ মৈতৈ ময়েক্কী যুক্তাক্ষর পুথোক্লম্ই। অদুগ ময়েক্ হাপ্কৎলমই। মদুগী মতুং ইন্ন 'ড়' অসি শিজিন্নবনি। মসিগীদমক্তি পাবিরিব ঈবুংঙো ঈবেম্মশিংন ঙাক্পিগনি। অরিব মৈতৈলোল্ অসিগী মরম্দ ঐহাক্ন ইজরিব অর্থ অসিদ চানদব য়াওরম্দুন শেম্দোক্লব তাক্পিবদ হরাওন শেম্দোক্চগনি। লাইরিক্ অসিগী অরাইব লোল্ অসিন লোল্লি পাবগী মরম্দ খরদং কান্নব উরবদি অব্রামল্ ফংজরে হায়্ন নিঙ্জদুন লাইরিক্ অসি কৎচরি। ইতি -

তাং ১১।১২।৬৩ ইং শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ

# পান্থোইপী খোঙ্কুল্

হৈয়া হে তমপা কোবও অৱাংপী, ৱাংঙম্ কোনখৈ অতাম্পী শোংলেল্ অথাপ্পী, খোইমোম লাই মযেঙ, খোইবা মককি কোবও মীনোংথৌ, ৱাংপল্ মী কাশা তাও-ও, নোংথী কোঙ্যাঙ মীচয শু, লোকলৌ পল্লাং যিনম্খাঙ অকুপী থোংলেল্ তাব-মিপাই পায, মীলুঙ্ যিকুথেৎ অচেৎপী, লাংচেং চাবা মীরু থেৎ, খোইনৌ মিবাংমৈ তাও-ও। তাইপঙ্ লীক্লেং লংশুং যাই, লৈ তবেঙ নোংতা লেংপী, যাইথোঙ মীথেম্পী থৱায মীপোক্পী, যোযপু নোইনু থুমলৈম, তাইপঙ্ থবায অপক্কাকি ফূবেল্ চাংজৌ ওইবিপী,

---

শুবগি গর্ভদগি হোইদোকলকপ জীব পুন্নমকপু যাবিবী হাযবদি খ্বাইগী ভূঙনফম্ ওইবী হে তমপা, নোংদোন পক্ল বাংবী, বংবগি ঙম্খৈ নাইদবী, অথোইব নশোংগি মশক ওইব নঙানন থাপ্ন লৈবী, লাই পুন্নমকন খোইবা (সলাই খাযবাগ মশা) ওইদুন শন্দোকলিব জীবগী মরু (লেনফু) ওইবী লাই ওইনা মীগী নিংথৌ ওইবী, লাইগী মবক্তগী মীওইবগি অথোইব লাই ওইবী তাও। খুদোং থীব মতমগি পাঙ্গল চযশৌ ওইবী লোকচপ্ত উব লওগী ঈখাঙ্ পল্গুমবী, অচৌব থোংলাল্ লানবদ মিপাইবব তাগদৌবব মীগী পাম্বৈ ওইবিবী, মী শেম্বদ যাওদবী (পোৎচঙ্ ওইবী), মথোক্ কাবক্প জীবগী মকোক্ ওইবিবী, মমান্নবগি মশক ওইদুন থৱায ফানব পাউ থেমবী তাও-ও। তাইবঙ্ জীব অপূম্ববু লংশুংন লীক মরু ফাবগুম্ লেচ্ছদন ফাদুন

য়োয়্পু নোইনু থুমলৈম, তম্পা নোংতম হাললক্পী, তাইপঙ্ থৱায় লীক্লেং ওইরিপী, সনা নখোঙ্ খাতা মান্পী খৃতপনন খচিক্ত প্রুম্চরক্কে। তম্পা হাওওঙ খোই- কুম্পী হাওওঙ কোম্ব খোই, লৈতাঙ্ চাউখোং নায়েৎখোই, লওৱায় লওশিং খোই, শংলও নোংকারী, অৱাং কোরও নোংন থাফপা লীকুম্পী ও, তমপা নপান্ উনাইতা, নরা লীচৎতপী তাইপঙ্ লৈহৌপকি লৈচঙ লিনফু ওইরিপী শিতপা মপাল থাপী, নাতপা মউ লিংপী তমপা নঙ্কি য়াইখঙ্ নশানম্ তম্পা সনা নখৈ ঙৈথোন্ সৈওন্পা পাতাঙ্ তৌরাইমেন্ সৈওনপপৃ তেংথাচরক্কে৷ তম্পা নঙল্ থাপ্থংকা, নমু নচু তোংচেং খমন্ও লা- য়াৎপা, কম্পোং নাতা য়াম্পা ৱাক্য়ে নহিরমপু হোললক্কে। তোংচেং খমনও নচয়- খুন্পু য়িন্ঙম্তা ৱাংঙম্লোন সনা নতেংথা, য়োয়পু সনা নখোঙ্ খুল্, খোঙখুল্ লোন্পু

থম্লিবী লৈবাক নোংথৌ অনী তুন হুইগুম লেংদুন ফাবিবী তাইবঙ্ পান্বগি জীববু পোক্প শিব অনীমক্ পীরিবী থুম- লৈমসু ওইবী, তাইবঙ্ পান্বদ লৈরিব থৱায় পান্ব পূম্নমককি তুঙ্নফম ওইবিবী, থূমলৈম ওইদুন নোংদম নোংখাই হান্ন তম্বী তমপা লাইরেম্ম, তাইবঙ্ পানবগী থৱায পূম্নমকপু লীক্ লেংবগুম মথং মনাও নাইন ফারিবী হে ঈবেম্ম নঙ্গি নখোঙ খাদ খূৎ লোন্নন নোললূক্ল খুরুমজরককে। হাওরোংগুম মখ্বাং চেংন চাউন কোম্ব, লৈতাং চাউখোং মরক্ত য়েৎনদুন্না লৈবা খোইগুম তাইবঙ পান্বগ য়েৎনন লৈরিবী, অমদি লওশিদ থাব খোইন অপন্ব লৈতন মনিঙ তৌবগুম্ নঙ্ন চৎপ লম্বীদ অপন্ব লৈতবী নোংদোন তন্ব নাপীগুম নবাই লোংন পাল্লিবী অৱাংবা নোংমদোন থক্তগি থাদরক্প মবীগুম নিংথিবী, তম্পা নঙ্গি নপা নমানি হায়্ব মশক্ লৈতবী নহাক্কি শাগৈ- ঙাই মরী মতা লৈতবী, তাইবঙপাল অসি শেম্বগী মরু ওইবী অশি অনা চঙ্দবী নগুন্ন নশক খঙ্নবী তম্পা নঙগী নগুনবু ঙম্খৈ নাইদবী নহাক্কি নগুণ্বু ঈপা ঈপুন শক্লরম্ব ঈশৈ মতুং ইন্ন শকচরককে। তম্পা নঙগি নতীক অচৌব, নহাক্ল তৌব থবক্ত কম্বোং নান পন্ব হিরমগুম য়ৈখায়থিনগাইব, অয়েৎপা য়াম্ব নরমচৎপু হায়জরক্কে। ঈশিং মনুংদ চৎখিব চয়ঙাক্ মখুল কায়দন মতুংইন্ব ঙমদব হিরম

লোল্য়াম্পপু শক্লক্কে। তম্পা মৈতেঙঙু চনু ব্রাংকোল্ লাইনুরা অতেংপী, তুপী চিঙলাই লৈমা, লাইরেল্ কচেং ঙানপা চনু তমপা কোনখাঙ অতাম্পী শোঙলেন্ অথাপ্পী কোরও খাইথপী কোরও নোংন উতপী, মালেম্ লৈন নিঙ্তপী নঙ্পু কোরও নপায়েং, চিঙঙু নাতম খন্ন মানপী খুৎতপ্পা মুকমু লৈতোল কোন্না প্রুমচরক্কে। তম্পা কোরও অব্রাংপী নথুম হৈ, ব্রাংপল্ নমান্ হৈপু পুনশি খুৎশিন্ননা লনকু তাইহেল নাইত হৈ, য়োয়্ পু তমপা ব্রাংঙম্লোন, মৈতেঙঙু চনু, তম্পা হুয়েল্ লাল্ লৈমা লানকুপী, ব্রায়রা শারৈমা শাকুপী, কচেং নিঙথও কনপী, থাঙলেল হাইকুপ চেনপী, সনা চয়পুল শুপী, কচেং নোংথাঙ চূঙশেননা খমতও লেপতম্ চোংগুম্ লন্না পাংকল্ তেঙপাং লাকহৈপী, তডা চাকমাপী, চাককুপী লল্কয়পী পীন হৈপী, তম্পা থুমনাউ

---

ইন্বগুম্ অচৌব কোন্দ পোকপী তমপা নহাককি শিঙথাঙমদব নগুণ থৌওঙ যামব নথৌবু হায়জবক্কে। মৈ নিংথৌগী মচানুপী ব্রাংগোল পোকপগুম্বী হে তমপা নঙদি লাই নুপী পুন্নমক্তগী অহেনবী, লাইগী মচা নতীক নগুন চাউবী চিঙগী লাইরেম্ম, মঙাল চাউব অচৌব লাইগি মচা অবাপ্প লমদর্গি হওরকপী, লৈফম নফম অথাপ্পা নোংমদোনদগি পাইথরকপী, নোংদোন থক্ক নঙন খাইথবকপ অসি উদবী পৃথিবীনসু নোংদোনদগিনি খঙদবী, নহাকপু নহাককি নপা য়েংন নহাককি নফমনি হায়ন খন্দুনা শম্বীগুম পুক্লিঙ নোনন ঈখুৎ লোনন, ব্রাঙাঙ নোনন খূরুমজরক্কে। হে তমপা ব্রাংঙমলোল লাইবেম্ম, পুকচেল চাউবী থম্মোইন থৌজাল হৈবী, চানবী হৈবী পুনশি চেঙজেল খুৎশিননন পীনবদ হাল্লেংদবী মীচঙ মীখায় নাইদবী নিংথৌন পোকপী ঈবেম্ম মৈ- নিংথৌগী মচা ঈবেম্ম লালগিমপু ওইন লালঙমব পীনবী শাদ চৎলবসু শাপীবী তুংদ লৈরবসু শাথও কন্বী, থাঙ্ হাইবগি মমিগুমন য়াঙ্ন চৎপী, চয়পুল্ নিঙথিব পায়বী, নোংথাঙ কৃপ্পগুম থবক থুবী, চূঙ্ন মশা ওইন চোংবগুম লানফম্দ মীগী মতেং পাংবদ হৈনবী, চাক্কি মপু ওইবী, চিঞ্জাক পীনব হৈবী, লল্গৈ পীরে পীনহৈবী, অনাব লৈতবী য়েনাউগুম নাহেদবী, পূনশি শাংব পীনবদ হৈনবী, লৈগুম ব্রায়ন্ব পূন্শি চেঙজেল শাংবদ ব্রাংব লাগী লূ- তোংদগি শমথরক্পবু লাইরিক ইবগুম লেঙদবী, লাইগুম্বী

হেনশোনতা, য়েন্নাউ নাহে শোনতপ পুনশি চারী কুহৈপী। পুনশি উব্রাল লৈ অব্রাং শরূ লুতোংলৈপু মুকমৈ নারিল শোনপী কোরও নোংমাই হনপী, তেৎনৌ শোচৈ শৎতা, শব্রা য়ুমথোঙ হাংতা লাংচল পুরী থোকতনা চৈরৈ ফিশক খঙপী, মূকমু হিথাং য়াম্পীও তাঙচা য়িরৈতোনতা লাংপল চিঙশাং খোইরেল্ হীকুমপাবু হিথাংপিরমও। তড়েৎ মনিল নায়পা ব্রাংলেন- মরাঙ্ হওপা, খূনুং হাওরেল শংশংথোক্পা শেলকুমপাপু লনুকুপিরম্- ও। তমপা শাপা নথি নায়, অমাই মরাঙ হওপিকুনো। তমপা সনা নখোঙ খাতা য়িব্রাকমানা পানলোয়ননা পারী পুরী খোম, মেনতে মেননাং খোমকুম্ পাপু মেনতুম মোন তায়তুম তায়রম্কে হাউপা মেন্তাং খোইকুম পাপূ তায়তুম তায়না প্রুম্চরককে।

য়োইপু তমপা ব্রাংঙমলোন মৈতেংঙু চনু পলেম পীনাইতাপী পন্থৌ পানাযতাপী, নপল লাইরেল তাউরোয়নাই, অসৈ বাংপী লাই, তুপী থিংকোক লাইরেম্মপু লায়রেল চিঙযা ফৈথিংপা, তুপী কোন্তমপা, লাইরেল ফৈতমপানা তমপা নতোম শাৎমাপী নমা য়োয়পু

---

মাইবী ওইবী লোল্লিব শো হাংদন, চুম্ নম্ নম্লিব চুম্ অদু হাংদন, অমদি পুললিব থওরি থোক্তনা মনুংদা লৈবা ফিশক খঙবগুম অথুপ্পা পূন্নমক খঙলিবী নঙন তৌবা থবককি মরম্ য়াম্বী ঈবেম্ম, ননাই ঐগী লৈতোন্দ, লাংবন্ থাগী খোইহীগুমন থূম্ব নহাককি থৌজানবু হিদেন্দ হি থাংবগুম থাংবিররো হাযবদি পীনবিররো। মরোল লৈব শেল হায়বদি কোর্তাল, মখোন হওব পূঙ, থায়নাগী অরিব চৎনবী লোল থোকপ শেলগুম অশেংব লোল পীনবীয়ু। হে মাইবী ওইবী তমপা নরাঙ হওবিগনু অদুগা মাইবগুমন ঈরাং তৌবিগনু। তমপা সনা নখোঙ খাদ শৈশকচব ননাইন ঈপা ঈপুন থক্লকপ খোম, অদুগা ঈশু ঈ- পূন্নমক্র মথং মথং থক্লরিবা খোম্ন অনগ অমগ তৎনদব মবী ওইবগুম ঈপা ঈপুদগি মথং মথং খঙনরক্প ব্রাগুমন্ অশোয় অঙাম্ পুম্নমক্পু মেন্শিন্ তাইশিন্লমগে। অদুগ হাওফি মবাক্ তাইবগুম তাইশিন্দুনা খুক্মজরককে।

অচৌব কোনগি মপু ওইবী তমপা ঈবেম্ম, মৈ নিংথৌগি মচা ওইবী নমা নপাদি মশক খঙদবী, মচা- মনাইগ লোয়ননা তাউদুনা লৈব নপান অচৌবী, তৌবঙমবীনি শোননব নমা থীঙকোক লাইবেম্মবু চিঙগুম্ব নপান ফৈন থিংদুন

খোইমোম্ লাইবেম্মা লাইনামুং, নামুংপী মালেম তম্পাক লৈবেল হনপী, খূনপী সল্লাই হনপীনা লাংপল চেঙকুমনা তৌপগুম যোযপু নতোম তোমশাৎপী, লাংপল কাওখা নানমা তানকানপী তমপা চাকোক অখৈপী, নুকি নুবম তাপী, পাকি পাবম শকপী, লুমাঙ শমলাং চকো- লয, লুতুং শমচি ৱোযবম হুল, খোইমোম লাইকি মপোক থোইখোযপীকী যাবা খোননাযর্তবিঙৈ অতিংঙা পূনুং পানতম নাইতাবিঙৈ, কুমচিং হীকোক লাওংনা চিঙ্খৈ লৈমা পান তমকুম্ ব্রুনপী পুক্লীঙ শুমপাতা কাচেং নোংথাং কপকুম কাচেং নোংথাঙ কুপফেৎ তকুপলকপতা নপোক খোযবা যালহৌপী থাঙলেন্ হাইকৃপ চেনপী, কাচেং নিঙ্থও কনপী, অবাং নুংবেল শেবানমৈ চবাংনা কমপোং তাঙচ নাবিল স, লিললা তোনকোনপাপু থাঙশেৎনপী, চক্মোম খামপী মৈবিথক, মৈতবেং মৈথাঙথৌপু মৈতোংপী, নোংচুপ মৈবা পোন্চেনপী, নোংমচী নোংহুমশা,

---

থম্বদ তুবী কোন্ন থাঙব, লাইবেল ফৈন থৎপন তমপা নঙবু নতোমত পোকচবী, নমা ঈবেম্ম লাইবেম্মদি লাইমকনসু কি তুক্কচনব হংগোইন লোযনবীনি, লৈপাক শেম্বদা অহানবী খুন শেমদুনা থবায পানপ শেম্বদসু অহানবী নমান লাংবনদ চোংব চেঙগুমগুম নতোমত চোংথোক্তন পোকপীনি। লাংবনথাদ হওব কাওখাগুম তোংগানবী নহাককি নপোককুমব লৈতবী, নুপীবা নুপী নত্তবী নীপাগি মতৌগুমন লুমাঙগি শম্ন চগো শান লযন পুললগ লুতুংগি শম্ন ওযবমদ পূনদুন নঙগি শাজৎ অনীনি তাক্লিবী লাইগি মপোক্ত পোকপদ অথোইবী, থৱায নুংঙাইতদুনা হুম্ হাযন শোম্বদ লৈচিনগি মতৌ উদব, লীক্লান চোইন তাদ্রিঙৈ, খোঞ্জেল মপৃঙ ফাদ্রিঙৈ, অতিযান ফিবেপ খঙদ্রিঙৈদ অমুব মচু মনুংদ অঙৌব হাযফেৎ কাবগুম চিঙখৈ হুন্ব মতমদ অমম- অঙাল শিন্নবগী মতৌগুমন পূক্লিঙ শুমলকপ মতমদা নোংথাঙ হাইফেৎ কৃপ্পদ নোংথাঙ কৃপকুম পোক্লকপী, নচুন থাঙগি মমি তাগুমবী মীপূক্ থওবদ হৈনবী, অৱাংলোমদ কাবব নুমিৎকি মঙানগুমব মচুদ চবাংপকপ কম্বোঙ নাগি শংবান্নব মচুগুম নিঙথিবী অকোন্ব নবিল অশংবন খাঙশেৎনবী, মৈচাক কম্ব অবাব মৈবি মথক্ত শাদোং ওইবিবী, নোংচুপ পাংন লৈবদ পোনগুমব, মঙাল পুবগি মৈবা

লৈখাম্ তশেশা, লংমাইলাংপী চিঙচাউসাপু সানৈপী, লাইচম লৈমা মোইথেম্ নপী, তমপা পানপা ফাপী, ৱাংঙম কৈরেল তোংপী, অঙৌপা শাকোল তোংপী খিকলোয় মানপন থকপু লাংকোই সাকোল খুৱপ থওপাপু লাংকোই খোঙকুল তাতাপী, মালং চয়রোয়নপী খমকোল খুনেৎনাপী, নূঙনাং খুতানাপী, হাউনা তোনথেকনাপী অঙানপা হেল্লোয় চঙপী, নোং চুতানা চায়চোৎপী নোংসা সাতানা ফৌ কংপী, ফওরা মচেঙ কংপু কংলৈ পূঙফা নীক্পী চায়চোৎ য়িসৌ লাংতাপী, তমপা কোরও অৱাংপী কোরও লংমাইহনপী, য়োয়পূ তোইপী কৌপী, তোইপী তংকা চনু, তংকা নুপী পূয়তিংৱাক, মালেম্ লৈমায় হনপী, লৈপাক মাইপী ৱাচুমপী, তুপী ঙাঙযেক চনু, তওরা নোংতং লেংপী, তওচেঙ নোংখোঙ হাইনা চাকতাপী, কোরও নোংনা নারপসুং নাতাপী, মালেম লৈনা শোল্লপসুং শোনতাপী, কোরও নোংপু লৈ যেংপী, মালেম লৈপু লৈকনপী, কোবও নোংনা খঙতাপী

---

পোনচেনবী হায়ন কৌনবী নোংচুপ মায়কৈদ থোকপ লৈখোম্ মানব নোংলক্ত লিংখৎলকপা নোংগি মহুম ওইনব নুংশা মপাক্ল নোংমাইজিঙদ মচেৎ মচেৎ শাব নুংশাবু শা চানবুগম মাঙহনবী, লাই পূম্নমককি মগুনদগী হেল্লিবী, মোইথেম্ খুনুগুম্ মীগী পুক্লিঙ শুমহৎপী, অচৌব কৈ ফাবী, অচৌব কৈজাওদ শাতোং ওইবী, শগোল মোরাদ শাদোংনবী, খেকলোয় মতোনদ শগোল থওবদ শগোল খোঙ্গুল তাদবী হায়বদি নহাককি অরেপ্প হ মগুম কোয়ব লম্বীদ চৎপদ চৎখিবগি খুদম লৈতবী, নুংশিৎক লোয়নন লৈরিবী, নুংশিৎ মকোয়বু শাদোং ওইরিবী, শিদব নুঙ হায়বদি লেঙদ্রব লমদ খুদা ওইনবী, হাউনা মতোল চিনবী, নঙানন হেলোয় ওইবী, নোংচুদ্রবসু নশাই চোৎপী নুংশা শাদ্রবসু ফৌবদ ফৌ কংবী নোংদোন্ পক্ল ৱাংবী য়ুমজাও লাইরেম্ম মকোক ওইবী হে তমপা নমিংন তোইবী, তংকাল নিংঙোল পূয়দিংৱাক কৌবী তাইবঙ পানবগি লৈমায় অহানবী মাইবী ওইবদ লাইফাও চুমবী মৈগি মচু মানব শাগৈদ পোক্লকপী তওরাগুমন নঙগি শক্তিন লৈবাক নিংথৌ তুন ফাওরিবী তও মহয়ন চাক ওইনবী লৈরোল নোংলোন অনীগী অনা অয়েক য়াওদবী মথককি অকায়ব মেনবী অৱাব ঙাক্পী লৈপাক নোংথৌ অনী

মালেম লৈনা বুতাপী, মানু যাংলও তেবা লমলাই ঙানপা চেককুমপী তমপা অচাউ পাযপুলোনপী অশাংলমপু ফাপা চনু ব্রাংকোল লাইকুরা অতেংপী, তৃপী চিঙ্লাই লৈমা, লাইবেল কাচেং ঙানপা চনু, তমপা হেকঙায মীনুংওল যোইপু খোংনিঙ চঙপী, তমপা উনালাংপী নপল তাংশকতপী, নতু মীথাতাপী, তমপা খোইমোম লাইবেম্মা, হৈনা থৌথিংফতাপী, থাংফাং কোল্লোন ঙমতাপী, যোইপু পুক্লিঙ্ নব্রাচা, হেপনিঙ লমশং তোংপী, লৈকাই হেকলোয চঙনা তোযতওপী, খুখা নানপী ব্রাশম চেৎনা তোয্ নান্ তোযপী চকপা লাইখু চাম্ তা মিংেৎপী তেককা তেকযি মথক্তা, তেককা লাইচা যিফুপী, নৌকা নৌযি মথক্ত থৌত চেঙচা নুঙনন্ পী নুঙলাং নোংকা যামপী, থৌতৃ নৃঙমায হেনপী চযবৈ যিনন লেকপী, লাইজ য়িনপান্ন শান্তেংপী লাংপল ব্রুতি শেকচুম যিনশমশেংপা. চেঙহী ভৈফা যিনশমনমপী লাংপল খোইবাকলাই নাকালৈ লৈথীনন থাঙ তৈপী, সংমাই সনা লাইহয থীনহযতৈপী অবাহ শানৌ লৈ কপোকন হেননৌপা, শমচেৎ তোননান

---

মক্ল খঙব ঙমদবী, লশ্নী লমজাউদ লৈবাকাকি মাযবোং ওইনবী উচেক মানবী, অচৌব কানব লম্বী ওইবী, যুমজাউ লৈম অথোইবী, চিঙলাই লৈম ওইবী, মতীক মগুণতন শাগৈগি থাউমৈ ওইবগি মচা, মীগী মপূক ওলহনবী, অচৌব কোন্দ পোকপী, তমপা লমচৎ ওস্তোকপী নপাবু কিদবী নবুং নপব্রাবুসু মী ওইন নিঙদবী, লাইবেম্ম ওইবী হে তমপা, নঙন তৌব থবক্ত ননিঙ তমবী, থিংব যাদবী নঙন চৎনিঙব থবক্ত খামফদবী তৌনিঙবত তৌবিবী, নঙন তৌনিঙবদ মতৌবী, লৈকাই পাউথিন্ খোন্ন লমহেনবী ব্রাচেৎন শাব শমজেৎন তোযন হাৎপী, কেবগি মথক্ত ঈরুজবতন নথৌ ওইবী, তনৌ তনৌব নশাদ নৃঙন নৃবা ননৃনবী পৃক্লিঙ ব্রাখল মবোল যামবী, নুঙগি নৃঙম মন লেমনবী ইন্নফি ইন্ন ইন্ন কোমখোকপী ঈশিং ঈপাল লো. ঈফৃ নাদুনত ঈরুবী, শেক্ত চুমব উৎতিগুম তরুন চুব লাংবম্ম্বাগি নোংন শমশেংবী, চেঙহীগুমব ঈনানং শমফাবী, লাংবল থাগি ব্রামিৎত তাব ঈশিংন থাউ ওইন তৈবী, নোংমাইজিঙদ পানব চিঙহয অপুমবন হয ওইন তৈবী, অনৌব পানব লশিং মপোপন লৈতেং ওইনবী, শমজেৎ মখল য়ামবী, শমজি তনান্ তনান্

য়ামপী সম্তুপ মানতেং হেনপী, তমপা শমখোঙ চারল য়ি, তাঙচ শমখায়বেন, খূৎনিংথৌ তোমপোকপ মরমফম থাচাবেখায়, খিং খিং তাংচ শমখায়রেনপূ লাইয়িরক মচী মনাউন, চেঙচা ফৌহোল লম, চিঙশোং মতৈ মনাউন খানলৈ লওকুম লমকুমপা, ব্রাংঙম শর্মাচি নৌরোয হুন, খিঙ খিঙ কাইনও নশর্মাচিপূ নতু ঙাংঙোই য়োযমোংপা লূনিঙ হুককুমপী, য়োয়পূ তাঙচা লূব্রায খায়পু চূনপী, শমলাং নাকতৈ পাংমনা নাকা মাঙশোক মীকমপী, শমলাং নাকতৈ পাংমতি কোন্থা ফাঙরেল য়িকুমপী তয়ম নাইরান্নকে কাওবেল শনশিননকে তৌকুমপী চেকলা শারা উফোং, মৈথোকন, শমলাং তোনন নানপী, ঙাইখোং নূপী শিনথোকহও, মোমনু খিককাবা চোমফালি নূরা খিঙ খিঙ নাউবোয়থোং অযাং নাইফা চনু লৈম অখোং অয়াঙ ফাপা শানরী মেনোং খূৎন ওনন সনা লাকা তোয়তূপ চনপপূ খাঙফম নাউবোয হেনফপী, ব্রাংঙম থপাক লীকশি থোললমপু চাইচি হয়রাঙ চানকুমপপ

---

থমবী, শমখোঙ খাযন চেন্থরকপ তমপা লাইরেম্মগী শমখোঙদগী তাবকপ ঈশিং, মতোমত পোককূমব খূৎনিংথৌগী নম্ফম্ লৈবিক্ নম্ন (মূক নম্নব) খাযদোকপ নিঙথিব মফমবু লাইয়ীবক মচিন মনাওন ফৌ হোললম্, চিঙশোং মতৈ মনাওন লওকূম- লওতা লমগুমন তমপাগি লৈরপ পূনব শমজি নীক নীক তৌব শমজিবু নবুং ঙাংঙোই য়োয়মোংবগি লূগি লূনিঙদ হাপ্ল লুশৌন মমায ফজন কায়বগুম খায়বদ পক্চবী নশম্ নাকল অমন মথোক কারকপ মীগী মায়থোংগুম্বী লংন ফবী, শমলাং নাকল অমন ফাইরেল থাগী মরী পীক্লব তুরেলগুমবী, মীনাই লৈগে মতাগুম, শলহূৎ ওন্নগে তৌগুমবী, উফোঙ কৌব উচেককি মমৈন থেককৎপগুম নশম নানন হাৎতুন শমজি মমৈ হাইগৎপী, শমজি মমৈ তনান তনানবী নুপী ওইবগী শকতম উহনবী মথোক কারকপী নূপীগি মপুঙফাব থীক- থান লৈতেংবী নূপী ওইবগি মপারি মমোম য়োক্লফম অয়াঙ লোই নিংঙোল লৈম অয়াংফাবীন মথংলেল মমান মচাদ পীনব মখূৎন ফংন ওনজব সনা মশান মখাঙলাকপ খূদোন পোৎকূম খাঙনৌবী তমপা ব্রাংঙমলোল লাইরেম্ম নহাককি লীক্লাং পরেংন কোয়ন ঙাননফম্গি নাক অনীগী নিংথিব হয়রাং চান অনীন সনান শাব মপুঙ ফারব

চোয়নৌ সনা পূনকুম, তাউচিঙ হায়বোঙ লাকুম ময়াই ফপী, মুক্তা লীককোয় থিনকূমপী, থীকলেল চাইচি হেনপী, খাকী লানা পূনপা, কিয়াং লানা য়োম্‌পপূ অহেন মিৎচূপী য়ারেল খোংচিপু থপাক লীক পরেংকূম, শেনপী হ্ম- ওস্থোককূম হয়রাঙ চাতা মাননা মিংয়েং খুফম হোংতাপী, তমপা চিম্পাল মোইকাই য়েংপপু শেনপী ৱারক শংপল তয়াল হয়কুম মোইকাই ঙাঙনা হেনপী তমপা হেপমায় মীনুং ওল, অহেন মিৎচুপী, নাৱা খউৎশা তনৌপী, নূরা চিনকোয় পূকহ্পী, চয়রৈ লেংতা য়াননা খালৈ লওমী মতাকনা লৈকাই হেল্লোই চঙপী, নতা খুন্‌পোই য়াম্পী অঙান্‌পা লৈতোঙ লেপ্পী, লৈরক শিনশূ খৃতিঙ্ তা খোংপাল লোইথোক হাঙতানা হিথেল চংলৈ খীতঙপু শেনতনা য়িরু শানতেংপী, ঙানঅপা লৈতোঙ খৃতিঙপূ শেনতনা য়িরু শানতেংপী, ঙান্‌পা লৈতোঙ খৃতিঙবু মীয়েংপী, খোয়মোম নঙাইরোয়না চায়না শোংকিনপী, তমপা নাপল থোয়না পান্‌পী পানথোইপী, নতু থোয়ন ৱাংপী ৱাংঙমলোন, ৱাংঙম শকতরিঙৈ নতোম ৱাংঙম শকপী, তমপা থাতারিঙৈতা নতোম তমপা হান্না

---

পুনগুম্বন, মখোক অমতদ পানবা অবোঙব হযযু য়োম্ব মনান মরাই কাঙবগুম মায়বোং ফবী, মুক্তা থামব লীককূমন থবাকনা মচি ফনন ফজবী, কব্রংগি ফিন থাখুম ওইবী, লশিংগি ফি শেৎপদ চুনবী যাগি পরেংন লীক পবেংন থবাক্ত তাগুমবী কবোগি ওস্থোকপ হযগুমন যেংবদ মিৎফম হোংব যাদবী, নচিম্বাল অনী যেংলবসু শম্বন্দ পানব তযানগুম চিম্বাল ঙাঙন ফবী, ঙাঙথোক্লকপ ৱাঙাঙ্ন পূক্লিং হুবী, অথোইবদ পক্লবী নৌবব অঙাংগি খুৎশাগুম তনৌ তনৌব খূৎশা পাল্লিবী, নিংঙোলগি নচনি যেংবদ পূক হুবী, নবেংবান্দ নফি যান্‌দুন লও চৎপ মীগি মতাগুমন লৈকাইদ ৱাবেম ঙাঙবী, নমান্নব ময়ুমদ কোযন চৎপী, অতোঙবদ অঙানবন তাবগুম মফম খুদিঙ নশক উপী থবকত মৱকোক ওইদুন লৈকাইগি থবক খুদিংদা চিৎথদবী, হিদেল খুদিঙ থাক্তন ঈরুবী, লৈপূঙ খৃদিঙ লেপ্তুন মীয়েংবী, নমান্নব লাই পুম্নমকন থেংনগদব তুচুংনবী, নপান থোইন চাউন পানলি হায়বগি পানথোইবী, নবুং নপৱান ৱাংন চাউন পাললি ৱাংঙমলোল কৌবী, মীন ৱাংঙম হাযনদ্রিঙৈদ নতোমতন ৱাংঙম হায়জবী, মীন তমপা কৌনদ্রিঙৈদ নতোমত হানন তমপা

থাবী, তমতপা ৱাংঙমলোন কোবও অৱাংপাপু তেংথানপী, তমপা ৱাংকা ৱাংপা মথক্তা ৱাংচাক চাপী, ৱাংফম ফমপী ৱাংখুৎনেনপী, অঙাওপা মাঙহেননপী, অশিংপা তুংকোননগী পাঙ্কল হকশাং ওইনা ঙমচতাপী, পূনশি ঈৱাল- লৈপু মপাল থাপী, ওইনমপা খুৎত শূপী, অথুমপা লৈতোল তোংপী, মালেম লৈপূ লূম্পী, কোরও নোংপু খোনপী, মালেম চিথেক মবিমা, মাইকৈ নিপালমা, শুংদাই ১৬ মা শিঙখায় ৬১ মা লৈরোল নোংলোল ৭ মাকি নবা মালেম লৈচৎপী, নতোম ৱাংই অৱাংপী কোরও নোংফংপী, কোরও নতে যামপী ৱাংপল নওঙ য়ামপী, য়াঙপী খুফম য়াম, কাইপী মুঙশোন তোইপী, খোংপাল লোইখাঙ খুতিঙতা লৈবক শিনশূ হাঙতানা শালওল য়ামপী, তমপা সনা নখোখূল খোঙপুরোন খোঙ্কুল লোনয়ামপপূ মার খোঙ্কুল লীনা সৈথিচবককে।

য়োয়পু তমপা ৱাংঙমলোন কোরও অৱাংপী নঙপু নহাল

---

কৌজবী, হে তমপা ৱাংঙমলোন- ও নগুণবু তেংথানবী, ৱাংবগী ৱাংবা মথক্ত অৱাংব চিঞ্জাক চাবী, অৱাংব ফমফমদ ফম্বী, অৱাংবদ শাদোং ওইনবী, অঙাওবগ অশিংবগ অনীদ অঙাওব শাজৎন মাঙওইনবী, পাঙ্গলন হকচাংদগী হেন্দবী অরয়ব ঈশিংগুমব, লৈগুম ৱাযনব পূনশিবু পাম্বী ওইন থমবী হায়বদী হিংনিঙবমখৈ পূনশিবী, অহাও- অথুম্বত নখুৎত পায়বী লৈমাস থক্ল মরু ওইন নোংমদোলগ তুন মরী থমদুন পৃথিবীগী চিথেক্ মরি, মায়কৈ নিপাল শুংদাই ১৬ শিঙখায় ৬১ লৈপাক্ মবোল্ তবেৎমক্ত নহাককি নরান শিনব থুংন চৎলিবী হায়বদি মরী লৈনবী নহাকন ৱাংবন মহেল্ লি, নোংমদোল্ পক্ল ৱাংই। নহাককি লৈফম্ মফম্ য়াম্বগি নশক নওঙ্ য়াম্বীনি। নঙগি লম্বী য়ামবন লৈফম তোয়ন হোংবী খোংলম্ খুদিঙ্ হায়বদি থোক্লকপ হিবম্ হিরম্দ তৌরুব মরম খূদিঙদ থৌরম অহাঙব লৈতবী, শকলোল য়ামন তমপা নঙন তৌখিব থবক্কি মবম্ অদুগা নহাককি নপূক্চেল্গি মরম হিবমগুম্ব নঙন তৌখিব অযামব শাজৎ পূম্নমক্পু মথং শিৎন খোঙ্গুল্ লীবগুম্ ঈশৈন থিজরক্কে।

অচৌবা কোন্দ পোক্লবী অচৌবগি মচা ঈবেম্ম তম্পা অৱাংবী নঙবু

নোং হয়িচকঙৈকি নপল লাইরেল তাউরোইনাই, তুপী হাকোক লাইরেম্ম, চিঙু উংলৈ অথাপ্পতাকি অমম লৈশা হাললকপী, খাকপা তেংলোয়ননা খোইরা নপোক অহানপাতা য়ালহওপী, কোরও পাফনপা, ৱাংপা নিংথৌ পানচুম্পা পাফল য়াইপীরেল অঙৌপা, চিঙঙু লাইতিনফম তীললি তীন- তাও অহানপী, নুংশা য়াইপী থোঙমিৎলং নারংথোঙ সৱা তুখোঙ খুতিঙতা চিঙঙু লাইশিঙ শুনা হাকোকপা মালেম শেকনিঙ লৈখৈকি চিঙঙু খুংশাপাতা মালেম লৈরী য়াঙয়ি শোননা পাফল নাতৈ কাঙতা চাকলেন নাপুঙ কন্ন নরা মালেম লৈ- পায়পী, য়াইপী হুমলেন ওইনা মালেম্ লৈতাই লীহৌনরক্পী, অৱাং কোরও নোংলেল্ ফাওনা নুংনাং কাওখঙ্ কোনপু পাফনপা, কোরও তাচিল্ লৈ ৱাঙ্পল্ তাতারৈপু শেংখোঙ্ নারিল চৎ যাঙপী লুরোয়্ চাউ, শিঙকাপ য়াঙ্য়ি শোন্না কোরও নোংলোন্ ৭ মপু হুমলেন নোংফাই চঙহনতা হামলেন্

---

মমাংঙৈ সত্য যুগত নমা ঈবেম্ম লাঙগি মকোক তাউদুন লৈবী অহাঙবগি মকোক ওইবী লাইবেম্মগ অথাপ্পদ উঙদুন লৈব লাইগ অনীন অমন্বদ লৈপাক শারকপ অহান্বী নঙবু পোকপদি নোং খাকপদ নোংথাঙগ লোয়নন খোইরা য়ান্বগুম্ন অহান্বদ পোল্লকপনি। নোংমদোন শেন্বদ পবিং হুনব, অৱাংব নিংথৌ পানচুমব হাযবদি লৈরু মফমদ নহাক্কি মপাও মওইব, থৱায় ওইব পাফল অঙৌব, লাই পূম্নমক্কি তিনফম্ ওইব, তীল কাঙ পুম্নমক্কি পোকফম্ অহানব, নুংদ শাদুন থৱায়্ পীরিব পূম্নমক্কি হৌরক্ফম মহাৰ্ক্কি তুখোঙ খৃদিঙদগি লাই পূম্নমক্ন শুন পোল্লকপ লৈপাক্কি ঙমখৈ অবোইব খুং মান্বদ লৈপাক্কি য়াংবী ওইন পাফন্ নাতৈ হোহন্দন নরাগি মশক্ ওইব চাক্ লেনবু মপূঙ্ কন্ন লৈপাক্ অসিবু পুরিবী, থৱায়্ পূম্নমক্ কি তুংনফম্ ওইদুন লৈপাক্ তাইনবগি হৌফম ওইরিবীনি অদুগ লৈরোল নোংলোল্ ফাওন লাইশিংগী খুভমদ পরিং লাংশং থাব, অতিংঙাদ লৈ নোংগ তাইশিন্নন লৈদুন তাদনব ঙাক্লৌ ওইন মরী চৎতুন কোক্থোঙ য়াদুন পূরিব, শিঙ্ কাপ ওইন য়াঙবীগুম্ন নোংলোল্ মরোল ৭ মবু অকায় অতোই লৈতন ফারিব নোংমদোন্গি অথোইব (পরিং) ওইব- ও্

সিফা চাইহনতানা কোরও পাফল কাইরেন্ পা- ও, ৱাংপল খোইরা অচিপা, লাইচা তরঙ্ য়িপাক্ থক্তা চিঙঙু য়িতাওরাই অনাম্পা য়াইপী তীন্তাউরেল্ নঙ্না থৌতু নূঙ্কাং শাকাংথক্তা লেরি নূঙ্কাং মহারাপাকা তীন্ লি তীন্ তাউরেন্কা লীয়েৎনানা মালেম্ মনুং ওইরক্পা লোইতাম থাচা চপূক খায়্, তড়া চাথাতানা ফম্তম্পা খোঞ্জেল্ খাক্পা তেংলোয়্ননা চিঙ্শানা য়াইপী মপান কাফু লাক্লা চিঙ্পুঙৈ, নানখাই পুঙ্হওপানা চিঙ্য়া ফৈনা থিংনা তুরেল নাপ্তুপা তুপী কোন্তম্পা লাইরেল্ ফৈতম্পা থিঙ্কোক্ লাইরেম্ম তুপী শাৎমাপা লাইরেল্ য়েক্মাপা, য়াঙ্পীরেল্ শিতাপা কোরও শৱা কাশা লাই মালেম্ লৈনেম থক্ কোরও নোংলেম্ থক্পু নোংতমপা য়েক্না য়েল্লৈ থিল্ থাঙ্য়ী তুরৈ য়াৎনা নুমিৎ লিশিঙ্ থোক্কুম্ নঙাল্ মৈরাহপা নঙকা নশানৌ য়োইপু খোইমোম্ লাইরেম্মা লাইনামুং নামূংপী তম্পা অচিপী ময়েংকী তেংথানাবকপী

---

লাই পূন্নমক্কি অথোইব, ঈশিং থক্ত তাউদুন নতোম্মত লৈব লাই, তীলগি মশক্ ওইব অতাউব (অবেপ্প লৈতব) নঙ্না তুমদ মাঙ্দব নূঙপাকথক্ত লেরি নুঙ্গাং মহাবাবগ তীল্গি মনুংদ মকোক্ ওইব লেপ্তবা লাইগ থওবীগুম্ তাশিন্ন য়েৎনদুনা লৈপাক্ মপূঙ্ ফাহল্লকপ, অদুগ থাখায়্ অমা- চাদথক্তন থৌনাব (মথৌ তৌব), খোঞ্জেল অয়াক্পগ লোয়নন পোৎ পূন্নমক্ন চিঙ্দ পূন্ন লৈবগুম্ থৱায় পান্ব পূন্নমক্পু পাবোৎ লাক্পগুম্ পূল্লপ্ন পূব মতম্দ নান্খাই কৌব পূঙ্ থোন্বন চিঙযাদ ফৈন থত্তুন তুরেল্বু পল্ থিংবদ কোন্ন খাঙ্খিবগুম্ খাঙ্ব ঙমদর্বগি ফৈন থৎপদ (থিংবদ) লাইরেম্মবু মচা পোক্হনব মতীক্ লৈব লাইবু পোক্প, অথোইব লাইন হায়বসু নঙ্গি ময়েক্ন (নশক্ন) তাক্লিবা, লৈপাক্কি য়াঙ্বী হায়্বদি জঁগৎ পূন্নমক্ পুরিব লেঙ্দব, অতিয়াগি অৱাংবদ লৈব অথোইব লাই, নোংলেল্ লৈরোল্ অনীমন তৌগদব থবক্পু নোংদম্ নোংখাইরিব, ময়েক্ন লৈরোং শাবা, নিঙ্থিন খায়্রতুরয়ন নুমিৎ ১০০০ থোকপগুম মৈরাগ মান্নব নঙাল্ লৈব নঙ্গ নশানৌ লাইরেম্ম লাই পূন্নমক শোক্ল নিঙদবী (হঙ্গোইনবী) গন তম্পা লাইরেম্ম অথোইবা হায়না।

কোন্‌ফম্ লৈতক্‌পী, মান্‌ফম লৈয়েংপী, মালেম্ সনা লৈথম্ লেন্‌পী লৈরোল লৈমা লৈহিং কোনপী লৈশূক লৈশোই খোনপী খমব্রাই য়াংব্র ইনু কোক্‌চা লৈরেলনু হুম্পু নারেংশূপী চিঙজু লাইমৈ হুইনা তাইপঙ্ ঙম্‌লোই শূপীকা উন্‌পী পূক্লিঙ শুমপাতা খাইয়ী লাইয়ী য়াৎনা লিন্‌ফু লৈচঙ ওইপী শেক্লিঙ্ হাওশম শাপী লিনফু খুংশাফুপাতা নানম্ শিঙ্‌নম খাঙ হুমরোনকি তোন্‌নৌ য়াইপী লীহৌনানা নুংনাং কাউখঙ্ কোনপু কোরও নোংখোয় মতোল্ লোম্‌না লোংলী সাইরোঙ্ মরুকুম মতুমমা অতূ হুইপী য়োয়্‌পু মঙাল অরাপানা খোইমোম লাইশক মপুঙ্‌ফানা মালেম্ লৈশেমপী য়োয়্‌পু নঙাল্ অরাপানা নরী শুঙথম লীক্লা হুনকুম্পানা খোইমোম্ লাই, নমু পোং থব্রায়্ অচৎ- চৎতা অরেপ্ অপকমা পূম্নমকি চেংলও শক্‌থোং ওইনা তাইপঙ্ কোযচানারক্‌না লাইখায়্ তানারিপী, চিঙজু লাই শিতাপাপু পুক্লিঙ নিঙ্‌শিংনানা তেঙ্‌পাং পাঙকল

---

হৌরক্‌পদগি কৌনবী, হওরক্‌পগি মবমন তক্লবদগি হায়বদি চিংনবদগি থোক্তন ওইখিবী মীন য়েংনফম ওইব লৈপাক্ মফম ওইবী, তাইবঙ পানব অসিবু নিঙ্‌থিন থমলিবী, লৈরোল পূম্নমক্‌কি লৈপাক্ অহিংববু কোললিবী, লৈনুংদ লৈব তীল- কাঙ্ পুম্নমকপু য়োক্‌লিবী, মখোয় পূম্নমকপু পাক্লগ য়োক্‌লিবী লৈরোন্‌নু কৌই অদুগ ঈবেম্ম নহাক্‌তি তাইবঙ্ পান্‌বগি জীব পূম্নমক্‌কি অশি অনা নোংদম্‌বীনি। নহাক্‌তি লাইগি মমৈ ওইন তাইবঙ্ থব্রায়্‌গি অরোইব পূক্লিঙ শেন্নমবীগ পূক্লিঙ্ অঙক্ চঙন খা- ব্রাং চংনদুন ফিভম্ তাখিব লৈপাক্‌কি লৈচঙ্ লেনফু ওইবী অরোইব মনিঙ্‌ন হাওশম্‌গুম হাইথব মরুম খুং মান্‌বদ নাপী- শিঙ্‌বী হওহন্‌দন লৈপাক্ মবোল্ অদুগি থব্রায়্ ওইব অনৌব ময়োল্ চোংহনদুন নোংদোল লৈপাক্‌পু শেম্ব মতোল লোম্‌দুন সাইরোঙ্ মবীদগি কাপ্‌থোক্লক্‌প সাইরোঙ্ মরুগুম্ন চোংথোলক্‌পী ঈবেম্ম নহাক্‌কি নঙাল্ অবাবন লাইগি মপুঙ ফাব মশক্ ওইদুন লৈপাক্ শেমবী, নহাক্‌কি নঙাল্ অবাব হাযবদি নতিক নগুণন নঙোন্দগি থোক্লখিব লীক্লান হুন্‌গৎপগুমন লাই, মী, থব্রায়্ পান্‌ব অচৎপ চত্তব, অরেপ্‌প পূম্নমক্‌কি মশক ওইন তাইবং পান্‌ব অসি য়োক্ললক্তন

ওইনপী, থমোই লৈরেংনা, লৈনুংশি থম্পাল্ পীপুক্ নুংতা ব্নুন্পী নিঙ্শিঙ্ তাংথৎ নাইতানা থমোই লাইমিৎ ওইনাপী মূক্মু লৈতোল্ তোংপী, লাংপল্ খোইরেল হীকুম তাংথৎ নাইতাপী হুম্পূ নারেঙ্ শুপী লৈকি মথং লেংপীকা নোংকি মথং লেংপীকা চিন্তাই নাতৈ শমচিন্নাপাতা শুম্তিল লাইকোয় য়ায়্তা লাংনা থৱায্ লাংওন্নাপা ব্নুমিৎ তোন্তাং তাংশোইবেল্ হুন্কুম্না অপোক্ চাতা লাইহুই য়েন্পী য়োপু লাইনামুং নামুংপী ময়েঙ্কি তেংথানাবক্পী তম্পা চেংলও শক্নাইতা খোইমোম্ লাই অপক্মা পূম্নমকি মঙাল্ অরাপানা চেংলও শক্থোং ওইনাপী তম্পা নঙাল্ অবাপানা খোইমোম্ লাইশক ওইনা ৱারীনারিপী, পাঙ্কল নথৌ লৈপী, খুৎশূ নথৌ হেনপী, খুৎশং কানে ওইপী থৱায্ অপক্মা পূম্নমকি নিঙ্শিং নুংঙাইনপী ময়েক্ নাথিল্ ওইপী, নামুংপী থাবা নোত্রেঙ্ তোংপী শাগও পাঙ্কল্ থেক্পী, পাঙ্কল্ ঙমখৈ লৈতাপী খোইমোম্

---

ফিবেপ্ খঙ্হান্খিবী, শিদব লাইবু নিঙ্শিংদুন নতেং পাংনবা পাঙ্গল্ ওইবী, থম্মোইগ থম্মোইগ লৈ লেংবগুম্ মবী থম্লগ লৈনম নুংশিবব থম্বাল্ মনম্ন পূক্নিঙগি অকাউবা লৈহন্দন থম্মোইদ চিংথদন নিঙ্শিংহল্লগ মক্তুব লাইগী পূক্নিঙ্গুম্ ওইদুন মীওইবগি লৈযেংদ ফম্লিবী ৱা ঙাঙগোল্লুক্পদ লাংবল্ থাগি খোইহী হৈবগুম্ মবী তত্তবী লাইবিক্ লৈম লৈপাক্ মবোল্ মবোল্ লেংন শেম্বীগ নোংথৌ লৈপাক্ মবোল্ মবোল্ লেংবীগ অনীগি নাতৈ অনী শম্জিন্নবদ শম্নবগি ময়ায়দ লেঙ্দন লৈদুন, থৱায্ন মগং মথং পোল্লুক্পদ উমিৎ অচৌব শোইনৌ চোংবগুমন মচামশূ মথং মথং পোক্হন্বী লাইগি মনুংদ লাই পূম্নমক্তগি অথোইবী মকোক ওইবীনি হায্ন হৌবদগি মশিঙ্ থাবক্পীনি। তম্পা নঙ্দি নশক্ নওঙ নাইদবী লাই পূম্নমক্কি মঙাল অবাবন নশক্ ওইনবী, অদুগ তম্পা নঙ্গি নঙাল অরাবন লাই পূম্নমক্কি মশক্নি হায়নবিবীনি। তমপা নঙ্দি নথৌনা নপাঙ্গল্ লৈবীনি, মথৌ হেন্ব হায়বদি যাম্ন থৌব খূৎলাই পাইবী, নখূৎ শংদবন কা হেনবীনি। থৱায্ পান্ব পূম্নমক্ন নহাক্পু শোন্বদ নুংঙাইনবিবী, লাইবিক্কি মশক্ ওইবীনি। নহাক্তি হৌনদব শান শাদোং

লাইকি য়েক্লপা পাঙকল্ ময়েং তানা নোইহৎপী, হুয়েল্ লাল্লৈমা লাল্শোক্ মৈরা থাউমৈ থানকুম্পী লালনা নিঙ্থিপী, লাল্ফম্ য়াইফা থোইপী, লাল্ফম্ চয়্- য়ৈ কম্থোক্পপু খাঙ্ফাতাপী, মালেম্ য়িখাইরক্পা কোরও নোংলী থুখায়্রক্পা পূক্লিঙ্ হুইপু তিংখং শৌরাপা, খোইমোম্ লাইরূপ্ তান্থোক্পা নমু খোঙ্লূপ্ মাঙ্হনপাশিংপু য়োয়থা লেংথা শাথও থোইপী, তাঙ্চা শক্থোং ঈঙাংকা পান্পোম্ খূৎশূ মশিঙশু থাঙ্হাই নোংথাঙ্ কুপ্কুম্পপু পানতম্নপী টিমেল টাহুল শঙাইশেল্ পাইকূম্পী, পূক্লিঙ্ তিংখং শৌশাপাপূ মাঙ্হনপী, পাঙ্কল, নমাঙ্ খাঙ্ফতাপী, লাল্শোক্ মীথৌ শক্পী, খমতও লেপ্তম চোংকুম্পাপু লাল্ফম কুম্মৈ য়েংপী, তম্পা তাঙ্চা শম্পোক্তা, শম্লাং চোইকেন্তাপী, থীক্লেন্ থানাইতাপী ব্রুন্পী পুক্লিঙ্ শুম্না অনম্ মখৈ লৈতাপতা নাতোম্

---

ওইবী, শা থওবদ নপাঙ্গল্ থেক্পী, নপাঙ্গল্দ নপা লৈতবী, লাইগ য়েক্লব মী পূম্নমক্পু নোইহৎপী, লাল্গি মবেম্ম ওইদুন লান্ফম্দ থাউমৈ থান্বগুম্ নশক্ খঙ্নবী, নঙ্ন শোক্লব লাল্শোক্ ফজন উবী, লান্ফম্দ মায়্পাক্পতন মরু ওইবী, নঙ্গি চয়্থা কম্বন লান্ফমদ নমাঙ্দ খাঙ্ব ঙমদবীনি। অতিয়াগি নোং মরীবু থুগায়্দুন লৈপাক্ত ঈশিং চাইথবক্পগুম, তিংখংন থিন্বগুম্ মীগি পূক্লিঙ্দ শৌ শান নুংঙাইহন্দন লাইবু তানথোক্প অমসুং মীওইববু মাঙ্হন্ব কাঙ্বুবু নোইহৎনব হোৎনবদ নাক্- যেৎ হাইন শাথও কন্বী নমায্দ ঈঙাঙ্ কান শাউদুন নপাম্বোম্ খুদিঙ্দ খুৎলাই মশিঙ্ শুন পায্দুন নঙ্ন হাইবক্প থাঙন নোংথাঙ্ কুপ্পগুম্ থুবী, নঙ্ন হুনব টান শঙাইশেল্ পাইবুগুম্ থুন য়াঙ্ন চৎপী মীওইবগি পূক্লিঙ্দ লৈব থব্রায় নুংঙাইতব খিবিক কোক্হনবীনি। তম্পা নঙ্দি লান্ফম্দ যেক্লবন নমাঙ্দ লেপ্ঙম্দবী, অথৌব পূম্নমককি অথোইবী, লেপ্ থুম্ব পল্ চোংদুন শানবগুম্ব লাল্ফম্দ হায্বদি মায়্ লয়্নদুন শোক্লব লান্ফম্দ কুম্মৈ য়েংব হৈনবী নহাক্নি। তম্পা নঙ্দি পোক্ হওদবী হায়বদি ইনৌতা মনৌবী, নশম্ চোইন কেন্দবী হায়্বদি মফম চাদন নহাককি নতূ নমান্ন অরেম্বদ মাঙ্দবীনি, অদুগ নশক্ য়েংবদ নথিক থান নাইদবীনি। মীওইবন

ময়েঙ্তি তেংথানরক্পী মালেম্ লৈরৈতরিঙৈতা লাইচা তরঙ্ য়িপাক্থক্তা মীরেপ্ মোম্কাইপী পান্তম্কুম্না পরিং মরী তৎতনা তাম্থোঙ্ ময়ুং লম্থোঙ্ মফৈ ওন্বী পরিং লাংশঙ্ থাপী লাইচা য়িফম্ ওইপী, মালেম্ লৈপাক্ পোৎলুম খাঙপী, নোংথৌ পোৎলেন্ য়াপী, চিঙ্লেন্ পোৎলূম পুপী, খুনুং লাংপকোক্ চনু তম্পা লাইনামূং নঙ্না নশাপি লাই নামুং নামূংপা মরেঙ্কি তেংথারক্পা মালেম্ চনিঙ্ লৈখৈরোন্কি লৈকু খুংশাপাতা পাফনপা য়ুতাউরাই অয়াঙ্পা য়েল্লৈ থেন্পা লাইরেল্ তাউরোইনাই অঙৌপাকা তম্পা শক্থোং য়িঙাঙ্ কাপী নঙ্কা তুপী নাপিঙঙা পুনমাননা তমপা য়াইপী লীয়েৎনা চিঙঙু লাইরেল্ শিতাপা তোন্তও অঙৌপানা ঙাঙ্না লাই নামূং নামূংপীপু লীয়েৎনপাকি লাইরেল্ তাউরোয়্নাই শিতাপাকা থমোই হুংমোইনা মালং য়েৎতা লয়্মন্না, খম্কোল্ ওয়্তা লয়্শিন্মন্ননা তাইপঙ

ঙক্করব অমম্ব মতম্ ওইরিঙৈদ নতোম্মতন নগুণ্ খঙহন্বী, তাইবঙ্ পানব অসিদ লৈপাক লৈত্রিঙৈদ ঈশিং তরঙ্থক্ত মীওইব লেপ্হৌনবগি দমক পরিং মরী তত্তনা মী মরেক্ তাউবগুম ময়ুং মফেল শেম্দুন পরিং হুন্পী, ঈশিংন তুঙ্নফম ওইবী, তাইবঙ্ পান্বগি অব্বাব অরুম্ব খাঙ্লিবী, নোংদোন্দ থোকপ থবক্কি হায়বদি গ্রহ, নক্ষত্রনচিংবগি থবক্কি পোৎলুম্ য়ারিবী, চিঙ্গি অরুম্ব পুরিবী, দ্বাপুর কলিবু পোকপা মত[illegible] মচা হায়বদি যুগশিং অসিন লৈত্রিঙৈদগি লৈরক্কবী লাই পূম্নমককি অহৌবী তম্ফা লাইরেম্ম (তম্ফাগুম অতাঙ্বী) নঙন নশাবি লৈশেমঙৈদগি লাই মকোকনি হায়ন মগুণ শক্করব, লৈপাক্কি অরোইব খুং মওঙ্ মান্বদ লৈপাক ফাওব. তাউদুন য়াঙন চৎপ থেৎনব লৈরাং মাম্ব চিরেল লাংয়েল নাইব লাইরেল তাউরোইনাই অঙৌবগ তম্ফা লাইবেম্ম অথোইবী নমায়্ ঈঙাঙ্ কাবী নঙ্গ লাই অথোইব নবানিন অমত ওইন তিন্নদুন পূকচেল অমত ওইদূন অথোইব লাই শিদব মহাককি খোঙ্চৎ অয়ুংব মতোন্দ মচু ঙৌব লাইন লাইগি মরক্ত অথোইবী নঙ্গ লাতিন্নবগী লাইবেল্ তাউরোইনাই (মরোই

*হন্দককি তম্পা অসি পানথোইবীগি মমানি।*

নোংশা পান্তা খোইমোম্ তোয়্তও হৌনপা, খোইমোম্ কোরও অৱাংপী নঙ্পু তম্পা নপোক্ হাথহৌকে হায়পাকি য়োয়্পু তম্পা লাইনামুং নামুংপী তাইপঙ্ থৱায় পীমাপী খুনুং লম্চা চনু লৈনুং ফাইপী তেরা কোল্লাং লোয়্না শিন্পী লীহৌ খঙ্তাপী য়োয়্পু লাইনামুং অচিপী নঙ্না লাইরেল্ তাউরোইনাই অঙৌপাপু তুপী ঙাঙ্য়েক্ থোক্না তুপী শমল্ লীকিনানা তম্পা মান্ফম লৈয়েংপী, কোন্ফম লৈতক্পী, মালেম্ সনা লৈতম্ লেনপী, নঙ্না নমোম্ কোরও অৱাংপীপু য়িংঙেল্ নোংফাইতা নুমিৎ চয়্য়োন্তানা মাল্লৈ য়াঙ্পী নঙ্পু ফীফম্কুম য়াংতৌ হেক্মায়্ কানা চেংলৌ মিৎকূপ্ মরুম্পু নাউপুরপাতা তম্পা ৱাংঙম্ লোন পান্থোইপী নঙ্পু নুমিৎ লাপা হাকোক্না, লাইরেল্ লাপা হাথানানা তম্পা চাকোক্ অখেপী নঙ্পু নাউনৌবপাতা লাংপল্ চেঙকূম্ পান্তমকুম্ তোম্শাৎনা মালং য়াইপী কাওকুম্না নাউনৌরপাতা য়োয়্পু নাউৱা নখূঙৈ হয়্রাঙ্ চাবি নতম্ হৌরক্ঙৈ ৱাংঙম্ চেঙ্লৈ

---

মনাওগ লোয়্নন তাউদুন লৈব) পূক্লিঙ অমত ওইন যেৎত লয্রে লয্মিন্নন, ওয়্দ লয্লে লয্মিন্নন তাইবঙ্ পান্ব অসিদ লাই পূম্নমককি খোঙ্হৌফম্ ওইনব লাইরেম্ম অথোইবী নঙ্বু পোকহৌগে হায্বগি তম্ফা লাইরেম্ম অহেনবী (পাঙ্গল্ হেন্বী) তাইবঙ্ পান্ব জীবগি থৱায় পীনবী মমা ওইবী, মমাঙ্ঙৈ লৈশেম্ব মতম্দ মমা মপা লৈতবন লম্জা ওইবী লৈশেম্বদ য়াওরবী, খূনু খরঙ পাইবগুম্ য়াঙ্ন চৎপী নঙ্গি নপাঙ্গল্ অমসুঙ হওবক্ফম খঙ্দবী, লাইরেম্ম মবক্তগি অথোইবী নঙ্ন লাইবেল্ তাউরোইনাই অঙৌববু অঙাঙ্ব মচু ওলহন্দুন (মৈবী থোকহন্দুন) নগুণ লৈব লাই নখোয়্ অনীন পূক্চেল তিন্নখিবদগি তম্পা মাগি ফিভম্ লৈফম্ য়েংখিবী, অমসুঙ্ নহাক্কি লৈ- ওঙ্ (লৈপাক্ মওঙ্) য়েংন লৈপাক্ তক্থোকখিবা হায্বদি চিংথোকখিবী অদুগ লৈপাক্ অদুবু লেঙ্দনা থম্লিবীনি। নহাক্ন নমোম্ লাইরেম্ম অথোইবীবু পোক্খিবদি ইংঙেল্ থাগি নোং নংদব নুমিৎ অফবদ ফিবাক অনী তাইগুম্ লম্জাউদ লম্ওক্নবদ মখে লাংলুবদ মিৎকূপ মকুম্দং নাউপুবগ (মীবোল্লগ) তম্পা পান্থোইবীবু পোকখিবনি।

লয়্খাঙ তম্লক্তঁে ফেরেল্ চানা ফান্তম্লক্তঁেতা নপাম্চিঙনিকিতী লাইরেল চিঙ্তম্লম্ তমনিকিতী লাইরেল্ তম্, পাৎনিকিতী লাইরেল্ পাৎ, ঙানু তশেংখোং পাৎপু সৈওন্পী তম্পা নঙ্না কোরও নুমিৎমতী নতু মোংপা য়ুম্নিঙ তুং খোঙ্শিং নাপৌ থোঙ্লম্, কৌপারোন্পা চনু শংলওনাই য়েৱাল্লোই হূয়্কোয় পানতম্নু ময়ঙে খঙ, খয়োয়্রোন্ হেক্ঙাপু লিনকোয়্কি মথৌ কম্পোংপা নাউৱা থারাক পূঙ্কোয়্চল্, খোংকাল তোরোখোং পূক্নুং নাউখুম লাপু তমপা নঙনা চামলও লাপোং শেম, শংলো য়েন্পুন্ শায়েল্ লাঙপু লুথোং পুনা য়ংকোইরম্পী চেকায় লংপীয়াপু তড়েৎ শেন্পু শা, খম্নুং শিতানুপী য়াইথোঙ তংকান নুপী মখূৎথাপু নোইনু থুমকা ওইনপী পাউতোয়তমপী, কোরও নুমিৎমতী নতু মোংপা য়ুমলেল্ মাঙ্তা কোরও হূয়্মুরৈমা নুচেং য়াম্পী

---

হে তম্পা পান্থোইবী নঙ্দি নীপা ওইব নুমিৎ লাই অথোইবন মচা পেকপ গুম্নন নীপাগী চাপোক্ অখৈবী ওইন লাংবল্ থাগী মতোম্ত চোংব চেঙ্গূগুম নতোম্মত নুংশিৎ নোংলৈ অকন্বগি ঈথিন্গুম্ন চোংথোক্কুন পোক্লবদ ইবেম্ম নঙ্ন অঙাং ওইরিঙে, অদুগ তমখৎলক্পা হাযগুম্ন পীক্লিঙৈদ, লৈপাক্যকি লৈমমি তম্ব হৌরকঙৈ অমসূঙ ঈচেন্ন পুব ঈনাংন মফম চান লৈফম্ শেম্লক্ঙৈদ নপাগি মতমদগি য়েংদুন লাইদগি অরেম্ব চিঙ্, তমপাক্ পূন লাইগি লম্, লাইগি ঙানু তশেংখোং হায়ন কৌনবনি। নোংমদী পান্থোইবী নঙ্ন নপাম্গি মনিঙ্লোম্দ পৌরোল্ লোনব য়ুমগি মনিঙ্ হায়্বদি চঙ্নদব লম- কৌব্রু চিঙ্গি চিঙ্খোঙদ হওব এন্শাং ওইন থোংনব হূয়্ খোঙগি পান্দমগুম মশা কোয়্ব খূমন্ চনু হেক্ঙাই হুনপোক্প কম্বোংগুম্ নাউয়োম নুংদ লৈরিঙৈদ পোম্কংনদুন হায়্বদি মী ওইদন শিরগ ওইখিব খোংবান্দ হওব পান্খোক্লাবু লাপোৎ শেম্দুন, য়েন্শাং ওইন মপুল পুল্লগ নকোক্ত থোঙ্গৎতূন পুরম্বী লংদুন শাননব চেগায়বু শেল্ ওইনরম্ই। তম্পা নঙ্দি শিগদব মীবু পাউথেম্বী খম্নুং কিকোই লৌওন্বী তাইবঙ্পান্গি থৱায্বু ফারিবীন থাব হায়্বদি অশিবগুম্ লৈরব লৈথীবু থুম ওইন পীদুন পাউথেম্বীনি। নোংমন নপাম্গি য়ুম্জাউগি

শম্বোঙ ব্রাখায়চেং, খায়চেং অহন্পা চনু, নাশি চাউপা পূঙ্মায়রেম্পনা কাওচানাপী মরল উল্, কোরও হূয়্মূরৈমা নুচেং য়ামপী মব্রা ওই, মপল শম্বোঙ মোরিপা মরল উল, শুমায় হাতিংথৌ তিংথৌ তোললোঙপা, মোংপা লৈরাই লাম্থরী, লৈকৃ শেৎথরী, মালেম খোমশীরীপু তমপা নঙ্না তিংথৌ লাকা থৎনা কোলোয় তানকোই শানা ব্রাংঙম খুৎফাং লোয়্না পাউতোয় তমপী তিংথৌ তোল্লোঙ নাকা তৎনা, মচেঙ্ কাইরৈ খোঙকাও তম্পী তিংথৌ লাকা লোক্চানানা য়োয়পু খোঙপাক্ ফম্লোই তাল্ য়িপা য়িপু শলপু থোক্ও, চেঙমি ফৌকাক্ থোকও, লাংকোই শকোল্ শামু থোকও হায়না কাইরৈ লোৎ, তিংথৌ নাকা থূপচানানা য়াকাতমপী, তমপা মৈতেংঙ্ চনু ব্রাংকোল লাইরূরা অতেংপী, নয়ুম শেল্লোয় লংমাই কাং, চিঙশাং কাংলীনাই, য়িরোক পাফল কাং, মোইনা তামূন কাংপু চিঙচানা কাংচাই থৌ, ফেনতিন শোনচানা পাঙথং কাংচাইনানা পাউতোয়তমপী

---

মমাঙ্দ হায়্র্বদি নোংপোক্লোম্দ শম্বোঙ্ ব্রাখায়্চেং অহন্বগি মচানুপী য়ুম্নাই তোয়্বী লাইরেম্ম হূয়্মু লৈমবু লুহোংবদ লৈবাক্কি মায়্বোং ওইব (মকোক্ ওইব) নাশি চাউবন উল্লক্প, অউল পোৎ হূয়্মূ লৈমন শাউবদগি মপাবুং শম্বোঙ্ মরিবন উল্লক্প শূমাঙ্দ পোক্প মতোল্ লোঙ্ব তিংথৌ, য়ুমগি দাড়িদ লামথদুন মরী চৎপ লৈকু লৈরাইদ মরী হাইথব, লৈপাক্ লৈমায়্ শীন্ব থুংন চৎলিব তিংথৌবু থৎলগা, তম্পা, নঙ্ন খূদোপ্ শাদুন খুৎফাং থুংন শিরগ তোয়্ন পাউতম্ই।নঙ্ন তিংথৌ মতোল্ তৎপ ফাওব য়েল্ কাওনহললি। তিংথৌ মনা লোকলক্প হায়বদি ফংলক্পা অদুগি মশিঙ্গ চানব খোঙ্পাক মফম্ তাল্লগ ঈপা ঈপুগি হাওশম্ থোকউ, ফৌগাক্কি চেঙ্ থোকউ শগোল্ শামু থোক্উ হায়্ন য়েল্গ তিংথৌগ লোৎশিল্লগ মীয়াম্ তিন্ব মরক্ত য়াকারক্পীনি। মৈগুম্বগি নিংঙোল ব্রাংগোল্ শঙ্দ পোক্পদগি অথোইবী, নয়ুম্ শেল্লোয়্ লংমাইদ হওব কাংখিল, চিঙ্শাং থুংন মরী চৎপ কাং, ঈশিং চেন্ব লোক্লী থুংন মরী চৎপা কাং মচী কোন্ব শল্ মচীগুম্ মরী কোন্ব কাং, চিঙ্ থুংনব চাইথোকপন মথৌ ওইব, নাপ চীক্ল লোন্ন পাউ তম্বন মহী লাঙ্নব পাউতম্বী

থরো কাংতম ওননা তোয়তও হৌরকপী, তমপা চয়রৈ লেংহুম চাউ, ঙানপা লৈতোঙ লেপ্পী, নতা পুনপোই য়াম্না লৈকাই হেল্লোয় চঙপী, ৱাংঙম্ হিতেল্ নতারমতা উতী শমখোং শেং, চেঙহী ঙাইফা নীক, মোংপা ফিৱাং পল্লোলনা লাইচা য়িফু তাল য়িমু পাশানানা শান্তেং থোইপী, লৈরাই খুতিঙ হেমোইপী, হিতেল্ চংলৈ খুতিঙতা শানতেংপী তমপা হেকঙাই মীনুংওল্ নঙনা অচাউ লেপ ফারা শাংশূ লমঙমলক ৱাংঙম্ চয়রৈ নীক্তম্লক মাল্লও নাক্তম্ হৌরক্তৈত নপল ফুংকা নোংলুম পাল্, নতু য়াখোঙ্ চারেম্ পান্কি খূয়া ঈচোৎতা খুতোল নাহাইভানা মোংপা থাঙঙা নিংঙোল্কাতা তম্পা নতোম্ য়াতাহান্পী লৈমা লাইরোকলেনপী লাইরুম্ লাংপী, লাইরুম্চেংপী মেৎপী লাইপী, মানা য়াতারিঙৈ তম্পা চূপ্পু থোই ৱাংঙম্ লাইপুরাংনা নতু থাঙ্ঙা নিংঙোল্ কাতা য়োয়্পু নতোম কনা য়াওতানা য়াহীপ্পী তম্পা মৈপী হান্তোংপী, মৈরেল্ তোম্শাৎনপী নঙ্পু পোন্পী তূকুমপপু

---

কাংখিন্ন থরো ওন্দুনা চৎপগুম নপূক্ হোংলক্পী নফি লেংহুম্ নাইদুন, অহাঙ্ব মীন উব লৈতোঙ্দ লেক্কন্বী, নমান্নবগি ময়ুমদ কোয়্ফম্ যাম্বী, লৈকাই কোয়্ন চৎতূন ৱাচোই ঙাঙ্বী, নখোয়্গি হিদেল্ তাফম্দ উতীন শম্খোঙ শেংলগ চেঙ্হীন শম্দোল ফান ঈরুবী, নফি কিশি শেৎলগ ঈফু- নাদুন শাননবী, লৈরাই খুদিঙ্দ নকে শেম্বী, হীদেল্ খুদিঙ্দ ঈরুবী, নঙ্ন নো ক্পদ মীওইবগি পূক্নিঙ্ হোংহনবী তম্পা নঙ্ন পুংকক্ চাউবক্লদুন নথৌ তৌব ঙম্লক্লব নফি ফিদোম্ শেৎনিঙ্ শেৎমাঙ্ তৌরকলব ইনফি নাক্ত যেপ্প হৌরক্লবদ নপাগি শাগৈগি মপাল্ অমসুং নবুংশিংগি মপান্ন য়াবদ ননিঙ্ হৌবক্লবদ, নি [illegible] নঙ্গি নিংঙোল্ কাদ ননিঙ্ নখা তৌনা ফম্মুং তোংঙান্ন থাব অহান্বী, লৈম লাইরোক্ লেম্বী, লাইরুম্ লাংবী, লাইকম্ চোংবী মেৎপী লাইবী কৌবীন হিপ্ত্রিক কা, নবুং নপৱাগি নিংঙোল কাদ তম্পা নহাক্ন কনা অমত য়াওদন ননিঙ্ নখা তৌন যাহিপ্পী, তম্পা নঙ্দি অহানবী মৈগি মপীদ তোংলম্বী হায়্বদি মৈবীগুম্ মগুণ লৈব শাগৈদ পোক্পী, অথোইব মৈগুম্ হায়্বদি নতীক্ নগুণ চাউন নতোম্ত পোক্চবী তমপা নঙবু উচেক্ন চিল্লোক্নবগুম্ মায়যোক্নন

হান্‌ন চিন্‌কোয়্‌ চূনারাবা ব্রাংঙম হয়্‌না নউ কল্‌লপা, পামেল্‌ উরাই হকলপা, য়ুমচীন কাক্‌ফৈ থারপা, শিঙ্‌লেল্‌ খয়োম্‌ শানা লৈরাং য়োয়্‌থোল্‌লপপু পাচা থৌথিংলাপা শেনকু হান্‌না নানমলাপতি কনানো।

## ২। নিংথৌ শাপাইপা

হাওরৈ নোংচূপ লা পাংপারম্‌কি মমা পিতিংকোয়্‌ লাম্‌পি চা, নিংথৌ শাপাইপা লৈমোল চাকোয়্‌ উথাপা, লমপাল্‌ উরিংপা উমায়্‌কোন নিঙ্‌থিপা, উকোন্‌তোংশাপা, লম্‌পাল্‌ খোইরুংপা থোইচু লৈমোল্‌ পান, লৈমোম্‌ চাকোয়্‌ পানপু য়াংলৌ লওচোন পান্‌পু শৈওন্‌পা, লম্‌লেন্‌ নূঙ্‌কাপা পোংনাউথীপু তান্‌না খল্‌লপা লম্‌তু থেংকোইরও, নাউতা অতেক্‌ অনৌশোয়্‌, হাওকাপ্‌ শাতা কৈতাল্‌ লম্‌ কৈ- কামুং চূঙশূকপা ফানপূঙ্‌ লম্‌লেল্‌ তোক্‌লেন তোক্‌ফম লৈনামুং ফৈনা লাম্‌না, ব্রাতেম্‌পাতা শংলা উথাপা পামেল্‌ উথাপা পীতিংকোয় লাম্‌পীচানা ব্রাহম্‌খিয়ে।

---

ব্রা ঙাঙ্‌নব হান্‌ব হায়জবদি নঙ্‌বু হায়রব হান্‌ব, অদুগ উরাই থাব হান্‌বগুম্‌ হায়দুনা থম্‌ব হুই থাদুন য়ুমজি অনী ফাবগুম্‌ শাগৈ অনী য়ানরবা কনাগুম্‌ বন হয়্‌- লৈ পুদুন, লাইদ খয়োম্‌ কৎপগুম্‌ কৎতুন হায়্‌জরগদব পুম্নমক্‌ থিংলব, শেল্‌ অদুগ কত্তুন মংকৎ হান্‌ন পীরবদি কনানো?

---

নোংচুপ্‌ মায়্‌কৈদ লৈব হাওকৈ খূনগি পিতিংকোয়্‌ লাম্‌বীন পোক্‌প নিংথৌ শাপাইবন হাল্লি। লম কোয়্‌ন চৎতুন উ থাবা মহাক্‌কি লম্‌দগি অরাপ্প লমদ উ লিংব, উকোল্‌ অদুগি নিংথিব মমায় মশা পুম্নমক্‌ য়েংলবসু ফজবা উকোল্‌ অদুন য়াইফরিব, লম্নক্ত খোই য়োক্‌প, অমোম্ব খোইজু মান্‌ব লৈ অকোয়ব লম্‌দ পান্‌ব লৈ চরোংবু লওফম য়ৌব লম্বীদ লৈব লমবু শৈ শক্লব, নুঙ্‌- কাব পোংনাউথীবু য়ৌনব শনদোক্‌ন লৈরীব অকোয়্‌ব লও অতেকপ অনৌব (ঙাতেক ঙানৌ) ফানব শোয়ফম, হাওকাপ শাদ কৈ তান্‌ব চৎনব লম্বী কৈকামুং নুঙশূকপবু ফানব মফম তৌহৈদব মফমনি অথোইব মতোককি লমনি হায়ন চঙনদবা তোকফম কৌব লম ফাওব ব্রায়েন্‌ব উপাল্‌ ব্রাতয়্‌ম্‌

লৈচোল্ হাওরাপা, পুঙক্রাই চামেল্ নোঙপা, মেলৈ চাহাঙ্পা মরৈকাই পূঙ্লেন্ য়াইকয়পা লৈমা, হুইয়াইখান্পী লৈকাই মপাল শাংতা য়াংকোইপা তয়্ম লৈচোল্ হাওরাপা নঙ্পু লাউ- ও, হয়্রাঙ খুত্তশূ, তাউচিঙ্ নাক্ত য়েপ্ খোইপু পোংয়োম্ শা, হয়কু পোংতম্ শেম্না তম্পা ৱাংঙম্লোন্ পান্থোইপী তুপী ঙাঙ্য়েক চনুপু মপল তুপী অঙ্নপা মতু লাইরেল্ অরেমপানা পাচা থৌথিংনাতাপী, শেনকু নানম্ নাতাপীপূ লৈয়ে, হায়্য়ে তয়ম্ নঙ্ন পাচা থৌথিংলু, শেনকু নানম্লুও। তম্পা হেকঙাই মীনুংওনপু লোল্য়ুম্ থৌথিংমানাসে লোনয়িম ৱাতেম্ মানাসে হায়রুও। তম্পা ৱাংঙম্লোন্কি তমক্পু য়াংফং খুন্ঙম্ থোংপু থোংলেন্ পান্পৈ শেম্না নোংহাম্ঙাম্কে। য়িমিঙ কাংথোল্ তরেৎথা য়িমাঙ্ কাং থোল্ ৭ থা, ঙানোয়্ খোংমা তৈ ঙাতেল্ খোংসু খোংমা শেম্না ঙাইখম্ঙাম্কে। য়াংলৌ লম্তাংশাংতা চয়রৈ ফিঙৌ খল্ চামলও

---

পাল্ থাব পীতিংকোয় লামবী চান হাযখি, হে তয়ম (ঈবোয় ঈনাই) লৈচোল্ হাওববা কৌব- ও, পূঙগ্রাই চামেল্ নেঙব, মেলৈ চাহোঙবগি লৈকাইদ লৈবী য়াইকয়্ লৈমা হুইয়াইখনবী লৈকাইগী লমশাং কোন্ন লাং গোল্লিব লৈচোল্ হাওরাবা নঙ্বু লাউও, ফজব হয়্শক্ খল্, নিঙ্থিব হয়্ন ময়ায়্দ থম্ন অথেলপোৎ শেমদুন নূপী হায়্বগি হওনব হয়্লৈ পুদুনা অঙাঙবন লৈতেংব মগুণ লৈব নীপাগি মচানুপী তম্পা পান্থোইবী কৌবী অচৌবী মপান, মগুণ লৈব মবুং মপাৱান মনিঙ্ তৌন থম্লিবী কনানসু হায়জ চৎচ তৌদুনা হায়্না- শিঙনব লৈত্রিবী অমা লৈ হায়্ তয়ম্ নঙ্ন চৎতুন হওনব মংকৎ শেল্ পীদুন ঐাগ দমক্ হায়জদূন থিংলু। মৱা হায়ন মীগি মপুক্ ওলহনব ঙমবী তমপা অদু ঐখোয়দ লৈরগ ঈমূং মনুংগি অঙাংনুবী ৱারক ৱাতেমমিননসি, অদুগ কৈরোয়্ লৈকাইগি অৱা অনা ঙাকমিন্নসি হায়রুচৎলু। পানথোইবীন লাক্পদ লান্নবব মাবু লান্বদ য়াংফম খূন্বু ঙমখিব থোং অদু পামবৈনচিংব শেমদুন ঙাইরমগে। মাগিদমক্ত মনিঙ কাদ কাংথোল ৭ থা মমাঙ কাদ কাংথোল ৭ থারগ ঙানোয়্ য়োকপ খোং অমা ঙাতেল য়োকপ খোং অমা তোপ্ন শেম্লগ ঙাইরমগে। মান লাক্কদব লম্বী লমশাং

লম্কারোই, লোইমোম্ ফৌ কবোক তড়া মায়পানপীপু ফাম্না হুল্ শিঙ্চেপ্ মৈরা হায়চাউ থান্না থাঙ্লেন্ য়াউরোঙ্ ফান্না লম- ওক্ঙাম্কে হায়রুও হায়্না থৌশিখিয়ে, হায়্তাপারা? নিংথৌ শাপাইপাকি কোলোয় মতিন্মেন্কিপু মতাইরেম্ লৈচোল্ হাওরাপানা তম্পা সনা মখোঙ্ খাপু য়িনতাল্লক্লে। য়োয়্পু তম্পা ব্রাংঙম্লোন্ খাপী লেংনাউ মোমপীতি তেক্কা তেক্পা মথক্তা তেককা য়িশিং য়িফুপী নৌকা নৌপা মথক্তা থৌদু চেঙচা নূঙ্নন্পী নূঙ্নাং লৈকা ঙান্পী, থৌতূ নূঙ্মায় হেন্পী লাইচা মহীথেনতা তমপা মতোম শান্তেংঙামপাতা লমওক্লরুরে। তয়ম লৈচোল হাওরাপানা হয়রাঙ নাকতা য়েপ, তাউচিঙ খূত্ত শূ হীকোক লীক্শিরৈ কাইনৌ তেক্তেক্ পূঙফূরৈ, লৈরাং হিওল ব্রায়রওরিক পূনুং শাচয় লৈওল লৈপু লৈরাং পাশানরে হায়না কোলোয় য়াথং অথুমপনা লাংপল্ চিঙশাং খোইরেল হীকূম পাউনৌচারক্য়ে হায়না তমপা লাইরুরা অতেংপীপূ ফৈরা থোং শমলাং তোনকা নাননা পাওথেমপাপু

---

অসি ফিঙৌনা থাখল্ খল্লগ লাগ লোয়নন ফৌন পোকপ কবোক অঙৌবন লমশাং শিন থুংন চাইরগ, মৈরা চাউন থান্দুন থাঙ্টা থৌগল্ য়াওন লম্বীদ ওক্লমগে হায়রু হায়না থাখ্রে। নিংথৌ শাপাইবগি য়াথং পূদুন মনাই লৈচোল হাওরাবন তমপা পানথোইবী মখোঙ্দ চৎখ্রে। মাইবীগি মহুৎশিনবী তম্পা পানথোইবীদি মশানাম্বগি মথক্ত তোইন ঈশিংদ ঈরুজবী, তনৌ তনৌব মশাদ চেঙ্ চাব নূঙন নূবা নন্বী নূঙ্দ শাৎপ লৈগ নিঙথিমিন্নবী, নূঙপাক্ মথক্ত ফম্বদ লেমজবীন মহাক্ হিদেন্ মতা ফবদ তম্পা মতোমত ঈরুজবমব অদু থেংনরুরে। শাপাইবগি মনা লৈচোল্ হাওবাবন হয়্নচিংব হাযজবগি খূদোনপোৎ পূম্নমক পুরগ লীক্ ওইন শিনব হী- যাই পোক্প লৈ নৌন পোকপ কাঙ্বুগি মীহুল পীব লৈ, শিরব মীগি লাংওল ওইব লৈ, ইমাগি পীপূকনূংদ তাইবঙ্পাল্দ থোক্লক্পগি হি ওইনরকপ নাউয়োম ওইবী লৈরাংগ মান্নবী হায়দুনলাংবল্ থাগি খোইরেল খোইহীগুম অথুমব অনোনব ব্রাহয়্ন তম্পা পান্থোইপীবু মতম্পক্ত পমলগ মশম নানদুন মবুংঙোন হায়্জরকপ ব্রা অদূ তমজরে। মাদু তাবদ নূপী লক্তগি অথোইবী

য়োয়পূ নুংগ্নাম শাফাপী তমপা হেকঙায় মীনুং ওননা পাওখুমখিয়ে। শিঙলেন্ খয়োম শা মান্পী খূৎতপ্না মূকমূ লৈতোল কোন্না প্রুমখিয়ে। তমপা মৈপী হানতোংপী, মৈরেল তোমশাৎপা চনু- ও, নতাইরেম ঐপু নশাপি ননেম মচা য়িবুংঙো নিংথৌ শাপাইপানা থৌশিরকয়ে। পীতিংকোয় লামপীচা উমায় কোন নিঙথিপাপু চুকোয়রেং শাফাপানা তমপা হেকঙায় মীনুংওল নঙকীতমকপূ খুরায় ব্রায়রংপা য়াকা কোনপু কারকয়ে। ব্রাংখৈ কৈতুপা মমা য়াংনু কচেং ফাপীচা তাউজিঙ হয়থোম পোনপু থোললকয়ে। তমপা কোরও অব্রাংপী নঙকি তমকপু য়িমিঙ কাংথোল তরেৎ থা, য়িমাঙ কাংথোল তরেৎ থানা নোংহামলিয়ে। ঙানোয় খোংসুঙ খোংমাশেম, ঙাতেল খোংসু খোংমাতৈনা ঙাইখমলিয়ে। তমপা কোরও য়িনোংথৌ ও, ব্রাংঙম কোনখৈ অতামপী নঙপু লমপাল খোইরুং পালতা কোরও নোংমতপু কুম্লকলমলা- ও। মালং ফেনচি ওই, খমকোল নোংলৈ ওইনা লমওক্লাসে, নুংশি কোলোয় য়িতিলমেল, কোঙকোই য়িব্রারেপপু

---

মীগি পূক্রিঙ ওলহন্বী পান্থোইবীন খুমখি। খয়োম মওঙ্ মান্ন মখুৎ অনী লোন্নদুন অনোনব ব্রাহয়ন লৈচোল হাওরাবন খুকমখি। মৈবীগুমব- শেংলব শাগৈদ অথোইব মৈরিন মতোম ফাওরকপগুম মতোম্মত পোকপী হে তমপা ঈবেম্ম, ননাই ঐহাকপু ননেমন পোকপ নবুং ঈবুংঙো নিংথৌ শাপাইবন পাউখোল শীরকপনি। মমা য়াং থাঙ ফাবীগি মচা ব্রাংখৈ ৈ. তুবন মখোয়্গি হওনবী চেঙ্গ হয়্গ মোনচেপ শাদুন কৎপ অদুগুম পীজরকই। নোংমদোনগুম নগুণ চাউবী তমপা পানথোইবী নঙ্গি দমক্ত মমাঙ্ কাদ কাংথোল ৭ থা. মনিঙ্ কাদ কাংথোল ৭ থাদুন নোংলেন্নরি। ঙানোয্ য়োক্প খোং অমা. ঙাতেল য়োক্প খোংসু তোপন শেমদুন ঙাইজরি। নোংদোনগুম মপা লাকপ ঙমদবী, ঙমখৈ নাইদবী, ঐখোয়্গি নিংথৌ ওইবী তম্পা নহাকপু খোইরুগি মপু ওইব নিংথৌ শাপাইবগি লমদ নোংমত লাকপিয়ু নুংশিংন হুমবগি মনিল ওইন ওইরবসু অতিয়াদ কোয়ন চৎলিব নোংশিংকি নোংলৈ ওইন ওইরবসু ওক্লসি। মহাককি নুংশিব মপাউ খোল, অমসুং অরেপ্প মব্রা হায্ পুম্নমক ঙাঙনসি হায়রকই। মীগী দমক নূরা কাদ্রিবী

পাউমেননাসে। তমপা মীৎবা কাতাপী, ৰাংঙম মীশেনকোয তোংতাবপী নঙপু চোমলাং কাওপী ননাশি নুংওনপপু ললহোংনাখিব- ও। নুবা খুতে মাযতৈনা নুংওল পূকতিননাসে। উবেপ চাবা ওইনা লোলযুম ৰাতেমলা- ও। লোলযুম থৌথিংলা- ও। নপল তুপি অঙন পাপু শালতাকতা, নতু লাইবেল্ অবেম্পাপু শালতাকতবিঙৈতা তমপা খূশা অতেংপী নঙপু পূক্লিঙ লীবোননা নুংশি যাৰা খোলথংনাসে। নুবা খূতে মাযতৈনা চোমলাং কাওপী ননাশি অনমপাপু লল্হোংনাসে। যাংলৌ লওচিনপান্তাপু তাবমলো। পামুপাকি ফম্লাংচান, নোংযায যাওশোল চিল্লৈপু থেৎমানাসে, যূচোল্ চোন্চু পাচু লৈ, তকোং চিঙ্যায নম্নালৈ, শঙাই লামপী হীওঙ্চিঙ কাঙ্পী শাচেল্ লৈপু লৈবাং হেক্মায কামিননাসে। পাখং অতেংপা লূহেল্লৈ কবাং হীকোক্ লীক্শিবৈ কাইনৌ তেক্ তেক্

---

হাযবদি নযুমপানদুন মীগিদমক পূকচেল মর্ক্ত্রিবী, অমসুং যুম পানবগি হওনব অতোপ্প মীবু উনবদ নপূকত হঙ্গোইব, ইকাইব ফংদ্রিবী ঈবেম্ম নঙ্বু ননাদ চিন্ব লৈ নাচোম অমন্ব অদু হোংজগে। নিংঙোল্ নঙ্ন নমায্ তৈথোক্লব খূদৈন মমায্ তৈথোক্চদুন অমত ওইন পুক্চেল খোউজেল্ তিন্নন লৈমিন্নসি মযুমগি লেংদবী মবেম্ম ওইদুন বাবক্- ৰাতেম্দুন পানবীবো, যূম্গি মবেম্ম ওইবিযু। অচৌব মগুন্ন লেম্লব নপা ঈবুংঙো, লাই অথোইব ওইবগি লেম্জবব নবুংশিংদ তাকত্রিঙৈদ খূৎশেম্গি মনূংদ ফংজবগি ঙমখৈ লৈতবা নঙ্বু পুক্লিঙ্ অমত ওইন নুংশি- নুংওনগি বা তেংথোকনসি। নিংঙোল্ নঙ্গি নফিন মায্ তানদুন ননাদ চিনব অমন্ব লৈ নাচোম্ হোংজগে। লওচিন্পার্নাগ লম্বীদ লৈবম্মু। নুংশিবন পামজব মফমদ অহিং নোংযায্ অথেঙ্বদ যাওজনবদ (চাবদ) হাযবদি চিল্লূবদ পাঙ্গল মযেং তানব লৈবু চিনমিন্নসি। মতর্মাগ মতুং ইনন চাউবকপা মাযোক্লবদ চুনব হায্বদি মপা চানব হৈ, মাবু নন্নকব্দগি পাঙ্গল মযেং তানব মযাযদ লৈব লৈ, শঙাই লাবগি হীগী মওঙ মানব চিঙ, ঈশাগ চেন্নবকপ লৈবু লৈবাং মশেল্ মথোই কান শান্নহনসি। অকেব পাংখংগি লেমজনব কোক্ত থেৎপা লৈ, কবাং চিঙদ থোকপ হী, লীক ওইন শিনব লৈ ইন্খৎলকপ হকচাংগী চাওখৎপ খঙহনব

পূঙ্ ফুরে, লৈরাং হীওল, ব্রায়রঙ রীক্, পূনুং শোচয় হীওল্ লৈপ্ লৈরাং পাশানখিসে হায়না কোলোয় য়াথং অথুমমপানা লাংপল চিঙ্শাং খোইরেল্ হীকুম্ পাউনৌচারক্য়ে হায়না তম্পা লাইরূরা অতেংবীপূ ফৈরাতান্তা থোংনা শম্লাং তোন্কা নাননা ব্রাইহম্চারাপাতা য়োয়্পু নুয়াম্ শাফাপী, তম্পা হেক্মায় মীনুং ওন্না পাউখুম্খিয়ে। তয়ম্ লৈচোল্ হাওরপা- ও, নপুংঙো নিংথৌ শাপাইপানা তম্পা ঐকি তমক্পু থোংশাপতি করি থোংপু শাপানো হায়না পাউহংপাপূ, হোয়্তা তম্পা মীনুংওল্- ও, নঙ্কি তমক্পূ য়িপূংঙো নিংথৌ শাপাইপানা থোংশাপতি য়াংফং খূন্ঙম্ থোং শূঙ্লও কৈফে ফানাথোংপূ পামেল্ থোংখোঙ্ ওইয়ে, কোঙ্য়াঙ লেংফাই চল্, নাকলৌ পামপৈ শেম, লাইব্রা ফোপ্চল য়ৈ, উনি ং খাকোয় য়ান্না থোং শারিয়ে। য়াংলৌ লম্তাং শিংনা চয়রে ফিঙৌ খল্, পশোৎ লম্কারোই চাম্লও লাকা থা লোইমোম্ ফৌ কপোক্ তড়া মায়ঙৌপীপূ ফাম্না হূন্না মৈপূল্ হাইচাউ থান্, থাঙ্লেন্ য়ৌথাঙ ফালনা ব্রাংঙম্ কোন্খৈ অতামপী নঙ্পু নোংহামলিয়ে। তম্পা মৈপী হান্তোংপী নঙ্পু য়াংফং খুন্ঙম্

---

মহুলবূ চাং নাইহনবা লৈ, অশিবগি লাংওন ওইনব লৈ, পোকপদ লোযনবক্ লব হী হায়বদি নাউফম ওইব লৈবু লৈরাং মশেল শান্নসি হায়ন খোইহীগুম অথুমব ব্রাহয়ন পাওমেনজরকয়ে হায়ন শক্ফবী তম্পাবু মতম্পাক্ত পম্দুন মশম্ শমদোন্ লাল্লগ থেমজববু মীপুক্ হূপী শক্হেনবী তন্ গান খুম্লকই। হে তয়ম্ লৈচোল্ হাওরবও নবুংঙো নিংথৌ শাপাইবন তম্পা ঐগিদমক করি থোং শারিবগে হায়ন হংবদ খূমখি, হোয়দা, মীপূক্ হূপী তম্পাও ঈবূংঙো নিংথৌ শাপাঈবন নহাক্কিদমকত শাব থোংদি য়াংফংখুনবু ঙম্ন, শূঙ্লও ফৈবু শানব থোংবু উন থোংখোঙ্ ওইরগ ব্রান থোংপাক ওইদুন নাকল্ অনীমক্ত পাম্বৈ হাপই। লাইব্রান ফোপ্ ওইন শীরগ উনিং (ব্রাগি উতোং) য়ান্দুন শাব থোংনি লম্বী লম্শাং অপূম্ব ফিঙৌ- থাখল্ খল্লগ লাগি মথক্ত ফিঙৌ পরেং থাই ফৌদগি পোক্প কবোক্ অঙৌব ফানা চাইদুন মৈপূল্ মৈরা থাল্লগ থাংগি যৌগল্গ লোয়নন তম্পা নঙ্বু ঙাইজরি। মৈ মপী- গুম্ব শাগৈদ পোকপী তমপা ঈবেম্ম নঙবু য়াংফম খূন্

থোংপু লাল্লম্ ও য়াংলৌ লওচিল্ পানতাপু কুম্লম্লা- ও হায়না মান্পী খুৎতপ্নানা পাওথেমপপু তমপা মৈরেল্ তোম্শাৎপীনা পাওখুম্লকয়ে। তয়ম লৈচোল হাওরাপা- ও, নপুংঙো নিংথৌশা পাইপানা তমপা ঐকি তমকপু য়াংফং খুনঙম থোংপু কোঙ্য়াঙ্ লেংফাংচল্, মাউপী ফোপ চল্ৱয়ে, উনিংখাকোয় য়াননা লোকলৌ পান্পায় শেম্পতি তম্পা য়িতীক্ নত্তে। তেৎনৌনা থোংখোঙ্ ওই, কোরও নোংলুপান্ অঙৌপনা থোংপাক ওই, মালেম্ লৈসনা অঙাঙ্পানা থোংলেন্ পানপৈ শেমপাতুম তমপা য়িতীক্নে, ব্রাংঙম য়িপানে। য়িমাঙ্ কাংথোল্ তরেৎ থা য়িমিঙ কাংথোল তরেৎ থা, চয়রৈ থাখল্ খন্ন চাম্লও লমকাবোই পশোৎ ফিরাকথান লোইমোম ফৌ কপোক্ তড়া মায় পান্পীপু ফাম্না চাইনা থাঙলেন্ ফৈনা লাম্, চপ্ থাঙ য়ৌরোঙ্ ফাল্ মৈপুল্ হাইচাউ থান্না নোংহামপাসুঙ্ মাই, কতৌনাকো। লম্পাল্ খোইরুংপাল্ লৈরাং অতিংঙাতাপু কুমঙমলোইয়ে হায়্না লৈচোল্ হাওরাপাপূ ব্রাংঙম খুৎনাযিন থেংনা কোইনা ব্রারৎনাখিয়ে। তম্পা মৈপী হান্তোংপী- ও, নতাইরেম্ লৈচোল হাওরাপা, পুঙকরাইচা

---

ঙমব থোং অসি লাল্লো লাও, লৌচিল পান্গি লম্বী লমশাং লালো লাও হায়্ন মখুৎ অনী লোননদুন থেম্জববু নাইতোম শাৎপা মৈগুম মতোমত ঙানব মৈরিগুম্বী তম্পা পানথোইবীন খুম্লক্ই। তয়ুম লৈচোল্ হাওরাব- ও, নবুংঙো নিংথৌ শাপাইবন তম্পা ঐগিদমক শাবা য়াংফং খুন্ঙমথোংবু ব্রান য়াম্ফক্ হারগ মাউবীন ফোপ থাব উনিংন মখাদ কোয়না য়ানদুনা পামবৈ শেম্বদি তমপা ঐদি মতিক চাদে। য়োৎন থোংখোঙ ওইরগ লূপান থোংপাক ওইব, অঙাঙ্ব সনান পামবৈ ওইরবতদ তম্পা ঐগি ঈতিক চাবনি। মমাঙ্লোমদ কাংথোল ৭ থাব, মনিঙ্দ কাংথোল্ ৭ থাব মগক্ত থাখল খন্দুন লাগ লোযনন ফিঙৌ মরাক্ থুংন থারগ কবোক্ অঙৌবন ঙৌন চাইদুন থাঙ্শাং ফৈন লানদুন থাঙ অনী কাগুপ চপ্ন ফাম্ব (খন্ব), মৈরা চাউন থানদুন তম্পা ঐবু ঙাইরম্বনসু করি তৌনগনি, ঐ পাম্জদে। খোইরুব মহাককি অরেম্ব লম অদুদ চৎলোই হায়ন লৈচোল্ হাওরাববু পান্থোইবীন মখুৎন ইম্থোক্তন লৎনখি। হে তমপা মৈবীদ হান্ন তোংদুন

মেনোঙ্পা মেলৈ চাহোঙ্ পাকি কোলোয়্ মতিন্ মেন্পু নাচুংতাপী, য়াংফং খুনঙম্ থোংপু লান্তাপী তম্পা চুপ্পু থোই, ৱাংঙম লাইপু লাংনা ৱাঙন্পী তমপা মৈতেংঙু চনু ৱাংকোল্ লাইরুরা অতেংপী নঙপু য়োয়্পু সনা নখোঙ্খাতা য়িৱাক্মানা মান্পী খুৎতপ্ নানা পুরুম্চপনে

## পানথোইপী থাচবা

তম্পা মৈপী হান্তোংপী নঙ্পু হয়েং লোইতাম্ মনুং ওইবক্লাপাতা পোন্পী তুকুম্পাপু চিল্কোয়্ চল্লপা যিম্চিল্ কাক্ফৈ থাবপা, শূমায়্ উরোং খিন্ন তম্পা হৈনা নউ কল্লপা পামেল্ ৱুরাই হক্লাপাপূ লৈয়ে। তম্পা ৱাংঙমলোন্ মালেম্ লৈ লৈতরিঙৈকি লম্হওপী, য়িরেং পুপাল্ লোন্ খূতিঙ্তা লাল্লক্পী, খম্লাং পাপাল্ চোঙ্ খূতিঙ্তা ওঙ্লক্পী লাইচা মযেং তাতাপী, কোন্ফম্

---

লৈবন্বী- ও পুগ্রাইন পোক্প, মেন্নোঙ্ব মেলৈ চাহোংবগি মচানিপা ননাই লৈচোল্ হাওবাবন হাযজবদ ননাদু হাপ্তবী (থৌওইদবী), যাংফং খুনঙম্ থোংবু লান্দবী ননুং থোয্ন নরাই লোংন পান্বী হে পান্থোইবী মৈ নিংথৌগি নিংঙোল্ ৱাংগোল্শঙ্দ পোক্পী লাই নিংঙোল্ পূম্নমক্কি মবক্তগি অথোইবী নহাক্কি নখোঙ্খাদ ননাই ঈশৈ শকপ (লাইরিক ইব) ঐন ঈখুৎ অনী লোননদুন খুক্মজবি।

অহান্বদ মৈবীদ তোংলম্বী হে তম্পা, হয়েং নহাক্ন মনুং মতম্ ওইবক্লবদ নহাক্পু উচেক্কুম চিনন্দিননব, শাগৈ অনী য়াননব হাযজপোৎ ৱারোইপোৎ পূদুন শূমাঙ থন্ব মীয়ামদ উবোং খিন্বগুম খঙহন্দুন মখোযগিদমক কল্লবসু লৈবগনি। তাইবঙ্পান্ব অসিদ লৈবাক লৈত্রিঙৈদগি লৈবক্লবী হে ঈবেম্ম তম্পা ঈপা ঈপু হাক্থক খূদিঙদগি পাল্লকপী, মীবোল খূদিঙ্গি লাংওনবী নহাক্কি ঈশিং ময়েং তাদবন নশা ময়েং তাদবী নশক

য়িব্রাই ওঙ্তাপী, চিঙঙু য়াইপীরেল্ শিতাবী তম্পা সনা নখোঙ্কুল্ খোঙ্পূরোল্ লোল্য়াম্পাপু মার খোঙ্কুল লীনা তেংথাচরককে। তম্পা কোরও অব্রাংপী, নোংচুপ্ মৈরা পোংচেম্পী, নোংচুপ্ মচী নোংহুম শা, লংমাই লাম্পী চিঙচাউ শাপু লৈরক্ শারং য়ান্পী, খোংপাল্ শারং শীপী, শিঙ্নাং চোম্চাউ শূপী, কপাক্ য়েন্তঙ্ হাইপী চিঙঙাতা লাং থাক্পী, পিশুম্ত শাথওপী, নমপুলতা শারাউপী, তেৎনৌনা লাল্পল কোয়্খন্পী, শব্রানা সনানা পৌরোন্পী, খম্নুং তংকান নুপী, থোঙঙাক্ অশিথেল্, মকোই নুংওন্চিঙ্তা য়াইথোঙ্ চিঙ্লাং মৈতা নানম্পী, খাপী লেংনাউ মোম্পী, মালেম্ লৈমায় হন্পী তম্পা লৈহৌ- নোংহৌপী, ব্রাংঙম্ কোন্খৈ অতাম্পী- ও, নতাইরেম্ য়িব্রাক্মাপু য়িমাঙ্ লাংথাপিকুনো, য়িমিঙ্ শাথওপিকুনো, মনু য়াংপাপু লাক্মা কাহন্পিকুনো। মনূ মরুলূক্

---

নচু ওন্দবী থব্রায় শিদবী লাই ওইবী তম্পা নঙন তৌরকপ অয়ামব থৌবম্বু থৌফম খূদিঙ্গি মরম।থেদুন অরোইবা ব্রা খাকতন লীজরককে। নোংমদোনগুমন নগুণ চাউবী, নোংচুপ মায়কৈদ মৈরাগুম ঙাল্লিবী (ফাওরিবী), নোংচুপকি অহান্ব চিঙ, নোংহুম চিঙগ নোংমাইজিঙগি লাম্বী চিঙ্জাউগ অনীগি মরকপু লৈরক ওইন নশাবু লংন উৎপী, খোংবাল ওইন উৎপী শিঙনাং মপুল্ অচৌব পায়দুন থাঙ্ শাংন য়েন্দেম থবাম হাইবগুম তাইবঙ প'ন্ব জীবগি থব্রায় মাঙ্হনবী, চিঙঙাদ লাং থাক্লগ পিশুমদ শা থওদুন জীবফাবী, নম্বুল্দ শারাউ- লাল্লাউদূন হরাউবী, য়োৎন অকোয়বদ লাল্পল শাবগ সনান শোগি পৌরোল্ ওইবী, শিরমদাইগি কিকোই লৌওনবী শাদূন জীনগি থব্রায় পুথোক্পী, অশিব জীবাগ তিন্ফম ওইব থোঙঙা[illegible] তাইবঙ পানবগি ব্রাখল্ কাউদুন পূক্চেল্ ওন্নফম ওইব নুংওন্চিঙ্দ থব্রায় পূম্নমকন লান্নফম ওইবদ চিঙ্দ ফম্লিবী মাইবীগী মকোক্ ওইবী তাইব[illegible] নবপা লৈমায় ওইবদ অহানবী লৈপাক্ নোংথৌ অনিবু শেম্লক্পী নহাক্ল হওরকপাগি ঙমখৈ অথাপ্পী, হে তম্পা- ও, ননাই ঈশৈ শক্প ঐগি ঈমাঙ্দ লাংথাক্লগ ঈতূংদ শা- থওদুন পূক্লিঙ ঈফাই চল্হন্বিগনু হায়বদি অকাউবনা হায়্গদব হায়দন হায়রোইদব হায়্হনবিগনু। লাই ফত্তবন মরু লুক্প খোইনচিংব মহূ পান্ববু

খোইঙাল্ মমায় ওল্ খোইয়া মমায় লৈনা থৌখাম্পিও। তম্পা নতেংথাপু সৈথিচরক্কে। নমান্ নিংথৌ খাপা শোকচ্রোংপা কংলৈ লৈপাক্ মাপাকি, মতাইরেম্ ময়াঙ্ খোয়্তোঙ শন্ শেন্পা, খোয়্তোঙ্ খোংতা লেপ্পানা মশল্ ঙাঙপা ফৈ তাঙ্পা, ঙৌপা লাইতোঙপাকা মান্পী লীকাথু, কাওরেল্ লীকা লৌনা অৱাং লাইন পংপারম্ লানশু চিঙ্ নামুং ৱাংতৈ হামেঙ্ ঙম্ খোইমোম্ লাইচী শোক্, তন্পা মুক্ যতম্ থেল্, থাঙঙা বুরাল্ চিঙ্ শিঙ্চঙ্ হাইপীলান চাংতোল্ য়ুয়ুম পোক্, লুৱাং হয়নিঙ্ চংনিঙ শোয়্ নুংপাল্ তেৎনা মীহি মোম্ লুৱাং কালৈচাপা কাঙনিঙ্ পাম্পা মশোয়্ খম্ লাইকম্ শোয়্ কাইপী নোংমল্ ৱাই য়োয়্ময়ায় তাউতন্পা য়াউৱা মপাউ চাউনাচিঙ্, মুৱা লোক্লেন্ কোল্, ঙাংচেং মম্বী রোক্তা লাংপল্ কাওরেল্ শন্শেন্পা কাইপী শল্ ঙাক্পত্ৰা তম্পা ৱাংঙম্ লোন্- ও, নতু লাই পাখং তরেৎ মনা নমান্ নিংথৌ কংলৈ লৈপাক্ মাপাকি মশল ঙাঙ্পা ফৈতাঙ্পা ঙৌপা লাইতোঙপাপু মিৎয়েং শানখৈরা চেংলও মিৎথিৎলাপাকি খোইমোম লাইরেম্মা নঙ্না লোন্না লোন্না ঙাঙ্নখিয়ে।

---

খাম্গুম অশোয় অঙাম পূন্নমক খামবিয়ু। তম্পা নহাককি নগুণবু মথং শিৎন থাদুন শক্চরক্কে। লৈবাককি মপু ওইবী নকু নিংথৌ খাব শোক্চ্রোংবগি মনাই ময়াঙ্ খোয়্দোঙ্ শন্শেনবগ খোয়দোঙ্ থোংদ লেপ্পগ অনীন মশল অঙাঙব মফৈ তাঙ্বগ অঙৌব মরাইবক্ তোঙবগ অনীবু থওরীন পুন্নগ অৱাং মায়কৈদ লৈব কাহৈদব লানশুচিঙ্ হামেঙ্ ঙমব ঙাঙতৈ চিঙ্, নীপা ময়ামন মুক্র তম্নব মফম, লাইচীশোক, থাঙঙা শাগেগি উরাল চিঙ্গি শিঙজঙ হাইব য়াদব উয়ুম পোকপ লূৱাংগি হয়্নিঙ চঙনিঙব শোয়্, লুৱাং তেৎন মীহিমোম কালৈ চাব কাঙ্নিঙ পামবগি অরোইব শোয়ফম লাইকম্ শোয় কাইব মীন শিখিব মফম অদু য়ৌবদ নুমিৎনমৈশা কম্ব, মুৱা নিংথৌগি লোক্ন কোনব অঙানবন মমথরকপদ মম্ব মম্বীলোক্ত লাংবল্ থাদ শল্ শেল্লিডৈদ হে নিংথৌগি মচা ইবেম্ম তমপা- ও নবুং লাইরেল পাখং তরেৎমন নকু নিংথৌ অকংব লৈবাক্কি মপূ খাব শোকচ্রোংবগি মশল অঙাঙব ফৈতাঙবগ ঙৌব লাইতোঙবগ অনীবু উবদ লাইরেম্ম নঙন লোন্ন লোন্ন ঙাঙনখিবগিদমক

অতু নোংকিপু ঙাঙ্না মম্পীরোক্- ও তৌনা কৌয়ে। নতু লাই পাখং তরেৎমানা কাওরেল্ মচি কয়া কুইপানো হায়না খীক্লোয়্ তাংমা থেক্লা কাওরেল মচী তম্নারে। অতু নোংকিপু খোইমোম্ লাইচীশোক্ তন্পা মুক্তম্ থেন্- ও তৌনা কৌয়ে। নতু চিঙজু লাই পাখং তরেৎমানা পাওমেন্খিয়ে। ময়াঙ্ খোয়্তোঙ্ শনশেন্পা, খোয়তোঙ্ থোংতা লেপ্লা- ও, নশল্ ঙাঙ্পা ফৈতাঙ্পা ভৌপা লাইতোঙ্পাপুতি লোক্লৈরোক্ত চঙখিয়ে, পুলৈরোক্ত চঙখিয়ে, পুলৈরোক্ত চঙখিরে হায়্না পাওমেনপাপু ময়াঙ্ খোয়তোঙ্ শন্শেনপা খোয়্তোঙ্ থোংতা প্লেপনা পাওমেল্লক্য়ে। তুপী অঙনবা, লাইরেল্ অরেম্পীশিং- ও, ঐতি লিচয়্ লৈতে হোইফরোই, কোঙ্কোই লৈতে লীথুফরোই। নমোম্ তম্পা ব্বাংঙম্লোল পাচা থৌথিংনাতাপী শেনকু নান্মনতাপীপু লৈপানে। নমোম্ তুপী চিঙ্লাই লৈমকি তমক্পু কাওরেল্ অনী শল্ফাং হোই, মান্পী শল্য়াম্ চিংনা নতাইরেম্ য়িতিঙঙানা শূমায়্ হাননা ব্বুরোংখিল য়ুম্চিল কাক্ফৈ থারপানে হায়না পাউখুমখিরে। চিঙজু লাই পাখং তরেৎমানা তয়ুম্ খোয়তোঙ শন

---

মফম অদুবু ঙাঙন মশ্বীরোক কৌই। নবুং লাই পাখং তরেৎমন অথোইব শল্ কাও অদুগি মচী কয়া শাংবগে হায়ন খিকলোয় মতাং অমা থেক্লগ তমলমই হায়বগি লাইচীশোক্ তন্ব মুক্তম থেল কৌই। নবুং লাইপাখং তরেৎমন হায়খিয়ে, হে ময়াঙ্ খোয়্দোঙ্ শল্শেন্ব, খোয়্দোঙ থোংদা লেপ্ল- ও নঙ্গি নশল্ অঙাঙবা মফৈ তাংবা অঙৌবা মরাই তোঙবদি লোক্লৈ পুলৈ হওব লোক্ত চঙ্ম্রে হায়না পাউ তমলবদ ময়াঙ খোয়দোঙ শন্শেন্ব, খোয়দোঙ থোংদ লেপ্ল অনীন খুমলকই। নতীক নগুণ চাউব অথোইব লাই পুম্নমক, ঐখোয়গি লীচয়্ লৈজদবন শল্ হোইব য়াদে, থওরী লৈতবন শশিং অসীবু পূনব ঙমদে। মীঙোন্দ থাজদ্রিবী, হওনবী সেনন মনকৎ পীদুন মখোয়গি হায়ন কনা অমন ব্বারোইপোৎ পুদ্রিবী নচল ঈবেম্ম তমপা লৈরি। নচল্ ঈবেম্ম চিঙগুম চাউবা লাইরেম্মগিদমক ননাই ঐখোয়ন শল্ লাব পোৎমা অসিগ শশ্বী ময়ামগ চিংলগ মন্কৎ হান্ন কৎতুন ঐখোয়গিদমক কনজরবনি হায়ন খুমখি। নবুং লাই পাখং তরেৎমন হায়খি, হে তয়ম খোয়দোঙ শন

শেন্পাও মবুঙো খাপা শোক্চ্রোংপা কংলৈ লৈপাক্ মাপাতা হায়রু ও, য়িমোম তম্পা ব্রাঙম্ লোন্কি তমক্পু য়িপল্ লাইরেল্ তাউরোইনাইতা হয়্রাঙ্ক য়োয়্থোল্লা- ও, তাউচিঙ্ নাক্তয়েপ্ লৈরাং খয়োম্ শানা য়োয়্নারা- ও। য়িমা খোইমোম্ লাইনামুংপী মালেম্ তম্পাক্ লৈরেল হন্পীতা খোইপু পোৎয়োম্ শা, হয়্কু পোৎতম্ শেম্না য়াকার- ও। পাচা থৌথিংলো, শেলকু নানম্লা- ও হায়না পাওমেললাপাতা ময়াঙ্ খোয়্তোঙ্ শন্শেনপানা অচেল লোক্লৈ হওনা হল্ব্রাইরক্লে।

খাপা শোক্চ্রোংপা কংলৈ লৈপাক্ মাপা, য়োয়্রেল শঙনামুংপূ অশৈনপা, য়োয়রেল পোংনাউখা তাক্ঙনপাতা হায়রু ও, থোঙখুপা লৈরও শঙ নাচৌপা লৈচিংশঙ অতোঙ মোইপৃঙ লোক্পা, থোঙপু চাকোই ঙমপা য়াতাশঙ মুংতিং নানা শাইতাশঙ য়িমূম লাংনানা য়িমকুপ শঙ, লব্রায় চোংপারুক্লা তড়া চাওই শঙ পূনুং চেকায় পাক্না ব্রানথোং শঙ পোইরৈ শিঙপী তোননা খুন্খিল

---

শেনব- ও নবুংঙো খাব শোক্চোংব কংলৈ নিংথৌদ হায়্ক, ঈমোম তমপা ব্রাংঙম লোনগি দমক্ত ঈপা লাইগি নিংথৌ তাউরোইনাইদ হায়ন পুঙ্শান অমসুং লৈ ময়োম ওইন য়োমদন হায়জরো। ঈমা ঈবেম্মলাইরেম্ম অথোইবী অতেমব লৈপাক্কি মবেম্মদসু অথুম অহাউ য়োমদুন হয়্ লৈ- গ লোয়্নন চঙ্জরো। শাগৈ শলাই অমগি হওনবী থবক তৌদুন ম ৎ শেলকত্তুন নখোয়্গিনি হায়ব খঙনব তৌরো লাও হায়ন হায়্ববদ ময়াঙ্ খোয়দোঙ্ শন্শেনবন থুন য়াঙ্ন চেন্দুন হনগ্রে।

কংলৈ নিংথৌ খাব শোকচ্রোংব মাগি লৈফম্বু পন্দিতশিংন অথোইব শঙনি হায়ন কৌনব, পন্দিতশিংগি মরোয় মনাওন তাকপা কিনব মঙোন্দ হায়্রু। অশোম্ব পাঙ্দব মীন লৈহৌব তাকম্ব অথৌব মীতন মকোক ওইব শঙ অকন অকম্ব মমিং চৎপা মীবু ফাব শঙ্, কোয়ন চৎপা (লান চৎপ) অকন অকম্ব মীবু ঙমব মীন লৈব শঙ্, মুংতিং কৌব নাপীন শাই চেল্লগা ঈমোম লাংনান য়ুম কুপ্লা, কয়্- লোইন পুরুকপ চেঙন চিঞ্জাক ওইব শঙ্, কেগামদ চাক্ থোংব শঙ্, লমদগি নাপী শিঙ্বীনচিংবন খুন্ ওইন লিংব শঙ্ লালগি

শঙ, হুয়েল লালনিকিতি শিঙমিৎ লাংকম ফানা শঙ্ লাংকোই মরামপালোকনা শঙ, লাংকোই শরু তোংপা শিঙমিৎ কৌপা, লাংকোই শায়ায় তোংপা লায়েপ কৌপা, লাংকোই শানিঙ তোংপা লাখম কৌপাপু মোইমিৎ লৈচু শঙ, খূনপী নোংলৈ শংনা ফৈথিং শঙ্, লৈখাম্ তরৈ য়ান্না হেন্মোই শহ্ শরি নামুং অচেৎপ শোন্নাফম, পান্পা অথৌপাপু লুতু শঙ্, কৈরেল্ লূকেম্প শঙ্, য়োয়্রেল্ শঙ্য়াথী খাপা লৈরেল্ খৈ, মৈনম্ নোংচেন্পা, শায়ী লাৎ পুঙক্রা ইপা কারাৎ কৌপা অতে রাচা লৌখাম্পা, য়োয়্রেল্ সল্লাই তরেৎ তিন্পা শঙ্তা ব্রাঙন্পা, খাপা সোক্‌চ্রোংপা কংলৈ লৈপাক্ মাপা- ও, অসি কোরও নুমিৎমতা নতাইরেম্ ঐনা অবাং লাইশূ চিঙ্নামুং ঙাংচেং চিঙ্পুনশিং ঙাঙ্না মস্বীরোক্ত কাওবেল্ শন্শেললুপাপু তুপী অঙন্পা চা, চিঙঙ্ লাই পাখং তরেৎমানা মমোম্ লাইরেল্ অরেম্পা চনু খোইমোম্ লাইরুরা তরেৎমাকা ফিপুল্ ঙাইরাল্ হুন্না পাউ তোয়্নায়ে। মতু লাই পাখং তরেৎমানা হুল্লপাকা মমোম লাইরুবা তরেৎ মানা ওক্‌ঙাম্য়ে। লাইরুরানা হুল্লপাতি

---

ব্রা হায়রবসু শিঙ্মিৎ লাংকম্ ফাবা শঙ্, মরাম ঙমব শামূবু লোকনব (মুলক্রুব) শঙ্, শামু শকোক তোংব শিঙমিৎ কৌব, শামুগি শায়ায়দ তোংবন লায়েপ কৌব, অদুগ শামু শানিঙ্ তোংব লাখম অহুম্নব্ য়েংব মিৎ চুব শঙ, লৈবাক্ অসিবু হৌখিব নোংলৈশং কৌব মফমন (সুরুং) ফৈন থিংদুন ঙাকলিব, মনা মথিল ফংব অকন অথৌতন লৈতেংব শঙ, অচেৎপ অকম্ব ব্রাশক্পু শক্রুব মফম, অথৌব কৈন মরু কেম্দূন (মপাঙ্গল মযেংতাদুন) মাঙ্নবিব শঙ্, পন্দিততনতিনবশঙ্, খাব লৈরেল্খৈ, মৈনম নোংচেনব, শায়ীরাৎ পূঙ্গ্রাইব কারাৎ অতে রাজা অতে লৌ খাম্বনচিংব অথোইব মকোক্ ওইব শল্লাই ৭ তিন্ব শঙ্দ ব্রায়েল্লিব খাব শোকচ্রোংব নিংথৌ- ও ননাই ঐন ঙসি অব্রাং লাইশূ চিঙ্, ঙাংজেং চিঙ পুনিসিদ, ঙাঙ্ন মস্বীরোক্ত শল্ শেললুবদ অচৌব অথোইব লাইগি মচা লাই নীপা তরেৎকা, মচানুপী তবেৎকন ফিবুল অহাবি শান্নদুন ব্রারী শারমই। লাই পাখং তরেৎন হুন্বদ লাই নিংঙোল তরেৎন ওকই। লাই

লাই পাখংনা য়াঙাম্ য়ে। ফিপূল্ ঙাইরাল হূন্না পাউতোয়্নরিঙৈতা নশল্ ঙাঙ্পা ফৈতাঙ্পা, ঙৌপা লাইতোঙ্পাপূ চিঙঙু লাই পাখং তরেৎমানা খ্লোয়্ তাংমা থেক্না কাওরেল্ মচি ওল্, মান্পী মচি তম্না য়িরোক লাইচম্ নুংতা মাঙ্খিরে। কাওরেল্ অসিপূ হূন্না কোঙ্কোই থুফারোই, লাঙ্চল্ লীকা লৌফারোই। য়িমোম তম্পা ব্রাংঙম্লোনপু লৈয়ে। য়িপল্ তুপী অঙনপানা পাচ্চা থৌথিংনাতাপী ব্রাংকোল্ লাইরূরাকি তমক্পু কাওরেল্ অসিনা শেন্কু নানম্নারিপানো। তৌইকুম্ য়িপল্ লাইরেল্ অরেম্পাতা হয়্রাঙ্ য়োয়্থোললো, তাইচিঙ্ য়েন্পৎলো অসুম ব্রাহম্লক্য়ে হায়্না পাওমেন্লাপাত খাবা শেক্চ্রোংপানা পাউখূম্খিয়ে। তৌইকিতি য়িতাইরেম্ লোয়্য়ম্ হোংনেমপীচা মৈনম্ অতোন্পা অতে লৌখাম্পা- ও, নঙ্খোয়তি লূব্রাং হয়্নিঙ্ চংশোয় ফিপুল, ঙাইরাল্ চিঙ্তা অতোল্ ফম্থক্ চা শোক্পু চারারোয়্ শমূ লেংকন্পানা চানা চূপ্লেল্ খাকাথা, মৈপী য়ায়্গা চল্ মৈয়েং থক্কা থোংনা নাক্তাঙ্ শারোই হূন্খি ও। লৈরাং

---

লৈশাপীন হূন্ব ফিবুল লাই পাখংন য়াদুন ওকই। ফিবুন হূনদুন কবেম্নদুন শানারবঙৈদ ঈবুংঙোগী শল অঙাঙব ফৈতাঙব, অঙৌব লাই তোঙব অনীবু লাই পাখং তরেৎন খিকলোয় মতাং অমা থেক্লগ মচি অশাংব ওল্লুবদ ঈশিং লৈব লোক্নুংদ চেন্শিনখ্রগ মাঙখ্রে। মখোয়ন্ হায়রিবদি শল অসী কোঙ্গোই থুদুন থওরীন পুনব য়ারোই। ঐখোয়গি ঈচল্ ঈবেন্ম তম্প। লাইরেন্ম লৈ, মপা ঈবুংঙোন কনাগুম্ব অমগি দমকনি হায়দূন থাজত্রিবী ব্রাংগোল লিংদূন পোক্পী লাই লৈশাবী অথোইবীগি দমকপু ঈবুংঙোগি শল লাব অসিন মংকৎ ওইন কৎনরবনি। অদুম্নদি ওইরগ মগুণ চাউব ঈপা নিংথৌদ হয়্- লৈ কল্ন হায়্জবো হায়রকই। অসুমন তমলবদ খাব শোক্চ্রোংবন খুমলকই। তৌইগুমবসুঙ্ ঈতাইরেম লোয়য়ম হংনেমবীন পোক্ পা মৈনম অতোনব অতে লৌখামব- ও, নখোয়্দি লুব্রাং হয়নিঙ্ চংনিঙ্ লোয় ফিবুল ঙাইরাল চিঙদ চারা শোয়্ ফম্বগি মচা অতোনব মরেংবাল কন্ন শোক্পুন য়ুংব অথোইব চূপন মখা থংলগা মৈবা চিংনব পয়ান ময়ায়দ অদুগ মৈশুংন মথক্ত থম্নদুন মৈবা চিংলগা মৈ হৌনব পোংন নাক্ত য়েপ্পূনা চংলো। খুংত লৈরাং পাম্নদুন লৈতন

খুৎতা শূনা শিঙ্লেল খয়োম্ শানা তম্পা ব্রাংঙম্লোন্কি তমকপু পাচা থৌথিংলু। শেন্কু নানম্ লু- ও হায়্না থৌশিখিয়ে। মতাইরেম্ লোইয়ম্ হোংনেম্পী চা মৈনম অতোনপানা তম্পা সনা মখোঙ্খাপু ইন্তাল্লকলে। ব্রাংঙম কোন্খৈ অতাম্পী, য়োয়্পু সনা মখোঙ্ খাতা লোয়ম হোংনেম্পীচা লৈনম্ অতোন্পানা মাপী খুৎতপ্না মুক্মু লৈতোন্ কোন্ মালেম্ থৌরৈ লৈকা পায়্না প্রমচখিয়ে। নপল্ তুপী অঙনপানা তাউচিঙ্ মীহয়্ চাতা, য়ুমচিল, কাক্ফৈ থাতা শূমায়্ ব্রুরোং খিন্তারিয়ে হায়্পাকি তমক্পু নিংথৌ খাপা হোইতোন্ কোক্পনা মনু তেক্ঙা খাপা হোইতোন্ কোক্পম্ নিঙ্ঙোন্পীনা মপারি তরম্ খোইনুচাকিতমক্ তম্পা কোন্খৈ অতামপী নঙপু হোইথিরু- ও হায়না থৌশীরক্য়ে। হৈনা মরিল্ তত্তাপা শয়া মাপাল্ কুম্তাপা, শেনচাউ শম্চেৎ থোক্তপা তনতুম্ মায়্রেঙ্ হওতাপা শেন্পু লেংকা খন্না মল্হোল্লক্য়ে। নতাইরেম, খাপা হোইতোন্ কোক্পম্ পুম্ন হও য়াংপা পাক্না তানা তম্পা নঙ্কি তমক্পু

---

পেন্নব তৌরগ তম্প ব্রাংঙম লোনদ অতোপ্প অমা চঙদনব হায়জরু, অদুগ শেল থুমন ক্লাকোক্ হাললু হায়ন পাখোল্ শীরকলে। মনাই লোয়ম্ হংনেম্বীগি মচা মৈন অতোন্বন তম্পাগি মনাক য়ৌনব চৎখ্রে। মহাক্ন কোললিব লম্গি ঙমখৈ অরাপ্লী, অচৌবী তম্পাগি মনাক্ য়ৌরগ লোয়ম হংনেমবী চা মৈনম অতোন্বন তম্পা মখোঙ খাদ মখূৎ লোন্ব্রাহয়্ নোন্ন লৈপাক্ত মখুৎ শৌদুন খূরুমচখি। মগুণ চাউপ নপা ঈবুংঙো লাইগ মরক্তগি অথোইবন তম্পা নঙগী দমক মীন পুরকপ হয়- লৈ চাদ্রি, ব্রারোইপোৎ পুদুন থাজখিদ্রি হায়্বগি দমক নকু নিংথৌ খাব হোইদোন্কোক্পম, মনুতেক্ঙা খাব হোইদোনকোক্পম নিঙেঙান্গ অনীন মচা নীপা তরম্ খোইনুচাগিদমক তম্পা লাইরেম্ম নঙবু হায়জনব থারক্লি। মমাঙৈঙদগি চৎনরকলিব মপাল্ কোপত্রিব, অকায়্ অতোই য়াওদব শেনচাউ, মমায়্ কোল্হিং কাদব শেনত খল্লগ নহাককিদমক মংকৎ হানব পুজরকই। ননাইশিং খাব হোইদোন্ কোক্পম্ শাগৈ পূম্নমক হওদুন শাগৈ ঙাই অপূম্বন ঈবেম্মনঙগিদমক লাঙব হওনব লাঙ্জরকলি। হওনব পোৎ পূম্নমক তমজরকলি। মচী ময়া

য়েল্লাঙ্ থৌরাঙ্লকয়ে, শংলও ঙম্তম্লক্য়ে। কাওরেল্ পাংতাতা মান্পী চীনম্তাপা, মূক্মু হাইমৈ চোন্পু কাওরেল্ শলফাং হোই লাংনা লৈখোম্ তৈ, শূমায় শল্কা পৈনা নতাইরেম্ ঐনা কৌপা মল্হোল্চরক্য়ে। তম্পা নঙ্কি তমকপু খূরায় ব্রায়রংপা য়াকা পোন্পূ পোনচেং লাইচম্ খন্না যাকারক্য়ে। নপল্ লাইরেল্ তাউরায়্নাইকি তমকপু ব্রংখৈ কৈতুপা মমা য়াংনু কচেংফাপীচা তাউচিঙ্ হায়্থোন্ পোন্পু থোললকয়ে। খোইপু পোংয়োম্ শা, হয়কূ পোংতম শেম্ শিঙ্লেন্ খয়োম্ শানা তমপা হেক্ঙায় মীনুংওন্ নঙ্পু পাওথেমচারকয়ে। হয়রাঙ্ পাউতোংলোন্না চেঙ্লূক লম্কোয়্শু ঙাপা পাউতোংয়াল্, খুম্লোং নাক্থংলোন্ ঙাংখা লেংনম্ শীল্ খরূঙ্ নিঙ্কোয় খিন, মল্লা মশিঙ্ শুনা তম্পা নঙ্কি তমকপু খাপা পূম্না হুপ, য়াংপা পাকনা তাইনা হোয়্থিরপানে হায়্না মূক্মূ লৈতোল কোল্ মান্পী খূংতপ্না মালেম্ থৌরৈ লৈকা পায়্না পাউনৌ খোন্কিপু তম্পা ব্রাংঙমলোন্নঙ্পু নপল পলেম নমা খোইমোম লাই নামুং নামূংপী খুন্পী শল লাই হন্না,

---

শোয়দব শন্জাউ মমৈ চোন্ব লাব পোংমা হোইদুন, শলয়াম হোইবগি লাং মনাদ লৈখোম তৈহওরব শলয়াম পুরকলগ শূমাঙ্দ পৈদুন ননাই ঐন ঈবেম্ম নহাক্কি নমল্ পুজরকলি। অদুগ তম্পা নঙগি দমক্ন খুরায় মায়্কৈদ চংনব শোল্লাং (চাক্পোংত) লা থারগা পোং পুজরকই। নপা ঈবুংঙো অথোইব লাই তাউরোইনাইগিদমক ব্রাংখৈ কৈতূব মাব্কৈগি কচেংফাবী মমান পোক্পগি হয়্পুনব পোল্লাংদ (হয়জিং করায়্) হাপ্প হয় পুজরকই অথুম- অহাও য়োমদুন হয়্- লৈ শেমদুন লৈরাং নাচোম শেমদুন নতৌযেংবদ পূক্লিংঙ হুবী তম্পা নঙ্বু থেমজরকই। হয়রাঙ্ পাপোং পুদুন চেঙ্- চাক শুন হাপ্লগ ঙাতন পাপোং শেমলগ থুম্ কাগুপ নাকথংদ য়ান্দুন ঙাংঘ পরেং পুদুন খরূঙ্ খিন্দুন হায়জপোংকি মরম শুন খাবা শাগৈ অপুম্ব তম্পা নঙ্গি দমক হায়জরবনে। অসুমন ব্রাহয় অনোন্বন মখুং লোন্নদুন লৈপাক্ত মখুং শৌন খুরুমদুন হায়জরবদ তম্পা ব্রাংঙমলোন্ নঙ্বু নমা ঈবেম্ম লাইরেম্ম নামুংবী, খুলগি মপু ওইবী, শল্লাইগি অহন্

নতুলাইবেল্ অবেম্পশিংনা পাওথেম্হৌবক্যে। হে য়িমোম্ তম্পা ব্রাংঙমলোন- ও খাপা শোক্চোংপা অসিপু কংলৈ লৈপাক্ মাপানে, য়িমোম ব্রাংঙম্লো নঙ্কি তীকনে। খাপা মবাল্যায্তা য়াংকোইরু- ও। নবাল্ লুহোঙ্ খোঙতোংপিকে হায়না অওঙ্- অউল্ ব্রাসা পৃশা, কোন্ঙৌ নূঙ্তোং, কয়্কল শল্লুং, শল্শেল্ নাউবোয্ অপক্মাকা পৃম্না ঙাইবোযবপাতা তম্পা মৈপী হান্তোংপীনা পাওহংলক্যে। তাইযম্ অতোন্পা আতে লওখাম্পা- ও, যিমান নিংথৌ খাপা শোক্চ্রোংপা কংলৈ লৈপাক্ মাপানা, থংলেন্ তবম্ খোইনুচাকানা নযম খাপা পূম্না হওনা তম্পা ঐঙ্কি তমক্পু কবি থোংপু থোংশাপানো হায়না পাউহংপাপু লোইযম হোংনেমপীচান তোযতা তম্পা কোবও যিনোংথৌ- ও, নমান নিংথৌ খাপা শোক্চ্রোংপানা নু তেক্ঙা খাপা হোইতোন্পম নিংঙোন্পীকানা খাপা পুম্না হওনা তম্পা নঙ্কি তমক্পু থোংশাপাতি তেৎনৌনা থোংখোঙ্ ওইযে। কোবও নোংলুপান্না থোংপাক্ শেমযে। মালেম লৈসনানা থোংলেন্ পামপৈ ওইযে। তম্পা তেকঙায্ মীনুংওল- ও, সনা থোংলেন্ লাল্লমল ও হায্না ফৈবা তান্তা থোংনা শমলাং তোন্কা

---

ওইবীন অদুগ মগুণ চাউব নবুং লাই মথোইবর্শিংন থের্মখি। হে ঈমোম তমপা- ও খাব শোকচ্রোংব হায্ব অসি কংলৈগি নিংথৌনি। নহাকন লৈবদ মতীক্চায্, খাব মযুমদ লৈক ও লুহোংদুন থাজবগে হায্ন অওঙ্- ওউল পোৎলেই অসুব কোল্- লিক, কৈকংব, শন শেনব মীনচিংব পুম্নমক যাওববদ তম্পা পান্থোইপীন হংলকই। হে তযম্ অতোনব অতে লও খামব- ও, ঈকু নিংথৌখাব শোক্চ্রোংব কংলৈ নিংথৌগ ঈপুবোয্ব ওইগদৌবিব তবম্ খোইনুচাগ অনীন খাবা অপূম্বন তম্পা ঐগি দমক কবি থোং শাবিবগে হায়ন হংলবদ লোযম হংনেমবীগি মচান খুমখি। হোয্ ঈবেম্ম ঐগি নিংথৌ ওইবিব তম্পা ও নকু নিংথৌ খাবা শোকচ্রোংবগ মনু তেকঙা খাব হোইতোন্বম্ নিংঙোন্বীগ অনীন খাবা অপুম্বগ লোযনন তম্পা নঙগি দমক থোংশাবদি যোৎনা থোংখোঙ্ ওই, লূপান থোংপাক্ শেম্লগা সনানা পামবৈ ওইন থোং শাবিযে। তম্পা নঙন নুংঙাইবদ মীপুক্ পন্বী, সনাগি

নান্না পাওথেমখিয়ে। তমপা মৈপী হানতোংপীনা মৈনম অতোন্পা পাউথেম খোনপু হোয়য়ারে। মপল তুপী অঙনপা মতু লাইরেল অরেমপানাসুঙ পাওমেনহৌরকয়ে। য়িমোম তমপা লাইরেম্ম, কোরও তেংথানাপী- ও খাপা মরালয়ায়তা য়াংকোইরু- ও, লোলয়ুম্ ব্রাহমলু, লোলয়িম্ থৌথিংলু। নরাল লুহোঙ- খোঙতোংপিকে হায়রপাতা তম্পা ব্রাংঙমলোননা পাওমেল্লকয়ে। য়িপল তুপী অঙনপা, য়িতু লাইরল অরেমপাশিং- ও নমোম ঐঙোন্তা কাওরেল শন্শীব্রাক তাইয়ম নাইশমশাংবু লল ব্রুন্পিকুনো। তড়া চা থোপ্মা, শারেল ব্রাল্লোংমা, ব্রাংলৈ খুমলোংমাকাপু লল্ব্রুনপি- ও হায়্না পাওমেললপাতা পলেম মমা লাইনামূং নামুংপী মালেম্ তম্পাক্ লৈরেল হন্পীনা মমোম তম্পা ব্রাংঙমলোনকি তমকপু থৌরাঙ ঙমতম লোইরপাতা য়িমোম্ ব্রাংঙমলোল ব্রাংকোল শঙয়ায়্ খায়না হেন্মোইপী ব্রাংকোল লাইরূরা অতেংপীকি খোয়নৌ মতারোয় খোইনৌ লাইরূরা তরেৎমা নখোয়্সুঙ তড়া চাথোপমপূ লুতা থোংনা য়িমোম কোন্খৈ অতামপীপু ঙাইরোয়্নরু- ও। মতুলাই পাখং তরেৎমা নখোয় সুঙ্ শারেল ব্রাল্লোংমা

---

থোং অসি লাললো লাও- ও, হায়ন মতম্পাক্ত পমলগ মশম নাল্লদূন থেমখি। তম্পা পান্থোইবীন মৈনম অতোনবন হায়জব অদু য়াবিরে। মগুণ লৈব মপা, মগুণ চাউব মবুংশিংনসু থেমব হৌরক্লে। বেম্ম তম্পা লাইরে ম নোংদোননসু শোন্নবিবী নঙবু খাব ময়ূম্দ লৈরুও, মখোয়্গি চৎনব লোল্চৎ চৎলু। মখোয়্গি চৎনব থবক তৌরু- ও। নযুম্ হোংদূন শাগৈ হোংবিরগে হায়্রবদ পান্থোইবীন খুম্লকই। গুণ চাউব ঈপা ঈবুংঙো, লেমজরব নঙাল নশা চাউরব ঈবুংশিং- ও, নচা ঐঙোন্দ কান্নদব অশিব শল, মশম শাংব মীনাই উনবিগনু। চাক চফু অমগ, শা থোংব ব্রাল্লোং অমগ য়ুখূম্ (চফু মচা) অমগ উন্বিয়ু হাযন হায়রবদ লাই পুম্নমক্ক কিনবী, লৈপাক্, অসিগি অহানবা মমান মচা ঈবেম্ম তম্পা অথোইবীগি দমক তৌগদব থৌরাঙ লোইরগ হায়রকই, ব্রাংগোল্ শঙ্ মনুংদ কেজবী লাই নূপী পূম্নমক্তগি অহেন্বী ঈচা ঈবেম্মগি মতা লাই নূরা (লাই নৈশাবী) নখোয়্ তরেৎমসু চাক থোপ অমবু কোকথোং পুদুন ঈচা ঈবেম্ম ঙমখৈ অরাপ্পাগ লোয়নরু- ও। মবুং লাই

শা শানা খুমলোং নাথং লোন্না য়িমোম ব্রাংঙম লোন্পু থিন্ঙামলূ- ও। য়িরেং পুপাল লোনকি লাই হনুপা চামা নখোয়্সুঙ্ খমলাং পাপল লোনকি খোইমোম লাই হনুপী চামা নখোয়্সুঙ য়িমোম্ ব্রাংঙম লোন্পু থিললমলু- ও।

পোন্পী ওস্থোক্পা, চেক্লা তেক্তাপা কোরও নোংনা ব্রুতাপা, মালেম লৈনা খঙ্তাপা, মনু য়াংলও তেরা লমলাই ঙান্পা, পামেল্ ব্রুফে থক্ত খোংপা চেক্লা নঙ্সুঙ্ পোম্পী চিঙ্ শোন্খুনু লমলৈম- ও, নখোয়্সুঙ্ য়িমোম কোন্খৈ অতামপীপু থিললমলুও হায়ন্া পাওমেল্লে।

......................

# পান্থোইবী লুহোংপা

তম্পা মৈতৈংঙু চনু মৈরেল্ তোমশাংৎনপী পলেম পীনাইতাপীতি মপল তুপী য়োয়্কোন্নুংকি মরাল লূহোঙ্ খোঙতোংলকয়ে। মতু মোংপা য়ুমলেন্ মাঙকি লমহওরকয়ে। কংলৈ শূমথোং পানকি খুললক লান্ন লুহোঙলকয়ে। মংলক লান্না খোঙতোংলকয়ে। লমলেন

---

পাখং তবেৎম নখোয্সুঙ শা থোংব ব্রাল্লোং অমা মখুম খূমগ লোয্নন পাপোং পূদুন ঈচা পান্থোইবীবু থিল্লু। ঈপা ঈপূ হাকথককি লাই হনুব চাম নখোয়্সু লাই হনুবী চাম নখোয়্সু ঈচা ঈবেম্ম নিংথৌন পোকপীবু থিল্বিবম্মু।

ওস্থোক্প উচেক্ শিব নাইদব, অতিযাদসু উদব, লৈপাক্থক্তসু লৈতব তাইবঙ্পানবা অসিদ ঙাললিব উফৈথক্তা তোংদুন খোংলিব উচেক্ নখোযসু চিঙ্দ তোংব লম্ খুনু নখোয্ সুঙলমখৈ খঙ্দবী ঈচাবু থিন্বিক হাযনা পাওমেললে

মৈবিগুম মঙাল নাইবী মতোম্ত পোক্পী মমা মপা লৈতবী মৈতৈ চনু তম্পাবু মপা ঈবুংঙোগী মযুমদগী লুহোংলগ থিল্লকলে। লৈবাককি ময়োন্ ওইব কংলাগি অকোয়্ব খুল্লক্ লান্ন থিললকলে। অশিবগি মংফম

চাওংলৈ- শাংলেন্ থয়াঙ্ প্রুম্শঙ্ অথৌবা মুকাপ্শঙ্, চখা শারুং খুনঙম শঙ্, খাঙ্শা মোইকাই ফানা শঙ্, হৈরেম লুময়েং তাউপা, খূনজান্ য়াওন্ শাংপা, মনা পাংমা লৈখাঙ্ চারপাপু য়ীম্চিল্ চকো নারেং থোংনাশঙ্, অতোন খাঙ্চা, ৱাংগোল লাইরূরা ফানা শঙপূ নাতৈনানা লুহোংলকপতা মনু য়াংলও তেরা লমলাই ঙানপা চেক্লানা তল্লা চাউথোইবা পামেল ব্রুনা অপূঙপা মরক্তা পামেল ব্রুতোলথক্তা তম্পা ৱাঙমলোনপু য়েংলাতানা পানা পানা লাক্লা লাক্লা খোঙাময়ে। অদূ নোংকিপু চেংলৈ পামং খোংও তৌনা কৌয়ে। চেংলৈ পামংখোংপু নাতৈনা তম্পা ৱাংঙমলোনতি য়াংফা খূমঙম থোংপু থোংলেল পাম্পেপ লাননতি খ্বা য়োংয়াম খাম নাইফা থানফম মাঙ লৈচোল মীরৈকাইপূ নাতৈননা মরাল লুহোঙ্ খোঙতোংলকয়ে।

খাপা ময়ুম নাক যাংপা মশাইকোনতা তম্পা লাইপু লানা ৱাইথুংলরপাতা খাপা হোইতোনকোক্পম্ নিংঙোন্পী মনুতেক্ ঙানা তম্পা মহূয়্রোনপু শিঙ্চেপ মৈরা হাইচৌ থান্না লম্ওক্ঙাম্য়ে।

---

কয়া লান্ন চৎলক্লে। লৈশাং শল্লাইন কোন্ব অথোইব লম অকম্বন খুকম্বব শঙ্, অথৌবন তিনব শঙ্, কগলোইবু ঙমব শঙ্, থাঙঙা কম্বোং ফানব শঙ্, হৈরেমগি মতূবু য়েংহনব হূয়্, খূনজানন যাওন শাংব কৌনব তাউব য়াওন্ শাংবগি লৈপাক্ত তাবাগি খান্নব মনা নাম মানবন য়ুর্মজিন্দ চগো ওইন হুওন্ ফাব শঙ্ অতোন্ থাঙ্বগি মচান নিংথৌ মচানুপীবু ৱাবক্লব শঙ্বু শম্দুন চৎপদ তাইবঙ্ ফাওন মমিং চৎলব উচেক্ন অৱাংব অচৌব, ঙনাপুঙ্ব উগি উতোন্দ তোংলগ তম্পা ৱাংঙম্লোন্বু যংদুন লাক্ল লাক্ল খোংলমই হায়বগি চেংলৈ পামংখোং কৌই। চেংলৈ পামংখোং শম্দুন য়াংফা খুনঙম থোংবু পাম্বে পায়ন লাল্ল য়োং মযাম লৈব লম থান্ফম মাঙ্নচিংব লৈকাই লান্দুন লুহোংব থিল্লক্লে।

খাবগি ময়ূমদ পান্থোইবীন মমায় পাক্ন থুংলরবদ খাব হোইদোন্ কোক্পম নিংঙোল মনু তেকঙান মমৌ ঈবেম্ম তম্পাবু শিঙচেপ মৈরা চাউনা থানদুন (দেউতি থান্দুন) ওক্চরে। লাইরোইশিংন ফিঙৌ থারে, মথক্তা

চাম্লও লমকারোই পশোৎ ফীঙৌ থানা কপোক্ ফাম্না হুল্ খাপা পূম্ন তিল্শমু থাংচেপ্নানা লম্ওক্ ঙাম্য়ে। মমান্ নিংথৌ খাপা শোক্ত্রোংপা কংলৈ লৈ াক্ মাপানা শারেল্ শানৈ ঙম্তা ব্রাংলৈ য়ুনৈ ঙম্তারাপাকি তড়া মায়্খঙ্নাপাপু ঙম্তারপাকি তমক্ খাপা তাঙ্চা য়িকাইখি। য়াংপা শেন্কোয়্লক্ঙম্লাপাতা তম্পা ব্রাংঙম্লোন্না মপল্ কংলৈ পুঙ্ ময়োন্কি লল্উললক্পা তড়া চাক্থোপ্মা শারেল্ ব্রাল্লোংমা, ব্রাংলৈ খুম্লোংমাপূ মায়্খঙ্নাখিয়ে। তড়া চাক্য়েন্পাসুঙ্ চাক্পোন্ ময়েং তাতানা চাক্লেম্য়ে। চাম্লও লূক্মাসুঙ্ লেম্লওয়ে। তড়া চাক্নিঙখাক্না অনৌপা চাক্শৌরক্য়ে। শারেন্ শানিঙ্ খাক্না শাশৌরক্য়ে। ব্রাংলৈ য়ুনিঙ্ খাক্না য়ু শৌরক্য়ে। অতূনোংকিপু তম্পা ব্রাংঙম্লোন্ পান্থোইপী তড়া চাকশৌপুঙ্, ব্রাংলৈ য়ুশৌপূঙ্ ও তৌনা কৌয়ে। তম্পা মৈতেংঙু চনু তড়া চাক্শৌ পুঙ্পু শৈওন্পীত খাপা মরাল্ য়ায়্তা য়াংকোইখিরে হায়্তাপাবা?

তম্পা কোরও তেংথানাপী ব্রাংপল্ তেংলোয়্নাপীতি মপল্ তাংশক্তা মতু মীথাতাপীনিকনিা ব্রাংঙম্ হৈনা থৌথিংফদে। তম্পা

---

কবোক্ চাইদূন খাব পূম্নমক তিল্লগা তম্পাবু মখূৎন কোন্দূন ওকচবে। মকু নিংথৌ খাবা শোক্চ্রোন্ব কংলৈ লৈবাক মপুন মীয়াম অদূগি শানৈ য়ুনৈদুন পীজ- পীথক্তুন শকখঙ মায়খঙনব ঙমদবগি খাব পূম্নমকন ঈকাইদুন চঙ্ব ঙমদ্রবদ তম্পা ব্রাংঙমলোন্ন, মপামদগি উল্লকপ চাক্থূম্মোক অমগ শা থোংব ব্রাল্লোং অমগ য়ু খরূঙ অমগ অদূ পুথোকতুন মাদূন মায়য়োক্ থাফম ওইদূন পীজরে। অদুগ শক্খঙৎ-মায়খঙনরে। চাক য়েনবসুঙ থুম্মোক ময়েং তাদ্রে. চাক লেমলে। চাকলুক অমসু লেমহৌই। য়ু অরেম্ব অদুসু অমুক শৌরকই। অদুগি দমক পান্থোইবীবু চাকশৌ পুঙ্ য়ুশৌপূঙ্ কৌই। মৈতৈ নিংঙোল তম্পা চাক্শৌপূঙ হায়ন কৌবীদি খাব ময়ূমদ লৈখিয়ে।

লাইগি মনুং চল্লিবী, লাইতগ লোয়ন্রিবী তমপা পান্থোইবীদি মমা মপা কিদবী, মবুং মপব্রাবু থৌওইদবী ওইবন মান তৌব থবক্ত থিংব যাদে।

পুক্লিংঙ্ মৱা চা, হেপ্নিঙ লম্শংতোং, লৈকাই হেল্লোয় চঙ্না মতা খুনপোই য়াম্য়ে। কোরও নুমিৎ খৃতিঙতা লম্লেন মতাইম লেঙথোঙ্ থিঙ্কোল খৃপালওশল্ লাল্ খাপা নহা শন্শেন্পানা শিঙ্নাং নেম্পীনা থোংখোঙ্ ওই, খেক্লোয় ঝুশাংনা থোংপাক্ ওইনা থোংশাৱাই, ঙান্পা নহানা থোংশেল্লম্ খাপা শন্শেন্ থোংপু ঙম্লোন নাতৈনানা লাল্লোই লিকক্রক্পোক্ত হিথেল্ খোঙ্ৱাইকুম্না তম্পা তুগী ঙাঙয়েক চনুনা চক্পা হারো নিংথৌ চনু মখৃৎশা চেকায় লংপীচাপু থৌতু নৃঙ্পু ওইনা য়িমু পুম্ফা নীক্লা শাস্তংখিয়ে। কোরও নুমিৎ মতি মোংপা হিতেল্ মতাইমা খোইমোম্ খোংপাল্ তেরা চিঙঙু খোংপাল শংচা মরম্খৈ খম্লাং লৈশা পাম্পা কেকে মোইরাং ফানাপা মহীথেল্তা তম্পা ৱাংঙম্লোন্না লৈরাই মুংপী থক্তা ওঙ্পা য়েল্ তুরেল্ চংলৈঙোইনা খোঙ্শোম য়েন্, তওরাং ফক্মিংথোনফপা ফক্চেৎ খোঙ্নন্ য়েন্পু লাইচা য়িকা য়ান্না থৌদ্ নৃঙ্পু ওইনা শাস্তেংখিয়ে। কোরও নুমিৎমতি তম্পা ৱাংঙম্লোন্ তুপী চিঙ্লাইরৈমা লাইরেল্ কচেং ঙান্পা চনু ৱাংকোল্ লাইরুরা অতেংপী তম্পা খোঙ্নিঙ্ চঙ্পী

---

মহাক্লা তৌনিঙবত তৌদুন হীপ্নিঙলে মনিঙ তৌন হীপ্ই, কোয্নিঙলে মনিঙ তৌন মরূপ মপাংগি মযুমদ ৱারেম ঙাঙ্দুন কোযন চৎলি। নুমিৎ খৃদিঙগি মবাক্ চপ্প লম্ শল লাল্ফম ওইব খাবাগি শন্শেন্ নহাশিংন শিঙ্নাংন থোংখোঙ ওইরগ খিকলোযন থোংপাক্ ওইন থোংশাব লম্ ঙান্ব শল্লাইগি অঙাংশিংন থোং শেম্ব লম্ শন্শেথোং মনাক্ত লিক্ ক্রক্পোক্ হিদেন্দ কৃম্দুন পান্থোইবীন চক্পন শাব চফু মচেৎন নৃঙ্ ওইন নূরা নান্দুন ঈরুজখি। নোংমন অ... হিদেল্ খোংবাল্ তেরা-লাই খোংবাল্ শাংচা লাইগি মবম্ন লোইব, মোইবাং খম্লাং লৈশা পাম্ব ফানফম্ হিদেন্দ পানথোইবীন লৈবাইথক্ত হক্তব নাপী লৈঙোইন মখোঙ্ শোম্ব ফক্চেৎক (নাপীগ) ঈশিংগন নুঙ্ ওইন নুরা ননদুন ঈরুজখি। নোংমদি নিংথৌন পোক্পী চিঙ্লাই লৈম লাইগি শাগৈ ঙান্নবী, ৱাংগোল্ লাইবেম্ম অথোইবী তম্পা পান্থোইবীন অতোপ্প হিদেল্ তোৱৈ অশাংব ফৈদেন্বী

ব্লুনারাংপীনা মোংপা মতাইমা, নাশাংমা পৈথেন্‌পী লম্‌কারম্ অয়াম্ লম্‌জেল কান্তানা ফৈরা তান্‌পু চোক্‌পতি হৈনা য়াংনু লাক্‌না চিংথুব্রাই, অয়াঙ্ লৈচেল্ কন্‌পা ফৈরা তান্না কন্‌পাতি শায়েঙ্ পান্‌কা লাক্লা চিংখৎলম লম্‌লেল্ ফৈতেক্‌পী কংলৈ লম্‌নামুং হিথেল্ চংলৈ মতাইমতা তম্‌পা তুপী ঙাঙ্‌য়েক্ চনুনা লোইপী কাশান্‌তাঙ্ হেমপা অংকো চিঙ য়াঙ্‌তা পান্‌পা লৈ, লৈকাই য়িংখোল্ ফৈরোয়্- নুংতা নারেক্‌লৈ, মাল্‌লা মিংনাইপা ফানা লৈ থোংনাং লাংথরৈ চূপ লৈনুংশিপু লাইচা য়িকা য়ান্‌না থৌতূ নূঙ্‌পু ওইনা লৈরাং চুচিন্‌না শিঙ্‌লেল লৈনম চিন্‌না শান্তেংখিয়ে।

কোরও নুমিৎমতি হিথেল্ ঙম্‌থংনানা তম্‌পা ব্রাংঙমলোন্‌তি তেক্‌কা তেকপা মথক্ত তেক্‌কা য়িশিং য়িফূফম, নৌকা নৌপা মথক্ত থৌতূ চেঙ্‌চা নূঙ্‌নন্‌ফম্ থৌতূ নূঙ্‌ঙৌ শিতাপা থৌতূ নূঙ্‌মায় মথক্তা চেঙ্‌চা ঙম্‌থংনানা শান্তেংখিযে। কোবও নুমিৎমতি কংলৈ মতাইমা মোংপা হিথেল নম্‌শাংমা নূংপাল্ য়াংখুপা ব্রারোকব্রাই লুব্রাং য়াংহন্‌পা ব্রাচাউরম লাংমৈ ব্রাকোইব্রাই ব্রুশা মৈপূঙ্‌লম তাউচিঙ্ হায্‌পোংপোক তুরেল লাংমৈপুঙ্-ও কৌপাতি

---

রোম্‌দ (কোনূংগি লাইফম) চৎনব লম্‌অশোম্বন কাবদতুং লোম্‌দ চিংথব লম্, মপাঙ্গল কম্বন কাবদি পাম্বোম্ লাক্কুনা চিংখৎপি লম ফৈতেক্‌পী হায়্‌ব কোংনুংগি অকব চঙ্‌নদব হিদেল চৎনব লম্‌দ পান্‌থোইবী, ঙাঙ্‌ন যেক্‌প লাইগি মচান চিঙ্ পূম্নমক্ত ফংদব, অংগো চিঙ্‌তদ হওব লৈ, লৈকাইগি ইংখোন্দ মনা লেক্ল মপূঙ্ ফাব লৈ, লাই পূজাদ যাওব মমিং চৎপ লৈ লাং থরৈ কৌব মনম্ নুংশিব লৈগ ঈশিংগ অনীন নুঙ্ ওইন লৈগি লৈনম্ অদু মশাদ পক্লব ঈকাখ্।

নোংমন হেক্ থংনব হিদেন্‌দ পান্‌থোইবীন মশা কন্বাগে মথক্ত কন্নব ঈরুফম্, তনৌ তনৌবগি মথক্ত নুঙন নুবা নন্‌নফম নুঙ্‌ঙৌ শিদবগি মথক্ত হিদেল্ থংনন ঈরুজখি. নোংমদন কোনুংগি হিদেল্ অতোপ্প ঈকফম্ লুব্রাংগি য়াংখুমন অথুপ্প ব্রা লোকখিফম্ লুব্রাং য়াংহম্বন ব্রা থোক্‌খিব লম্ উচেক্ লাংমৈন ব্রা ফোঙব মফম উশা মমৈপঙব হয়বোং হওব লম তুরেল লাংমৈ

কতৌনোংকিনো? লাইরেল্ ঙাংঙোই য়োয়্মোংপানা অৱাং নোংনিংথৌ ফাকং য়োয়রেন্পা সোরারেন্তা মোংপা মচল লৈতাপাপু মচল্ মেনু লৈয়ে চিল্হায়নোংকি মোংপা চিলউন্ খুৎয়োন থঙৈ, লাংমৈ পোংলেন্ মরুথেনপু তাউখৎলক্য়ে। অতু নোংকিপূ তুরেল্ লাংমৈপূঙ- ও তৌনা কৌয়ে তুরেল্ লাংমৈপুঙ্ থোনমরক্তি থেপা নাহাপা মমোম্ মুমশিল লাং অশীন্পী মুম্শিল্ লাং অতাউপীনা চয়্রৈ মকা ফোংপা ৱাকি কংলৈ লমনা ওল্লে। লেম্লৈ খেরা থাংতানা ৱানচেং ৱাইকুপ্ তাউতানা পেঙ্পা লুরোয় কাতানা ঙাৱা খূৎপুন্ চোংতানা লাইচা য়িরোন্নুংতা লৈকু লৈরাই খাতা কাওশিঙ কাওরাংন ুংঙা লেম্লৈ অপক্ঙাপু কাতানা শানফোংতানা শান্থপখিরপাকি খাপা শোক্চ্রোংপা কংলৈ লৈপাক্ মাপানা পাওমেন্খিয়ে। য়িতাইরেম্ য়োয়্রেম্ লাংকোল চুম্পা নঙ্তি কংলৈ নম্না ওন্পা অসিপু খোম্লেল্ মঙ্ চঙ্লা- ও হায়থরাপানা য়োয়্রেল্ লাংকোল্ চুম্পানা খোম্লেন্ মঙ্ চঙপাপু চিঙঙু কংলৈ লৈপাক মাপনা পাওমেলঙামযে। তাইয়ম্ য়োয়্রেল্ লাংকোল্

---

পূঙ্দ ঈকখি। তুবেল্ লাংমৈ পূঙ্ কৌব অসি করম্ব মতমদগি কৌখিবগে? ঙাংঙোই য়োয়্মোংবন অৱাং নোংলৈপাককি নিংথৌ ফাগঙ্ য়োয়্রেন্ সোবারেন্ব মচল্ লৈতন মচল্ মেনু কৌবী অমা লৈ হায়্শিননদূন মচল্ মেনু শারগ তুরেনদ ওন্থঙৈদ মকোক্ত থেৎপ লাংমৈ মতু তাউখৎলক্পগি তুরেল্ লাংমৈপূঙ্ কৌনখি। তুরেল্ লাংমৈপুঙ্ থোনখিব অমন নহাক্পম্ থেবগি মচানুপী মুমশিল্ লাং অশীনবী মুম্শিলাং অতাউবীন মফি হাইন শেৎলুবগি কোনুংগি লম্মশক্ ওন্খি। ঙা মখে লাংদ্রে, ৱাইকুপ্ চাইবগুম্ ঙাকুপ্ন তাউদ্রে, পেঙবা চাখিদ্রে, ঙাৱা মোংদ্রে, ঈশিং মনুংদ লৈকু লৈরাইদ নত্রগা ঙা পুম্মমক্ কাওশিঙ্ মনুংদ লোৎখ্রবদ খাব শোকচ্রোংব লৈবাক্ মপূন হায়খি। হে ময়ুম্ লাংগোল্ চুমব য়োয়্রেল হন্ব নঙ্ কোনুংগি লম্ন মশক্ ওন্খিব অসি করিগি করিদগি তৌখ্রিবনো হায়ব অদু মঙ্ তাদুন য়েংলোলাও, হায়্রবদ য়োয়্রেল্ লাংগোল্চুম্বন মঙ্ চঙ্বদ কংলৈ নিংথৌ লাইন হায়রম্ই। হে তয়ম্ য়োয়্রেল্ লাংগোল্

চুম্পা- ও, থেপা নহাপা মমোম মূমশীল্ লাং অশীন্পীনা মোম্নু চয়রে মকান্পপু মকাফোংপা ৱাকি কংলৈ লম্ওন্পানে। কংলৈ লমতাইরাও হায়না খোম্লেল্ মঙ্পাউ চেল্লকপা ৱাকি খাপা শোক্ত্রোংপানা তেকপী ওক্লাংমৈনা শারেল্ লূক্কাচিং শংলৌ খিক্থংনানা কোম্থা য়াইকা থা চক্ফি লমহম চংপীলা চেঙ্ঙৌ ফাহাপ্না লৈরাং কাফাহুল্ য়েল্লূম লৈকা পীনা লমতাইপাপু তেকপী ওকশা পৈপু লাংঙাময়ে। অতূনোংকিপু তুরেল লাংমৈ পুঙ্- ও তৌনা কৌয়ে। লেম্লৈ অপক্ঙাসূঙ কাসুঙ্ কানা মকোই ফোংলে। পেঙ্পা মূক্লাং লুয়োয়্কা লেম্লৈ ঙা মশিঙ্ শুনা লেমলৈ খেরাং থাং ৱানচেং ৱাইকুপ তাউরপাকি কংলৈ লৈপাক্ মাপানা য়িতাইরেম্ হয়রেম য়িনশূপী নঙ্খোয় য়িল্ চিং লাউ- ও হায়রাপাতা হয়রেম্ য়িন্না হৈপী, খুন্চান্ লোংনা হৈপীনা ভাতাপাপু লেমলৈ ঙায়াম ফারে। ৱাক্য়ৈ হিনা হোন্ঙম্তা শমু খোঙনা পুঙমতারপাকি লেমলৈ ঙায়াম্ পৈরপাতা তম্পা ৱাংঙম্ লোন্না লেমলৈ তিঙ্ লীভৎ ঙাৱা ফুমফৌ লোন্না মকে হাথানা পোক্য়া লোকচুমনারাকানে হায়পাকিপু তম্পা

চুমব- ও, থেব সহাক্পগি মচাপূপী মুমশীল লাং অশীন্বীন মাগি থাখুম্ কোম্নগি লম্ অসি মশক্ লম্লনি। অদুগি ফনবদি লম্ তাইজরো হায়ন মমঙ্দ তাক্লরে। মাদুগি মতূং ইন্নে খাব শোকত্রোংবন ওক্লাংমৈন শারেল্ ওইন থোংদুন য়েন্শাং ওইরগ সন্না লুপা কোন্য়াই থাদুন চংবী লারাক্ত চেঙ্ অঙৌব ফান হাপ্লগ লৈ কৎলে য়েরূম্ হাপ্তুন খয়োম লাক্পদ ওক্ থোংব কৎলে হায়্দন তুরেল লাংমৈ পুঙ্ কৌয়ে। ঙা পূম্নমক্ কারক্তন মকোই ফাওরে। পেঙ্বা মুক্ লাং মকোক্ য়াম্ন তাউরে, ঙাগি জাৎ মশিঙ্ শুন মখে লৌংলে। ঙাকূপন ৱাইকুপ, তাউসগুম্ তাউরবদ কংলৈ নিংথৌন হয়রেম্ 'ইন্চিংবীশিংদ হায়খি ঈনাইশা, নখোয় ইল্ চিংলোলাউ' হায়ন কৌরবদ হয়রেম্ 'ইন্চিংবীশিংদ হায়খি ঈনাইশা, নখোয় ইল্ চিংলোলাউ' হায়ন কৌরবদ হয়রেম্ ইন্চিংবী হৈনবী, খুনজান্ লাংখোন্ব হৈবীশিংন ঙা ফাবদি য়ামন ফারে। হিন হোনবসু ঙম্দ্রে, খোঙন হোন্বসু ঙদ্রবগি ঙায়াম্ পৈরবদ তম্পা পান্থোইবীন ঙায়াম্ অদু পৎথদুন পুমলগ মচুম তারক্কনি হায়বগি ৱাগি চয়শু অদু

ৱাংঙম্ লোন্না ৱাংঙম্ কোঙ্য়াঙ মচয়শুপু লাংলেন্ ৱাপূক্ খায়্না খল্লম্য়ে। অতু নোংকিপু কংলৈ ৱাখায়্কোন্ ও তৌনা কৌয়ে। লম্লেল্ কংলৈ ৱাখায়্কোল থেপা নহাপা শোয়্শেল্লম মরোয়্ পূঙ কন্পা অচৱাম্চাতি শোয়্হোঙ্ঙৈতা কোঙ্পম্ অথা কোঙ্য়ামপানা শোয়হোঙ্ঙৈতা মোইপুং মরিল্ ফাৎতাপানা লূনিঙ্ হুক্য়ে। লিক্কোল শায়া মান্পানা ঙাখা ওই, মালেম লৈম্না অঙাঙ্পানা শারেংশা, কোরও নোংলুম্পাল্ অঙৌপানা ঙানোয়্ ওই, চোয়্নৌ সনাশেল্ তেংকোৎনা লেম্লৈ ঙাচিং শানয়ে। সনা শেল্ শুংনাইপা কাওরেল শন্নাক্ মান্পানা ঙা য়াননা শোয়্হোঙ ৱাই তুরেল লাংমৈ পূঙ্ লেম্লৈ ঙায়াতা হিথেল মাকূম লম্ লৈরাই মাকারম্তা তম্পা ৱাংঙম্ লোন্ খাপী লেংনাউমোম্পীনা লাংপল উৎতিনা শম্খোঙ শেং, চেঙ্হি ঙৈফানীক তম্পা শম্লক্ খায়্ য়িৱাং পূম্ফারোন্না লাইচা পাশানানা শান্তেংলিঙৈতা নোংপোক লৈমাঙল্ অমম্ লৈশারোক্তা শেল্লোয় খুৎয়াম্ খাম্, লংমাই হাননা শাপা চিঙ্ চিঙ্লেল্ খুৎলাম খাম্, নান্তা খায়্পূঙ্ চিঙ্, লংমাই লংপা

---

খায়্দোক্লগা খললম্ই। অদুদগি হৌন মফম্ অদুবু কংলৈ ৱাখায়্কোন হায়্ন কৌখি। লম্গি অথোইব মকোক্ ওইব কংলৈ ৱাখায়্ কোল্ হায়্ব থেব নহাক্প কৌব নীপা অদুন শোয়্ফম্ অদু শেন্নব শোয়্ ফম্ব, মনাই অচোম্ মচান শোয়্ হোঙব মফম্দ কোঙ্বম্ অথা কোঙয়ামবন শোয়্ হোঙ্ঙৈদ মোইবুঙ্ মরিল হোদবন লুনিঙ্ মেললি। শা ময়া মানব লিক্কোন্ন ঙাখা ওই, অঙাঙ্ব সনান শরেং ওই, লুপা অঙৌবন ঙানোয়্ ওই, সনাগি তেঙ্গোৎন ঙাচিং শায়ে। সনান শাব, শল্গি নাক্থং নান্ব মশুং নাইব শেন্ন ঙা লৈদুন শোয়্হোঙ্বমফম্ তুরেল্ লাংমৈ পূঙ্ ঙা পৈব মফমদা নহাককি কূরব হিদেল্গি লম্বী, অদুগ লৈরাই কানব লম্বীদ মাইবী ওইবী পান্থোইবীন লাংবল্গি নোংগুম চুম্ব উতিন শমখোং শেংদোক্লগ চেঙ হী লুরগা মশম্ শেংন থাদোক্তুন ঈরুজরিঙৈদ নোংপোক্লোমগি অৱাংব লম লৈশেম্বদ মন্নব লোক অহান্ব শাব শেল্লোয়গি চিঙ্ হান্ন শাব লংমাইগি চিঙ অহানব শাব চিঙগি মনুংদ অথোইব চিঙ মশুং

চিঙ্মাঙল্ মাঙল্ তারং ব্রাংপা চিঙ্ মাঙনতা মতোম্ পানফাপা লাইয়িংথৌ শেল্লোয় চিঙ্খোঙ্ লাক্পা, চিঙ্লেন্ শোম্পা নিংথৌ, অঙৌপা কোরও খোঙ্চোম্পা, লংমাই নিংথৌ য়োয়্রেল্পা, নোংপোক্ মালং হুম্ ওইপা, কোরও নোংখোঙ্ কোয়্পা, মালেম্ লৈখোঙ্ কোয়্পা, কোরও লৈচিল্ ওইনা মালং নোংশিং তোংপা, লৈচিল্ খোঙ্কাওনাপা, খম্কোল খুনেংনাপা, মালেম্ চিথেক্ মরিমা, মায়্কৈ নিপাল্মা, শুংতাই ১৬মা, শিঙ্খায় ৬১ মাতা কোরও নুমিংমকি মালেম্ নোংখোঙ্ কোয়রক্ তেবক্পতা তরেংলক্ হন্না কোয়্না নোংতম্পাপু অব্রা হুয়্রাং শোন্তানা ফম্ফম্ লাক্লেং শীল্লিপা, মালং য়াই পী হুম্লেন্ তোংপা তাঙ্চা ঙঙ্কোয়্না পাম্পা কৈ ব্রুল্ শেংপা লিল্লা খাউওল্ য়েংনাপা শম্লাং তবৈনুংতা লাইচা যিপুপা, সনা লৈখাম্ তোল্লোঙ্ চিন্পা টিমেল্ টারোঙ্ শূপা, য়োংকি খোরুম্ তোংপা শেল্কি কাতি শূপা, মিংযেং হুম্পাল লোঙপা কাওবেল শল্তন্পা তোংপা লাইয়িংথৌনা শেল্লোয়্

---

নাইব চিঙ, লংখংলকপ চিঙনি হাযদুন লংমাই কৌব অচৌব চিঙ চাউবগি মতিক্ ব্রাংব চিঙজাউদ মতোমতা পান্ব লাইনিংথৌ চিঙখোঙলাক্প, চিঙ শেম্ব লাই অঙৌব খোঙজোমব, অথোইব নুংশিংত ময়ুম ওইব লংমাই নিংথৌ কৌদুন নোংথৌ মখোঙ কোযবিব, পৃথিবীগি মাযকৈ মবি কোযব, লৈচিল ওইন নোংশিং মকোয্দা খোঙনেংফম্ ওইব পৃথিবীগি চিথেক মবি, মাযকৈ নিপাল্, শুংদাই ১৬, শিঙ্ খায্ ৬১ মক নুমিং খুদিংগি পৃথিবীগি অকোয্বদ হঙ্গং- হন্দ তবেংলক্ হন্ন চত্তন নোংম নোংমগি চাব- থক্পনচিংব শীন্বদ অব্রাব লৈতব,তাইবঙ্ পান্বদ লৈখাম্ চিন্বদ লৈবিব পূম্নমককি থব্রাযগি মপু ওইবিব, ঙক্তু লিল্ য়েংপা, কৈ মউল্ শেংপ, লিন্ন খাওন্নবিব, মশম জটা মনুংদ ঈশিং পুব, সনানা শাব মতোল্ লোঙ্ব লৈখাম্ চিন্ব টা অতোঙ্ব পায়্ব, য়োংকি খুরুম্ তোংব, শেল্গি কাতি পূব (ব্রায়েল্গি মপু ওইব), মিংয়েং ৩শুব, শল্ লাবন শাদোং

মচিঙ্লেন্কি লম্হওরক্য়ে। তম্পা ব্রাংঙম্লোন পাম্পা কৈরেন্ফাবীপু হন্তাল্লক্য়ে।

---

## নোংপোক্কা থেংনবা

তম্পা চিঙ্লাইরৈমা য়োয়্পু কচেংঙান্পী তুরেল্ লাংমৈ পৃঙ্তা শান্তেংঙাম্পীতি অঙৌপা মশাপি কোরও খোঙ্চোম্পাকা লম্ ওক্লরে হায় তাপারা? তম্পা হেক্ঙাই মীনুংওন্কা অঙৌপা মশাপিকা মিৎয়েং শান্খৈনা মিৎলু কোল্লোয় শাচেল্ লম্ মিৎমৈ তোরান্না মিৎয়েং শম্চিন্না মোইকাই মোমোন্ নোক্ঙাইনানা লম্ওক্লরাপাতা অঙৌপা কাইনৌ চিঙ্শোম্পানা তম্পা ব্রাংঙম্ লোন্পু ফৈরা তান্তা থোংনা ঙক্থী লুম্লাং কোল্ খচাই লেংলোয় চুপ্ য়োয়্পু শক্থোং মায়্য়োক্না ব্রাংঙম্ চলি্ সনা থম্বাল্ চিল্লোক্না নিঙ্ তরেং লৈওক্নানা পোম্পি তৃকুম্পাপু চিল্কোয় চল্ য়োয়েপ থাপাক্ লীক্থোল্লম্ ব্রাংঙম চীইচী হয়্রাং চান তাউচিঙ্ হয়্ওন্থোক্, খাকি লানা কন্পা মকি লানা য়োম্পা মুক্তা তোম্থিন

---

ওইব লাইনিংথৌন মহাক্কি লৈফম্ শেল্লোয় চিঙ্দগি চৎথোক্লক্লে। নিংথৌগি মচা ইবেম্ম তম্পা কৈজাউ ফাবীবু থিবক্লে।

---

মঙাল্ নাইবী চিঙ্ লাইরৈম পানথোইবীন তুরেল্ লাংমৈপুঙ্দ ঈরূঙৈদ মশাবি লাইনিংথৌ অঙৌব খোঙ্জোম্বগা থেংনরে। মীপুক্ হূপী পান্থোইবীগ মবুংঙো অঙৌবগ উনরবদ পৃক্লিঙ্গি ব্রাখল্ খঙ্নব মিৎকি মিৎচি মিৎচিন লোন্ন লোন্ন য়েংনরগ চিম্বাল্ মোমোন্ নোক্লন উনরবদ অঙৌব কাইনৌ চিঙ্ শোম্বন তম্পা ব্রাংঙম্লোনবু পম্লগ মঙক্শম্দ কোন্দুন চুপ্পগ মায়োক্ননা শক্ক শক্ক য়েংনদুন উচেক্ন চিল্লোক্নবগুম্ চিল্লোক্নরগ পান্থোইবীগি লীক্শিফম্ হয়রাঙ্ ওন্থোক্পন হয়্পান্ফম ফিগেতন কন্ব, ফিতন য়োম্ব নাইতোম্ শাৎপ মুক্তাগুমব হয়ব পানথোইবীগি অথোইব লীককি লৈখোঙ

হয়্পু তম্পা থীক্লেল লৈখোঙ্ পায়্, লৈবাং হাওন পূক্লিংঙ্ নুংনৌ চন্না অঙৌপা কোল্লোয়্ মতিল্ মেন্পু লাংপল্ চিঙ্শাং খোইরেল্ হীকুম্পানা ব্রাহম্লক্য়ে। শানৌ তম্পা ব্রাংঙম্লোন্- ও, কাইনও ঐকি পায়্মা নুংছঙ্পী নঙ্পু নপল্ তাংশক্তে, নতু মীথাতে হায়পা নৎতাপারা? খাপা মরাল্ য়ায়তা কতৌনোংকিপু য়াংকোই ঙাম্পানো লহাল্ নতু ঙাংঙোই য়োয়মোংপানা শেল্লোয়্ য়িচিঙলেল্ লংমাই কম্পোং পূৎতা যাওরও শাতাললঙৈতা নশাপি ঐঙোম্তা পাওমেল্লমপাপু লৈপানে। কোল্লোয়্ য়িতিল্ মেল্ নুংশিপা, কোঙকোই হায্চা য়িব্রাবেপ নুংওনপাসুঙ্ ঐনা পাওমেনথোকখিপানে। শানৌ কবি ব্রাকিপু লীকলাং পাওহোংলাঙাম্পানো? শানৌ তম্পা ব্রাংঙম্ লোন্ নঙপু খাপা মবাল্ যাযতা মীরূরা কাফরোই, ব্রাংঙম মীশেন্কোই তোংফবোই। অসি কোবও নুমিৎমা অসিতা শেল্লোয়্ য়িচিঙ্লেনপু কানখিবাসে। অযিম শেল্লোয় লওতাবে, লংমাই চিঙ্নুং চাতারৈ, মুপী পান্চঙলৈপূ তম্পা চূপ্লোন্ নাপা ঙান্না চিনমিননারুসে। অঙৌপা পূরৈবোমপা খুনতাযু, শিঙকাঙ্ খন্পৈ চয়্নময়ু লোইমোম্

---

পায্দুন লৈবাংগুম্বী ঈবেম্মগি মপূক্লিংঙ্ পেৎহনদূন অমেঙব নুংশিব ব্রাহযন অঙৌকন ব্রা হাযবকই। হে ঈবেম্ম পান্থোইবী, অঙৌব ঐগি অপামবী নঙদি নপাবুসু কিদবী নবুংবুসু মীথাদবীনি হায়বদাই, করিগিদমক্ খাব ময়ূমদ লৈরিবগে? নহালঙৈদ নবুং ঙাঙোই যোয়মোংবন শেল্লোয় ঈচিঙলেনদ লৈব কমপোং পূৎত শাতানব লাকপদ ঐঙোম্দ হায়রমব ব্রাসু লৈ। অদুগ ঐন হায়খিব নূংশিব, অবেপ্প হীকতোকপ য়াদ্রব পূক্লিংগি ব্রাসু লৈখিবনি। শানৌ ঈবেম্ম নঙন করিগিদমক লীক লেংবগুম মথং মনাও নাই ঙাঙনখ্রব ব্রাবু হোংবগে। তম্পা ব্রাংঙমলোন নঙদি খাব ময়ূমদ লৈমুন নূরাগুমব অচোপ্প থবক তৌব য়াদে, মীগি মীনোক চঙদুন ঈকাইব ফংব য়ারোই। ঙসিমক ঐগি শোল্লোয়্ চিঙনুংদ পানব লৈ, চিঙগি লম্বীদ শাৎপ লৈবু তম্পা নঙ্গি নাপ ঙানন চিনমিন্নরুসি। অঙৌব পুরৈরোমবন খুল তাবদ থক্প য়ু, তোংজি থাদুন চুপ্প থকপ য়ু, চেঙ্- ব্রাইন শুংব অথুমব

ঝুমী তোন্থুম য়ু, য়ুঙৌ ওৎপা লৈয়ু অতুমপাপু লৈয়ে, থক্মনরুসে। লংমাই নোংব্রাং চিঙ্তাপু ব্রাংমানারুসে। শেল্লোয় চিঙ্ব্রাং থক্তা ব্রাংতম্ ব্রাংনা পান্মানারুসে। তম্পা মাই মাইচিল্ ওল্লকুনো। তম্পা মশানৌপু ফৈরাতান্তা থোংনা শমলাং তোনকা নান্ য়ারেল্ পুম্চিন্না তিল্লাং কাম্চিননা পায়না নিংশা পুস্মানানা পাওথেমপাপু তম্পা ব্রাংঙমলোন্ পান্থোইপীনা পাওখুম্লকয়ে। অঙৌপা য়িশাপি থব্রায় য়িমিরেল্ তা- ও, তম্পা নশানৌ ঐনা খাপা মরাল য়ায়তা য়াংকোইপাপু কোরও নুমিৎ মঙানি শুতারিয়ে। খাপা মমায় ওন্তরি, য়াংপা মনম মুক্তরিয়ে। লীকলাং পাওহোং ফহিরোইয়ে। য়িপল তুপী অঙনপা, য়িতুলাইরেল অরেমপাশিংকি কোল্লোয় মতিল্মেন্পু তম্পা ঐনা মাই মাইচিল্ ওনফাহিরোই। শাপি অঙৌপা কোল্লোয় নতিনমেন্পু কায়হিকুনো। য়িশাপি অঙৌপা অব্রাং কাইনও চিঙশোমপা চিঙলেন্ শোমপা নিংথৌও, নঙনা ঐপু খাপা মরাল য়ায়কি মাই মাইচিল ওল্লক ও লীকলাং পাওহোংলকও হায়রপাতি হয়েং খাপা মমায় ওল, য়াংপা মনম মৃকপাপু নোংহাম্কে হায়না পাওমেল্লপাতা অঙৌপা মালং নোংপোক্ হুম ওইপানা শানৌ তম্পা

---

পুকয়ু ব্রাইয়ু, লৈয়ু অথুমব লৈ থক্মিন্নরুসি। নাংদোন্ পক্ল ব্রাংব লংমাইচিঙদ ব্রাংন চাউন পান্মিন্নরুসি। তম্পা নঙমাই হায়রগনু। মনাও ঈবেম্ম তম্পাবু মতম্পাক্ত পমলগ মশম মনা নানদুন চীনগ চীনগ থেংনন তিনগ তিনগ শম্মন নিংশা শোর অমত ওইন হোনমিন্নদুন থেমলবদ পানথোইবীন খুমলকই। শাবি অঙৌব থব্রায়গি থব্রায় ওইরিব তাও, তম্পা ঐন খাব ময়ুমদ লৈব নুমিৎ ৫নি শুদ্রি। খাবন ঐবু লায়ন তৌদ্রি, শাগৈন থৌওইদবসু তৌদ্রি। অদুন মখোয়দ ঐনা ব্রা কায়ব ঙমহৈরোই। মগুণ চাউব ঈপা, মতিক লৈব ঈবুংশিংগি মব্রাবু হিকতোকতৃন ঈচিন অসিন মাই হায়ব ঙমহৈরোই। ঈবুংঙো অঙৌব নহাককি নয়াথং হায়নখিব অদু হোংবিখিগনু। শাবি অঙৌব অব্রাং কাউনৌ চিঙশোমব, চিঙজাউ শেম্ব নিংথৌ নঙন ঐবু খাব ময়ুমদগি হল্লক্উ, মখোয়ন হায়ব য়ারুরগনু হায়বদি খাবন ঐবু মীরায়ন তৌদুন থৌ ওইরক্তব মতম ঙাইখিসি হায়ন খুমখি। মাদু তাবদ নোংপোকন

ৱাংঙমলোন- ও, লোইতাম থাশিফরোই, লাঙহৈ কুমণ্ড্রফরোই, কোরও নুমিৎ শিঙথাসে। লম্লেল মতাইমা কদায়রম লমওক্লসিপা হায়না তম্পা মশানৌপু ফৈরা তান্তা থোংনা পাওথেম্পাপু তম্পা কোনখৈ অতামপীনা য়িশাপি অঙৌপাৎ- ও, খাপা মমায় ওত্রা য়াংপা মনম মুকতরিপাতি কোরও নুমিৎ শিঙথাঙমলোইয়ে হায়না তম্পা লীকলাং মপাউ মেনপু নুংশি য়াব্রা খোনথংননরিঙৈতা মতু ঙাংঙোই য়োয়্মোংপাপু লাক্লকয়ে। য়োয়চিঙলেল্ তমহৈপানা য়িমোম তম্পা ৱাংঙমলোন- ও, লাইরেল মৈপী হানতোংপী তুপী মৈরেল তোমশাৎনপী নঙকা অঙৌপা মালং নোংপোক হুমওইপা কোরও খোঙ্চোমপাকা চিঙঙু নতিক্না খোইমোম্ নপা মশেনপু কোল্লোয় কিরিকি পাওমেন্নাঙামপানো হায়না পাওহংপাপু অঙৌপা লংমাই নিংথৌ কাইনও চিঙশোম্পানা পাওখুমলক্য়ে, নমোম তম্পা ৱাংঙমলোন পায়মা ঐকি নুচেঙপী অসীপু নপল্ তাংশকতা, মতু মীথাতে হায়পা নৎতাপারা? করিকি খাপা মরাল য়ায়তা য়াংকোইঙামপানো? মতু নিংথৌ লাইপাখংশিংনা অঙৌপা ঐপু কোইনা হুল্লাল্নিঙপাকি

---

হায়খি, ঈবেম্ম থাশি ৱাংম লানফবোই, চহী ৱাংম লানহনগনুসি। ঐখোয়ন চৎকদব নুমিৎ মশিঙ ককতুনা নুমিৎ থানরসি, অদুগ মফম কদাইদ, কবমব মতমদ উনসিগে হায়ন পান্থোইবীবু পমদুন থেমবদ তম্পান খুমখি, খাবন লূন তৌরিঙৈ, য়াংবন চেৎন চান্ন তৌরিঙৈদ চৎনব নুমিৎ মশিঙ থাব ঙমলোই। অসুমন নোংপোক পানথোইবী অনীনা নুংশি নুংওন্নন ব্রা ঙাঙ্- নরিঙৈদ মবুং ঙাংঙোই যোযমোংব লাক্লে। ঙাংঙোই যোযচিঙলেল্ তমহৈবন মচল্ য়েংদুন হায়খি। ঈবেম্ম নিংথৌগী মচা- ও, লাইগি মকোক মৈগি মপীদ হান্ন লৈবমবী, নতীক নগুণগ লোয়নন মৈ মবক্তগি অথোইবী ওইন নতোম্মত পোক্লকপী নঙগ নোংপোক নিংথৌ খোঙজোমবগ নতিক নপা চানব নখোয় অনীন কবিগি ব্রা ঙাঙনরমলিবনো হায়ন হংবদ নোংপোক নিংথৌন খুমলকই, নচল্ ঈবেম্ম তম্পা অসি ঐগি থব্রায় তাজবী ঐগি থব্রায়ন পামজবী অসিবু মমা মপা কিদে, মবুং মপব্রাবু মী থানদে হায়বদায, করিগিদমক মহাকন খাব ময়ুমদ লৈরিবনো? মহাককি মবূং লাই পাখং নখোয়ন অঙৌব ঐবু নবৌ

তৌশিকপনে। খাপা মরাল য়ায়তাতি নমোম ব্রাংঙমলোন্ ব্রাংকোল লাইরূরা অসিপু লক্‌ররোঙ্ নোংশাংফরোই। অসি কোরও নুমিৎমা অসিতা নমোম ব্রাংঙমলোন পায়মা ঐকি নুংচঙপী অসিপু শেল্লোয় য়িচিঙলেনপু কামন্নখিরসে হায়না পাওমেনপাপু নমোম তম্‌পা লাইরূরা অতেংপীনা হোয়য়াতে হায়না পাওখুমপাপু লাইরেল ঙাংঙোই য়োয় মোংপানা য়িমোম তম্‌পা ব্রাংঙমলোন-ও, তমপা নতিকনা, ব্রাংঙম নপা মহাকনে। নশাপি অঙৌপা কোল্লোয় মতিলমেনপু তম্‌পা চিঙলাই লৈমা কচেং ঙানপা চনুনা পাওখুমখিয়ে। য়িশাপী অঙৌপা মাল্লং নোংপোক হুম ওইপা-ও, য়িতুলাইরেল ঙাংঙোই য়োযমোংপা-ও, লীকলাং নকাউখোনপু তম্‌পা ঐকি থব্রায় যিমিবেল মহাকনে। খাপানা থেংখোই নীরুপা, য়াংপানা মনম পূরুপাপু তম্‌পা পানম চংথোককে। মাল্লং নোংশিং লাংপাতা নঙপু য়েংলও শকউনসে। হয়েং কৌপা চিঙলেল নোংকা সোয়রপাতা শেল্লোয় নচিঙলেন্‌পু

---

তৌন থাদোকনিঙবগি তৌবনি। নচল্ ঈবেম্মদি খাব ময়ুমদ কুইন লৈব য়ারোই। ঙসিগি নুমিৎত ঐগি নুংশিরবী পান্‌থোইবী অসি ঐখোযগি নোংমাইজিঙদ কামিন্নরসি হায়বদ নচল ঈবেম্মন চৎসি হায়ব য়াদ্রি হাযন খুমখি। মাদু তাববদ লাইগি মকোক্ নিংথৌ মচা য়োয়মোংবন হায়খি, হে ঈবেম্ম তম্‌পা নঙগি নতিক চাব, নিংথৌ মচাগী মপা চাব নীপানি। অদুন নবুং অঙৌবন হায়ব ব্রাদ যাদব তৌগনু। অসুমন শ হায়খি মাদুদ চিঙলাই লৈম ওইবী, মতিক মগুণন ঙাননরিবী পানথোইবীন খুমখি শাবি অঙৌব নোংপোকত লৈব নুংশিংত নযুম্ ওইব ও অদুগ তাদ ঈবুংঙো লাইগি মকোক পাখং ওইব য়োয়মোংব-ও তম্‌পা ঐন নহাককি ব্রাদ য়াদব ঙমব নত্তে। অদুগ শাবি ঈবুংঙো অঙৌবা অসিসু তমপা ঐগি থব্রায়গি মপুনি। অদুন খাবন শাউনব মখোয়গি ব্রা থৌওইদনবগিদমক ঐহাক লংফৈ কোয়ন চংথোককে। নোংশিং লাংব চংথোকপদ ঈবুংঙো নঙগ উনসি। হয়েংদি নহাক্‌কি চিঙদ লাক্‌তুন চিঙগোই মরিন্‌দ থয়োং লোক্‌চাউগি ঈশিংদ ঈরু

নাতৈনানা চেঙ্কোই নারলয়ি, থয়োং চমপা লোকচাউয়িতা শান্তেংলগে। নয়ুম শেল্লোয় লৈমাপী শয়ী পীনা উকাপী নোংপাল মব্রাইতাপু তানতানা খল্লপা খোকুলাং মচয়্শুনা পামহাইপা থেনতা লমওক্লসে হায়না পাওমেল্লাপতা অঙৌপা মশাপিসুঙ তম্পা লীকলাং মপাউ মেনকি শেল্লোয় মচিঙ লেনতা হালব্রায়খিরে। তম্পা ব্রাংঙমলোন পানথোইপীসুঙ খাপা মরাল য়ায়তা ওস্তেরকলে।

অঙৌপা লংমাই নিংথৌ কাইনও চিঙশোমপানা তম্পা মশানৌপু মুনা মুনা য়েংঙাম্য়ে, মুরা পাৎ- ও কৌয়ে। তম্পা ব্রাংঙম্লোন তুপী ব্রাংঙম ঙাঙ্য়েক চনুনা অঙৌপা মশাপিপু কোংনা কোংনা য়েংঙাময়ে হায়পকি কোংঙা পাৎ- ও তৌনা কৌয়ে। অঙৌপা কইনও চিঙ্ শোম্পানা তম্পা ব্রাংঙমলোন্ অসিপু খাপা মরাল্য়ায়তা করমনা য়াংগোই ঙাম্পানো কল্লকয়ে হায়্না নুংশি খোয়্খৈ তানা তক্লও শিতঙ্ শোন্না শোন্মোইরময়ে। অতু নোংকিপু নোংপান হোঙনেম শুম্পা তক্শোনাপূঙ য়াওব্রা লৌচাউ চেঙ্কোই লৌচাউ ফানা পূঙ্- ও তৌনা কৌয়ে হায়তাপারা ?

---

জরগে। নখোয়গি শেল্লোয়গি লৈম শয়ী পীদুনা উকাপী অঙোমগি লমখৈবু কল্লিব মখূৎত পায়ব চয়শু মকোকন পাম হাইব চিঙগি তম্পাক্ত উনসি হায়ন ঙাঙনরবদ মশাবি অঙৌবন তমপা পান্থোইবীগি মব্রাদগি ময়ুম নোংমাইজিঙ লোমদ হন্খি। তম্পা ব্রাঙমলোন পানথোইবীসু খাবগি য়ুম লোমদ হললকলে

অঙৌব লংমাই নিংথৌন মশানৌ পান্থোইবীবু মুন মুন যেংহৌবগি মুরা পাৎ কৌই। অদুগ মঙাং চনু পানথোইবীবু মবুংঙো অঙৌববু কোংন কোংন (হন্ন হন্ন) য়েংলমই হায়বগি কোংঙা পাৎ কৌই। নোংপোক নিংথৌন মশানৌ পান্থোইবীবু করমন খাব ময়ুমদ লৈখিবনো কল্লকই হায়ন মপুক্ নুংশি তকশি শোন্দুন শোল্লমই হায়বগি অঙোমগী হোঙনেম শুমবগি তকশো পূঙ মখোল্ চাউবা মরৌ চাউব চেঙকোই লৌ চাউব ফাব পুঙ হায়ন কৌনখি।

হয়েং কৌপা চিঙ্লেল্ নোংকা সোয়রাপাতা তম্পা মৈপী হানতোংপীনা পাওমেল্লক্য়ে। য়িনু তেক্ আ- ও, কোরও অসি নোংপু তম্পা নহুয়রোল্ ঐতি নোংতা লাইরেল্ পাখংপা খোন্খৎলোং, পচেঙ্ চাচল্লোং, চোম্লাং খোঙ্ থীল্লোং, ফূর্মথী হামৎলোং, নাউব্রা চেঙ কোৎলোংপু লোংফাল্লুগে। লোঙকোল্ ব্রাম্রও থাংনা পানম চৎথোক্কে, লেম্লৈ ঙাতারুকে হায়না তম্পা ব্রাঙম্লোন পান্থোইপীতি থয়োং চুম্পা লোকচাউয়ি, চেঙগোই নাবল্য়ি, নোংপাল্ নূঙ্কাং পাম্পা লান্নং য়ি, মপারি হাওপা তেক্পা থৌতোংয়ি, চক্পা থৌপান্তোংপা ফানা য়ি, চেঙ্কোই নারল্ য়িতা থয়োং ঙাতাখিয়ে। অঙৌপা লংমাইনিংথৌ কাইনও চিঙ্গোম্পানা তম্পা মশানৌপু মিৎয়েং শান্খৈনানা লম্ওক্লরাপাতা তম্পা পাম্পাফাপীপু মশাপি অঙৌপানা কোরও থোইনা য়েং, ব্রাংপল্ পাংনা য়েংলা নোংহাম ঙামপাতা তম্পা মশানৌপু মিৎয়েং শান্খৈনানা লম্ওক্লরাপাতা তম্পা পাম্পাফাপীপু মশাপি অঙৌপানা ফৈরা তান্তাথোংনা পোম্পী তুকুম্পাপু চিঙ্গোয় চননা নুংনৌনাখিয়ে। তম্পা য়িশানৌ নঙ্পু

হয়েংপু থৎলমলিব চিঙজাউ অদূ লাম্থোক্লন লোং ঙাললবদ মৈবীদ হানন লৈরমবী পানথোইবীন হায়জখি। হে উনু তেক আ ও, ঙসি হায়ব নূমিৎ অসি নমৌনূপী তম্পা ঐহাক নোংতা লাইরেল পাখংববু খোনখৎনব লোং পয়া অকুপ্পন শাব লোং খোঙ্ থীন্দুন ঙা থওরগা ঙা ফানব লোং, ফূমথীনচিংব নীকথরগ ঙা ফানব লোং, অঙাংন চেকয়াদ (ঈশিং মপান্দ) কোক্লুণ ঙা ফারুগে হায়রমলগ নিংথৌ মচানুপী মনিঙ তৌন পান্বী তম্পান থয়োংদগি চুমথরকপ লোক্চাউগি ঈশিং, চিঙগোই নারল ঈ, অঙোম নূঙগাং পামবন লাননংখিব ঈশিং মচা হাওব তেকপন থৌতোংব ঈশিং থৌবানদোংবু ফানব চিঙগোই মরিনগি ঈশিংদ ঙা ফাব চৎখি। নোংপোক নিংথৌগ মশানৌ পানথোইবীগ উনরবদ, নোংদোল্ য়েংন কৈরেল ফাবী পানথোইবীবু ঙাইরমবদগি উনরবদ, নোংপোকন পানথোইবীবু পমদুন চেক্লা চিল্লোক্ল তোংবগুম ফমমিন্নদুন নূংশি নুংওনগি ব্রারী শাখি।মাদুদ নোংপোকন পানথোইবীদ

শেল্লোয়্ য়িচিঙ্শেল্ অসিতা য়াংকোইমিন্নরাসে। তম্পা নারাল্ ওস্তেরকুনো হায়্না পাওমেনপাপু তম্পা ব্বাংঙমলোন্না হোয়্য়াতে। শাপি থব্ব য়িমিরেন্- ও খাপা মমায়্ ওস্তারি। তম্পা থামল্ কাইনা তৃচোং পল্লালখিয়ে হায়্কানে। য়িপল্ তুপী অঙন্পাপু তাঙ্চা য়িকাইয়ে। শাপি অঙৌপা নঙ্সুঙ্ পোইরৈ তম্তা তানা তাংখুলন মচীপাপু শা্লোল্লক্- ও। চয়্রৈ শেংখম্না মাল্লও য়ুংচিংনা, ব্বাতেং না সো, য়ুয়্য়োং লুফাচিল্ চয়্পুল্ লাভ্যৈ থেংকক্চাক্ শম্খোম্না শব্দ যৈথেংনা, তাংখুল তোরো নৈখোম্ থাঙ্ থাঙ্লেন্ চিনীলোঙ্পাপু নামৈ যেপ্না খুৎমাঙ্ মিতম থোং লীরী থম্মোইতিং লক্না তেন্মৈলাক্ কাঙকম্ য়া চীক্না হাওরা মুয়ুম্ য়াংশঙ্ লীপু য়ুন্ খোইপাক্শা, কুবাস্ট ফালং থাং, য়াসরী খোম্খোংনা কুম্না পোংতম্পু তাংখুল য়ায়্বোঙ্ নামিপাপু চয়্রৈ লেংতোল্ য়ান্না য়াংলৈ তাউপা হুয়্হংপাপু শারক্ও হায়না য়োয়্পু খোইমোম্ লাইরৈমো শেক্মোম্ কাইশীরাংকুম অথুম্পা সনা হক্শাং ওইপী তম্পা নোইনু থুম্সৈমা য়োয়্পু ব্বুইরুম মিংয়েং

---

খেমখি, "ঈবেম্মা নঙবু নোংমাইজিংদ পান্মিন্নরসি, নয়ৃমদ অমুক হনখ্রগনু" হায়ন থেমববু পানখোইবীন য়াখিদে। ইথব্বায়াগি থম্মায় ওইরিব ঈবুংঙো, খাবন ঐবু থৌওইদব তৌদ্রি। পান্খোইবীন লমহেনবগি মপুরোয়ব খাইনরমদুন চৎখিবনি হায়নসি। মগুণ চাউরব ঈপা নিংথৌ মমায় চোপকনি। ঈবুংঙো অঙৌব নঙন মচী তাংখুল শাদুন লাকউ। ফৈজোন ফৈজৈ শেৎলগ ইন্নফি মযুং হৈন ইল্লগ ননাদ উতোং চিললকউ, পয়া ফারল কোক্ত পুল, পজেঙ চরোং থেৎ, শমখোঙ কোয়ন কল্লগ শব্দ দৈন থেৎতুন লৈপাক্ হাইনব তাংখুল তোর্থাঙ চিনাইববু নামৈদ য়েপ্পুন নখুৎত খুৎখাঙ হাপ্পগ লীরী থম্মোই ফাওব চিংলো তেনমৈ চপ্প ফারো, নয়াদ লীরী চীক্লকউ। কুরাউ ফাল য়ানদুন য়াংলীন শাব হামৈ মপাক পুরকউ। য়াইরীন খোঙদ য়েৎলগ কুম্না মপোৎ পুদুন তাংখুল ফি মরাক পীকপ অদু মরেংবান্দ য়ানদুন হুয়হংব শান লাকউ হায়ন লেপ্প্ররে। লাইহিগি মনুংদ লাইরৈম ওইবী খোইরাগুম মশা পুম্নমক অথুমবন ওইবী, থুম লৈম ওইবী মমিং উইরুম তৌন য়েংব মিংয়েংন

মতাথি থমোই লাইমিৎ অরাপানা মিৎয়েং তেম্পাল্ হোংফতাপী য়োয়্পু নোইনু থূমলৈমা ব্ৰাংঙম্ নুংশি কোল্লোয় মতিল্মেন্পু ব্ৰারেপ্পরাপাতা শেল্লোয় লও থায়োংকি তম্পা থিংলও নিঙ্না তেনা হল্ব্ৰায়রক্লাপাতা তম্পা ব্ৰাংঙমলোন্না অব্ৰা হক্কা চোক্লপাকি পামেল্ ঊনা থৎনা তিল্লাং হাইশিৎনানা হুল্লাল্লময়ে। ব্ৰাংঙমলোন্ মপল তাংশক্তাপী তিল্লাং হাইশিৎফম্নে। তম্পা কোরও নোংমাপীন অঙানপানা থোঙলেন্ খম্লাপাতা তাংকানুপী পুয়্তিং ব্ৰাক্তি তম্পা খাপী খেরাং থাং ব্ৰাংঙম্ অমাই মরাঙ্ হওনা নাইফা থান্ফম্ মাঙ্, লৈচোল্ মীরৈকাইকি নমু পোংনাউতোন্ নাউব্ৰা অখূপা শূমায়্ কাঙ্খোম্ লোয়্ লৈপূঙ্ য়াকাপাপু নমু চঙ্না ব্ৰায়্, মীকোক্ মীরুথেক, মীকোক্ মীরু কক্না নাউব্ৰা মী খুদোনপু তোঙকোল্ ব্ৰাইরও নুংতা তঙ্না ব্ৰায়্না হাপ্খিয়ে। অতু নোংকিপু লৈচোল্ মীরৈকাইতি কতৌনোংকি কৌপানে? খাপী পুয়তিংব্ৰাক লান্তাব্ৰাই মচী নোংহুম শাপু শাচেল্ লম্, থোঙ্কাপাক্ লাল্তা ব্ৰাই, চক্পা পূমশাইখোং, ব্ৰাংনু লৈমা চীন্হাইখোংও থোন্নয়ে। তম্পা ব্ৰাংঙম্লোন্ থোকাপাক্ লাল্ চলব্ৰাইপু শাইলন্পীতি

---

পুক্রিঙগি হোংব য়াদব অরেপ্প ব্রা হায়নরগ থুম লৈমগি মশক ওইবী লাইরেম্ম পানথোইবীন নোংমাইজিঙগি থয়োং লোক্তগি নুংশিব ব্রারেপ্পরগ ময়ুমদ হল্লকপদ পানথোইবীন ব্রাবন মশা চোকথমল্লবগি ঊনা .ৎলগ মতিলন শিৎতুন হনদোক্লমই। মপা মমাবু কিদবী পানথোইবীন মতিল্ শিৎলমব মফমনি হায়দুন তিনশিৎ কৌই। নোংমগি মতম কাইদুনা লাকলবী পানথোইবীন, নুমিৎ তারকলবদ, মাইবী শাবী তমপান হরাওনা মখে লাংন লৈকাই অং'° মচাশিংন কাঙ হওবদ শুমাঙদা চেন্দুনা শানব অঙাং অদুগ লৈপুঙ য়াকাদুন লৈব মীবু চঙন ফারগ মকোক মরু থেক্তুন কক্লগ, অঙাংগি মখুৎ খুদোন থৎতুনা অহিংব অঙাং ফারগ তুংগোল মনুংদ হাপচিল্লে। লৈচোল্ মীরৈকাই কৌখিবগি মরম করিনো? খাবী পূয়তিংব্রাক ওইন পান্থোইবীন লান্তাফম, মচী লোঙব শান চেন্নফম থোঙকাপাকন লান্তাম চক্প পূমশাইখোং ব্রাংনু লৈমন ব্রা হায়নফম খোং হায়ন থোনখি। পান্থোইবীন থোঙকাপাকপু লাল

নাতৈনানা চেঙ্কোই নারলয়ি, থয়োং চমপা লোকচাউয়িতা শান্তেংলগে। নয়ুম শেল্লোয় লৈমাপী শয়ী পীনা উকাপী নোংপাল মব্রাইতাপু তানতানা খল্লপা খোকুলাং মচয়্শুনা পামহাইপা থেনতা লমওক্লসে হায়না পাওমেল্লাপতা অঙৌপা মশাপিসুঙ তম্পা লীকলাং মপাউ মেনকি শেল্লোয় মচিঙ লেনতা হালব্রায়খিরে। তম্পা ব্রাংঙমলোন পানথোইপীসুঙ খাপা মরাল য়ায়তা ওন্তেরকলে।

অঙৌপা লংমাই নিংথৌ কাইনও চিঙশোমপানা তম্পা মশানৌপু মুনা মুনা য়েংঙাম্য়ে, মুরা পাৎ- ও কৌয়ে। তম্পা ব্রাংঙম্লোন তুপী ব্রাংঙম ঙাঙ্য়েক চনুনা অঙৌপা মশাপিপু কোংনা কোংনা য়েংঙাময়ে হায়পকি কোংঙা পাৎ- ও তৌনা কৌয়ে। অঙৌপা কইনও চিঙ্ শোম্পানা তম্পা ব্রাংঙমলোন্ অসিপু খাপা মরাল্য়ায়তা করমনা য়াংগোই ঙাম্পানো কল্লকয়ে হায়্না নুংশি খোয়্খৈ তানা তক্লও শিতঙ্ শোন্না শোন্মোইরময়ে। অতু নোংকিপু নোংপান হোঙনেম শুম্পা তক্শোনাপূঙ য়াওব্রা লৌচাউ চেঙ্কোই লৌচাউ ফানা পূঙ্- ও তৌনা কৌয়ে হায়তাপারা ?

---

জরগে। নখোয়গি শেল্লোয়গি লৈম শয়ী পীদুনা উকাপী অঙোমগি লমখৈবু কল্লিব মখূৎত পায়ব চয়শু মকোকন পাম হাইব চিঙগি তম্পাক্ত উনসি হায়ন ঙাঙনরবদ মশাবি অঙৌবন তমপা পান্থোইবীগি মব্রাদগি ময়ুম নোংমাইজিঙ লোমদ হন্খি। তম্পা ব্রাঙমলোন পানথোইবীসু খাবগি য়ুম লোমদ হললকলে

অঙৌব লংমাই নিংথৌন মশানৌ পান্থোইবীবু মুন মুন য়েংহৌবগি মুরা পাৎ কৌই। অদুগ মঙাং চনু পানথোইবীবু মবুংঙো অঙৌববু কোংন কোংন (হন্ন হন্ন) য়েংলমই হায়বগি কোংঙা পাৎ কৌই। নোংপোক নিংথৌন মশানৌ পান্থোইবীবু করমন খাব ময়ুমদ লৈখিবনো কল্লকই হায়ন মপুক্ নুংশি তকশি শোন্দুন শোল্লমই হায়বগি অঙোমগী হোঙনেম শুমবগি তকশো পূঙ মখোল্ চাউবা মরৌ চাউব চেঙকোই লৌ চাউব ফাব পুঙ হায়ন কৌনখি।

হয়েং কৌপা চিঙ্লেল্ নোংকা সোয়রাপাতা তম্পা মৈপী হানতোংপীনা পাওমেল্লক্য়ে। য়িনু তেক্ আ- ও, কোরও অসি নোংপু তম্পা নহুয়রোল্ ঐতি নোংতা লাইরেল্ পাখংপা খোন্খৎলোং, পচেঙ্ চাচল্লোং, চোম্লাং খোঙ্ থীল্লোং, ফূর্মথী হামৎলোং, নাউৱা চেঙ কোৎলোংপু লোংফাল্লুগে। লোঙকোল্ ৱায়্রও থাংনা পানম চৎথোক্কে, লেম্লৈ ঙাতারুকে হায়না তম্পা ৱাঙম্লোন পান্থোইপীতি থয়োং চুম্পা লোক্চাউয়ি, চেঙগোই নাবল্য়ি, নোংপাল্ নূঙ্কাং পাম্পা লান্নং য়ি, মপারি হাওপা তেক্পা থৌতোংয়ি, চক্পা থৌপাম্তোংপা ফানা য়ি, চেঙ্কোই নাবল্ য়িতা থয়োং ঙাতাখিয়ে। অঙৌপা লংমাইনিংথৌ কাইনও চিঙ্গোম্পানা তম্পা মশানৌপু মিৎয়েং শান্খৈনানা লম্ওক্লরাপাতা তম্পা পাম্পাফাপীপু মশাপি অঙৌপানা কোরও থোইনা য়েং, ৱাংপল্ পাংনা য়েংবা নোংহাম ঙামপাতা তম্পা মশানৌপু মিৎয়েং শান্খৈনানা লম্ওক্লরাপাতা তম্পা পাম্পাফাপীপু মশাপি অঙৌপানা কৈরা তাম্তাথোংনা পোম্পী তৃকুম্পাপু চিঙ্গোয় চননা নুংনৌনাখিয়ে। তম্পা য়িশানৌ নঙ্পু

---

হয়েংপু থৎলমলিব চিঙজাউ অদূ লাম্থোক্লুন নোং ঙাললবদ মৈবীদ হানন লৈরমবী পানথোইবীন হায়জখি। হে উনু তেক আ ও, ঙসি হায়ব নূমিৎ অসি নমৌনূপী তম্পা ঐহাক নোংতা লাইরেল পাখংববু খোনখৎনব লোং পয়া অকুপ্পন শাব লোং খোঙ্ থীন্দুন ঙা থওরগা ঙা ফানব লোং, ফূমথীনচিংব নীকথরগ ঙা ফানব লোং, অঙাংন চেকয়াদ (ঈশিং মপান্দ) কোক্লুণ ঙা ফারুগে হায়রমলগ নিংথৌ মচানুপী মনিঙ তৌন পান্বী তম্পান থয়োংদগি চূমথরকপ লোক্চাউগি ঈশিং, চিঙগোই নারল ঈ, অঙোম নূঙগাং পামবন লাননংখিব ঈশিং মচা হাওব তেকপন থৌতোংব ঈশিং থৌবানদোংবু ফানব চিঙগোই মরিনগি ঈশিংদ ঙা ফাব চৎখি। নোংপোক নিংথৌগ মশানৌ পানথোইবীগ উনরবদ, নোংদোল্ য়েংন কৈরেল ফাবী পানথোইবীবু ঙাইরমবদগি উনরবদ, নোংপোকন পানথোইবীবু পমদুন চেক্লা চিল্লোক্ল তোংবগুম ফমমিন্নদুন নূংশি নুংওনগি ৱারী শাখি।মাদুদ নোংপোকন পানথোইবীদ

শেল্লোয় য়িচিঙ্শেল্ অসিতা য়াংকোইমিন্নরাসে। তম্পা নারাল্ ওন্তেরকুনো হায়্না পাওমেনপাপু তম্পা ব্রাংঙমলোন্না হোয়্য়াতে। শাপি থব্র য়িমিরেন্-ও খাপা মমায় ওন্তারি। তম্পা থামল্ কাইনা তূচোং পল্লালখিয়ে হায়্কানে। য়িপল্ তুপী অঙন্পাপু তাঙ্চা য়িকাইয়ে। শাপি অঙৌপা নঙ্সুঙ্ পোংইরে তম্তা তানা তাংখুলন মচীপাপু শা[illegible]লোল্লক্-ও। চয়্রৈ শেংখম্না মাল্লও য়ুংচিংনা, ব্রাং[illegible]তং না[illegible]না, য়ুয়্রোং লুফাচিল্ চয়্পুল্ লা[illegible]য়ে থেংকক্চাক্ শম্খোম্না শরূ ফৈথেংনা, তাংখুল তোরো লৈখোম্ থাঙ্ থাঙ্লেন্ চিনীলোঙ্পাপু নামৈ যেপ্লা খুৎমাঙ্ মিতম থোং লীরী থম্মোইভিং [illegible]কা তেন্মৈলাক্ কাঙকম্ য়া[illegible]চীয়্না হাওরা মুয়ুম্ য়াং[illegible]ঙ্ লীপু য়ুন্ খোইপাক্শা, কুবাউ ফালং থাং, যাসরী খোম্থোংনা কুম্না পোংভম্পু তাংখুল য়ায়্রোঙ্ নামিপাপু চয়্রৈ [illegible]ংতোল্ য়ান্না য়াংলৈ তাউপা [illegible]পাপু শারক্ও হায়না য়োয়্পু খোইমোম্ লাইরৈমো-শেক্মোম্ কাইগীরাংকুম অথুম্পা সনা হক্শাং ওইপী তম্পা নোইনু থুম্লৈমা য়োয়্পু ব্রুইরুম মিৎয়েং

---

খেমখি, "ঈবেম্মা নংবু নোংমাইজিংদ পান্থিন্নরসি, নয়ূমদ অম্রুক হনখ্রগনু" হায়ন থেমববু পানথোইবীন য়াখিদে। ইথব্রায়াগি থম্মায় ওইরিব ঈবুংঙো, খাবন ঐবু থৌওইদব থৌদ্রি। পান্থোইবীন লর্মহেনবগি মপুরোয়ব খাইনরমদুন চৎখিবনি হায়[illegible]নি। মগুণ চাউরব ঈপা নিংথৌ মমায় চোপকনি। ঈবুংঙো অঙৌব নঙন মচী তাংখুল শাদুন লাকউ। ফৈজোং ফৈজৈ শেৎলগ ইন্নফি ময়ুং হৈন ইল্লগ ননাদ উতোং চিললকউ, পয়া ফারল কোক্ত পুল, পজেঙ চরোং থেং, শমখোঙ কোয়ন কল্লগ শরূ ফৈন খেৎতুন লৈপাক্ হাইনব তাংখুল তোর্থাঙ চিনাইববু নামৈদ য়েপ্তুন নখুৎত খূৎখাঙ হাপ্লগ লীরী থম্মোই ফাওব চিংলো তেনমৈ চপ্ল ফারো, নয়াদ লীরী চীল্লকউ। কুরাউ ফাল য়ানদুন য়াংলীন শাব হামৈ মপাক পুরকউ। য়াইরীন খোঙদ য়েৎলগ কুম্না মপোৎ পুদুন তাংখুল ফি মরাক পীকপ অদু মরেংবান্দ য়ানদুন হুয়হংব শান লাকউ হায়ন লেপ্লরে। লাইগি মনুংদ লাইরৈম ওইবী খোইরাগুম মশা পুন্নমক অথুমবন ওইবী, থুম লৈম ওইবী মমিং উইরুম তৌন য়েংব মিৎয়েংন

মতাথি থমোই লাইমিৎ অরাপানা মিৎয়েং তেম্পাল্ হোংফতাপী য়োয়্পু নোইনু থূমলৈমা ব্রাংঙম্ নুংশি কোল্লোয় মতিল্মেন্পু ব্রারেপ্পরাপাতা শেল্লোয় লও থায়োংকি তম্পা থিংলও নিঙ্না তেনা হল্ব্রায়রক্লাপাতা তম্পা ব্রাংঙমলোন্না অব্রা হক্লা চোক্লপাকি পামেল্ ঊনা থৎনা তিল্লাং হাইশিৎনানা হুল্লাল্লময়ে। ব্রাংঙমলোন্ মপল তাংশক্তাপী তিল্লাং হাইশিৎফম্নে। তম্পা কোরও নোংমাপীন অঙানপানা থোঙলেন্ খম্লাপাতা তাংকানুপী পুয়্তিং ব্রাক্তি তম্পা খাপী খেরাং থাং ব্রাংঙম্ অমাই মরাঙ্ হওনা নাইফা থান্ফম্ মাঙ্, লৈচোল্ মীরৈকাইকি নমু পোংনাউতোন্ নাউব্রা অখূপা শূমায়্ কাঙ্খোম্ লোয়্ লৈপূঙ্ য়াকাপাপু নমু চঙ্না ব্রায়্, মীকোক্ মীরুথেক, মীকোক্ মীরু কক্না নাউব্রা মী খুদোনপু তোঙকোল্ ব্রাইরও নুংতা তঙ্না ব্রায়্না হাপ্খিয়ে। অতু নোংকিপু লৈচোল্ মীরৈকাইতি কতৌনোংকি কৌপানে? খাপী পুয়তিংব্রাক লান্তাব্রাই মচী নোংহুম শাপু শাচেল্ লম্, থোঙ্কাপাক্ লাল্তা ব্রাই, চক্পা পূমশাইখোং, ব্রাংনু লৈমা চীন্হাইখোংও থোন্নয়ে। তম্পা ব্রাংঙম্লোন্ থোকাপাক্ লাল্ চলব্রাইপু শাইলন্পীতি

---

পুক্লিঙগি হোংব য়াদব অরেপ্প ব্রা হায়নরগ থুম লৈমগি মশক ওইব্রী লাইরেম্ম পানথোইবীন নোংমাইজিঙগি থয়োং লোক্তগি নুংশিব ব্রারেপ্পরগ ময়ুমদ হল্লকপদ পানথোইবীন ব্রাবন মশা চোকথমল্লবগি ঊনা .ৎলগ মতিলন শিৎতুন হনদোক্লমই। মপা মমাবু কিদবী পানথোইবীন মতিল্ শিৎলমব মফমনি হায়দুন তিনশিৎ কৌই। নোংমগি মতম কাইদুনা লাকলবী পানথোইবীন, নুমিৎ তারকলবদ, মাইবী শাবী তমপান হরাওনা মখে লাংন লৈকাই অঙাং মচাশিংন কাঙ হওবদ শুমাঙদা চেন্দুনা শানব অঙাং অদুগ লৈপুঙ য়াকাদুন লৈব মীবু চঙন ফারগ মকোক মরু থেক্তন কক্লগ, অঙাংগি মখুৎ খুদোন থৎতুনা অহিংব অঙাং ফারগ তুংগোল মনুংদ হাপচিল্লে। লৈচোল্ মীরৈকাই কৌখিবগি মরম কারিনো? খাবী পূয়তিংব্রাক ওইন পান্থোইবীন লান্তাফম, মচী লোঙব শান চেন্নফম থোঙকাপাকন লান্তাম চক্প পূমশাইখোং ব্রাংনু লৈমন ব্রা হায়নফম খোং হায়ন থোনখি। পান্থোইবীন থোঙকাপাকপু লাল

নুমিৎতাং খাপা মরাল্ য়ায়্তা য়ুম্চঙ্‌খিপাপু মনুতেক্ঙা খাপা হুয়্ তোন্কোক্পম্ নিংঙোন্পীনা পাওহংঙাম্‌য়ে। তম্পা য়িহূয়্‌রোন্ মৈতেংঙু চনু ব্রাংকোল্ লাইরূবা অতেংপী- ও, ব্রাংঙম্ নঙ্না ঙাতারুপতি তোম্থা মৈমুপূ ফারকপরা, ঙাতেল্ তেল্‌মৈরোঙ্পু হায়রক্পরা হায়না তোংকোল্ ব্রাইরও মখূম হাংনা মিয়েং শান্খৈরুপাপূ লেম্লৈ ঙাতি লৈঙাম্‌তে। নাউব্রা মীকোক্ মীরুতোন্পু লৈঙাম্লপাকি খাপা হোইতোন্ কোক্পম নিঙোন্পী মেনু তেক্ঙানা থব্রায়্ মিরেল্ পাই থীক্লেল থাক ফুনা শোংকিখিয়ে। মথংলেন তরম্ খোইনু চাসুঙ্ তম্পা ব্রাঙম্লোন্পু চয়্‌বৈ য়াকু তৈনা লূম্লাং থেংকোই নীক্খিরে। খাপা মমায়্ ওন্, য়াংপা মনম্ মুক্পাকিপু তম্পা ব্রাঙম্লোন্না পাওহংখিয়ে। তম্পা ঐপু তড়া চানমথিকুম্ ব্রাংলৈ কোন্ঙৌ থোংকুম্ থংলেল্ তরম্ খোইনুচা নঙ্নসুঙ্ লুম্লাং থেংকোই নীক্লে। তম্পা ঐপু চয়্‌বৈ য়াকু তৈনা শোংকাঙ্পা অসীপু কতৌপনো? ব্রাংঙম ঐকিতমক্পু কবিকি কাওরেল্ অতিংঙাপু করিকি শনতিংপানো তাইয়ম্ অরেম্পাপু কতৌপা নাইতিং

---

ফাব মশক ওইদুন নুমিৎ তারবদ ময়ুমদ চঙখিবদ খাব হোইদোন্কোকপম নিংঙোল মনুতেকঙান হংলমই, মৈতিংঙু চনু ঈমৌ ঈবেম্ম ব্রাংগোল লাইব্দরা অথোইবী মপা- ও, নঙন ঙা ফাব চৎলুবদি থরাক মৈমুবীবু ফারকপরা, ঙাতেল্ মৈরোঙববু ফারকপরা হায়ন তুংগোল মখুম হাংদুন য়েংলুবদা ঙাদি লৈরমদ্রে। অঙাংগি মকোক মরু ঙাক্ত লৈরমলবদ হোইদোন কোকপম নিংঙোল মোমনু তেক্ঙান মথব্রায় মমি পাইন কিদুন মথবাক য়ৈখ্রে। খাব শাগৈ পূম্নমকন হংগোইনখ্রে। মপুবোইয় তরম্ থোইনুচাসু পান্থোইবীবু ফম্মুং তোঙানন হীপহনদুন মপূরোয়ব নত্তবগুম তৌখ্রে। খাব শল্লাই পূম্নমকন থৌওইদন মীরাইন তৌব অদুদ তম্পা পান্থোইবীন ব্রা হংখি, - থংলেল তরম খোইনুচা নহাকন পান্থোইবী ঐবু মনম নমথিরব অপূমব চাক কুম অদুগ কোন্ঙৌদ থোংব য়ুগুম নহাককি নুপীনি হায়ব খন্দ্রে। ঐহাকপু ফমুং তোপ্ন হিপ্তূন কিরিব করিগীনো? তম্পা ঐগি দমকপু করিগি

পানো? তম্পা তড়া চানমথীকুম্পা ঐপু করিকি হোয়্থিরাপানো? য়িপল্ তুপী অঙন্পা, য়িতু লাইরেল্ অরেমপাকি মরাল্ য়ায়্কি তম্পা ঐপু য়িরাল্ লুহোঙ্ খোঙতোংলক্পাপু কোরও নুমিৎ মঙানি শুতারিঙৈপু ঈথংলেল্ তরম্ খোইনুচা নঙ্না হান্না ব্রাংঙম্ ঐপূ চয়্রৈ য়াকু তৈথিপানে। তম্পা ঐপু ওল্য়ে হায়্কুনো হায়না ব্রাংঙম্ তিললাং মখোয়্ শাউ য়াইপী মনুং হওনা ব্রাতাথীথিয়ে হায়তাপারা হয়েং কৌবা চিঙ্লেন্ নোংকা সোয়্রাপাতা ব্রাংঙম্লোন্ পান্থোইপীনা মশাপি অঙৌপা লংমাই নিংথৌ কাইনও চিঙ্শোমপা তাংখুল্ মচী শাপাপু লাক্কাপারা লম্ওক্লাকে হায়্না ইন্তাল্লক্পাপু কোরও নুমিৎ চুপ্ মালেম্ মনারোয়্, মালং লম্শং তোংনা নোংহাম্পাপু অঙৌপা নশাপিপু লম্ওক্লাতারে। তম্পা ব্রাংঙম্লোন্না য়াংপা মাঙ্থানাপানা উকনি হায়্পাকিপু ব্রাংঙম্ চয়্রৈ মইন্ফিপু লাইচা য়িতা শূন ঙাইখমথিয়ে। অতু নোংকিপু ব্রাংঙম্ লোন্ পান্থোইপী চয়রৈ ফিশূখোংও তৌনা কৌয়ে। মশাপি অঙৌপা লংমাইনিংথৌ কাইনও চিঙ্শোম্পাসুঙ্ শেল্লোয্ মচিঙ্ লেন্

---

অরেম্বদ নশল তিংবগে? অরেম্বদ করিগি ননাই পীথোকলিবনো? মনম নমথীরব চাককুম্বী তম্পা ঐবু করিগি লুহোংদুন লওরিবনো? মতিক্ মগুণ চাউব ঈপা, মগুণ লৈব ঈবুংশিংদি ময়ুমদ তম্পা ঐন খাব নখোয়্গি নয়ুম্দ লাক্প অসী নুমিৎ মঙানি শুদ্রি। মাসিদ ঈপূরোয়ব তরম খোইনুচা নহাকন হান্নন ঐবু হুন্দোক্নু ফম্মুং তোংঙাল হিপ্খিবনি। তম্পা ঐন হান্ন পুক্লিঙ্ ওন্খিবনি হায়গনু হায়ন যাম্না শাউন মখোয়ন শাউন তাথিন হায়খি।

মতুং নোংঙাল্লবদ নিংথৌমচা পানথোইবীন তাংখুল মচী শাব মবুংঙো লংমাই নিংথৌ কাইনও চিঙশেমব লাকপ উনগে হায়বগি তাননবদ নুমিৎ তারক্পাগ লৈপাক্ন ইঙথবক্লব, লমহাংগি অইঙব নুংশিৎন্ শিৎপ ফাও ঙাইবদ উনদ্রে। খাবগি মী মাঙদ লাকপন উখিগনি হায়বগি পান্থোইবীন মনমদ ইন্ব ঈনফি শূদুন ঙাইখি। অদুগি দমক মফম অসিবু পানথোইবীগি মফি শূফমনি হায়দূন ফিশুখোং কৌখি। মবুংঙো লংমাই নিংথৌ কাইনও চিঙ্শোম্বসু শেল্লোয় মখোয়গি অথোইব চিঙ্ লংমাইচিঙদা মনাও ঈবেম্ম

লংমাই মচিঙ্শাংতা তম্পা মশানৌপু লাক্কাপারা হায়না ঙাইখম্লম্য়ে। অতু নোংকিপু ঙাইরোং চিঙ্ মহুৎ ও তৌনা কৌয়ে। তম্পা লাইরেম্মনা কোরও নুমিৎ চুপ্পা অঙৌপা লৈরাং মনুংশি তম্পা পূক্লিঙ খোয়্খৈ তাপাপু ঙাইখম্পাতা কোরও নুমিৎ চূপ্পপাকি তম্পা মরাল ওন্তেরক্লে। মশাপি লংমাই নিংথৌ য়োয়্রেন্পাসুঙ তম্পা মশানৌপু নুংশি খোয়্খৈ তানা নোংহামপাপু নোং হাম্ থেংলে। অঙান্পা থোঙ্লেল্ খম্লে। অঙৌপা লংমাইনিংথৌ নোংপোক মালং হুম্ ওইপাসুঙ্ শেল্লোয় মচিঙ্ লেন্তা হলৱাইখিরে হায়তাপারা?

## ইন্- চিংপা

হয়েং কৌপা চিঙ্লেল্ নোংকারোয়্রাপাতা তম্পা খাপী লেংনাউমোম্পীনা লমলেন্ মতাইমা হাওরৈ নোংপোকলা পাংপারম্ হয়্রেম্ কাঙহৈনু খিঙখিঙ কাঙহৈনু লেম্লৈ ঙানা পাম্পীনা মপারি নুংপান্ য়াংহন্পা ৱাকযৈ হিকূনুংতা য়াতাপা, থৌপাল লাইচা

---

তম্পা লাককব্রা হায়ন ঙাইরমই। অদুগি দমক ঙাইরোংচিঙ্ মহুৎ কৌখি। তম্পা লাইরেম্মন লৈরাংগুম নুংশিব মপুক তাজব মবুংঙো অঙৌববু নুমিৎ চুপ্প ঙাইবদ নুমিৎ তারক্লবদগি ময়ূমলোমদ হললক্লে। অদুগ মবুংঙো লংমাই নিংথৌ য়োয়রেনবসু মনাও পান্থোইবীবু নুংশিবগ লোয়নন ঙাইববু নুমিৎ থেঙখ্রে। নুমিৎ তাখ্রে। অদুদগি হৌনা থেংয়া লমনুংশি কৌখি। অঙৌব লংমাইনিংথৌ, অহাঙব নুংশিৎত য়ুম্ ওইব নোংপোক্সু মখোয়গি অথোইব চিঙ নোমাইজিঙদ হনখি।

## ইন্- চিংবা

নোংঙাল্লবদ মাইবী চঙ্বী তম্পান নোংপোক্ মায়্কৈদ হয়্রেম কাঙহৈনু খিং খিং কাঙহৈনু কৌবী ঙান পামবী অদূন মচানিপা হি মনুদ হিপ্প লুৱাং য়াংহনবা থৌবাল তুরেল্ তমন তাউথখ্রব মচাগিদমক থবাক্ খুদুম

য়িরম্ য়িন্‌খিপাপু থীকলেন্ থাকাফু অচেল্ লোক্‌লৈ হওনা ইস্তাল্লক্‌পতা শরেং শম্‌শাম্‌পী চানা লাইচা য়িরোননুংতা লেম্‌লৈ ঙামোং চাউনা শরেং মৈফু ঙাম্‌পাপু মপারি নুংপাল্ য়াংহন্‌পাপু খচিক্লপাকি লাইচা য়িতা কূমনা পারি নুংপাল্ য়াংহন্‌পা- ও, লাউ- ও হায়না পাও কৌপাপু লেমলৈ ঙাপু ওইঙাম্‌লে। লেম্‌লৈ ঙানা পামপী খিঙ খিঙ কাঙহৈনুনা মোম্‌নু হেক্‌ঙাই মপাউ চাউনা শোন্ মোইখিয়ে, লেম্‌লৈ শিথীপা শরেং লাংথৈপা থাঙ্‌লম্‌পা লাইরোংপা ঙা করমপানো হায়না চৈরম্‌য়ে। অতূ নোকিপু লেম্‌লৈ কোংপা ঙাচৈথেল্ ও তৌনা কৌয়ে। কোংপা ঙাচৈথল্ লিন্তু লওখোংপাৎ উমতু- ৱাউ তূরম শম্‌পুম্ ঙারমলাল্ তোংনিঙ্ লৈশং লমচান্ য়িরম, পোবোন্ তাশুপা কৈফেৎচুঙ্ শেন্‌পা হুয়েল্ তাইকঙফাপা হাওমুক কয় কারওপু নাতৈনানান তম্‌পা ৱাংঙমলোন পান্‌থোইপীনা ঙানুরোন শিন্‌তা অয়াঙ্ ফাপী ময়িন্ খাঙ্‌পু য়িনফুয় মায়্‌রংশোন হংকেল্ তাইকঙ্ লাক, পৌতা লুৱক চন্‌না লেমলৈ ঙাপু চোপ থেম্‌না লাইচ য়িন্ পূক্ কাঙ্ তিল্‌লাং হাইশিৎনানা লেমলৈ ঙাতাপাতা অঙৌপা মশাপিপু ঙাইখমলিঙৈতা কোরও মচি শোয়শেন য়ি, ৱাংপল থিঙ-

---

শুদচন য়াঙন চেনদূন তান্‌নরকপদ শরেং অমন ঈপোম চাউন ঈশিং ঈবোননুংদ মমৈন ফুদুন মোংবগি মখোলবু মচানীপা লূৱাং য়াংহনব ওইববোই নিঙলূদুন ঈশিং কূমথরগ ঈমাগি ঈবুংঙো লূৱাং যাংহনব- ও লাউ হাযন কৌকববু ঙা ওইবমলে। ঙান পামবী খিং খিং কাঙহৈনুন নুপী খোঞ্জেলন অৱা- খোঞ্জেল চাউন শোনখি, শিবিদব কবমব ঙানো লাংদ থুগদব থাঙন য়ানদুন শিগদব করমব অথক্‌প শবেংনো হাযন চৈবমই। অদুদগি কোংবা ঙা কৈথেল্ কৌই। কোংব ঙা চৈথেল্, লিন্দু লওখোংপাৎ (লাইবেল্‌পাৎ) উমদু ৱাউদুবম্ শমবুম ঙারম লালদ (লাইকোল) ঙান লাম্ব মতমদ লূনিঙ শৎলগ ঈরম ফাৎপ লম, পোরোন তাশুব, কৈফমদ চুঙ পানবা লাল্‌গি লাল্লম্ খঙব হাওমূক কয়- কারও শমদুন পান্‌থোইবীন খাইদেম চনু শিনতা অয়াঙকাপীগি ঈনবু ঈন্‌চিংগে হায়বগি হংগেল পাল্‌লগা পৌরা পান্‌দুন ঈল্ থাবগা ঙামি কৌব ঈন্‌পুক তাউবিঙৈদ তিল্ শিত্তন ঈন্ চিংদুন মশাবি অঙৌববু

লওনীক নোংথী চঙিলূমহও, ফিমু লৈরুম্ শী, লোইচিঙ্ হীকোক্ পৌতোংয়াল লংমাই কুমপা চেন্না হৈরে। কোরও চিঙ ৱাংলক্কি শুমথরকা ৱাংঙ্পল নাংৱাংয়িনা চাইনা ফেল্, কোরও খীকনা চু, ৱাঙ্পল্ চাইনা ফেল্লপাকিপু তম্পা ৱাংঙম্লোন্ কোংপা ঙাতাপীকি য়োয়পু চয়্রৈ মইন্ফি, মাললও মকানক্পু কোরও চিঙ ৱাং য়িনা চোৎলে। তম্পা লাইরেম্মন ৱাংঙম্ চয়্রৈ মইন্ফি, মাললও মকানপপু কংতারিঙৈপু মশাপি অঙৌপা পূরৈরোম্পা লংমাই নিংথৌ কাইনও চিঙ্শোমপাপু লাক্লক্লে। থাপি শেন্কোইরেঙ্ অপান্পতি তাউতন্পা খোক্মৈনেম্ নুমিৎ চিঙয়াপক্লপাতা য়াওরও শা তোক্পা, তোকমু মৈশাংপানা হান্না তম্থরকয়ে কোয়্রমলায়ে। য়াওরও শা নিংথৌ চীরেল তোম্পোকপাসুঙ্ কোন্না য়িন্থারক্য়ে, কোয়্রমলয়ে। অঙৌপা লংমাই নিংথৌ নোংপোক মালং হুম্ ওইপানা তাংখুল্ মচীপাপু শানা চয়রৈ শেন্খমনা মাল্লও য়ুংচিংনানা কোন্না য়িন্থারকপাপু তম্পা ৱাংঙম্লোন্না চয়্রৈ ময়িন্ফিপু কোরও নোংয়িশামৈতা লাংচারিপানী কিনা অঙৌপা মশাপিপু তাঙ্চা য়িকাইখি,

---

ঙাইরিঙৈদ অতিয়াদ পাইব নোংন নোংখোঙ ফৃয়ন হওদুন লৈপাক্ নীকন খোংলক্তুন ফিমুন কুপ্লগুম মায়কৈ অপুম্ব মমখ্রে। নোংচুপ মায়কৈন হীগোক মচু মাল্লগ নোংমাইচিঙদ নোং চুরে। উতি চুমবগুম চুরকপ নোংন কোংবদ ঈল্ চিংদুনা হাতারিবী তম্পা পান্থোইবী মনমগন্দ ইনব ইন্নফি, থাখুম্ফিনচিংব পূম্নমক চোৎলে। তম্পা লাইরেম্মগি ইন্নফি অমসুং থাখুম্ ফিন কংদ্রিঙৈদ মশাবি নোংপোক্ নিংথৌ কাইনও চিঙ্শোমব লাক্লে। অরাব শেনগুম লংলব থাগি মপু নুমিৎন মখোঙ নেমথরক্তুন চিঙয়া পক্লক্লবদ অমুব তোকপমৈশাংবন হানন লাকতুন কোয়ররে। মথংদ শাগি নিংথৌ মচী নামতা পানবসু কৃমলক্লগ কোয়ররে। নুংশিৎত ময়ুম ওইব মমায় লংব অঙৌব নোংপোক নিংথৌন মচীতাংখুল নীপা শাদুন মফি শেন্গম্ ফৈবেংনন শেৎলগ ইন্নফি য়ুংন ইন্দুন কোনন লাকপবু তম্পা ৱাংঙম- লোনন নুংশা মৈশাদ মফি ফৌরিঙৈদ থেংনরে। মশাবি অঙৌব উবদ মায় ঙাঙন ঈকাইখি, মমায় হঙ্গৎপ ঙমখিদে। হে ঈবুংঙো অঙৌব

হুইয়াই শেনকোয় খিয়ে। য়িশাপি অঙৌপা লংমাই নিংথৌ কাইনও চিঙ্শোম্পপ- ও, তম্পা ঐকি চয়রৈ য়িয়িনফি মান্লও য়িকান্নকপু কংতারিঙৈ চয়রৈ নম্নাক্না মাললও খোয়থোম্নরিঙৈপু করি ওইনা লাক্লক্পানো? ব্রাংঙম্ঐকি তাঙ্চা য়িকাইয়ে হুইয়াই শেন্কোয়য়ে হায়্নাতি ব্রাওইঙাম্পাপু মশাপি অঙৌপা লংমাই নিংথৌনা তম্পা ব্রাংঙমলোনপু ঙক্থী লুম্লাংকোননা খজাই লেংলোয় চুপনা পোমপী তুকুমপাপু চীললোক্লানা শানৌ তম্পা ব্রাংঙমলোন- ও, তাঙচা করিকি য়িকাইপানো য়িকাইকুনো। তম্পা চয়রৈনয়িনফি, মাললও নকানক অসিপু কংতাপাকিপু কংতা লওরেলপও কৌসে। লাইচা য়িনৌ কারক্পকিপু লমলেন্ চাউপীকোন- ও হায়সে। অসাইঙৈতা যাওরও শা তোক্পা তোক্মু মৈ শাংপানা হাননা তমথবকয়ে। য়াওরও শানিংথৌসুঙ্ কোননা য়িন্থরক্য়ে। অতুকিপু কংতা শাওনকোই- ও কৌসে। শানী তম্পা ব্রাঙমলোন- ও, তাঙচা য়িকাইকুনো হায়না তমপা শমলাং তোনকা নাননা খচাই লেংলোয় চুপ্না য়োয়চাননাখিয়ে। তম্পা মৈতেংঙু চনুনা অঙৌপা লওকংতা কংতা চাউপী য়োয়নাউকোল,

---

লংমাই নিংথৌও তম্পা ঐগি ইন্নব ইন্নফি, থাখুমফিন কংদ্রিবগি ঈনম্‌দা ফি মচা অমা কুপ্লগ ফনেক খোয়দোম শেৎলিঙৈদ করিগি লাকলিবনো? তম্পা ঐদি ঈকাইবন মায উৎপ ঙমদ্রে হায়ন ব্রা ওইনা শাউ বেদ মবুংঙো অঙৌব লংমাই নিংথৌনা পানথোইবীবু মঙক্ত চেৎন কোললগ উচেক্ মতৈমনাওন চীললোক্লবগুম চুপ্লগ হায়খি। শানৌ তম্পা ঈবেম্ম কির্বাগি ঈকাইবিবনো' ঈকাইগনু। নঙ্গি ইন্নফিগ থাখুম্গ কংদবাগিদমক মফম অসি কংদাল্‌ওবেম্ব কৌরসি। ঈশিং ঈনৌ কাদুন ঈশিং ঈচাউ ওইর্বাগি চাউবী কোল্ লম্ কৌরসি। অসাই হায়খিব তোক্প অমুব মৈশাংবন হানন লাক্প, শাগি নিংথৌ মচী নামত পান্ব লাইনিংথৌ কোয়্মযুংসু লাক্ই। অদুন মফম অসিবু কংদা শাওনকোই কৌসি। হে ঈবেম্ম তম্পা ঈকাইগনু হায়ন মশম শম্দোন যৌন নাললগ ওন্ন ওন্ন চুপ্পুন চান্নব মতৌ উৎখি। লম্ অদুদ থোকপ থবকতগি অঙৌবন মহাক্পু লওকংদা কংদা চাউবী যোয়্

লমলেল শাওনকোইপু সৈওনপীনা শাপি অঙৌপা- ও, তম্পা নশানৌ ঐসুঙ য়িরাল ওন্তেখিরগে। শাপি অঙৌপা নঙসুঙ শেল্লোয় নচিঙলেনতা ঐসুঙ য়িরাল ওন্তেখিরগে। শাপি অঙৌপা নঙসুঙ শেল্লোয় নচিঙলেনতা হলব্র ইখিরো। খাপানা ব্রুকনে, য়াংপানা খঙলকানে হায়না পাওমেনপপু অঙৌপা লংমাই নিংথৌ কাইনও চিঙশোমপানা শানৌ তংকানুপী পূয়তিংব্রাক- ও, নশাপি ঐতি কোরও য়িতে য়ামমে, ব্রাংপল য়িশালওপু হক্পনে। নশাপি ঐতি লাংপল খোইমু খোইরাপাপু ওল্লকে। অহিং পাইপা খোরইরাপা নুমিতাংসু পাইপা চরোয়, খোইমু খোইঙাঙচেং খাং খুপা খ্বাঙচেংপা, খোইরাংচেং খাঙনৌপাপু শালওল্লকক্কে। তম্পা হৈনা নতুং য়িন্, সনা নমৈ ব্রাইনা ঙাইরোয়নচেমসে। হোরেল্ কোরও নুমিতাংতা অহিং শেক্পী লৌয়াম্পীপু শাল্ওল্লক্কে। খাপা য়িংখোল্ ফেরোয়্নুংতা চংপী লাকোননুংতা চঙ্না যাতাকে হায়্না পোন্পী চিন্কোয় চন্না পাওখুমখিয়ে। তম্পা তুপী ঙাঙ্য়েক্ চনুতি মবাল্ ওন্তেরক্লে। অঙৌপা মশাপিসুঙ্ তম্পা সনা হৈনা মতুং যিননা খাপা মরাল্ য়ায়্পু য়িন্তাল মান্রক্লে।

তম্পা মৈতেঙঙ্গু চনুনা খাপা মরাল য়ায়তা ব্রাইথূংলাপাতা

---

নাউকোল্ শাওন্কোই হাযন মমিং খোনখ্রবী মৈতৈ চনু পানথোইবীন হাযবকই শাবি ঈবুংো, নশানৌ পানথোইবী ঐসু ঈয়ুমদ হল্লগে। ঈবুংঙো অঙৌব নঙ্সু নয়ুম শেল্লোয নচিঙদ হনবিরো - খাবন উখিগনি, শাগৈ ঙাইন খঙ্খিগনি হায়ন হাযজবদ লংমাই নিংথৌ কাইনও চিঙ্শোমবন হায়খি, হে শানৌ খমনুং কিকোই লৌওন্বী- ও নবুং ঐদি লৈফম য়াম্বনি, ঈশক্ শক্লোন য়ামব নীপানি। ঐহাক লাংবল্ খোইমু লাব ওল্লগে। অহিং পাইব খোইরাব, নুমিদাং পাইব চরোয়, খোইমু খ্বাঙচেংব, খোইঙংচেং খ্বাঙনৌববু ওবগ তম্পা নতুং ইনন চৎমিন্নরসে। হোবেল্ নুমিদাংদন মবৌ চাউবী শেক্পী ওন্গে। খার্বগি কোয়্ন শম্বল্ খাব ইংখোল নুংদ চংবী লাকোন্দ চঙ্দুন তূমগে হায়ন হায়খি। মগুণ চাউব অঙাঙবন পোক্প তম্পাদি মযুমদ হন্লকলে। মবুংঙো অঙৌবসু পান্থোইপীগি মতুং ইন্ যদুন খার্বগি মযুমলোম্দ লাক্লে।

তম্পা পান্থোইবীন খাবগি মযুম যৌরবদ নমিদাং অদু মৈ মুৎতন অহিং

তম্পা ৱাংঙম্লোন্তি নুমিতাং খামপী মৈমূৎতা, অহিং মিৎয়েং নাউশুমতা, খোমলেল্ তূমকনতানা তরেঙ্ হুঙশোল্ লয়, থাপলও মরিল শিৎ, মোংপা তাচিল হান্না তম্পা মতোম নোংথোইপাকিপু মমান নিংথৌ খাপা শোকচ্রোংপানা পাওমেল্লকয়ে। তম্পা য়িহুয়রোল্ তুপী চিঙ্লাইরৈমা অসিপু খাপা য়িরাল্য়ায় অসিতা য়াংগোই পাপু লোইতাম থাশিতা লাঙহে কুমওনতারিঙৈনা তম্পা পুক্লিঙ্ লোন্না লাঙ্, হায়ু মনুং শং, ৱাংঙম খোয়পুঙ্ মরৌচাউনা লোল্য়ুম ৱানম্পিতে। লোল্য়ুম থৌথিংপিতে। চাপোক্ কাতং শিননাউতা, খোঙফাৎ লেংনা ৱাহমপিতে। কোরও নোংহামতা থাপি নোংলেপতানা মরাল থৌচৎ য়াময়ে, ৱাংঙম খুনপোই হকয়ে। খাপা য়িরাল্ মতিকন, ৱাংঙম মপানাপা কনাপু হয়্রাঙ লোন্চৎনা তাউচিঙলোল্-হায়নাপাপু লৈরিঙৈনে হায়না শোন্মোইখিয়ে হায়তাপারা?

---

ন্োংশোয়ব তূমতন তরেঙ্ মাঙ্দ থাদুন হূঙ্ হূঙ্ লাউন লযদূন লংলা মরিল চিংলগ লংদূম তানব হানদুন অহিংলেন্ব উববদা মকু নিংথৌ খাব শোক চ্রোঙবন হায়্খি। ঈমৌ ঈবেন্ম চিঙ্লাইলৈম তম্পা অসীবু খাবা ঐখোয়্গি য়ুম্ অসিদ লৈব অসি থা ফাদ্রিঙৈ, চহী ওনদ্রিঙৈ অসিদ মরৌ তৌন লোন্না থৌরাঙদূন মশা নাশন্নরগা ঈমূং মনুংগি ফত্তব ৱানচিংব নমদুন থমবসু তৌবিদে। ঈমুং মনুংগি থবক তৌদুন অৱাৎ অপা মেন্বসু তৌবিদে। চাবোক্ নাউশোঙ্বদসু হংবিদে, অদুগ কবিগুম্বদ মখোঙ শেংন ৱা ঙাঙব তৌদে। নোংমত লেপ্তুন তত্তন কোযন চত্তন লৈ, তম্পা অসি লৈকাই কোয়্ব তোয়মল্লি। খাব ঐখোয়গি য়ুমদ লৈরোইদবগি থৌরাঙ তৌব মাললি। তম্পা মাগ মতিক মপা চাব কনাগুম্ব অমা লৈদুন হয়রাঙ লৈরাং চামিন্নব লৈরবর হায়ন শোনথাংনন হায়খি।

- - - - - - - - - -

# ফৌকং লাংপা

হযেং কৌবা চিঙ্নুং নোংকা সোয্বাপাতা তম্পা ৱাঙমলোননা পাওমেল্লক্যে। যিমান্ নিংথৌ খাপা শোক্চ্রোংপা- ও, হে যিনুতেকঙা ও নঙসু নাতা- ও। কোবও ঙসি নুমিৎমতি যিমান্ নিংথৌ খাপা নঙকি চংপী লাকোল্ ফোইককে। কয্বেল্ নখুৎফাপু নবোই হাওপা চনু মকয্বিংতাপু ৱুনম্ লম্নুংশিতা কয্বাং থোং থোক্কে। থাঙ্যি হল্ৱাই পুনা লোইমোম্ ফৌকংলাংলুকে হায্না বাহম্পাপু মমান্ নিংথৌ খাপা শোক্চ্রোংপানা পাওখুম্খিযে। যিহূযবোন্ ও, চংপী নঙ্না পান্কোইপা লোইমোম্ হল্ৱাই পুপাপু নবাল্ যাঙ্না হল্ৱাইবক্- ও হায্বাপাতা তম্পা হৈনা থৌখিংফাতাপীনা চয্বৈ লেংতোল্ যাল্, মাল্লও কোক্তো থোংনা মবাল থৌচৎথোকলক্লে। খাপা চংপী মকযবেন্তকিপু তম্পা খাপী লেংনাউ মোম্পীনা চেঙপোৎ লুবোয শেম্না পাকোন লূথোংচন্না থাঙ্যি হল্ৱাই পুনা লোইমোম্ ফৌকংলাং। ওন্তেবকপতা শেম্লোয লংমাই নিংথৌ কাইনও

---

মতুং নোংঙাল্লবদ তম্পা বাঙমলোনন হার্যখি। ঈকাইনফম ওইব ঈকু নিংথৌ খাব শোকচ্রোংব- ও, হে ঈনুতেকঙা- ও নঙ্সু তাবিযু। ঙসিদি ঐহাক্ ঈকুনিংথৌগী চংবী লাকোল্ পেংলুগে। নখোয্না শাব কয ননাই হাওব চনুন লিংব কয্ফম্ নুংশিব লম উনম্দ থবক শূকগে। অদুগ, হল্লকপদ ফৌ অকংব পুবক্কে হাযবদ মকু নিংথৌ খাব শোক্চ্রোংবন খুমখিযে। হে ঈমৌ ঈবেম্ম তমপা ও, নহাক্না চংবী লাখোঙ পেংব অদুগ হল্লকপদ ফৌ অকংব পুবক্কে হাযব অদু যুমদ থূন হল্লকউ হাযব্বদ মান তৌবদ খামব যাদবী তম্পান মবেংবান্দ মফি যন্দুন ইন্নফি বো।ঙ যেৎতূন মযুমদগী চৎথোকলক্লে। খাবগি চংবী লাকোনদগি পান্থোইবীন চেঙ্পোৎ কোকখোং শেমদুনা অকংব ফৌ লুথোংদ হাপ্তুন পুবকপ অদু নোংপোক নিংথৌন মহাককি চিঙ নোংমাইজিঙ অমম্বদ শেম্ব লোক, লংমাই হোদামব কৌবন অযুক অঙনবদ শিংথাবগ পাম অপূম্ব শিন্- থুংন মনান থন্ন ফবশিংবু নুমিদাংদ শিংলৈ (মক) লঙগে হোৎনববু লওব ঙমদব, শিং মপাল যুক্কে হাযবসু ফুকপ ঙমদব লাইন থোনব অবাংব চিঙদগী মশানৌ পান্থোইবীন

চিঙ্শোম্পন শেল্লোয়্ মচিঙ্লেল্ লংমাই সনা হয়্যাইচিঙ্, শেল্লোয়্ অমম্ লৈশারোক্, লংমাই হোতাম্পানা অযুক্ চামাই লাংনা শিংথাপাপু হাওমল্ খোইপাক্ শা, ঙাইরোং নাকানীক্পকিপু নুমিতাং শিংলৈ লওকে লওঙম্তে, হাওমল, মপাল্ থেক্কে থেক্ঙম্তাপা চিঙ্তা লংমাই হোতাম্পানা শিংথা চিঙ্, খোইমোম্ লাইপূঙথোল্ অৱাংপা চিঙতাকি মঙল্ তরং ৱাংপা চিঙ্তাকিপু নোংপোক নিংথৌ মালং হুম্ ওইপানা তম্পা মশানৌ তুপী ঙাঙ্য়েক চনুনা থাঙ্য়ি হলৱাইপু লোইমোম্ লুরোয়্ থোংনা হল্ৱায়রক্পাপু মিৎয়েং শান্খৈরাপাতা মালং অয়াঙ্পাপু খোঙ্ ওইনা খম্কোল্ নোংলৈ তোংনা য়েন্পোৎ মৈখুপা ব্রুরাল ফি হাইপারম্ য়াইখু নাশিনা য়াইনা শঙ্শাপারম্পু ইন্তাল্লক্য়ে। য়াংলও লমতুপ্মাতা তম্পা ৱাঙম্লোন্পু শমু খূৎচেং লাক্না পাওমেন্খিয়ে। তম্পা য়িশানৌও থাঙয়ি কতায়্রমকি হলৱাই পুরক্পনো। লোইমোম্ করিকি ফওকং লাংলুপনো হায়না ৱাওইপাপূ তম্পা মৈতেঙঙু চনুনা অঙৌপা য়িশাপি ও, খাপানা উকনি, য়াংপা মরৌ চাউপানে। খাপা মরৌ হক্লপানে। তম্পা ঐনা পানম্ চৎথোক্মল্লপাকি শাপল লম্শং তোংপা কোংলৈ লম্খৈ য়াম্লপাকিপু ৱাইনৈ চৎনাতানা পানম্ হেক্মাই কামল্লপাকি তমক্পু ময়ুম খাপা পূম্না হূপ্না য়াংপা পাক্না তাইনতি নাপা চীক্- হায়্নানা খূয়া লোল্ হায়্না তম্পা য়িরৌ য়েংলিয়ে। ৱাংঙম্ ঐকি

---

ফৌ পূদুন হল্লকপ উদুন নুংশিৎ অয়াঙবদ খোঙ ওইনন নোংলৈগুম য়াঙন লোকতুন য়েনপোৎ মৈ খুবা উরাল ফি হাইব চিঙলোমদ য়াইনান পূনৱায় য়াইনান য়ুম কূপ্প মায়কৈরোমদ তাননরকলে। লম্বী লমতূপ অমা চৎলগ পান্থোইবীবু মখূৎ খুজেং পায়দুন ৱা হায়খিয়ে। হে ঈবেম্ম পানথোইবী মফম কদাইদগি ফৌ পুদুনা লাক্লিবনো? অদুগ করিগীদমক ফৌ অকংব অসি লওরুরিবনো হায়ন শাউরবদ মৈতৈ চনূ পানথোইবীন হায়খি। হে শাবি ইবুঙো, খাবন উগনি। খাব পূম্নমক মরৌ চাওরবনি। শাগৈ ঙাইসূ পুকচেল লুরবনি। তম্পা ঐন লমদ চৎথোকমনব, অদুগ খুল্লকত লৈকাইদ কোয়মল্লবগি অমদি হেদোয় হেরাউ কামল্লব অসিদ খাব শাগৈ শল্লাই পূম্নমকন

য়িপুক্ ফংকে হায়পাকিতম্পু মিৎয়েং লাল্লোয়্ থারিয়ে। খাপা চোইনা শানা য়েংলিয়ে। তম্পা ঐপু লৈকাই হেল্লোয়্ চঙ্মন্য়ে, মতা খুনপোই য়াময়ে, ঙালপা লৈতোঙ্ লেপয়ে, য়াথং পাওনৌ তায়ে, চেংলও মীশক্ য়েংয়ে মেন্নোঙ খুৎথোন শেময়ে, লৈরাং খয়োম্ শায়ে তাউচিঙ্ হয়শোই য়াময়ে থুমলাং ময়োল্ শৎয়ে। শিঙলেন্ মীরৈ চিল্য়ে চূপ্না লৈথেৎ ফৈয়ে, কোল্লোয় পান্না নালয়ে, ৱাংঙম পূক্লিং মনুং শংয়ে। খাপা য়িরাল য়ায়তা লোল্য়ুম ৱাহমপিতে। তম্পা মতিকন ৱাংঙম মপানাপা কনাপু য়োয়পু লৈরাং য়ুমচঙ্না, ৱাংঙম্ খুৎতৈনা চোমলাং কাওপী লল্হোংনা নূরা মেন্নোঙ্ লৈফম তাউ, পাখং শারেল্ লৈনিনা সোয়খোঙ তাইথেৎনা, থোংখা পরৈনপা লমলক লুথুমপাপু লৈরিঙৈনে। কোরও নুমিৎ খুতিঙপূ পানম্ চৎথোকমলয়ে হায়না থৌথিংফতে, ৱাংঙম কোল্লোন থৌথিংঙামতে। খাপা য়িরাল য়িম্পু নম্তা হুন্না নুরা ঙাইখোং শিনশূ লাংলূক্নুংকি অথুপ্পা, তম্পা চয়রৈ ফিকুনুং অচনপাতা য়াংকোইকে

---

লোন্ন লোন্ন নাপ চীক্ল ঙাঙনদুন ঐন তৌরিব ঐগী ঈতৌ অসি খঙনব য়েংলি তমপা ঐগি ঈচৎ ঈপূক খঙগে হায়বগি অরোন্ব মী, লমচৎ য়েংব থারি। খাবন মচী মচীদ লোন্ন য়েংলি। তম্পা ঐবু লৈকাইদ ৱারেম ঙাঙব কোয়মল্লি, মরূপ মপাংগিদ চৎমললি অঙানব লৈতোঙদ লেপকল্লি। লৈরক্ খূদিঙ কোয়ন চৎলি। অতোপ্প মীন ঙাঙব অনৌব ৱা তাগল্লি। মীশক অতোপ্প য়েংগল্লি। মীঙোন্দ পীনব খূদোল্ পোৎ শেম্বদ থৱায়্ য়াওই। লৈ নাচোম্ শেমগল্লি। হয়্ চাগল্লি, থুম ময়োন্ত চাই। মীন পীব লৈ চিল্লি নাপদ লৈ থেৎকল্লি। মপান্থোংদ ৱাঙাঙ্ ফজে, তম্পা মপূক মনুংদ অশিন্ব হয়্গুম্ মরৌ লৈ। খাব ঐখোয়গীদ য়ুম পান্নাৱা ঙাঙ্দে। তম্পা মাগি মপা চাবা কনাবু পূকচেল্ তিন্নদুনা চাকতিন ফিতিন্নবন নিংঙোল পূক্লিং হোংদুন পাখংগি অথোইব পাম্বোম কোন্দুনা পূক্লিং লীতিন্নবন লম্লক্ত লূ থুম্বগুম্ লোন্ন ঙাইদুন লৈব মী লৈরমাল্লে। নুমিৎ খূদিঙগী খুল্লক্ চৎপ তোইমল্লে হায়ন খাম্বসু য়াদে। অচৌব মচা ওইবন পনদুন থমবসু ঙমজদে। খাব মখোয়গি য়ুম থাদোক্তনা শিল্লকনুংদ থমব

হায়নাথৌরাঙ্‌পাপু লৈরিঙৈনে হায়না খাপানা য়োয়শা লোয়লাল্ হক্লিয়ে। য়াংপা মিৎয়েং লাল্লোয় থারিয়ে। তাঙ্চা য়িকাইপা হুইয়াই শেন্কোয় পাপু লাল্নংলকনে হায়না তম্পা পুক্লিঙ্ নুংনৌ চঙ্নতি পাওমেনপাপু অঙৌপা করও খোঙ্চোম্পানা পাউনৌ হৌরক্য়ে। তৌয়িকিতী তম্পা ৱাংঙমলোনৱ- ও, লোইতাম্ থাশিরা লাঙ্হৈ কুমওল্লাপাকা খাপা মরৌ চাউহৌরকঙৈনে। য়াংপানা খম্মতারিঙৈতা খপানা উতারিঙৈত তম্পা নঙপু তুচোংপললাকলক- ও। শেল্লোয় য়িচিঙ্ লেনতাপু কামনারাসে। লংমাই লংপা চিঙ্তাপু তম্পা কামনারাসে খাপা মবালয়ায়পু নমতা হুললম ও হায়না তম্পা শমলাং তোন্কা নাল, খচাই লেংলোয় চূপ্ ফৈরা তান্তা থোংনা শারেল্ য়েৎনা কোলন ৱাংঙম থীকলেল্ লৈখোম পায় পেঙপা হূপ্নন্না ঙাৱা চীলওক্না, তম্পা খুপোম তোংয়ায়মেৎ, ৱাঙম বাক্ ওইনা খাল্ ওইনা ৱাকঙম ৱাকয়ে খাল ওইনা অঙৌপা তোংজেং খামও কঙ্লোন্নানা নুংশি য়াৱা খোনথাংনা, য়াওশু পাউপুনানা পাওথেমলাপাতা য়িশাপি অঙৌপা চিঙ্লেল্ শোমপা নিংথৌ- ও

---

পোৎকুম থূপচানন অচীকপ লমদ লৈনব থৌরাং তৌরমাল্লে হায়ন লুমদুন য়েংব মী থারি। য়াংবন অবোনব মীবু য়েংহল্লি। অদুন ঈকাইব নংগনি হায়ন পানথোইবীন মপৃক্লিঙ য়ামন নুংনাংন হায়জববু মখোঙ চোমব নোংপোক নিংথৌনা খুমলক্ই। তৌবগিদি চুমই, ঈবেম্ম, তম্পা লাইরেম্ম- ও থা অসিন শিখ্রব চহীন কুমওল্লকলবদি খাবগি মরৌ চাউব হেল্লক্লগনি। খাবন অমসুং মখোয়গি শাগৈ নাতৈনা খঙদ্রিঙৈ উদ্রিঙৈ অসিদা ঈবেম্ম নহাক খাব ময়ুমদগী চেল্লকলো। শেল্লোয লংমাই ঐখোয়গি চিঙদ পানমিন্নরসি। ঐখোয়গী চিঙ তানন ঐগা কামিন্নরসি। খাবগি ময়ুম থাদোকলমলো হায়না মশম নানদুনা ওন্ন ওন্ন চূপ্তুন মতম্পাক্ত পমলগা মখুৎ য়েৎন থাদা কোনদুন পেঙ্বান য়েৎনব ঙাৱান চীল্লোক্নবগুম তম্পা পান্থোইবীগি খুবোম পায়দুন নোংপোক পানথোইবী অনীন নৌগ হিগ লোয়নবগুম (হিগি মশাদ হিবানগ নৌখাঙ্গ) নুংশিব ৱাগি পন্দোললোমব ৱাহয়ন থেমলবদ পানথোইবীন খুমখি। শাবি অঙৌব ও, নশানৌ তম্পা পানথোইবী ঐসু খাব ময়ুম

তম্পা নশানৌ ঐসুঙ, খাপা মরাল য়ায়তাতি লক্তোই নোংশাং ঙমলরোইয়ে। য়াংপা নম্তা হুননাতি অঙৌপা মারা নখোঙ্কুন্পু ইন্তাল্লক্কে হায়না পাওয়ারাপাতা মালং নোংপোক হুমওইপানা পাওমেল্লক্য়ে। য়িশানৌ তম্পা ব্রাংঙমলোন্-ও, হয়েং নঙনা খাপা মরাল্য়ায়তাকি থিংলও পন্চোংলককে হায়রাপাতি নসাপি ঐদি শেল্লোয় য়িচিঙ্ লেনতা হল্ব্রাইপা ঙমলরোইয়ে। খাপা মরৌ চাউপানা ব্রুকনে, নশাপি ঐসুঙ্ তাংখুল্ মচীপাপু শাললোল্লককে। লম্লেল্ লোল্লোয় লওচিঙথাং চিঙ্থাং থাংলাং মৈতা খোইমা নাকা থংনা ঙাইখমঙাম্কে। শানৌ তম্পা ব্রাংঙমলোন ও, নঙনা থিংলও পনচোংলকপপু শেল্লোয় য়িচিঙ্ লেন্পু ইন্তাল্লকুনো। খাপা মাঙ্থানা য়াংপানা তুংইন্নারক্কনি। তম্পা নমায় হাওরৈ নোংচুপ্পা পাংপারম্ লমলেল লোল্লোয় লওচিঙ্থাং লমতা তম্পা থিংলও পনচোংলক্-ও। খোইমোম্ লাইপু ওইনা শাল্ওল্লকও হায়্না তম্পা ঙকথী লুম্লাং কোন্না খজাই লেংলোয় চুপ পোনপী তূকুমপাপু চিলওক্না য়ারেল্ পুচিননা তিল্লাং কাম্চিন্না চেংলও শক্থোং মায়োক্না অঙৌবা কোললোয় মতিল্মেল্ লাংপল্ চিঙ্শাং

---

কুইন লৈব ঙম্লরোই। খাবগি শাগৈ নাতৈ পূম্নমক থাদোক্লন শাবি ঈবুংঙো নঙগি নতুং ইললক্লগনি হায়ন য়ারবদ নোংপোকন হায়বকই, "ঈবেম্ম তম্ফা ব্রাংঙমলোনও, নঙন হয়েং খাব ময়ূমদগি চেল্লকলগে হায়রবদি নবুং ঐসু ঈয়ূমদ হনব ঙমলবোই। মরৌ চাউব খাবন উদনব তাংখূল মচী ওইন লাককে। নোংচূপ মায়কৈদ লাংগোল চিঙগি চিঙথাংলওদ নাপী থৎতূন ঙাইরমলগে। হে ঈবেম্ম নিংথৌ মচানুপী তম্পা, নহকন চেল্লকপা মতমদা ঐখোযগি নোংমাইজিঙ চিঙজাউবোমদ লাককনু। খাব শাগৈ নাতৈন তুংইন্নন তান্নরক্কনি। নমায় নোংচূপমলোমদ ওনদুন লাংগোলচিঙগি চিংথাং লওরোমদ চেললকউ। নঙন লাকপ মতমদ লাই ওইন লাকউ। অসুমন হায়নরগ পানথোইবীগি মঙক্ত কোল্লগ উচেক্ অনীনা মায়োকনবগুম চীনগ চীনগ শমনন চুপনবগ য়াগ যাগ থেংনন তিল্লাংপীন চুপ্পবে। শক্ক শক্ক য়েংনন লাংবল থাগি চিঙশাংদ থুংব খোইগি খোইহীগুম থুলব ব্রাহৈন নোংপোক

খোইরেল্ হীকুমপানা নুংশি চিন্তিন্নানা পাওমেন্নারাপাত তম্পা হেক্ঙায় মীনুংওল, ৱাংঙম্ কোন্খৈ অতাম্পীতি খাপা মরাল-য়ায়্তাপ্ ইন্তাল্লক্লাপাতা মমান্ নিংথৌ খাপা শোক্চ্রোংপা কংলৈ নৈপাক্মাপানা পাওমেন্লক্য়ে। হে মোমনু তাল্লোয় য়িরুমপীও, খাপা হুইতোন্কোকপম্ নিংঙোন্পী মনু তেকঙা- ও তম্পা য়িহূয়রোল্ অসীপু মালং নোংশিংলাং পানম্ চংথোক্ য়াম্য়ে, ঙান্পা লৈতোঙ্ লেপয়ে। হিতেল্ চংলৈ খুতিঙ্ শাস্তেংয়ে। য়োয়্পু পূক্লিং মতানা ৱাংঙম লৈরোং যমচঙ্না শিংলেল্ মতীক্নাপাতা লৈরাং হেক্মায়কাপাপু লৈরিঙেনে। কোরও অসি নুমিৎমতি তম্পা য়িহূয়রোন্না নুরা চেঙ্পোং লুরোয় থুংতারিঙৈ অসিতা নাথংলেল্ ঐতী খোয়্পুঙ য়িরৌ চাউনা তিঙ্য়িকুম্ নাউকা ওল্লকে, খারাকুম্ মীপুক্ হূরকে মরাং কিনা নাউশাকে। হযু য়িনুংশং নুংনাং য়িনারেক্লা য়িঙা লৈশনম্, থোঙলেল্ লৈশিচাক্পু শমু নাতায়েপ্ কোঙ্গোয় মিৎশাওল্ চেংলও মিংলী তংশনকে। পায়্মা নিংশা শংহোন্না য়াইপী শুহনতা, শৱা হংথোঙ্ য়াঙলী তংনা শিশানাবাকে। থাঙঙা লপ্য়ান্কাতা চয্রৈ মায়খল্ তৈনা শেম্, শিঙ্খোঙ

---

অঙৌবন পাওমেললবদ মীগি মপূক ওলহনব ঙন্বী, চাউবগি ঙমখৈ লৈতবী তম্পা পানথোইবীন খাব ময়ূমলোমদ হল্লক্লে। মতম অদুদ মকু নিংথৌ খাব শোকচ্রোংবন মাগি নুপীদ হায়খি, হে ঈবেম্ম মীওইবগি ৯াইফব তানবদ লোয়নরিবী ঐগি নূপী খাব হুইদোনকোকপম নিংঙোল মনু তেকঙা- ও ঐখোযগি ঈমৌ ঈবেম্ম অসী নুংশিৎ লাংব, লৈকাই কোযবা, মীগী ময়ুমদ ফন্ব হেনমল্লে। হিদেন তাফম খুদিঙদ ঈকরে। অদুন মাগি মপুক্র তাব হায়ন শিঙন্ব, মাগি মতীক মপা চাব নীপা অমা লৈরমবতাবে। ঙসি ঈমৌ ঈবেম্ম তমপান চেঙপোং কোকথোং পুদুন হললকপদ থুংদ্রিঙৈ অসিদ নথংলেন ঐদি তাংতৌশিননদুন তিঙয়িন শিশিন্নবগুম ঙানু খারানা অশিব ওইন উহনবগুম শিশিন্নরগে। ঈশক ওল, ঈচু তাইনলৈশনম নাদ য়েপ্পগ অশিব মনম নমন ঈমিৎ ওনখংলগে। অদুগ নুংশা থিংদুন শোব মতং হোল্গ নুংশাশোর তংলব অশিব মী শাদুন লৈবগে। লপলেল কাদ মায়খল অমা তোপ শেম

শুরাই শুম্পানা তেৎনৌ য়োৎলী খিঙ্না য়িংখোল্ কৈরোয় ফাৎনা লাইচা য়িরাং পুন্পু তৈনা খিল্, ফিরাল্ চেপ্থেৎপাপু য়ারিল্ শোক্খান্না খম্নাও য়াইশিরোল্ তোংচেং কুমায়্চল, য়াইখোঙ্ নানম্শক্, খুনুং পাউতাক্তৈত য়াইথোঙ্ শাকা হুন্না শূমায় কংশিও, পূরোয় লৈকোয়্ তম্না য়াংফও থান্থোংও। রাশঙ্ যূঙৈরাল্ পূয়তিং হানা কুপ্, খোইয়া মহুম শেম্, কোরও শেন্থীরাল্, ব্রাঙ্পল্ থীরাল্ কাইনও পেতারূক শাইথারাল্ লৈকাই পাফঙ্ থৌ অরেম্পানা শাপা থান্তা শূমায় ব্রাইতৈ ও। ব্রাংলেন্ পুঙ্হৌও। খাপা শিশানাপা, য়াংপা মরৌ চাউনা হায়্না চয়্রৈ য়াকু তৈনা থিঙলৌ চাউপা য়াইীপ্না লাইরেল্ শাংপা য়াতানানা শিশানাখিয়ে। মনুতেক্ঙা। আনা শূমায় মথৌপোম্ থৌবোম তাংমরোয়্তা শমূ মখোঙ্বু থীনা হেক্মায় মপাউ চাউনতি মীকপ্ ঙাম্য়ে। তম্পা ব্রাংঙম্লোন্ পাম্পা কৈরেল্ তোংপীনা চংপী পান্ফোইপা থাঙ্য়ি হল্ব্রাইরক্পাপু ব্রাইথুংলপাতা চেঙ্পোৎ লুথোং পোৎপু থারম থাফাৎতানা পাওহংখিয়ে। য়িমান্লোন্ খাপা হুইতোন্ কোক্পম নিংঙোন্ পীও, কংলৈ নঙ্কি নশুমাঙ্ অসিতা থোঙ্লেল্ ননিঙ্ লোন্

---

লো, নসু নীপা শুরাইশুমববু য়োৎ খিঙহললো। ইংখোন্গি শমবল ফাৎতুন লম্বী শেমলো। মৈকোয় চফু তোপ্ল খিললগ ফিরাল চেপ্ল থেৎলো। অদুগ অশিবন তোংনব নও য়াওদব কূগিহি চললগ অশি লমবেল পাক্লব ঈশৈ শক্তুনা অশি- অমনবদ পাউ তোপন তাক্তূন শূমাঙদ শরিক খিঙ- ও। অশিবগি অতোপ্ল ইন (চরোৎন) কুপ্ল শঙ, লৈকাইগি থৌ পুব ঈশেল ঈবাইনচিংব পাখংন শাব থানফমদ ব্রাই তৈবো। মরূপ মপাং শাগৈ ঙাইবু চাকলাল যূরাল তৌনব পূঙ- শেল য়ৈদুন ঙাইরো। অসি হায়রগ খাবন মরৌ তৌন যূরাল তৌনব পূঙ- শেল য়ৈদুন ঙাইরো। অসি হাযরগ খাবন মরৌ তৌন থৈজুপ মাইথা তোপ্ল শেমদুন খাঙলেনফমদ হিপ্তূন লৈরে। মনু তেকঙান মখোয়গি থৌ তৌনফম ওইব শূমাঙদ মখোঙ থিন্দুন মব্রা মখোল চাউন তেংথাদুন কপখি। তম্পা পানথোইবীন লাখোঙ পেংলূরগা ফৌ পুদুন লাকপ অদুন থুংলরবদ মকোক্তগি চেঙপোৎ অদু থারম থাফাৎতন হংখি। ঐন লন তৌফম ওইবী হে খাব হুইদোনকোকপম নিঙোল ঈনেমবোক ও,

য়িংখোল ফৈরোয়্ ফাৎনা লাইচা য়িরাং পুল্পু তৈনা খিল্, ফিরাল্ চেপ্থেৎনানা য়িনু নঙ্না শমু খোঙ্পু থীন্ন মীকপ্ পাপু কতৌপানো হায়্না হাওহংপাপু মনু তেক্ঙানা পিরেম্ চাইচি য়িরাউকা চৈরোয়্নানা পাওখুমখিয়ে। হে তম্পা য়িহুইরোন্ ও, মৈতেংঙু চনু নঙ্না খাপা য়িরাল্ য়ায় অসিতা লোল্য়ুম্ ব্রাহংতা, লাল্য়ুম থৌথিংপিতাপা চাপোক্ মথং য়েংনা নাউতা খোংফা শীন্ন ব্রাহম্ পিতে। য়িপারি নথংলেন্ তরম্ খোইনুচাপু নম্তা হুন্নাকোরও নোংচা খৃতিংপৃ তম্পা মরাল থৌচৎ য়াম্য়ে। পানম্ চৎথোক হক্য়ে। নমাল্ নিংথৌ থংলেল্ খাপা শোক্চ্রোম্পাতি হায়্ পলেম্ শীশোন্পা নারওনানা নাফংপাপু মিৎয়েং শান্খৈপিতানা লৈকাই হেল্লোয়্ চঙ্য়ে। ঙান্পা লৈতোঙ্ লেপ্না নতা খুন্পোই য়াম্য়ে। অসি কোরও নুমিৎ অসীতি নমাল্ নিংথৌ য়িথংলেল্ খাপা শোক্চ্রোমপাপু কোরও নোংকাখিরে, চিঙঙু পন্তানখিরে। কোরও থাঙম্ লোয়্খোন্ ব্রাঙ্পল্ থৌথা খোনকিপু তিল্পাল খোক্মৈ নেম্, পায়্মা খম্, লাইচা য়িথিল্ তোক্লে। মচী চরাইপা

---

নখোয়্গি শৃমাঙ অসিদ মনিঙথোঙ লোল্লগ ইংখোল শম্বল ফাৎতোকতূন ঈশিং শোক্লব, ঈশিং থল্লব পুল অমা তোপ্ন খিললগ ফিরাল পৈন থেৎতুনা ইনু তেকঙা নঙনা নখোঙ থীন্দুন কপ্লিববু করি তৌরবগে? ব্রা অদু তাবদ মনু তেকঙান মমিৎত মপি ঈবা চেন্দুনা হায়রকই। ঈমৌ ঈবেম্ম হে তম্পা মৈতে নিংঙোল্ নহাকন খাব ঐখোয়দ লৈন লৈন ঈমুং মনুংদা করি তৌবগে হায়ব ব্রা হংবিদব, চৎনিঙবত চৎপ ঈমুংগি থবক তৌবিদব, থক্শি খাশি নাইন ব্রাহংবিদে। ঈচা ঈবুংঙো নপুরোয়ব তরম খাইনুচাবু থৌওইন তৌবিদব, নৃমিৎ খুদিঙ নহাক্ল চৎনিঙবতা নথৌ চৎপ হকমল্লি। লম চৎপ তোয়মল্লি। ঐগি ঈপুবোযব নকৃ নিংথৌ খাব শোকচ্রোংবন নাবদুনা অনা খাঙব কোক্ক মোনগ তাইনন নাববু য়েংবিদন লৈকাইগী থবক্ত নথৌ শাই। মীগি ময়ুমদ ফম্ব পামই। নমান্নবগি ময়ুমতদ চৎমল্লি। ঙসিদি নকু নিংথৌ খাব ঈপুরোয়বদি শিদুন লাইবৈবাক্ তানখ্রে। লাইন তমলক্প লাইগি থৌথা মতৃং ইনন মিহুল খোঙগাও শোল্লকপন নুংশা শোব লেপখিদন ঈশিং ঈথিল

য়ীম্চঙ্লাং কোরও তম্থালাং নুমিতাং য়িরুদ- ফাৎন উরা হুম্পুমাকা লোয়্নানা তেল্ব্রাইথোন্কিপূ তম্পা য়িহুয়্রোল্ নঙনা লুখুম্ থাঙ্কা শৎনা লায়্কন্পিতে। ব্রাংঙম্ চয়্রৈ লেংহুম্চাউনা শল্লাং তোন্কা নান্ চূপ্পা লৈথেৎননা নতা খুন্পোই য়াম্য়ে। তম্পা পানম্ নুংশিৎ লাংনা নরাল্ থৌচৎপাপু হৈনা থৌথিংফাতে। নমান্খাপা হোইতোন্কোকপাপু লাংকোন্পিতে। ননু ঐপু য়োয়্চান্তে। নমান্ নিংথৌ য়িথংলেল্ অসীপু য়িনু শিল্য়োম্লানা য়োম্মানারওসে হায়্তে। খারায়্ লাইকন্ফিনা কন্মানারওসে হায়তে। ব্রাংঙম্ করি খোয়্নো মীরায়্য়ে। য়িথংলেল্ খোয়্মা য়িহওকি অসীপু অমন্ য়াব্রা পুকা ওইরে। অকেম্ চক্মোম্ লাংকা ওইরে। তম্পা য়িহূয়্রোল নঙ্পু য়িরাল্ লওরূদ পোক্নাকে, শিঙ্চা কোন্খিন্নাকে হায়্না হোয়্থিরুপাপু য়িরাল্ খম্লৈ অয়েংচেং খম্খু অনৌপাতুম্ ওইরে। য়িরাল্ ময়েং তাহৌরে হায়্না মীকপ্ খোন্কিপু তম্পা ব্রাংঙম্লোন্না হে য়িনুতেক্ঙা- ও, য়োয়্পু নহূয়রোল্ ঐনা নবাল্ খম্খূ ময়েং তাহল্লে হায়্পা অসীপূ য়িনু করি

---

লেপখ্রে (মিহুল লেপখ্রে)। লাইনা থাব তেন্ন পান্দুন হকচাং থোঙজাউ হাংদুনা যুম পূব শোরগ লোয়নন শোক্লমদাইগি অব্রাব খাঙলক্লব মতমদ ঈমৌ তমপা নঙন খুয়া লূখূম ফমন লায়্কনবিদে। ইন্নফি লেংহুম নাইন ইল্লগ নশম কাঙগুম নান্ন হাৎলগ চুবাদ লৈ থেত্তন লৈকাই কোযদুনত লৈথোকই। তমপা নঙন লমহাঙদা নুংশিৎ লাংনা নথৌ চৎথোকপদ থিংজবসু যাবিদে। নকু নিংথৌ খাব হোইদোনকোকপবু য়েংশিনবিদে। ননু ঐবু চানবিদে। নকু নিংথৌ ঐগি ঈপুবোয়ব অসিবু নাউযোমগি মশক ওইব কোননফিন যোমদুন থম্মিননসিসু হায়বিদে। অনা লাইকননবগি হৌনবী তৌদুন কন্ননব হোৎনহৌসিসু হায়বিদে। ঈবেম্ম নহাককি নপূকচেল অসীবু কবিনো, মীবাযমল্লি। হৌদোকমিন্নবকপ ঈপুবোযব অসি শিরে, মৈ থাগদবত ঙাযববনি। তমপা নঙবু ঈমৌ ওইনথিবদি ঈশূ ঈচা য়ামন ঈনাক কযবাকখুনন পানগে হাযবগি থিবনি। অদুবু ঈযুমগি মযেং তানবদুম ওইনাবে। মযুম মযেং তানবে হাযন কপ্প অদুদ তমপা পানথোইবীন হাযখি, 'হে ঈনেম ঈনু তেকঙা

ব্রাকিনো কল্লক্য়ে। য়িমান্ নিংথৌ খাপা শোক্চ্রোংপানা কোরও নোংকাপাপু তম্পা নহুয়্রোল্ ঐতি করম্না খঙলওতাপানো? তৌইকুম্ ব্রাংঙম্লোল্ ঐসুঙ কোরও নুমিৎ খুতিঙ্ মানা পাখং চামানা নোংহাম্পা, নুরা চামানা নোংমন্পাকি ফীপুল্ লুতা থোংন ফক্লোং নাক্তা য়েপ্না খমনুং লাংওন্ পাবম্তা পুশাব্রা পন্কেন্ পারক্তাপূ য়িমান্ নিংথৌপু য়াওরক্তে। যিমান্ নিংথৌ খাপা শোক্চ্রোংপাপু কোরও কতায়্রম্তা নোংকাখিবনো? য়াইথোঙ্ শীরম্লেল্ খুন্পী নূঙ্থোঙ্চিঙ কতায়রম্তা লাংওন্ খিপানো হায্না ব্রাওইরাপাতা মানুতেক্ঙানা পাওহংলক্লে। তম্পা য়িহূয়্রোল্ নঙ্তি কোরও নূমিৎমাতা পাখং চামানা নোংহামপা, নূবা চামানা নোংমন্পালক্কিপু থব্রায়্ মিবাংপাননা লাংওন্খিপতি মিৎযেং কবমনা শান্খৈবওপানো হাযথরপাতা তম্পা ব্রাঙম্লোননা পাওখুমলক্যে। হোযতা য়িনু তেক্ঙা- ও, যোয্পু নহুয়্বোল ঐতি খমনুং শিতা নূপী শাব্রা য়াইথোঙ্ হংকাশূপীনে। য়াইথোঙ চিঙ্লাংমৈ থোঙঙাক্ অশিথেনতা

---

ও, নমৌ ঐহাকনা নখোয়গি মযেং তাহললে হাযববু করি তৌববগে? শাউনিংই। ঈকু নিংথৌ খাব শোকচ্রোংবন শিববু তমপা ঐনা কবিগি খঙহৌদ্রিবনো? তৌইগুমবসুঙ পানথোইবী ঐন যেংবদ নুমিৎ খুদিঙগি শিবিব পাখং চাম চাম নুপী চাম চামন শিদুন ফিযোম যাক্তি কোকথোং পুরগ ফকলোং নাক্ত যেপ্পুন অশিবগি লম্বীদ অশিব মযামন চৎলিব অদুগি মবক্ত ঈকু নিংথৌদি যাওরকপ উদে ঈকু নিংথৌ খাব শোকচ্রোংবনা শিবিব অসিবু কদোমদা চৎখ্রিবনো? অশি লম্বী কবমব নুঙথোঙ চিঙদ চৎখ্রিবনো হাযন শাওববদ মনুতেকঙান হংলকই। ঈমৌ তমপা নহাক্তি নুমিৎ খুদিংগী পাখং চাম চায শিব লৈশাবী চাম চামন শিবগি মবক্ত মিগি মশক ওইব থব্রাযন মশক্ ওনখ্রব অদুবু কবমন য়েংবদ ঊহৈ।বনো হায়ন হংলবদ পানথোইবীন খূমলক্যে। হোয্দ', হে ঈনেমবোক মনূ তেক্ঙাও, নমৌ ঐদি অশিবগি মবক্ত শিদবী শিরিব মীগি মথব্রায চৎথোক- চৎশিনগি শো পাযবিবীনি। অশিবন চৎ ৭ লম্বী থোঙঙাক্ত অশিবন পৈবিব অদূদ ব্রাযেললবী, অদুগ মকোই চিঙদ লৈবগ আশ। পুম্নমককি মপুক ওন্নব ...নি।

নানম্‌পী, মকোই নোংলোন পাইতা ৱাঙনপীনে। য়িমান্ নিংথৌপু খমনুং লাংওনপারক্তাপু শাৱা পনকেনপারক্তাপু কেললক্তে। য়িমান নিংথৌ কোরও নোংকারে হায়পা অসিপু তম্‌পা নহুয়রোল ঐ মিৎয়েং শানখৈ হৌকে, চেংলও মিৎথিৎলূকে। চয়রৈ মায়খল হাংলারাউ ও। অসুমনা হায়থরকপাতা তমপাকি পুমলাং মথানুংকি তরেঙ হুঙশোল খোংফাং য়োৎ, শিনৌ মোইরেং অপিশাপু তম্‌পা চয়রৈ ফিকুনুংতা পুমলাং খুৎতা শূনা ৱাঙম খোয়পূঙ মরৌ চাউনা চয়রৈ মায়খল্ কাঙ, মাল্‌লও থৈচূপ মরোনমা হুনা খাপাকি নাক্‌লু মোইফাং তমনা পূমলাং চয়থানানা চয়পীরাপাতা খাপানা শিশানাপাতি পায়মা নিংশা শৎহোননানা পুমলাং চয়থাখোন্‌কিপু খাপা লাইখংনারক্‌লে। য়াৱা খোনচেল খাংলাউ লাউনা হয়ু পলেম্ পীশোললক্লাপকি তম্‌পা পায়মা ফাপীনা ৱাতাথীখিয়ে। য়িনু তেকঙা- ও, খাপা হোইতোনকোক্‌পম নিংঙোলগী ও, নয়ুমপু খাপা নরৌ চাউপাপু খঙলাপানে। তম্‌পা ঐন য়িমান নিংথৌ খাপা শোকচ্রোংপানা য়িঙা

---

ঈকুনিংথৌদি শিদুনা লাক্‌লব অশিব ময়ামগি মরক্ত য়াওবক্তে। ঈকু নিংথৌবু শিরে হাযব অসি তম্‌পা কৌবী নমৌন ঈমিৎ থিন অমুক্ত য়েংদুন মশক্ উহৌগে মায়্খল ফি অসি হাংলো লাও। অসুম্‌ন হাযরগ পানথোইবীনা মথানুংদগি তরেঙ্‌য়োৎ অপিশক্ অমা পায়রগ ফিনুংদ পূয়ে। অদুগ মবৌতৌন মায়খল ফি অদু হাংলগ থয্‌জুপ অদু হাইদোকতুন খাবগি নাকতোনদ মখূৎত পায়ব তরেঙ্ য়োৎ অদুন থিল্‌লে, শিশিননদুন শোর থিংন লৈরিব খাব শোকচ্রোংব অদু মমৌন তবেংয়োৎন থিনব অদুদ মফম্ খংদন খংলে। "অয়ো ঈমা" হায়ন খঙলাঙ্‌ লাউবকলবা অদুদ মীগি মপুক্ খঙবী তমপান মরৌ অদু ফারবদ শাউরক্‌লে। পানথোইবীন মনেম য়েংলদুন হায়খি, হে ঈনু তেক্‌ঙা খাব হোইদোনকোক্‌পম নিংঙোল্- ও, খাব নখোয়্‌ন তৌরম্‌ব নতাৎ অদু ফারবনি। তমপা ঐন হাযগদবদি ঈকুনিংথৌ খাব শোক্‌চ্রোংবন মনম্ নমথিরব লৈশনম্ অসীবু নাক্ত য়েপ্পুনা শিশিননবিব অসিবু মতোম্মত শেরগে হায়ন লেপ্পবরা" মশিরগে হাযন থম্‌লিব্র? ঈকুনিংথৌ নঙন নমৌ ঐবু পামদদুন খাব নয়ুমদগি চৎননব, অমসুং খাব

লৈশীনম্ থোঙলেল লাইশিচাক, লাংপল খানা নমপাপু শমু নাক্ত য়েঙ্গ অসীপু করি ৱানো? নতোম য়াইথোঙ কূমকে হায়না প্লোপারা? তাইপঙ মালং কাকে থমলপারা? য়িমান নিংথৌ নঙনা তম্পা নহূয়রোল ঐপু খাপা নরালয়ায়তা তিলরোই, য়াংকোই তসুনো হায়পাকিপু মরাং কিপু নাউশায়ে। য়িপল কংলৈ পূঙময়োনতকি তম্পা য়িরাল নুহোঙ খোঙতোংলকঙৈকিপূ য়াংপা ময়ুমনাক্তা য়োংকোইনোংকি মখৈপু ৱাংঙম ৱারৈ চেলহলয়ে। তম্পা তড়া চানমথীপূ ওইরে। ৱাংলৈ কোনঙৌ থোংকুমনা খানাঙ নীকপাকি তৌশিকপানে। তাঙচা ঈকাইয়ে হায়না ৱাওইপাপু মমান খাপা শোকচ্রোংপানা পাওখুমখিয়ে। তম্পা য়িহূয়রোন তুপী চিঙলাই লৈমা- ও, নমান নিংথৌ ঐতি কোরও নুমিৎ নীনি শুনা পলেম পীশোললে, হৈয়ু নাহে চল্লাপাপু তম্না য়িহূয়রোল নঙনা কোরও অসি নুমিৎমা লৱায় শঙ্ তরেঙলম শংকাইত ফৈরা থোংথোকনোং অসিতা পায়মা নিংশা খমনা খমনুং লাংওনঙামলাপানে। শাৱা পন্কেললাপাপু তম্পা য়িহুয়-

---

নখোইদ লৈতননব থৌরাঙ তৌব মাল্লি। তমপা ঐনা খাব নখোইদ লূহোংদুন লাকপা নুমিৎতগীনা ঐহাক অসি ৱাথোক্চাওবী, লমহেনবীত তাহললিবনি। ঐহাক অসি মনম নমথিরবা চাক্‌ক মান্নরে। অদুগ কোনদ থোংব য়ুগুমন তীনজুম খনাংনবগুম তমপা ঐবু তুক্কচন তৌব অসি ঈকাই হায়ন শাউরবদ মকুবোক খাব শোক্‌চ্রোংবন খুমলকই। হে ঈমৌ ইবেম্ম তম্পা চিংলৈ লৈমা- ও নকু নিংথৌ ঐদি নুমিৎ নীনি শুন 'অয়ো ঈমা' হায়ন অনাব খাংলগ ঙসিদি শিরদুন খাঙলেনফম (খান্‌ফম্) অসিগি খাংপোক্‌শঙ অসিদ শোর হোনদন লৈরব ঐঙোন্দ পানথোইবী, অশিব মীবু হিংহন্‌ব ঙমবী, শিদব মপাল্ থাবী নহাক্‌ন লংদুম লেংননব নখুৎত শূব তরেঙ্ য়োৎন নকু ঐগি হকচাংদ থিন্‌দুন চয়্‌নাখোল পীরব অদুদ অশিব মীতন লৈব অশিবগি লৈবাক্তগি হললক্লবনি। তম্পা নঙ্দি লাইবৈবাককি মাইবী মকোক ৱায়েল্ চুমবীনি লাইবেল্ তাউরোইনাইগি মচানুপী অশিববু পাউথেমবী খমনুংকিকোই লৌওনবী, লৈবাককি মাইবী মকোক্ ওইবী, মীওইববু অচঙ্ অশি নোংদমলিবী ওইবন শিদুন মিহুল্ মফম কায়বব মীবু হিংহন্‌বীনি।

রোল নঙনা পুমলাং নখূৎশূ শিনৌ মোইরেং য়োৎনা নমান ঐকি তুরক্ খায়না ৱাংঙম শিতাপা মপালথাপী নঙনা চয়পীখোনকিপু খমলৈ মীনুংকোনকি হলৱায়রকলে। তম্পা নঙতি কোরও নোংথৌ মাইপী হনপী ৱা ম্পীনে। তুপী ঙাঙ্ঙয়েক্ চনু তংকান নূপী পূয়তিংৱাক, তোইপী তংপান চনু লৈপাক মাইপী হনপী তওরাং নোংতং লেংপীনিকিনা লীক্লাং চোইনা কেললাপাপু থাপানা ঙাঙকোয় লীক্লেং তৎলাপাপু ওকশোং পূমথাঙ লেংহৌরে। সনা কোনফু কায়রাপাপু য়োয়য়োইরকয়ে। নমু পোংনাউতোন তেক্লাপাপু অমারক শমহৌপিরে। থৱায় হামপোইরপাতা মিরেল হামচৎলাপাপু তোংমূরাপা মিখোমপিয়ে। তম্পা কোনখৈ অতামপী নঙপূ নমান্ নিংথৌ ঐকি কোরও য়িনোংথৌ মহাকনে। ৱাঙ্পল য়িকাশাতানে। তম্পা নঙপু খাপা য়িৱাল য়ায়তা ৱুরেপ চারা ওইপীনে। তড়া চানমথীকুমপাপু কতৌপা খানাক্নীক্কাপানো? ৱাংলৈ কোনঙৌ থোংকুমপাপু করিকি তিল্লাং শিৎনাকাপানো? তিনচূম - খানীক্সিপানো? য়োয়পু তম্পা ৱাংঙমলোন মৈরেল তোমশাৎনপী নঙপু অয়ুম খাপা পুম্নমাকি লাংচেং চরা মীরুথেৎপু ওইনাপীনে হায়না পাওমেনচারাপাকি তম্পা হেকঙায় মীনুং ওন্না পাওখুমলকয়ে। য়িমান নিংথৌ কংলৈ লৈপাক মাপা

থৱাইগি কোনফম কায়্দুন মিহুল মশক্ লৈত্রববু নহাক্ন মিহুল পূম্নমক খোমজিন্বিদুন থৱায় হাপপিরে। অতোনব মীন শিরববু অমুক হনন হিংহনবিরে। থৱায্না চৎকদৌরব মমি শামলক্লবদ থৱায়গ লোয়নবমিবু ফাবীনে। ঈমৌ ঈবেম্ম তম্ফা নহাক্তি নকু নিংথৌগিদি শেম্বিবা লাই মহাক্নি। অথোইবী তমপা নহাক্তি খাব ঐখোয়গি য়ুম লেপপিগদব নুপী অমনি। মবম অদুন কনান করিগিদমক অপূমব মনম নমথিব চাক্কুম তূক্কচগবনো? কোনঙৌদ থোংব য়ুগুমন তিন্শিৎনগবনো? করি তৌদুন তিন্চুম খনাংনগবনো? হে নিংথৌ শাগৈদ পোক্পী, মতোম্ত ঙান্ব মৈগুম নতোম্মত পোকপী তমপা নহাক্তি খাব শাগৈ পুম্নমক্কি ঈমায় ওইবা কোক্কি লৈতেংনি। অসুম্ন হায়জবদ শাওশিননদুন মপুক্ ওল্লিবী তমপান খুমখি। হে ঈকু নিংথৌ লৈবাক্ মপূ- ও নচা ঈবুংঙো, ঐগিদি পুরোয়ব তরম্ খোইনুচাসু ওনখিব

ও, নপারি য়িথংলেন্ তরম খোইনু চাসুঙ লহাল লোইত্ৰম থামাপীতাকি হৌনা তম্পা ঐপু লুমলাং থেংকোয় নীক্লতি চয়রৈ য়াকু তৈখিপানে। নরুম্পী খাপা হোইতোনকোকপম নিংঙোলপী য়িনুতেকঙা নসুঙ য়িংখোল অরেম্পা হোরাফাৎয়ে। থোঙলেল ননিঙ লোম্না লাইচা য়িরাং পুনপু তৈনখিনয়ে। ফীরাল চেপ- থেৎনা কংলৈ নশূমাঙতা শমুথোঙপু থিন্নতি মীকপশন্য়ে। য়িমান নিংথৌ খাপা শোক্চ্রোংপা নঙনাসু পায়মা নানিংশাপু শৎহোন্ননানা য়িঙা লৈশিনমপু নাক্ত য়েপনা খাপানা শিশানাপা অসিপু য়াংপা নারালয়ায়তা তম্পা নহযরোল ঐপু য়াংকোইহ্ননিঙতাপাকি তৌশিকপনে। য়িপল তুপী অঙনপা য়িতু লাইরেল অরেমপাপু তাঙচা য়িকাইয়ে। হুইয়াই শেমকোইয়ে। হয়েং তম্পা ঐনা হানা মাই মাইচিল ওনয়ে, লীকলাং হাননা পাওহোংখিয়ে হায়কানে। নয়ুম খাপা নঙখোইনা হাননা মাই মাইচিল ওল্লাপানে। য়াংপা নানমমূকখিরাপানি। তাঙচা য়িকাইয়ে। তম্পা ঐতি তাইপঙ নমু পোংপু ওইঙম্লারোইয়ে। ব্রাংঙম ঐতি পূক্লিঙ মতুং ইননা থৌরাঙলাকে। তড়াচাকপু খূৎপুনমাপু হুকপিরারোইয়ে।

---

থাদগি হৌন তমপা ঐপু মহাককি নুপী নত্তবগুম্ থৈজুপ মায়থা তোপগুবনি ননাও ঈবেম্ম হোইতোনকোকপম নিঙোন ঈনুতেকঙানসু ইংখোনদ অরেম্বদ লম্বী ফাৎতোকই। মনিঙ থোঙ লোনশিল্লগ মীশিবগি হৌনব ঈশিং পূল অমা তোপ্ন থমলে। ফিরাল চেপন থেৎলগ নঙগি নশূমাঙ্ অসি" মখোঙ থিন্দুন তেংথাদুন কপনরে। ঈকু নিংথৌ খাব শোক্চ্রোংব নঙ্মকসুঙ ননিংশা শোর থিংলগ ইঙা লৈশনম নমথিব অদুবু নাক্লদ য়েপ্তুন শিশিন্নব অসিবু খাব নখোয়গি নয়ূমদ নমৌ ঐবু লৈহ্ননিংদবগি তৌব মাল্লি। অদুন ঈপাঈবুংঙোবু অমসুং মগুণ লৈজবব লাই অথোইব ঈবুংশিংগি মমাঙদ য়ামন ঈকাইব ব্রানি। হয়েং মমৈথঙদ তমপা ঐন হানন ঈপূক্ ওনব হৌই হায়গনু। খাব নখোয়ন হানন নপূক ওনজবনি। তমপা ঐবু নখোয়ন থৌওইদন তৌরবনি। অদুন ঐ ঈকাইজরে। ঐদি হৌজিক মীওইন লৈব ঙমজররোই। তম্পা ঐগি পূক্লিঙ মতুং ইনন তৌগদব থৌরাং তৌজগ্রগে। চাক্ চখোম অমা ফাওব চ'ববোই, ঈশিং যাউম অমা ফাওবসু থক্ল্রোই হায়ন

লাইচা চিন্‌খুলমাপু য়োৎলারোইয়ে হায়না ব্রাওইখোনকিপু খাপা পূম্না হওয়াংপা পাকনা তাইনা পাওথেমখিয়ে। মনু খাপা হোইতোনকোকপম নিংঙোনপীনাসুঙ তম্‌পা শমলাং তোনকানালনা পাওথেমপাপু হোয়য়তানা তম্‌পা খাপী মথি নাই য়োয়পু তোইপী মরাঙ হওনা পুক্লুং অশাউ মৈকুমলে। তম্‌পা য়াইপী মনুং হও, তিললাং মখোয় শাউনা তাউতনপা খোয়রেল থাঙকুম খোইমা লাংতোল য়ানফাতা লোকতাক ঈপোম চাউকুমনা তম্‌পা পিরেম চাইচী মরাঙ হওপাকিপু খাপা পূক্লিঙ শোংকি চঙন পাওথেমপাপু অনৌপা খামপী মৈপোকপা কুমলাপাকি য়াংপা শোংকি নীক্‌না য়াথং লোলহায়নপাতা তমপা কোরও তেংথানাপীতি অনৌপা নোংথী মায়রৈচল তম্‌পাতিললাং মখোয় শাউ, য়াথং অথানানা খাপায়ুমকি তূচোংকে, য়াংপা য়ায়কি পললাল্‌কে হায়না তম্‌পা কাপী মথি নাইনা য়োয়পু তোইপী মরাঙ হনো হুমাং লোকয়ি চেননাতি তম্‌পা য়াইপী খেরাং থাংনা শঙ্খোঙ মালং য়াইপী মায়য়োক্লা হায়ঙৈততি হামৈপু খেক- ও কৌয়ে। তম্‌পা ব্রাংঙমলোননা হামৈ খেকপু চাকে হামৈ খেকপু লোকও হায়ন খাপী

---

শাওখিব মব্রা অদু তারবদ খাব ঙানব শাগৈ পূম্নমক চঙদুন থেমজখি। খাব হোইতোনকোকপম নিংঙোল মমা মনু তেকঙানসু তম্‌পা ব্রাঙমলোনবু মশম মনা নানদুন থেমজববু য়াবিদ্রে তম্‌পা পানথোইবীনা মাইবী ওইবগি হৌনবী মফম মরাং খঙদব মখৈ মৈ হওন শাউরে। তম্‌পান মখোয়্‌ চাকন শাউখিবন, নুমিৎ মখোয লেন্নব থাঙন লাংনা য়ানব য়াদবগুম, মমিৎতগি মপিন লোকতাকন ঈথক ঈপোম হওবগুম কপ্লবদ খাব পূম্নমকন কিরদুন খাব পুম্নমক চঙদুন থেমজরগ হেনন হেনন শাউরে। মহাককি অশাউব মতৌ অদু খাব শাগৈ পূম্নমক অমগ অমগ কিদুন লোন্না ঙাংনবদ লাইনি হায়নরিবী পানথোইবীন অমুক হেনন মমায় ঙাঙন নোংহওবগুম শাউদুন ব্রাখল তৌদন তৌগদব অরোইব হায়রমলগ খাব মযুম, ঙানব মশাইকোনদগী চৎলগে হায়ব খন্দুন মাইবিগুমন ঙাওন ফৈন হুমাংতন লোক্‌কি ঈশিং চেন্থবগুম পুমচোৎ চোনৎন শাউরগ শঙ্খোঙ্‌লোমদ নুংশিৎ লাংন লাংন সতা যুগত খেক হায়ন খঙ্‌নব হামৈবু পান্‌থোইবীন চাগে হামৈ লোক্লকও হায়্‌ন মাই

মখি নাই, অমাই মরাঙ হওন ব্রাতাথীখিয়ে। অতুনোংকিপু তম্পা ব্রাঙমলোননা মমান্ খাপানা শিশানাপাপূ লায়েকনপী, কোরও নোংমাইহনপী য়োয়পূ তোইপী কৌপী, তোইপী তংকান চনু তংকানুপী পুয়তিংব্রাক লৈপাক মাইপীহনপী ব্রাচুমপী তুপী ঙাঙয়েক চানু তম্পা লাইচম লৈম খেকমোইথানপীপু শাইওনখিয়ে।

## খাব ময়ূম থদোকপা

তম্পা লাইচম লৈম খেকলোই্ থানপীনা য়িমান খাপা শোকচ্রোংপা, য়িনুতেকঙা- , খেকলকও খেকচাকে হায়খিয়ে। অনৌ লকও অনৌচাকে হায়খিয়ে। তম্পা থুমনাউ হেন্শোনতা য়েননাউ নাহেতাপী নঙন খাপা মরালয়ায়পু নমতা হুললাল্লাকে হায়পাকিপু থুম্নাউ অরেম্পাপূ হেন্শোন্নীক্য়ে। নারও নাতানা য়েন্নাউ অতিং ঙাপু নাহে তমখিয়ে। ব্রাংঙম হায়ু পীশোনখিয়ে। তম্পা ব্রাংঙমলোন অব্রাংকোরও নোংনা নাবাপাসুঙ্ নহাক্না য়ায়্যেংপী মালেম লৈনা শোল্লাপাসুঙ্ শোনতানা লায়্কন্পী তম্পা হয়্বেম ফুনিঙ্ শিংকী খুনজাম ব্রান্নিঙশিংপীন হায়য়ু য়িপল্ তুপী অহন্পা য়িতু লাইরেল

---

পীগি অঙাওব হৌদুন য়ামন শাউরে। মাদুগি নুমিৎর্তাগ পান্থোইবীবু মকু খাবন শিশিন্নববু লায়্কন্বী, লাইগি মাইবী অহানবী তংকানচনু তোইবী, অশিব খুৎত শুবী লৈবাককি মাইবী অহানবী অচুমব ব্রাঙাঙবী তুবী লাই রেল্গি মচানুপী তম্পা লাইচম লৈম খেকমোই থানবী (হামৈ চাবী) কৌখি।

## খাব ময়ূম থাদোকপা

তম্পা লাইচম লৈম খেক্মোইথানবীন ঈকু খাব শোক্চ্রোংব, ঈনেম্ ঊনুতেক্ঙাৎ- ও হামৈ পুরকউ হামৈ চাগে হায়খিয়ে। উথুম্ মচাগুম নাহেদবী, য়েননাউগুম নাহেদবী নঙ্ন খাব ময়ুম থাদোক্লগে হায়্বগিদমক ইনা নাদন নাশিন্নরে। অবেম্বদ নাহদুনা নমা কৌদুন অনা খাঙখ্রে। হে তম্পা পানথোইবী নঙ্দি লাইন নারবসু লায়্য়েংলিবী, মীন শোল্লবসু শোন্দব লায়্কনুপী হয়্বেম্ খূনজানগি চাক য়েন্শাং শৌহনলিবীনি। নহাক্ন

অরেম্পা- ও পলেম্ য়িমা খুন্পী শল্লাইহন, অরেম্পীও, নমোম্ তম্পা ঐপু নাইয়ে। য়োয়্পু হৈকোয়্ নিংথম চল্লে। চূপা ঙাইচা য়েক্‌য়ে। লূরাই নান্পা ( ক্‌য়ে। কোক্পাল থোংকাপু নাইয়ে। খোম্পাল্ থোংকাপু তোংনপু চীক্‌য়ে। শাৱা তুকুপ্ চুংনা খুয়া থমলোন্ শুনা খূদোল্ লোই হোই, খুরাঙ্ নোংচেং লাউ, যাঙ্লেন্ লাইকা খোয়্রে। নোংথী লাইমল্ হৌনা চিঙঙ্ লাইপক্ শল্লাই কায়্না কপ্লাক্ তাল্লাক লাইমল্ চোক্‌য়ে, খূপোম্ শিঙ্কায়্ হৌনা নাইয়ে। তড়া চামল্ কাঙনা লাইচা য়িমল্ কারক্লে। পায়্মা য়িনিল শুনা য়াইপী পায়্মা য়িনিল্ কানা চয়্রৈ হক্‌ফি থোংতানা যাফম্ লূরোয়্ তাউনা, তিল্লাং লৈরূম্ কংনা লাইচা যিথিল্ কানা, মাংলং যাইপী হওনা হুম্মাং লৈরূম্ ফক্না শীনৌ কুরাং নিল্‌য়ে। যাইপীনুংয়াহওনা তম্পা নাবও নাতানা নাহে তম্পী নঙ্না পিয়পল্ তুপী অঙন্পা যিতু লাইরেল্ অরেমপা- ও, নমোম্ ঐতি নারওনানাসুঙ নাফংলোইয়ে। য়োয়্পু ঐতি খম্নুং লেপ্চিঙ তাপু লেপ্লূরোইয়ে। নমোমতি শাৱা ঙাইনাথেনতা ঙাইরুরোইয়ে। শারক্ লেংয়াল য়িপু ক্কাক্লাল চেল্

---

নমা নপা কৌবদুনা হাযখি, হে ঈপা ঈবুংঙো, লাইগি মবক্ত অথোইব ঈবুংশিং, হে ঈমা ঈবেম্ম শল্লাইয়েনবীও, নচা ঐবু নারে। ঐগী ঈশা অসি নিংথম চল্লি, চুবা চীক্‌ই। লৱাই শাই, কোক অসি ঈরূম লূম্ন চীক্‌ই। হক্চাং পুম্থীৎ থীৎলে। তু চুংই, খুয়া খুদোন্ হোইন খ্বাঙ্ য়াঙ্লেন্ নাই, তিঙ্ য়াঙ্ চীক্‌য়ে। ঈশা লাইমন্ হৌদুন লাইবক কায়গদবগুম্ চীক্কুন খোঙখুৎ চোকথরে। খুবোম তোংশা কায়ন নাই। মমাঙৈঙদ চাখিব চাক্কি চমন্ কাঙ্দুন নুংশিৎ ঈনিল কাদুন পুক্ শাউগৎলে। হকচাং অসি থনুংদ চাক্কুন হক্চাং শাগৎপগি ওলাঙবন হকচাংদ ফি থোংব য়াদব কোক্ ঙাউফিং ঙাউফিং তৌদুন তিল কংলগ মিহুল হওরে। শোব চাউন হোনবন হুমাং অনপ্প কাদুন হকচাং ঈনিল্ কারে। নথৱায় নুঙাইতন নাবদি নাদন নাশিন্নদুন নাহেবী নঙন মগুণ চাউনপা ঈবুংঙো, লেমজব নবুংশিংদ হায়খি, হে ঈপা ঈবুংঙো, হে ঈবুংশি ও নচা ঐদি নারবসু নারোই, অশিব লেপ্পব চিঙ্দসু চৎলোই, অশিব মশেল ঙাইব মফমদসু ঙাইকরোই। অশি

য়িপূ তংলুরোইয়ে। খম্নুং পাৎথী য়ামপাপু শাব্রা কোল্খল হক্পাপু কাইখঙ্ মরৈ লোম্পাপু থোংলেল্ পান্পৈ হাঙ্পারম্পু লাল্ লুরোইয়ে। থৌতু নূঙ্মৈ কুঁইপারমপু কোইরুরোইয়ে। খম্নুং অব্রানফমপু ব্রাল্লুরোইয়ে। শাব্রা লম্মাথাপ্পু কূমলুরোইয়ে। মকোই নুংওন্চিঙপু মমোম্ মপারি কাউনাচিঙ্পু থংলেন্ তাল্লোয় শেৎনচিঙ্পু য়ৌরুরোই। থোঙঙাক্ অশিথেল্ লান্নচিঙ্পু কারুরোইয়ে য়াইথোঙ্ শীরম্লেন্পু তারুরোইয়ে। নূরা চিঙ্খু থেল্ পাখং থোংপাল্ ব্রায় তাউচিঙ্ হয়্রাল্ফম্, নূরা চোম্য়াল্ফমপু তমপা ঐতি য়ৌরুরোই। খম্নুং য়াংহনপুঙ্ লাইকোক্চা খম্লৈ পূঙফু নোংফাইচিঙ্পু কূম্লুরোই। য়াওশু চিঙ্নান্ লাইমোরি ল্লেপী চিঙ্ খোইয়া উতংপোক্পু তারুরোই। চাথা চিঙ্ মৈশাং ঙাইখম্ চিঙ্মাপোক্পু কুম্লুরোইয়ে। রাপা আরে লাউপা ফৎমাঙ্চিঙ্, খুনু মীশা তাম্পা লুব্দক্ চিঙ্পু তম্পা ঐতি তারুরোইয়ে খম্নুং মথোঙ্ চিন্তি

অচঙ্ শমনব ক্লাকন পাউ তাকনব থোঙঙাক্ত থম্লিব ঈশিং থক্লুরোই। অশিবগি লৈরক্ত পাৎথী কোম্থী ময়াম্ লৈবা হংফম লৈতব লম্বীদ চৎলুরোই। পাম্বৈ লৈতবা থোংদসু লাল্লুবোই। নুঙ্ মমৈ শাংব হায়্বদি নুঙ্ শাংন লৈব নুঙ্থোঙ্ লোমদ কোইন চৎলূরোই। অশিবগি লৈবাক্তা য়োন্ব পোৎ লৈরুরোই। অশিবগি অথাপ্লা লম্দা চৎলূরোই। অশিবগি লৈবাক্তা য়োন্ব পোৎ লৈকরোই। মচা নুপী মচা নিপা লৈহৌরি হায়্ব কাউনং .চিঙ্ অদুগ মাগি নীপা মহার্ক্কি নুপীগি নুংশিব নুংওন্ব কাউনব চিঙ্ পুক্লিঙ ওন্ব মকোইচিঙবু য়ৌরুরোই। অশিব পুম্নমক্ তিন্নফম, অব্রাব নংফম চিঙ্ থোঙঙাক্ চিঙ্দ কারবোই। অশিবা থব্রায়ন চৎতব য়াদ্রব অশিবগি লম্বীদ চৎলুরোই। নিংঙোন্ন নেকচবদগি পাখংন থোং লানবিফম, হয়্লান্নদুন হায় চানফম্ নিংঙোন্ন নাচোম্ চিন্নফমবু য়ৌরুরোই। অশিবগি অব্রাবা কোক্লফম, অনা লাইকোক্ফম অশিবগি পোথাফমবু কুমলুরোই। য়াওশু চিঙবু নানব লাই মোরিন লেপ্খিব চিঙ্, উতং হৌব খোইয়া কৌব লমদ চৎলোই। চাখা কৌব মমৈ শাংব, মতোমত লৈব অশিবন ঙাইনফম্ অয়োইব চিঙলোমদ কুমলোই। থব্রায়ন হায়ো হায়ন পুদ্ধি মাঙনফম হায়বদি ফম্মাঙদা লাইকন্নব, শিরগ থানফমদ ঈরুজব

তেৎনৌ য়োৎপাল থোংকুমনা কচেং য়োৎনিঙ তেক্পা শিঙ্লেন্ মচু থাউ লৈরাং খুমোৎচাম্ পালমপু ইল্লুরোইয়ে। শমপ্রেৎ লোনয়াম্পা পাকলোয়, ঙাংচা, মৈমু তোমশোল্ নিঙথা নাহোং অমনপারমপু ইল্লুরোইয়ে। অমন শাম্পা মায়্রোক্নারুতে। খম্লৈ পীমারককি লোকলৌ ফোইথিঙ নানম্ য়োকখৎলককে। শাৱা য়াইথোঙ নানম্ কৌখৎলককে। কক্চেং লাপা মকারম্পু, খোইচেল লাপা মতল লম্পূ ৱাহী মুনুরম্পু য়িল্লুতে। তম্পা ঐতি তাইপঙ্ চিঙ্উ, নোংউ মাঙ্ফি খায়্ খৎলককে। চিঙু থোংনাংৱুনা লমতেং লম্লাংলোম কোইখৎলককে। অচু অশা লানখৎলক্কে। তাইপঙ্ মালংকানা ৱাইওঙখৎলককে।

তম্পা শিতাপা মপাল্ থাপী নাতাপা মউ লিংপীনা মমাল্ খাপা মরাল্ য়ায়্পু নম্তা হুন্না নশাপি অঙৌপা লংমাই নিংথৌ কাইনও চিঙ শোমপাপু তম্পা থাতা পমনা তেংথা নাহে তম্পী ৱাংঙম্লোন নঙ্না হে য়িনুতেকঙাও, খেকলকও, খেক চাকে, অনৌলক

---

তৌরোই। অশিথোঙদি য়োৎন পৌরোন্ লোনদুন থমব, কোল্হিংন য়োৎপন লৈ মচু মক্পগুম থুৎনাং চাবা মফম্নুঙথোংদ য়ৌরোই। মযেক য়াম্ব শম্প্রেৎ কৌব ফি, অঙাঙবন ফিভম্ ওইব, ফিমুন ফিবাল্ চন্ব নিঙথা নাহোং পুম্নমক মন্ব মফমবু চৎলুরোই। অশিব মীগ লোয়নরুদে। অশিবা লৈপাক্ক লোননব অকোইব অদু থিংদুনা মিনম থানম্ব কোক্লককে। থৱায়্ মিয়েল্ ছো লোন্ন থমখিবসু কৌখৎলককে। ককচেংন চৎপ লম খোইরেল পাল্লমব মফম, ৱাহীমূনুন চৎপ লমদ চৎলুদে। তম্পা ঐদি তাইবঙপানবগি চিঙ্লোল নোংদোল উন মমাঙগি ৱারম পূম্নমকমচা খায়ন হায়রককে। থোংনাংনিংথৌবু য়েংলগ লমদেং লমলাংলোমদ কোইনচৎখৎলক্কে। অইঙব অশাব খায়ন লাল্লক্কে। তাইবঙ্পানব অসিদ পানদুন নিঙ্থি নুংঙাইন পাল্লককে।

হে তম্পা শিদ- নাদবী নঙন খাবগি ময়ুম থাদোক্নুন নবুংঙো অঙৌব লংমাই নিংথৌগিদমক্ত নপুক্ত অকাউব নাইদন তেংথাদুন নাশিন্নবী নঙন হায়খি। "হে ঈনেম্ ঈনু তেক্ঙা- ও, হামৈ পুরক্উ হামৈ চাগে অনৌব

ও, হায়্পাকিপু অনৌপসুঙ অনৌলক্ ও হায়্পকি তমক্পু মপীঙমপু লৈতরে। মনুতেক্ঙানা অওল্ ওল্লাং শাউনা শোন্ মোইখিয়ে। ব্রাংঙম হেল্লোয় মচঙ্ থোক্, তম্পা পুক্লিঙ মশাউ থোকনে হায়না চক্মোম খামপী মৈতাল্ অরাপাপু শমু খুৎতা লওনা য়োয়্পু তম্পা ব্রাংঙমঙ্গোনকি শমু মখুৎপাক্তা হাপচিল্লাপাপু তম্পা ব্রাংঙম লোন্ন খাপী মথি নাইনা অমাই মরাঙ্ হওনা ব্রাওইখিয়ে। য়িমান্লোন খাপা নখোয়না নমায় লয়্পনা হাল্লে। য়াংপা নখোয়্না ননম্ মূকখিপানে। হয়েং তম্পা ঐবু অতৈপীনে, ব্রাংঙম অওনপীনে হায়রকানি। য়িনু তেক্ঙা- ও, নঙ্না ঐপু চানম্থী ওইরে। তড়া চাকসুঙ লৈতে হায়য়ে। হামৈ খেসুঙ পীতে। চক্মোম খাম্পী মৈতাল্ অরাপাপু শমু খুৎতা লওতনা পীপা অসীপু য়িনু নঙ্তী নমোমপু খমনুং শাব্রা তান্ খম্লৈ অয়েং চেংও হায়পানে। তম্পা শমু য়িখূৎফাংপু কম্পী মৈরেলপোক্ চেকায় ঙমখংনানা শমু চাংচত্তপু পোক্লে, ব্রাংঙম্ য়িখূৎ কারে। য়িনু নুতম্থীনা চক্মোম্

---

পুবকউ" হায়্ন হন্ন হন্ন হায়রবদ পীব ঙমদ্রে। মদুদ মনু তেক্ঙান মপুক্লিঙদ খোয়্বাঙ খোয়শাউন শোন্খি। তম্পা মঙাওথোককি মঙাওথোক মশাউথোক্কিমশাউথোকনি হায়্দুন থাংজি মৈতাল্ অরাব অমা মখুৎন, লওবগ পান্থোইবীগি মখুবাক্ত হাপ্চিনলুবদ তমপা ব্রাংঙম্লোন্ন মাইবীগুম্ন শাউ, মাইবগুমন ইরাং হওদুন শাউখ্রে। ঈকাই খুম্নফম্ ওইবী খাব নখোয়্ন ঐবু পামদদুন থৌওইদবন হাললবনি। খাব ঙান্ব নখোয়্ পুম্নমকন মিৎলৈ মায়্রৈনন থৌওইদ্রবনি। হয়েং মতম্অমদ তম্পা ঐবু পূক্লিঙ্ য়াংবী অওল্ অওল্ পাম্বী নুপীনি হায়রক্কনি। ঈনেম্বোক্ মনু তেক্ঙা নহাকন ঐ অসিবু মনম নাম্থিব চাক্কুম তুক্কচবনি। চাক চাগে হায়্রবসু লৈতে মহায়বা হামৈ পীয়ু হায়্বসু পীবিদে। মাদুগি মহুত্ত অশাব মৈতাল্ অরাববু নখুত্ত লাওরগ খুত্ত পীব অসীদি ঈনেম নঙ্ন নচা ঐহাক্পূ অশিবগি লমদ তাদুন শিরসনু হায়্বনি। তম্পা ঐগি খুৎফাং সিদি কম্বী মৈগী অশাব মৈগ থেংনব চেগায়্গ মান্নন পোক্তুনকারে। তম্থিরবা তমথিববী ঈনু তেক্ঙা নঙন তম্পা ঐগি ঈখুবাক্তা মৈতাল্ অবাব থন্ন হাপ্প

খাম্‌পী মৈতাল্ অৱাপা অসীপু তম্‌পা শমু য়িখুৎতা থুম্লা হাপ্লা অসীপু মপা ঐপু য়িপল্ ওন্তে ও, য়িতু য়ুম্‌তা হল্‌ৱাই ও হায়্‌পারিঙৈনে হায়্‌নতি ৱাতাথীখিয়ে। অতু নোংকিপু নোংচুপ্ মৈরা পোন্‌চেন্‌পীও তৌনা কৌয়ে। তমপা ৱাংঙম্‌লোন্ নোংচুপ মৈরা পোন্‌চেন্‌পীনা মৈরা তন্তনতুম্ ওইনা খাপা মরাল্ য়ায়্‌পু নম্‌তা হুললাল্‌লমলে। তম্‌পা মমায়্ হাওরৈ নোংচুপ্‌লা পাংপারম্‌তা ৱাংঙমলোন্ থিংলও পন্ চোংলক্‌য়ে। মশাপি কোরও খোঙ্‌চোমপাকি মারা মখোঙ্কুল্‌পু লীরক্‌য়ে। লম্‌লেল্ লোল্লোয়লৌ চিঙ্‌থাং থংলাংমৈ খরায়্‌পা তুনুংশি খুয়োলফুয়্‌তিংলও, চিঙ্‌য়া তন্তল্ য়েন্‌শিল লও, নূরা চামলও লাথালও, তেক্‌পী শাপৈ য়ুংশোল্ লও, পাখং শানম তোংয়াৎ লও, অঙৌপা চিঙ্‌ৱাংলককি পুরৈরোমপানা ৱুৎপী খুত্ত শূ, শিঙ্‌কায় নামৈ য়েপনা চিঙ্‌থাং খুৎয়োম্থাপা মরমখৈ য়োয়্‌পু খোইমোম লাইপুনশি থংপী চিঙমাপী মপল কুপিরম লীৱা পুপীচিঙ্ লাংঙা তাউপী চিঙ্‌তা মশাপি অঙৌপা লংমাই নিংথৌ মাললং নোংপোক্ হুম্‌ওইপপু লৈঙাম কাপারা ইন্তাল্ লক্‌পাপু লৈঙামতে। তম্‌পা কোরও তেংথা

---

অসিদি পানথোইবী কৌবী ঐহাক্‌পু ঈপাম্‌দ চৎলো, ঈবুং- ঈপৱাগী ময়ুমদ হল্‌লো হায়্‌বনি হায়্‌ন শাউরে। অদুগিদমকপু নোংচুপ মৈবা পোন্‌চেন্‌বী কৌনখি। তম্‌পা ৱাংঙম্‌লোন্ নোংচুপ্ মৈরা পোন্‌চেন্‌বীন মৈরাগি মশক্ ওইব তন্দন্ ওইন খাব মরালয়ায়্‌দগি পাইথোক্‌খ্রে। মমায়্ নোংচুপ্‌লোমদ ওন্দুন পান্‌থোইবীন চেন্‌খি। মবুংঙো খোঙ্‌জোমব নোংপোক নিংথৌগী লৈফম থিব হৌবক্‌লে। লম্‌গি মবক্তগি অথোইব চিঙ্‌থাং থাংলাংমৈ হায়ন খঙনব থরায়্‌ব কৌব নীপা মাগি নুংশিবী নুপী খুয়োলগি থোয়্‌দিংলও চিঙ্‌য়াগী তন্দন মনা য়েনশিল হওব লওফম্, নিংঙোন ওইবন লফুলা থাব লওফম্, ওক্‌য়াম তিন্‌ফম ওইবগি শৌ য়ুংদুন খাব লও, পাখংন তোং, শনম য়াংনচিংবদ ফৈদোম্ শাব লও অৱাংব চিঙ্ মরক্ত লৈব অঙৌব পুবৈরোম্‌বন অচৌব উ মখূত্ত পায়রগ শিঙ্‌চেপ নামৈদ য়েপ্তুন চিঙ্‌হোৎপ লম, লাইরেম্ম পূন্‌শিবী চিঙ্‌গি মপু থাংবীদ মপান চানবিরম্‌ব লীৱা হওব চিঙ্, লাংঙা তাউবী চিঙ্‌দ মবুংঙো অঙৌব নোংশিং তয়ুম্ ওইব লংমাই নিংথৌ লৈবম্‌গৱা হায়ন

নাপীনা মশাপি অঙৌপা কাইনও চিঙ্শোমপাকি মারা মখোঙ্কুনপু লীরক্য়ে। নোংনেম্ খানা পাংপারমতা পোঙচম লওতি লওনিঙ্ পাক্ তাংলৈ হাথারওতা মশাপি অঙৌপাপু লৈঙামকাপারা হায়না ইন্তানখিপাসুঙ লৈঙামতে! তম্পা ব্রাংঙমলোন্ খাপী লেংনাউ মোমপীনা য়োয়্পূ থিংলও নিংনা তেনা লমলেন্ লোললোয় মতাইমা হাওরা অয়মপা শাম্বুপলও, নোংচুপ কোঙয়াঙ অথৌপা লাননংলও হাওনু পান্তোয়নু লৌয়ামপীনা ব্রুৎ ফামনা চাইনা হুননা তেলহৈরওপাপু কাননা চোংনা অঙৌপা মশাপিকি মার মখোঙ্কুলপু ইন্তাললকয়ে। খাপা মরাল য়ায়কি চকমোম খামপী মৈতাল অরাপাপু শমু খুৎতা থল্লকপাকিপু তম্পা শমু মখুৎপাকপু শারে হায়পকি শারেও কৌয়ে। তম্পা লাইবেম্মনা চিমপাল মোইকাই য়াৎপু পৈনা খাঙলকয়ে। অতুনোংকিপু পেরেও থোননয়ে। তপা তুপী ঙাঙয়েক চনুনা হুয়মাঙ্হুয়তাল লাননা হাওরৈ খানা পাংপারমতা মাললং ফেনচিল ওইনা খমকোল নোংলৈ ওই, খোইমোম লাইপু ওইনা লানখিয়ে। অতুনোংকিপু খোইমোম লাল ও তৌনা কৌয়ে।

তম্পা ব্রাঙমলোন পানথোইপীনা নোংনেম খানা পাংপারমতা

---

থিরুবসু লৈরমদ্রে। তম্পা পানথোইবীন মশাবি নোংপোক্ নিংথৌগি খোঙ্গুল লীরক্লে। মখারোমদ মনিঙ পাকপ মমাঙ শুমব তাংলৈ হাথারওদ (ওইনামগি লওদ) মশাবি অঙৌবা লৈরমগদ্রা হায়ন থিবসু লৈরমদ্রে। মাইবীগুমন ঙাওরবী তম্পা ঙ্ব্রাংঙমলোনন অমুক হল্লক্কুন লোললোয়গি লম, মথৌনা লৈতব হাওন লোৎফম নোংচুপকি মথৌনা লৈব কোঙয়াঙন অব্রাব তাখিব লওফম, লৌনম চাউবী হাওনৃপী পানদোয়নুন উৎ চাইরগা তেল শওহৌব লওবু লাম্থোক্কুন মশাবি অঙৌববু থিখি। খাব ময়ুমদা মৈতাল্ অরাব হাপখিব অদুন পান্থোইবীগি অখুবাক অদু শারকলে হায়বগি শারে কৌনখি। তম্পা লাইরেম্ম মচিল পেন অশাব খাঙলমবগি দমক পেরে কৌনখি। মঙাং চনু পান্থোইবীন হূয় মাঙলোক হুয়তাললোক্ লাম্দুন মখাপাংন নোংশিং নোংলৈ ওইন লাই ওন্দুন লানখি। মরম অদুগিদমক খোইদোম লাল্ (লাইনলাম্ব) হায়ন কৌনখি। ব্রাংঙমলোন পানথোইবীন মখা মায়কৈদ মবুংঙো

মশাপি অঙৌপা লংমাই নিংথৌকি মার মখোঙ্কুলপু লীরকপাতা মমান্ নিংথৌ শোকচ্রোংপা কংলৈ লৈপাক মাপান ঙমকাচিংনা খাপা পুম্না হওু, য়াংপা পাকনা তাঙ্গ্যা তম্পা মহুয়্রোন ব্রাঙমলোনকি মারা মখোঙ্কুল্লু থিনা য়োয়পু তাঙচা খোঙ্কুল লীরকয়ে। তম্পা পানপা ফাপীসুঙ মাললং ফেনচি ওইনা অঙৌপা চিঙলেন্ শোমপা নিংথৌপু ইন্তাললকপাতা মাশপি মাললং নোংপোকহুম ওইপাতি তাংখুল মচীপাপু শানা শরু ফৈথেংনা ব্রাকতং নাসিনা কুরাউ ফাললং থাং য়াইরী খাঙখোম্না চুম্পূল লাললৈ থেম, হুয়রোং লুফাং চিল থাঙলেল নামৈ য়েপনা তাংখুল খুৎখাঙ মিতম থোংনা লীরী খেনচো তিংনতি লকা তেনমৈরাকনা তেনতোং নমতা হুননা পোনা কাঙকম য়াতা চীক্লতি লোইপী চায়াই নোংয়ৌনানা তম্পা মশানৌপু নোংহাঙামযে। য়োয়্পু কোরও অব্রাংপীনা অঙৌপা মশাপিপু মিৎয়েং শামখৈখিয়ে। মশাপি অঙৌপা কাইনও চিঙ্শোমপানাসুঙ তম্পা মশানৌপু চেংলও মিৎথীৎঙামযে। অতু নোংকিপু থোইমোম লাইমিৎথীৎ- ও কৌপাপু পোইরৈতা ফাথিপানা লমলেল লাইরিক য়েংও তৌন কৌয়ে। তমপাতুপী ঙাংয়েকচুকা অঙৌপা চিঙলেন্

---

অঙৌববু থিরক্পদ মকু নিংথৌ খাব শোকচ্রোংবন চিংলদুন খাব ঙানব পুম্নমকন মমৌ ঈবেম্ম তম্পা পানথোইবীন চৎখিব লম্বী থিদুন মতুং ইনন তান্নরকলে। কৈ ফাবী পানথোইবীসু নুংশিৎ নোংহুম ওইন অঙৌব চিঙজাও কওব নিংথৌবু থিরকপদ নুংশিৎত ময়ুম ওইবা মবুংঙো নোংপোক নিংথৌদি তাংখুল মচী শারগ মকোক্ত শরু ফৈন থেক্তুন, মনাদ উতোং চিন্দু মখ্বাঙদ উগি থাঙ্খুম য়ান, মখ্বাঙদ য়াইরি য়েৎ, মশম চুমবুল শান পুন্দুন মকোক্ত চিরোং চিললগ নামৈদ থাঙয়েপলে, খূদাংদ খূৎখাঙ্ হাপ্লগ লীরী নাপ য়ৌনচিংদুন তেন্মৈ তেন্গা থোংদুন মনমদ তেন্দোং পোরগা লীরী ময়াদচীক্লমশানৌ ঈবেম্ম তম্পাবু ঙাইরমই। তম্পা লাইরেম্মন মশাবি অঙৌববু উরে। মবুংঙো অঙৌবনসু মশানৌ পানথোইবীবু উরে। অদুগিদমক মফম অদুবু লাইমিৎ থীৎ কৌবদগি ওনথোক্লক্তুন লাইরিরকয়েং কৌনখি। মঙাং চনু পানথোইবীগ নোংপোক নিংথৌ অপান্বগ অনীন মখুৎ খুজেং খুজেং

শোমপা নিংথৌকা তম্পা খুচেং হংচিরাকনা ঙকশম লুমাং কোননতি চিল সনা চিলওকনানা শানৌ তম্পা লাইরেম্ম- ও খাপা মাঙ থানা য়াংপনা তুংইননারকওঁনে। খাপানা বুকানি, য়াংপান খঙকানে অবাং লাইশূ চিঙ্ নামুং বাঙতে হামেঙ্ঙম খোইমোম লইচিশোক ফিপুল ঙাইরাল চিঙ তম্পা মুকতম্ থেল থাঙঙা বুরালচিঙ ঙাংচেং মমপীরোক্ত মশানৌ তম্পা বাংঙ্লোন্, খোইমোম লাইরেম্মা নঙসু শাম্বুপঙামও। নশাপি অঙৌপা ঐতি শেনপী কপোচা লাংপলখুনু থেমপাপু শানা কোনখা ফৈশেমনরককে। কৌপা মতাইমাতা লমওক্লাসে খমকোল নোংঅল ওইখিয়ে। অতু নোংকিপু ঙাংলাউপা লওকুম- ও তৌনা কৌয়ে। মশানৌ তোইপী তংকান চনুসুং ঙিংঙিং লাউনা লাক্লেয়ে। ঙিং লাউপী লওকম লমও থোননায়ে। তম্পা বাংঙমলোনতি খোইমোম লাইমিংথীং চিঙঙু লাইরকিয়েং তাংখুল বুয়ুঙ্পোক হেম্পা শারোংলও, মরেম য়াইথোম লওপু পান্না চোংন ঙিংলাউপী লওকুম্লম, ঙাংলাউপা লওতারম মুরা লোক্লেনকোল ঙাংচেং

---

পায়নদুন মঙকশমদ কোন্নদুন চীনগ থেংনন নোংপোকন হায়খি 'ঈবেম্ম তম্ফা লাইরেম্ম, খাব ঙানব অনীন মাঙ- তুং মথং মনাও চত্তুন ঈবেম্ম নঙগী নতুং ইল্লকলমব য়াই। খাব ঙানব খঙখি উখিগনি অবাংলোমদ লৈব লাইগী চিঙ্মীন কানদব বাংতে কৌব হামেংন কাব ঙমদব লাই অহনন লৈম চিংগ শম্লব লাইবঙ থৌ লাইরূরান ফিবুল লোকপী .ন্নফম ঙাইরল চিঙ্ তম্পা নঙনা শান্নফম উন ফৈন লামব ঙাংচেং মন্বীরোক কৌব লোক্ত শানৌ পাম্বোইবী নঙসু লোংলু। শাবি অঙৌব ঐদি কবো মচা খুনু থেম্ব শাদুন ফৈজোম কোয়ন শেংলগা লাককে। কৌবু চিঙ্দ উনসি হায়রম্লগ' মশাবি কাইনও চিঙ্ শোমবদি নুংশিং নোংলৈ ওইন ঙং ঙং লাউন চংখ্রে। মরম অদুদগী ঙাং লাউব লওকুম তৌন কৌবি। মশানৌ পাম্বোইবীসু ঙিং ঙিং লাউন লাকলে। অদুগীদমক ঙিংলাউবী লওকুম্লম্ থোনখি। তম্পা ব্রাঙমলোনদি লাইমিংথিং লাইরকয়েং তাংখুল উয়ুংপোক হাওগী শারোংলও মবেমগী য়াইখোঙ লও পুম্নমক অসি হেনদোক্লগ ঙিলোউবী

মমপীরোক্তা তম্পা ব্রাংঙমলোন্না পূনুং লাথপ্নুং চাম্লও লায়োল্লাংতা তম্ পা চামলও লানা য়োমনাতি শাম্বুপখিয়ে। অতুনোংকিপু চাম্লও লাথূপচি ' ও তৌনা কৌয়ে। তম্পা ব্রাংঙমলোনপু খাপানা মাঙ্থানা, য়াংপনা তুইন্নানা তানারকলাপাকিপু কৌপা লাথুপচিঙপু কান্না চোংনা নোংপাল্ চিঙখোহ কোয়পা মনাউকা লূব্রাং লোইনাই য়াওশা তানপাকা লাপাখুমমল পুনা য়াংতৌ শারম লীরকঙৈকিপু চিঙখোঙ্কোয় মনাউ নাতি য়াওরও শাকারমপাকিপু টিমেল্ মখুৎশূপু য়াওরও শাতা ফেনপাপু ফেন্ য়োল্লে। লূব্রাং লোয়নাই য়াওশা তানপাকি ফৈরা মতাল অনীমাপৃ হুয়েল লাননা তানপাকুমনা লাইচা য়িপাক্থক্তা লোংনা তারে। অতৃনাংকিপৃ য়িরোং লাস্তায়িও তৌনা কৌয়ে। পাথৌ লোইনা অপামপা মশেলপু করম নুংশিপনো? নোংপাল্ চিঙখোঙ কোয় মনাউনা ঐতি করমনা শহুলপু থীরাপানো কল্লকয়ে হায়না শারেল য়েৎনা কোললম্য়ে। অতৃনোংকিপু কৌপা লোকচিঙকোল ও তৌনা কৌয়ে। কৌপা চিঙশামতি হয়ু পলেম পীশোললময়ে। অতৃনোংকিপু কাপথেলও থোননায়ে। য়িমু

---

লওকূমলম ঙাং লাউব লওতারমদ মূব্রানিংথৌগী লোক্কোন্নুং ঙাংজেং মম্বীরোক্ত লায়োম্ মনুংদ লান য়োমদু লোৎখি। অদুদগী হৌন মফম অদুবু লাথুপ চিঙ্ কৌই। পান্থোইবীবু খাবন লমচিংদুন শাগৈ অপুম্ব হওদূন তান্নবকপ অদূন লাথুপচিঙ হেনদোক্তুন মমাঙঙৈদ নোংবাল্ চিঙখোঙ কোয়ব মনাউগা লুব্রাং য়াওশা তান্বপগন মীয়াম পুদুন শারম লীবকপদ চিঙ্খোঙ কোয়ব মনাউদি শা কারমব উবগি মখুত্ত পায়ব টান শা তমনা হুনখিবদ শোয়দূন লুব্রাং য়াওশা তান্বগি মফৈগল্ অনী তুন য়েক্লবন লান্দ থিন্বগুম্ থিনদুন ঈশিং ঈপাক্ত লোংন তারে। অদুগিদমক ঈবোং লাস্ত ঈ কৌনখি। মরূপ লোয্নরক্প নুংশিনব মশেনদি কয়াদ নুংশিনবিবো? নোংবাল্ চিঙ্খোঙ্কোয় মনাউন শাদ হুনব টান করমন শোযখ্রবনো ঐদি নুংঙাইত্রে হায্ন মখূৎ য়েৎন কোল্লমই। অদূগি দমক কৌব লোক্চিং কোল কৌসে। কৌব্রু চিঙ্শা অমা যৌইবদ অনাব খাঙ্বগি অয়ো ঈমা হায়ন মমাবু কৌবম্বগিদমক চিঙ্শা অদুবু হায়ু কাপু থেল্ কৌনখি। ঈন

ফীরাক শারাপাকিপু হৈনা য়াংনুনানা খাম্লম্লে। অতুনোংকিপূ হৈনা য়াংনু খাম ও তৌনা কৌয়ে। য়াওরও শাসুঙ মমৈ লোঙপাপু অমা ফারক্য়ে। কৌপা চিঙলেন্ নাপোম মাসুঙ করম্লাপু লোঙপানো চিঙসুঙ লোঙয়ে শামৈসুঙ লোঙয়ে হায়পা অতুনোংকিপু কৌপা চিঙমৈরোঙ ও তৌনা কৌয়ে।

তম্পা ব্রাংঙমলোননা য়িরোঙ লানতা, য়ি কৌপা লওচিঙ কোল, চিঙকোল কোললাংমৈপু হয়ু কাপাথেল হৈনা য়াংনু খামপু কাননা চোংনা কাইনও চিঙশোমপানা শেনপী কপোচাপাখং লাংপল খুনু থেমপাপূ শানা কৌপা চিঙমৈবোংপু ঙমলোন্নানা নাকা য়িরাংপাতা লাইচা য়িশোকপাতা মশাপি অঙৌপা লংমাই নিংথৌ কাইনও চিঙশোমপানা কোন্খা ফৈচোমনানা শালওল্লক্য়ে। খুনু মান্থীক তোং, তেয়া লমলাই ঙানপা চেক, মমা পুচং লৈনাউপী চাপু পোনচেং লাইচম খননা তোংচেং খাবাপালপুতৈনা শেম, লোইমোম ফৌকোৎ খিনন লাইচা ব্লুনিঙ তোংতৈ শেম খোকলাং লেংতা থোংনা চয়্রৈ কপো ফি ফৈচোমনা লাংপল খুনু শাপীতা ব্রাহমলয়ে। শানৌ তম্পা ব্রাংঙম

---

পূম্ঙাঙ ঙাঙন তারবদ হৈনা য়াংনু মমান নমদূন ঈ খামাখ। অদূগী দমক হৈনা য়াংনু খাম কৌই। মমৈলোঙব শা অমসু ফারকই। কৌব্রুগি চিঙশা নাপোম অমসু করমন লোঙ্বনো। চিঙসু লোঙ্ই শাসু মমৈ লোঙ্ই হায়দুন চিঙ্ অদুবু চিঙ্মৈরোঙ কৌকি।

তম্পা ব্রাঙমলোনন ঈরোঙ লানতা, ঈ কৌব কৌব্রু চিঙ্গি চিঙশা লওচিঙকোল্ কৌব চিঙ্কোল্ কোল্লাংমৈদ লূব্রাং য়াওশা তানবন মমা কৌখিব লম্ হায়ু কাবথেল্ হৈনা য়াংনু খামবু হেল্লক্লবদ মবুংঙো কাইনও চিঙ্শোমবন কবো মচা পাং খুনু থেমব শাদুন চিঙমৈরোংগি মনাক্ হেক থিংনন লৈব নাগ তূরেনদ ঈশিং শোক্লিঙৈদা ফৈজোমন খ্বাঙদ কোয়ন শেৎপ ওইন মশক ওল্লকলে। খূনু মথীক্ পোঙ্ব তেরা উফৈ থক্ত তোংব উচেক্, মমা লৈচেঙ মান্বীন পোকপবু পোল্ অমা শারগ হাপ্পুন মান তোংনব খার্ববান অমা তোপ্ল শারগ মচিঞ্জাককি দমক ফৌ হাপ্পিরে, ঈশিংগি উতোং অমা তোপ্ল থম্বিদুন পোলাং লেংব চয়খোকন মরেংবান্দ থোংদুন

লোনও, লাংপল কোঙয়াঙ ৱাখুনুপু পোনপী চিঙশোঙ খুনু লমলৈমাপু শাললোল্লকও। পোনচেং লাইচম মনুংতা চঙনা য়াংকোইররো। খাপানা মাঙথানা য়াংপানা তুংইননাপানা ৱুকানে হায়থারাপাতা তম্পা ৱাংঙমলোন নোংচুপ মৈরা পোন্চেম্পীনা লাংপল কোঙয়াঙ ৱাতোল্ তোংপাপু পুচেং লৈমাপু ওইনা পোনপী চেকলা থারংপীপু ওইনা শালওললক্লাপতা পোনচেং লাইচম নুংতা শাম্মুপলে।

## নোংপোক পানথোইপী উনপা

মমান্ নিংথৌ খাপা শোক্চ্রোংপানা তম্পা মহুয়্রোন ৱাংঙমলোন পানথোইপীপু মারা মখোকুলপু লীরকয়ে। নকা খোকমৈ লান্না ইন্তাললকপাতা খাপা শোকচ্রোংপা কংলৈ লৈপাক মাপানা খূনু মাষ্টীক তোঙতা পাওহংখিয়ে। হে খুনু মাষ্টীক তোঙ তেরা লমলাই ঙানপা চেক ও, পুচেং লৈনাওপীচা- ও, নমা য়োয়্পু খোইমোম লাইরেম্মা তম্পা য়িহুয়রোনপু কৌপা য়িরোঙ তুপ্না নাকা খোকখৈ লানখিপানে। চেংলও মিথীংলওপারা হায়না পাওহংপাপূ পুচেং

---

কবোগি ফিন ফৈজোম শেৎতূন লাংবন থাগি খুনু শাবীদ ৱাহংখিয়ে। হে ঈবেম্ম তম্পা কৌবী নিংথৌ মচা ও, লাংবল্ থাদ ৱাদ তোংব খূনু, মশোং কাঙ্বী, তুনানবী লম্লৈমবু ওইরক্লো। লাইগী মহী ময়াম্ লোৎপ য়াব পোল্অসিগি মনুংদ লৈররো। খাবন মাঙ থারগ ঙান্বন তুংইননদুন তাল্লক্লিব অসিন উখিগনি হায়রবদ তম্পা পান্থোইবী, নোংচুপ মৈরা পোন্চেন্বীন লাংবন্গি ৱাতোল্দ তোংবী খূনু লৈচেঙ মান্বী মথীক্ লংবীবু ওল্লগ লাইগি মগুণ য়াওদন পোলাং মনুংদ লোৎখ্রে।

মকু ইবুংঙো খাব শোকচ্রোংব লৈবাক্ মপুন মমৌ ঈবেম্ম নিংথৌন পোক্পী তম্পা পান্থোইবীবু থিরকলে। নাগতুরেলগি খোংমৈ লান্দুন তান্নরক্পদ খাব শোক্চ্রোংব কংলৈ লৈপাক মপুন মথীক তোঙব খুনুদ ৱাহংখি। হে খুনু মথীক তোঙবী, তেরা উফৈ- তোং শকহেনবী উচেক, লৈচেঙ মান্বী ও নমা ঈবেম্ম লাইরেম্ম ঈমৌ ঈবেম্ম পানথোইবীদো কৌব্রু ঈরোঙনাগ তুরেনগি খোংমৈ লান্ন চৎখিবনি। মহাকন চৎখিব অদুবু নহাক

লৈমানা পাওখুমলকয়ে। হে খাপা শোকচ্রোংপা ও তম্প নহুয়রোন য়োয়্পু ৱাংকোল লান্দ্ররা অতেংপীপুতি মিৎয়েং শানখৈরওতে পলেম য়িমা চিঙশোং খুনু লমলৈমা তুম্‌কপোচা পাখংনা খুনু মোইথেম হৈপানা থেমথোকখিতানা পোনচেং লাইচুম নুংতা তোংচেং খারাপাল তৈনা শেম্নাতি য়োয়চাননাখিয়ে হায়না পাওখুমখিয়ে।

খাপা শোকচ্রোংপা কংলৈ লৈপাক মপানা তম্‌পা য়িহুয়রোল য়েয়্পু নুয়াম শাফপীকি মারা মখোঙ্কুলপু লোল্‌লোয় লমতাং ইননা চিঙথাং থাঙ লাংমৈপু লোক্‌য়ায় খায়, শতু নায়ায় খায় শয়ী থেমচা নম্না, কৌপা নাপোম শম, নাকা খোকমৈ লান্না ইন্তাললকপাতা পোমপী শহুম পাইপা শাৱা কায়্‌তোংপাশিংতাসুঙ পাওহংপাপু নাকা খোকমৈ লান্না চৎখিপাপু তম্‌পা চেংলও মিৎথীৎলওতে হায়ন পাওখুমঙাময়ে। য়াওৱা পুচারোন চকমোম লাংচারোনতাসুঙ ৱাঙম খোইমা নাথেৎফম্পু খঙলমতে। তম্‌পা থিংলও পনচোংলম্পু খোইমা নাশোল্‌লম্পু ৱুরমতে। তম্‌পা মৈতেঙঙু, চনু ৱাংঙমলোল

উহৌবরা হায়ন হংবদ লৈচেঙ মানবী খুনুন খুমলকই। হে খাব শোকচ্রোংব ও, নমৌ ঈবেম্ম ৱাংগোল লাইৱ্রুরা অতেংবীদি উহৌদে। ঈমা চিঙশাং খুনু লমলৈমদুম খনুমোইথেম হৈব কবো পাখংন থেমখিদুন পোল্লাং অমগি মনুংদ মান তোংনব খার্ববল্ অমা তোপ্ন শেমদুন য়ামন লুন চেৎন চান্‌ন তৌদুন পুখিবদি উহৌই হায়ন খুমলকই।

নিংথৌ খাব শোকচ্রোংব কংলৈ লৈবাককি মপুন মমৌ ঈবেম্ম নুপী মরক্তগি অথোইবী তম্‌পরা পান্‌থোইবীগি খোঙ্গুল লীরকপা অসি নোংচুপ মায়কৈগি লম পুম্নমক চৎলগ চিঙ্‌থাং থাঙলাংমৈগি লোক্‌নুংচঙন থিরগ, শদু য়াংগেল নমদুন য়েংলে। শরী হওবচিঙগি নাপোম খৃদিঙ নমদুন য়েংলে, অদুগ কৌব্রু চিঙগি নাপোম শম্ন লাকলগ নাগ তুরেল লাম্লগ থিরকপদ পাইরিব উচেক অমসুং তোংদুন লৈব উচেক্‌শিংদ হংবদসু তম্‌পা পান্‌থোইবীন নাগ তুরেল লান্দুন চৎখিব উহৌদে হায়ন খুমলকই। মীন ঙাঙনব ৱাসু তাদ্রে, তম্‌পা মৈ হৌদুন লৈরম্বগি নাপী নমথেকপগি খৃদমসু খঙদ্রে। পান্‌থোইবীন চৎখিব লমগি মরমসু ফংদ্রে অদুগ নায়ক্ত চৎখিবগি খোঙলমসু

পান্থোইবীতি কোরও কাতায়রম নোংকাখিপানো, ব্রাংপল কাতায়রমপু পনচোংখিপাংনো কললকয়ে। তুপী চিঙলাইলৈমা লাইরেল কচেং ঙানপা চনুতি কোরও মতে হকপীনিকিনা ব্রাংপল মওন য়ামপানে। তম্পা কোন্খে অতামপীপু থিখঙলারোইয়ে। ব্রাঙম্ শোংলেন অথাপ্পীপু ব্বুররোইতা পামুয়্যে হায়না তকলও শিতং শোন, য়োয়পু মরা লীচৎত তম্পা মপাল্ উনাইতাপীনে খঙলরোইয়ে হায়নাতি খাপা লৈরেল খৈ, কংলৈ লৈপাক্ মাপাতি খুরোয়পা তিল্লাংখম য়িমু থক্পারম নামশংকোল থৎমা য়িতৈলও নাকা পনমরূা পোনচেনলমকি খাপা নিঙনা তেনা হলব্রাইরকলে।

কাইনও চিঙশোমপাকা তম্পা মশানৌকাতি মমায় হাওরৈ নোংচুপলা পাংপরমকি শেল্লোয় মচিঙলেনপু পনতাল্লকলে। অঙৌপা লংমাইনিংথৌ কাইনও চিঙশোমপা কোরও খোঙচোমপানা পাওমেললকয়ে। য়িশানৌ তম্পা ব্রা চাংঙমলান ও, খাপা মাঙথানায়াংপা তূংইনল তানপানা খোইমা মায়্ওননা হলব্রাই য়িকুমনা খাপা মরৌ লৌন

---

উরমদ্রে! নিংথৌগি মচানুপী তম্পা পান্থোইবীন লম্বী কদোমদ চৎতুন নোংকাখিবনো লাইরৈপাক্ কদোমদ চৎখিবনো কল্লকই হায়খি। মগুণ চাউবী, মপা মপু মতিক মগুণন ঙানবগি মচানুপীদি মগুণ চাউবী মতক্ লৈবী ওইবন মান ওইব মশক য়ামবনি। অদুন তম্পা মায়কৈ খঙদবী অরাপ্পদ লৈবীদি থিব ফংলরোই। অথাপ্পদা চৎথ্রবী তম্পা পানথোইবীবু উব ফংলরোই পাম্মুই হায়ন কল্লকপন তকশি শোন্দুন হৌফম শাৎফম খঙদবী লৈফম চাফম নাইদবী পানথোইবীবু থিব খঙলরোই হায়ন কংলৈ নিংথৌ খাব লৈরেলখৈন খুরোয়বন মতিল্ কংবগি ঈশিং থকখিব লম্, অশংব নমথুবগি কোন্দু খাঙব নাপী থৎপদ মশাদ ঈ তৈখিব লওফম নাগ তুরেলগি মরুদ থিংব লম পান্থোইবীন মাঙ্খিব লমদগি খাব ময়ুমদ হল্লকলে। পান্থোইবীগ কাইনও চিঙশোমবগদি নোংচুপলমদগী মমায় নোংপোক ওন্দুন ময়ুম শেল্লোয় চিঙলোমদ চৎলক্লে। মশাবি লংমাই নিংথৌ কাইনও চিঙ্শেমবন হায়রকই, শানৌ ঈবেম্ম পান্থোইবীও, খাবন, মাঙ্দ থা, ঙান্বন তুংদ তালমবদগি মমায় ওন্দুন হন্খিবগুম্ তৌরিব অসি খাব

হকয়ে, [illegible] পা মবৌ চাউপানে। হয়েং খাপা নিং[illegible]া তেনাতি যাংপানা খংঙম ফংলাকানে। শানৌ তম্পা ব্রাংঙমলোন ও, শেল্লোয যিচিঙলেল মঙল্ তবং ব্রাংপা চিঙ হোপী হোপাই চঙি শাতু কৈতুচিঙ শালেম লাললেমনা শেমপা চিঙ পেকক পেতাইনা শেমপা চিঙপু লংমাই থাঙগা যিকাবেল যাযুপু য়ৌহীকুনুসে। শেল্লোয অযূম নাকপাকমা চিঙশাং নাপোমমাতা পুশুম লাংশুম লোক্, ব্রুগী ব্রুবেল পোকপা চঙি শেল্লোয় তোংতবেৎপা মযুমফমতা লংমাই মুতোংপা মযুমশাংপু মলোন্ননাতি শান্থুপ্নুসে হাযনা কোবও নুমিৎ নীনি শুন শেল্লোয মতাইমাতা থৈনা নোংয [illegible]মযে। অতুং[illegible]কিপু শেল্লোয লওথযোং থযোং চুমপা লোকচাউযি ও তৌনা কৌযে। তম্পা বাংঙমলোন অঙৌপা যমলেন্ লৈমাপা মশাপি চিঙলেন্ শোমপা নিংথৌকা মচেঙ পাওমেননানা খোনলোয নাবাপাতাতি তাংখুল মচীপাপু শানাতি লওখোৎ মাঙযিননা হাওশম তুংযান্না অযুক চামাইবাংনা খাললৈ লওকুমযে। থাঙযি চাইল অঙলল ও, লোইমোম ফৌকাক ফৌকাক চ ও চংলে খুৎথা লওপু

---

মবৌ চাউবনি, হযেং মওম অমদ খাবন হল্লকপ চানবন খুৎলিংন ঙমজব খঙলক্কনি। অদুন ঈবেম, নিংথৌগ মচা তম্পা- ও, শেল্লোয ঐগি বাংচাউব মশুন লৈব চিঙজাউ, শা- ইচেকন তিন্ব চিঙ্, শা- কৈন মপাঙ্গল হনব চিং, শা- লালন চঙদব অবেমব পোৎন শেম্ব চিঙ, পেককনচিংব মনা মশিঙন বাংতব চিঙ, নশাবি ঐন লৈবিবঅথোইব মফম অদুদ যৌখিগনুসি। শেল্লোয লংমাইগি মাযকি অমদ, অতোপ্প চিঙশাং নাপোম অমদ পুই লাংন থনন হওব লোক্ উচাউ বচাউ হওব লোক শেল্লোয তোংতবেংবা [illegible] লৈফম লংমাই মুতোংবাগি লৈফম লোমদ লোংলুখিসি হাযদুন নুমিৎ মীনি নোংমাইজি মতাং অমদ থৈদুন অহিং লেনখি। অদুগীদমক শেল্লোয থযোংদ ও থযোং চুমবলোকচাউ ঈ কৌনাখি। অঙোমাগ মৌ ওইযবা তমপা পানথোইবীগ মশাবি নেংপোক নিংথৌগ পুকচেল খোযজেল [illegible]ন্নবা লৈমিন্নদুন [illegible] [illegible]ঙনবব অ[illegible]গি মচা তাংখুল শাবগ লওয[illegible]ব খ[illegible] [illegible] [illegible]
হাওশম [illegible] চাকঙল চাদুন লওকুম[illegible] [illegible]
চাইল [illegible] [illegible]ফমদ লও [illegible]

লও তাইযে। মশাপি লংমাই নিংথৌ অঙৌপানা যাহৌখিযে। শানৌ খোললোয় ও, খাললৈ লওকারসে। শাপি মচিঙঙু- ও, খাললৈ যিঙম ফংতাবিয়ে হায়না পাওখুমখিয়ে। থাঙযি অঙল লও লোইমোম ফৌকাক লও হাওচেঙ খোল্লোয়লও তৌনা কৌয়ে। তম্পা ব্বাংঙমলোন থাঙয়ি অঙল লওতাপী, লোইমোম ফৌকাক্ লওকুম্পী মচঙ পাউমেল লপু লওতাপী হাওচেঙ খোললোয় লওপু লওকুমপী ব্বাংকোল লাইব্দবা অতেংপীকা মশাপি মালং নোংপোক হুমওইপাকাতি কোবও নুমিৎ নীনি শুনা থযনা নোংফাইবমলাপাকা থায়াং চুমপা লোক্চাউ যিপু নমতা হুন্না লংমাই মঙল তবঙ ব্বাংপা চিমঙাঙলপু ইন্তাল্লকলে। খোইমোম মশানৌ কোন্থৈ অতামপীকা মশাপি খোইযুম কাইনও চিঙশোমপা অঙৌপা নোংপোক মালং হুম ওইপাকা শেল্লোয মচিঙলেনপু কাবকপাতা অব্বা হকনা চোক্লাপার্কাকিপু বানা ফানা হুইনা কাবকলে হাযপাকিপুলংমাই শেল্লোয্ ফাকঙথেল ও থেললমযে। তম্পা মতৈ- মনাওতি লংমাই ফাকঙ থেনপু খোইনা হুননা কাখ- লকলে। মমা তম্পাক লৈহৌনুচা লংমাই

---

নিংথৌ অঙৌবন ব্বা হাযবকই। 'ঈবেম্ম পানথোইবী লও কাবসি।' শাবি, ঐগি লাইওইব ও ঐদ ঐগি লওঙম ফহদ্রি হাযন খুমখি। মদাগ মফম অদুব্ অঙনফৌ লওফম, ফৌগাক লওফম হাওচেং লোকফম খোল[illegible] লও কৌনখি। তম্পা ব্বাংঙমলোন অঙনব লওতাবী, ফৌগাক লওদ লওকুম্বী, অব্বাৎ অপা মেন্নব লওদ লওতাবী, অমগ অমগ পূকতিন্নম লওদ লওকুম্বী, পানথোইবীগ মশাবি নোংপোক নিংথৌগ নুমিৎ নীনি থযদুন অহিং লেকলমলগ থযোং লোক্চাউগি অ[illegible]মব লোক[illegible] ঈশিং থাদো[illegible]ন লোংমাই চিং চিংদোন্কাবকলে। মনাও ঈবেম্ম লাইবেম্ম ঙমখৈ নাই[illegible] মশাবি লাইনিংথৌ অঙৌব নোংপোক চিংশোমবগ অনীনা চিং[illegible] যৌনব লাকপদা [illegible]মন রান চোক্থন কাবকই [illegible]গি ফাকংথেল থেললমই। তম্পা মতৈ মনা[illegible] লংমাই ফাকং থেলব্ থোইন হুনন কাখৎলকলে। মমা তম্পাব লৈহৌ[illegible] লংমাই [illegible] লৌখিবগ [illegible]দ শিব লৌপাক্ত [illegible]বৌব মনাদু [illegible] হা[illegible] [illegible]। [illegible] কৌন[illegible]। খাইদগি [illegible] [illegible]

পাইপং লৌথিপাকি ৱায়রং মনাশিপু মালেম লৈতা তাপাপু খুনখিয়ে। অতূনোংকিপু ৱায়রং নাশিখুন ও কৌথিয়ে। চিঙ্লেন্ লাইথোইচিঙ ৱায়রং নাশিখুন্পু কাখৎলকলে। লংমাই তেৎনৌ শৎপা চনুনা চয়রৈ শঙতিং ফিশাফমপু মথংলেন্ লংমাই তংপা কাথংপানা অরোল খোইপা লোল্খোইপা, অরোন ঙাকপা লোনঙাকপা অরোন থিংপালোম্থিংপা লংমাই থিংপা কৈশাপাপু নাউথেম চিঙ্পু শেল্লোয় অমম্ লৈশারোক, লংমাই নাফু চিনফু চিল্ অচন্পা লংমাই সনা হয়্য়াইচিঙকি মথোংচীনপু চঙল্কলে হায়তাপারা?

## নোংমাইচিঙতা নিংথৌ ওইপা

লংমাই পুৱাংলোক্, শেল্লোয় পৃশুম লাংশুমলোক্ লংমাই তরঙ ৱাংপাচিঙ য়াৱা খাইপূঙ চিঙ, কাচিক কাপাকচিঙ, ৱুললাচিঙ শেল্লোযনা পুপাচিঙ লংমাইনা ঙাকপা চিঙ কোনখাঙনা তাউপাচিঙ অখোং লৈৱম ফৃপী চিঙ, ঙানফম লৈৱম তাওপী চিঙ, লাইজ তরঙ্

---

ৱাযরং নাশিখুলবু কাখৎলকলে। লামাই য়োৎশঙব নিংঙোনন ফি শাব মফমবু মপুরোয়ব লংমাই থংব কাথংবন মরোল্ খোইববু হেনন লোনখোইব, মরোল, ঙাকপদসু লোনঙাকপ ওইব, লোল থিংদুন অমগ অমগ য়েৎনববু থিংলিব লংমাই থিংব কৈশাববু থেমখিব চিঙ্, অম্মবদ লৈশেম্ব লোক্, নাফুচিনফু চিল্ অচনবা, লংমাই সনা হায়্য়াইচিঙ চঙ্ননব মচিল য়ৌম্রে।

## নোংমাইজঙদ নিংথৌ ওইব

লংমাইবু পুব অৱাংব লোক্ শেল্লোয়গি পুয়্লাং লওব লোক্, অতিম্না অহাঙব য়ৌন ঞাংব চিঙ ঈশিং চাইন তাব চিঙ, অচীক অশা খায়ব চিঙ, উল তাবদ য়ৌব য়ৌদব মফম লৈব চিঙ শেল্লোয়ন মথৌ পুরগ লংমাইন ঙাকপ চিঙ্ কোঙ্গোনন তাউবগুম তাউবচিঙ অখোং লৈৱম পোকপত ঙানখম লৈৱম থোকপচিঙ, ঈরঙ তরঙগ লোয়নন ঈশিং অপাবগি কোংগোন

ঈবোয়্নানা ঈশিং যাৱা কোনখাঙ থক্তা হাননা শাপা চিঙ্, যাৱা পুনা শেম্পাচিঙ, অমম্ লৈশাংথাক, চিঙলেন্ খুৎলাম খাম, যুচেংনা নীক্তপা চিঙ যুহানা হাতপা চিঙ, সনা হুইথাপা, লূপা যাই ওইনাপা, চোয়্নৌ সনা লূপা পোক্পা চিঙ, তেৎনৌ যোৎপী হুইথা চিঙ লোকতূ খোমতূনা, লোক্লেম লাললেমনা, শাম্পা থাঙথোংনা শেম্বা চিঙ, অৱাং কোবও নোংলমপু নুংনাং সবা [illegible] অতেনপান। অঙৌপা পুবৈবোমপাপু কোবও নোংলাৎচিং [illegible] শেল্লোয় চিঙশা মাপল শুনা চিঙ য়িবোক্ তবেং শুনা পানপা চিঙ্, লংমা [illegible] কাংলেন [illegible] শুনা চিঙ, শেল্লোয় চিঙমায মাপ [illegible] পানপা চিঙ, শাম্লায় শৌচপা, লং [illegible] চিঙ [illegible], খাইযম মশাপি অঙৌপা নোংশোব [illegible] লং [illegible] পা [illegible] পা শানৌ [illegible] কোক লাই [illegible] শাপায় [illegible] লংপাংনানা শেল্লোয় সনা হয়পা [illegible] চিঙপু খুনেৎকা [illegible] পা [illegible] শৌ [illegible] থাপী [illegible] চাম [illegible] লাইখোঙ [illegible] না রাইথুংলা পাতা। মপল লাইবেল তাউবোনাইসুঙ [illegible] লেংমোম লাইনামুং নামুংপাসুঙ মমোম তমপা

মথও অহনবদ শাপিং চিঙ, ঈশিংগা লোযনন শেম্ব চিঙ, অমম্বদ লৈশেম্ব লোক্, অহনব শাব অথেইব চিঙ্, যুচেং যুহান নোম্বদ যুহাবাদর্বাচিঙ্, সনান হুই থাব, লূপান যাই ওহন লৈব সনা লূপা থোকপ চিঙ্, যোৎপীন হুই থাদুন লেঙদন থমব চিঙ্, লোক-তায় মযামন অবেম্ব কান্নদব লোক্ন অদুগ শাম্বা হাযব থাঙন শেম্ব চিঙ্, অবাংবদ লৈব নোংগ লম্বু ওইবনুঙ লাৎপ মাইবন নোংচুনবগিদমক অঙৌব পুবৈবোম্ববু পুজা তৌনফম ওইব চিঙ, চিঙশা মপাল শুন লৈব চিঙ, লোকতবেৎন চেম্বব চিঙ, যুমগী কাগুমনফিদুপ অহুম শুন চিঙ চিঙমাযম মাপল শুন পানব চিঙ, শৌদ হৈনব শেল্লোয শাদ হৈনব লংমাইন পানব চিঙ্দ নোং-নুংশিৎন যুম ওইনব মবঙে। অঙৌবগ মনাও ঈবেম্ম মগুণলৈবী থিংকোক [illegible] পোকপী পানথোইবীগা মথুৎ পানযদুন মবেংবান্দ পাযনদুন সনা মানব হযযাই পানব চিঙদ কাদুনা অচৌব নুংগি রযা মানব শৌ নেৎপদ খুযা পাবন কাবদ রান মখে [illegible] ঈ তান কাবগা লংমাইজিঙদ থুংলবদ মপা ঈবুংঙো তাইবোইনাই, মমা ঈবেম্ম লাইনামুং নামুংবীসু মচা ঈবেম্ম তমপা

ৱাংঙমলোনপু ইন্তাল্লকয়ে। থাঙৱায় মারাহল্ চিঙঙুৱোংজা চিঙমাপাসুঙ, ৱাংপারেল খানা চাউপাসুঙ, থাংচিঙ কোয়রেল লাইমারুসুঙ য়াইপী পল্লোই তানপাসুঙ তম্পা মতৈ মনাওপু চেংলও সখউনাবে হায়ন শেল্লোয় সনা হয়য়াই চিঙ্পু ইন্তাল্লক্য়ে। চিঙঙু কৌপারেল্ অহনপাসুঙ খোইমোম কৌপু অসূপ্পসুঙ চিঙঙু লৈশং খয়োম্পা কোরও নোংমতোল অহানপাসুঙ চিঙঙু নামুংরেল লাইচা য়িমাপাসুঙ্, মালং নোংলৈয়াঙ খমকোল্ য়াইপীরেলসুঙ্, খামপী মৈনিংথৌসুঙ শেল্লোয় তকুপ্ চিঙ্পু ইন্তাল্লক্য়ে। থপী শেলকোয়রেঙ চিঙমিৎ য়োয়রেলপাসুঙ, লোইতাম থাচা থানিংথৌসুঙ শেল্লোয় সনা তকূপচিঙ কারকয়ে। খমলাং পাপল্ লোনকি লাইহনুপী চামাসুঙ্ য়িরেং পুপাললোনকি লাই হনুপা চামাসুঙ্ শেল্লোয় মম্পীচিঙ্তা কানা তম্পা চেংলও মশক ৱুনাকে হায়্না লাক্লক্য়ে। মনু য়াংলও তেরা লমলাই ঙানপা চেকসুঙ তম্পা মতু লাই পাখং তরেৎমাসুঙ খোইনৌ মতা লাইরূরা তরেৎমাসুঙ শেল্লোয় চিঙতা কানা তম্পা মশক উকে লাকলকয়ে। কোক্তা লাউপা তরামা তমতা লাউপা তরামসুঙ

---

ৱাঙমলোনবু উনব লাকলে। অৱাং মায়কৈ ঙাকপ ওইন চিঙদ পানব মারহলসু, খা ঙাকপ ৱাংবরেল, অকোয়বদ লৈব লাই মকোক থংজিঙ্ থৱ য়গী মপু পললোই তানবসুঙ তম্পা লাইরেম্ম মথংলেল নোংপোক্ক অনিবু শক উনগে হায়বগি সনা হয়্য়াইচিঙ নোমাইচিঙ্দ কারক্লে। লাইগী অহল কৌবরেল্, কৌৱু অসুপ্প, সোরারেলগীমচা অহল খোরীফাব, ঈশিংগী মপু ঈখৈরেল, তাইবঙ্ জীবগি থৱায় ওইরিব নুংশিৎ নিংথৌসু মৈগী নিংথৌসু নোংমাইজিংদ লাকলে। চিঙগী মমিৎ ওইব মায়রুব খ্বাইদগি অথোইব নুমিৎ, থাগি মচা থানিংথৌসু সনা তকুপচিঙদ কারক্লে। ঈপা অহল শিংন নিঙনব লাই হনুপী য়ামসু, ঈপু অহলশিংন নিঙনরমব লাই হনুব চামসু অমম্বদ শাখিব শেল্লোয়গি চিঙদ কারক্কূন তম্পা পানথোইবী উনগে হায়ন লাকলে। মীওইবগী লম্বীগী মঙাল ওইনব উচেকসু তমপাগি মবুং লাই পাখংতরেৎ, মমান্নবী মতা লাই লৈশাবী তরেৎসু শেল্লায়্গি চিঙদ কারগ পানথোইবীগি মশক উগে হায়বগি লাকলে। চিঙদ লাউব

চিঙঙ্ভু মোংপা তত্তব মরিমসুঙ লৈমা তরামাসুঙ নিংথৌ পোংপা তরামাসুঙ নুপাল হোঙ্নেম লুব্রাংনিংথৌ য়াওনা তমফা মশক উকে হায়না শেল্লোয় চিঙতা কাবকয়ে। চিঙঙ্‌ভু লেংনা তিননা লংমাই মুপী চিঙচাউকা শেল্লোয় তপুং চিঙতোল লোমনা তম্পা কোরও অব্রাংপীকা মশাপি মালং নোংপোক হুমওইপাকাপু য়াথং পাউকৌনানা চেংলৌ শক উনানাতি থৌরৈ লৈকা পায়মা য়োয়নরপাতা শিঙলেন্ চূনা খল, লৈরাং নিংথি য়েংনা শেল্লোয় লওতারৈ, লংমাই চিঙনুং চাতরৈপু শিঙলেন্ লৈয়াম য়েননা অঙৌপা কোরও খোঙচোমপাকা তুপী ঙাঙয়েকচনুকা চিঙঙ্ভু লেংনাতিনপানা মায়খঙপিরাপাতা খোইমোম লেংনা তিনপাসুঙ মরাল ব্রোম্ভেখিরে হায়তাপারা। অঙৌপা মালং হুমওইপাকা তম্পা মশানৌ চিঙলাই লৈমাকতী লংমাই সনা কারেলয়ায় য়োয়খাঙখাতা থাব্রানে, চেংঙান, য়ুচেংনে য়ুহানে মরমিনা চিঙলেন্ হুইকা থানাতি লৈচঙ্ শেক্‌নিঙ য়ৌনাতি সনা ফানখোঙ মরিমাপু ওইনয়ে। চিঙঙ্ভু নোংপোক মপারি খাবা উললেনপী

---

লাইতবা, তম্পাক্ত লাউব লাই তর, তুরলে তৃখুল তওব লাই মবি, লৈম তবা, নিংথৌ পোংব তরামসু অদৃগ হোঙনেম লুব্রাং নিংতৌ পুনশিবসু য়াওল তমফা উনব নোংমাইজিংদ কারকলে। লাই ময়াম তিন্নদুন কৌব চিঙজাউ নোংমাইজিঙদ কাদুন তবুং চিঙগি চিঙ্দোনদ মগুণ চাউবী পানথোইবীগ মশাবি নুংশিৎত তোংব নোংপোকক মপু মনাইগ উনরগ ব্রারী ব্রাতাই শাদুন খুরুম লৈপায়নন নুংঙাইরগ নোংমাইজিঙদ শাৎপ শক্কচুনব লৈশক খল, নিঙথি নিঙথিব লৈরাংখল, শেল্লোয়ন লওতাবদ চিননব লৈ, লংমাইচিঙগি চিঙনূংদ শাৎপ লৈবু লৈ ময়াম য়েনদুন অঙৌব খোঙজোমবগ মগুণ চাউব অঙাঙবগি মচা তম্পাগবু তিল্লবিব লাই ময়ামন শকখঙ মায়খঙনরগ লাই পুম্নমকসু ময়ুম ময়ুমদা হনখ্রে। অদুগ নুংশিৎন ময়ুমওই লৈব অঙৌবগ মশানৌ ঈবেম্ম চিঙ্গলইলৈম তমফাগদি নোংমাইজিঙ চিঙয়ায় মক্তদ থাব্রা চেংঙা য়ুচেং য়ুহা মখোয় লাই মরিমকন চিঙগি হুইওনি মরু লেনফুয়ৌন থারগ ফম্বালগি মখোঙ মরি ওইনখি. লাই ওইব নোংপোক্ক পোকপ, পুকচেল ফত্তবী উলপোকপীগি মচাবু মায়থা ওইন থারগ শম্বুম নিংথৌ

চাপ্ মাযথ া নিংথৌ শম্পূল মহাবাপা অনীমাপুসুং খমলাংপা শিঙ কল চাউপানে খোংনাং যাইপী অবিবা কোবও নোংপু খেনপাকা খোইমোম মবিমানা চাকলে চাকলেল ফানখোঙ মবিমাপু ওইখিযে। চিঙঙ থংচিঙ লাইমকনা সনা তাঙপল ওইখিযে। থাঙব্রায মাবনিংথৌপু খুনেৎনা চিঙঙু কৌব্রু অসুপ্পাপ্ নমঙাংনা চিঙঙু তীললিবেল শিতাপানা পললাং ওইযে। খোইমোম বাংপবেল খানা চাউপাপু খুথানা, চিঙঙু যিঙা কুমচোপাপ্ পললাংখোকযুং ওইনাযে। মমা তম্পাক লৈবেলহনপীনা যম ওইনাযে। ... অব্রাং পানা থাখল খননাযে। যপা শেং কোম্বে, মপা ... পুন্ ... থাননাযে। ফঙ্কা মৌলংযে। ... খান থো া শৰ্কাপল্ ওইনযে অঙৌপ কোবও খোঙচোম্পকা শানা ... চিঙ ... লাইবেল বচেং ঙান্পা চনু মৈবা ... নাপান ... ব্রাংঙম মতৈ মনাওনা চিঙঙু ... ফমফম লাপাতা শেম্রো চিঙব্রাংথক্তা লংমাই নোংব্রাংতোনতা নিংথৌ

---

মহাব্রাব, মতিক চাওব খমলাংব, লৈ নোংতৃন ফাওবব নোংচুপ অবিবণ লাই মবিন ফম্বালগি চাকলেল লওর্নখি। লাইগী মকোক থাংভিঙন সনাগ তাংবল ওইখি। অব্রাং ঙাকপ মাবজিংন খোঙন নেৎনব খুদা ওই, অদুগ কৌব্রু অসুপ্পন নমঙা ওই। তীলগী মকোক ওইব শিদব লাইন পল্ ওইন ঙাকখি। খা মাযকৈ ঙাক্প অচৌবা ব্রাংববেন্না খুদা ওইবগ নোংগি মপু ওইব, ঈ৩াদ কুম তমব লাইবু পোলাংখোক উয়ুং ওইনখি। মমা তম্পাক লৈবেল হনবীন ফম্মূং ওইনযে। নোংমদোল অব্রাংবদ পাইব লৈচিনন থাখল ওইনৈ। শেনগুম কোযন লংব নুমিৎন মৈবা অচৌব ওই, অদুগ ফুঙ্গাগ মৈ ওইন থমখি। থা তবানিথোই পুব থানিংবে, শেকাপং (পে) ওইন খাননৈ। অঙৌব মখোঙ চোমব নোংপোককি মশানৌ মগুণ চাউবী। চিঙলাইবৈমা মতিক চাউবন পোকপী মৈবান ফনেক ওইন শেৎপী ঈশিং থাখুম ওবী মতে মনাও অনীন খ্বাইন খঙন মতিক মগুণ চাউন ফম্লবদ অব্রাংব নোংগ শম্ম ফঙ্গি চিঙতোল্ অব্রাংব নিংথৌগি এথোইব

য়ুম্ফলেন্ সনা কারেলয়ায়তাতি নুমিৎ চামনা হিংহিং থোককুমনা কোরও নোংপূ ঙাননাতি অঙৌপা নিংথৌ য়ুমলেন্ য়ায়তা য়াংকোইরে হায়তাপরা?

তম্ফা লাইরেম্মা অথুম্না সনা হকচাং ওইপীনা থব্বাংয় অপকমাকি পলেম পীওইনা পঙ্খৌ পাওইনাপা তাইপঙ থব্রায় পান্পা পুন্নমাকি পায়্মা নাওয়োক্ হৈবী, তম্পা নোইনু থুমলৈমা খোইমোম শেমতম চাউপী, পায়্মা নাউয়োকফপী, লংপা মাইপোম্পা ওল্লাও থাঙ্শাপানা চিঙ্শেম্লম্ খোইয়ম্ লাইনিংথৌ নোংপোক্ মালং হুমওইপাকা থব্রায় পুন্নমানা মিরেল্ লামমননা পায়্মা নিংশা লীতিন্না য়াইপী ফেন্চিননা তম্ফা বাকয়ৈ থাল ওইনা অঙৌপা খমনও কঙলোইনা তম্ফা শিঙ্লেন্ লৈকাফল্ শংঙাই লামপী হিওঙনা চঙ্লেন্ মরু লূক্ অঙৌপা সনা শোচয়্ লোন্চিননা লংপা অপান্পাপু শালওনখোং নোংচেংচা মায়য়িপা থোকনারম্, মোইয়ু নহা হন্য়েংখোং থৌতু নূংপাক থকতা ওঙপা লৈ, পামেল শয়ী বুকারৈ

---

শঙ্গাই য়ুম্ফমগী অথোইব মযাই ওইব কাদ নুমিৎ চামন তরং তরং থোকপ অতিযা ফাওন ঙানদুন অঙৌব নোংপোক নিংথৌগী সনা শঙ্গাইদ পান্খ্রে।

তম্ফা লাইরেম্ম অথুমবতন সনা হকচাং ওইবীন হায়বদি মী পুন্নমক্র য়েংনিঙবীন তাইবঙ জীব পুন্নমককি মমা মপা ওইদুন তাইবঙ পানবগি জীব পুন্নমকপু যোকপদ হৈনবী, থুমলৈমসু ওইবী, শেম শাবদ মখুৎ চাউবী হায়বদি অচৌব থবক তৌবদ হৈনবী, জীব য়োকপদ পূকচেল ফবী হায়বদি শাউগন্দবী, অদুগ লংব মাইপোমব ওললও থাঙশাবন চিঙশেমখিব লম্বীদ লংমাই নিংথৌ চিঙশোমব নুংশিৎত ময়ুম ওইবগ থব্রায় পুন্নমক অথোইবসিং তিন্নদুনথবায নিংশা অমত ওইন পূকচেল খোমজেল তিন্নবী তম্ফা পান্থোইবীগন তাইবঙ পানবগি থব্রায় লান্ননব হিবু ওইরগ মশাবি অঙৌবন নও ওইদুন লোয়নরগ তম্ফা পানথোইবীন লৈগী মওঙঙম লৈকাফনন (হরাউন) শংঙাই অমোমগি মওঙ মানব হিগুমব নোংমাইজিঙন মরুলুক্র পানব নোংপোক নিংথৌন সনাগি শোচয়্ন লোনবদ লংব অপানবগি মশক ওনখিব খোং, নোংজেংচা মায়য়িবন থোক্লকপ লম্বী, মোইয়ু নহান হনন য়েংব খোংদ নুঙপাক থক্ত শাৎপ লৈ, শয়ী ঊকাদ শাৎপ শয়ী লৈ অরাব

চমমোম খামপী মৈথাঙ লৈপু ওঙপারমতা নিংথৌ সনা অশিখোইকুম্না মশানৌ য়োয়্পু খোইমোম লাইরেম্মপু ইনতাললকপাতা কোরও চিঙৱাং য়িপু শুম্থারক্‌য়ে। ৱাংপল নোংৱাং য়িনা ফেন্থারক্পাপু লংপা চয়্রৈ ময়িনফিপু চোৎতানা কংতারে। কংতা ও তৌনা কৌয়ে। চয়্রৈ ফি কংলা ৱায়্রং নামুং চঙ্পু শাইওন্পী তম্পা লাইরেম্ম লৈতারেং নোংতালেংপীকা খোইমোম মশাপি নোংপোক্ মালং হুমওইপাকা য়োয়্পু খোইমোম্ লাইরেম্মনা লৈকি মরী পায় নোংকি মরী শুনাতি তম্পা সনা পাউতোয় শৈপু তায়ম্ ৱাকমানা তেংথাচরক্কে।

------------

## লাইরেম্মা পাউশা

হোইরও হয়া হোইরও হয়া, হোইরও হয়া, হয়া সোই, হয়া সোই, হয়া সোই, হিঙসোই হিঙসোই, হিঙসোই, হূপ্হে, হূপ্হে, হূপ্হেহূপ।

খেন্চোরে, খেন্চোরে, খেন্চো লাংমৈ খেন্চোরে, অচি চিরোঙ

---

মৈতালগুম ফজব লৈন শাৎপ লমদ নোংপোকন অসি খোইগুমন মনাও ঈবেম্ম পানথোইবীবু তান্নরকপদ অৱাং চিংগি ঈশিং শুমথবকই। অৱাংব নোংমদোনদগি ঈশিংন চুথরকপদ নিঙথিব অরুব ইন্নফিবু চোৎতুন কংদবগিদমক কংদা কৌই। ফিন ফংব মফম, নোংপোক মায়কৈগি নামূংনব চিঙবু ওইরিবী লৈপাক নিংথৌ অনি তূন পূরিবী লাইরেম্মগ মশাবি নুংশিৎন ময়ুম ওইব নোংপোকক পানথোইবীন লৈ নোংগি মরি কাইদুন পাউশানখিব ঈশৈবু ননাই ঈশৈ শকপন শকচরককে।

------------

গুরুগি গর্ভদগী জীব হোইদোক্তন লওরৌ লৈমরেনন য়ারি। হোই রওন ঈপানি, হৈয়ানা ঈপানি। সোইন অঙাংনি। হূপক হে তাইবঙ পানবদ মরী মতাং নাইন পাননবনি।

চোংলো চোংলো চোংউ লাংগি মমৈ মচোংউ। মচি লোঙব চিবোঙব

চিচিরোঙ, হামেঙ খেনচো মখেন্চো, খূয়োন ও, লৈখোঙ কায়্, মোরিও, লৈরামপী, চেঙকোই লীক্লা ব্বায়্রং খূ, কোককায় মোইতাং অয়াংঙা, হিতা থাঙমৈ অচোংঙা, থোয়্তিং ও, মকেরে, কপোক ও, মকারম, হংকাম্ মুপা লিও লিও।।

যিপূরোয় চানিঙলোয় লকা য়িকা খোঙথীল লোয়। খোইনিঙ ও তুথরো, নাৱা ঐনা খুন্চাকে। হে নাৱা নশম তোনপু পুরুম ও, পুরুম লিখাউ খাউ কাক্য়েল্ খূচিল চূ চু।।

শকোল্ তোংপা কাইরমপা নঙপু তোংপা য়াংতেতা। লম পানা খোঙশাংপী নঙপু শায়পা ঙাঙতেতা। য়িমিঙ য়িমাঙ হরাউনা খুপাক্ হরাউনা অথিং কোরে থিংকোরে, লাইরেল্ কোক্পা থিং কোরে। হংচে কোল্লো, হংচে কোল্ও, হংচে কোল্ও।

হে হৌ, হে হৌ, হে হৌ, উ উ উ। নেনে নেনে নেনে। নহাশিং খোয়্, পোংখু খোয় হয়া লীখোয় খোয়্। য়িতাখোয় মুৱাখোয়

---

হামেঙন চোংবগুম মচোংঙউ। হে খুয়োন নঙগি লৈপাক কায়রগ, হে মোরি নঙন লৈপাক লামশিললি। মরোল থোক্তব লীক্লাগী মঙাল পীকই। কোককায় মোয়তাং অয়াংঙা হিদ থানব থাঙমৈসু মচোংই। থোয়্দিং ও নঙদি কেজৈ, কবোকন মকা লামন মপোকই। হংগাম অমুবগুমলিয়ু।

ঐবু লোইব, ঈচা ঈশুবুসু লোইব নঙগি ঐগী ঈফমদ খোঙথিনদুন নরোই ওইব। হে খোইনিঙ নঙ থাদরকউ অঙাং ঐন খূন্দুন চাজগে। হে অঙাং নঙন শমথরকপ নতোনপু খূরুম্মু। লি (চফু) শুমব খাউনি, কাক্য়েল খুজিলগুম চুনরো।

হে শগোল তোংব, হাইরং হাইরংব নঙন তোংব শগোলদো য়াঙদে। শায়বদ ঙাঙদবী হে লম পানা খোঙশাংবী মনিঙ মমাঙন হবাউনরে, খূবাক খুদুন হরাউনরে। হে অথিংব থিংও। হে লাইরেল্ পোকপ ও থিংও। হংচি কোল্লো হংচি কোল্লো, হংচি কোল্লো।

হে হৌ, হে হৌ, হে হৌ, উ, উ, উ। নে নে নে নে নে নে । হে অঙাং মচাশা, হে অপীকপা মী মচাশা নমান খোইশান কোনবশা। হে ঈতাশা,

হৌনাসে হৌনাসে। শায়া লীখোয়্ খোয়। য়োয়পু ৱাঙম শুমাঙতা শীনৌনা ময়াই কারেতা, শিঙতারেৎনা মপাল শারেতা। পাশি লাংলোই ঙম্পা নোংয়ায় চারি ৱায়েনপা কতায় তাকাপা। শিঙতরেৎনা মপাল শারেতা। নোংপোক লৈমঙনতাকি য়োয়পু ৱাংঙম শুমাঙ্তা তাররো। শিঙতরেৎনা মপাল শারেতা। সনা কয়থেল নিংথৌপা, থৌতু নূঙপাক ৱায়েনপা, কতায় তাকাপা। শিঙতরেৎনা মপাল শারেতা। নোংপোক লৈমঙনতাকি য়োয়পু ৱাংঙম শুমাঙতা তাররো। শিঙতরেৎনা মপাল শরেতা। হেহে লাইরেম্ম চয়রৈ ফিকাউ শান য়াররো। শিঙতরেৎনা মপাল শারেতা। হে হে কমামরেংপাকা মানসেতা অঙৌপা। শিঙতরেৎনা মপাল শারেতা। খোয়নৌখোয় য়িতাখোয় লেংকা হৌনাসে খোয়মা য়িতা লেংকা হৌনাসে। হে কংতা লীহৌপা হৌনাসে। শিঙতরেৎনা মপাল শারেতা।

---

পুকচেল মূব ৱা ঙাংবশা হৌনসে। মশানা য়ারিব খোইগুমব শা। লাইরেম্ম ঈবেম্মগি শুমাংদ লশিং মপালগি ফিন পুমঙৌ ঙৌবে। শিংগ্রেংন মপাল শাবুগম লৈতেংন মপাল শাবে। পাশি লাংলোই ঙমব, খুমনগি চারি ৱায়েনবন কদাইদ তারগবা শিংগ্রেং নমপাল শাবগুম শারে। নোংপোক্ মায়কৈগী অৱাংব চিঙদগি লাক্লগা অচৌব লাইন পোকপী লাইরেম্মগী শুমাংদ তাররো। শিংগ্রেং মপাল শাবগুম শাবে। সনা কেথেলগী নিংথৌ ওইব নুঙপাক মথক ফন্ন ৱায়েন থৌ রিব ঈবুংঙোন কদাইদ তারগবা। শিংগ্রেং মপাল শাবগুম শারে। নোংপোক মাযকৈগি অৱাংব চিঙদগী লাক্লগ অচৌব লাইন পোকপী লাইরেম্মগী শুমাঙদ তাবরে শিংগ্রেংন মপাল শাবগুম শাবে। হে লাইরেম্ম ঈবেম্ম, নফি ফিগাউ শাবগ য়ারো ল'উ। শিংগ্রেং মপাল শাবগুম শারে। হে অঙৌব কামরেংগ মান্নাস।

শিংগ্রেংন মপাল শাবগুম লৈতেংন মপাল শারে। হে পুকচেল মাননবী ঈতাশা, ঐখোয়গি লেংগা পূম্নমক হৌনসি। হে কংদা লীহৌব হৌনসে। শিংগেংন মপাল শারেদা।

লিরীরী পাওথেমপী লিরীরী। শিঙতরেৎনা মপাল্ শারেতা। খুচেঙ ব্রাইনা লিরী লিরী। শিঙতরেৎনা মপাল শারেতা। হংচি ব্রাইনা লিরী লিরী। শিঙতরেৎনা মপাল্ শারেতা। খূৎপী শূনা লিরী লিরী। শিঙতরোৎনা মপাল্ শারেতা। কারোঙ শূনা লিরী লিরী। শিঙতরেৎনা মপাল শারেতা। শানা ব্রাইনা লিরী লিরী। শিঙ্তরেৎনা মপাল শারেতা। লাঙ্চয় ব্রাইনা লিরী লিরী। শিঙ্তরেৎনা মপাল শারেতা। শারেল লামনা লিরী লিরী। শিঙতরেৎনা মপাল শারেতা। য়েৎ- ওয়্ লাম্না লিরী লিরী। শিঙ্ তরেৎনা মপাল্ শারেতা।

লংশঙ্ পুঙ্ শঙ্লাক্ মতোম্পা খাল্লৈ মরওমাঙ্তা শিঙ্তরেৎনা মপাল শাবেতা। অকুপা কুপিসো, পীমারোয়্পী পীচাসো। শিঙ্ তরেৎনা মপাল্ শারেতা। লিরীখম্ লিরীখম্ শিঙ্তরেৎনা মপাল শারেতা। হে হৌ লিবী খুম শিঙ্তরেৎনা মপাল্ শারেতা।

---

হে লিবীরী হায়ন পাওথেমবী লিররী। শিংগ্রেংন মপাল শারে। খুজেঙ পায়ন লিরী লিরী। শিংগ্রেংন মপাল শারে। খুজেঙ অচেংবা পায়ন লিবী লিবী। শিংগ্রেংন মপাল শাবে। খূৎপী শুন লিরী লিরী। শিংগ্রেং মপাল শারে। কাবোঙদ পায়ন লিরী লিরী। শিংগ্রেংন মপাল শারে। শান ফংন লিরী লিরী। শিংগ্রেংন মপাল্ শাবগুম শারে। ময়ায়গি ময়োল্ ফংন লিবী লিরী শিংগ্রেংন মপাল্ শারে। শাগনন লামদুন লিরী লিরী। শিংগ্রেংন মপাল্ শাবে। য়েৎলোমদ অদুগ ওয়্বোম্দ লামন শিংগ্রেংন মপাল্ শাবগুম শারে।

লাংশঙ্ পুঙ্ শঙ্লাকপ মতোমবগী লওফমগী মমাঙদ শিংগ্রেংন মপাল্ শাবগুম শারেদো। পীন হৈব ঈবুংঙো পীবিবো। পীথোক্পন অবোইব ওইবী পীনবিরো। শিংগ্রেংন মপাল্ শাবগুম শাবে। লিবী লোইরে, লিরীখুম্ শিংগ্রেমন মপাল শাবে। হেহৌ লিরী খুম শিংগ্রেংন মপাল্ শাবেদা।

নিংথৌ খুৎশা মুব্রারে, থেংকু নম্পোল্ নোই নোই। হব্রায় থাঙ্পাক্ মথাঙ্পাক্ চেঙ্পী লোইয়া মরোইয়া, লম্লোই থারোই খচীক্য়ে। খাচীক্ খাচম্ চম্ চম্। য়েন্থী য়েপসে ময়েপসে। হূয়থী য়েপ্সে ময়েপসে। য়েন্থী লোক্সে মলোক্সে। হূয়থী লোক্সে মলোক্সে। করি শানো য়াংকোক্ শানে কনানা ফাপাকে য়াম্মানা ফায়ে। লোল্লুরূ, খৌরুল্। ফথী ফোংচিল্ মফোংচিল য়েৎতুম্ হন্চিল্। হে নব্রা নখুনচো। হংকেল্ কোল্লো, হংকেল্ কোল্লো, হংকেল্ কোল্লো।

--------------

## অনোয়্রোল্

আ হোইরওনে হোইরও, হোইরৌহৌনে। হোইরও হোইরৌনকেতা হোইরওনে, হোইরওনেসে। আ হয়ানা হয়ানকেতা। হয়ানে সে, হয়ানেসে। হৈয়িঙৈতা নোয়পপু মৈনা ব্রায়না নোয়য়ে।

---

নিংথৌগী মখূৎনা শাব হে মুব্রানিংথৌ, থেংগুগুম্ মনম্ পোংন্ন জগোই মশাই হব্রাই থাঙ্পাক্সু মপাক্ই, চেঙ্(পুন্শি) পীবন লোইব ফাওব য়ামদ মলোইশি। মরূপ্ মপাং ওইন নিঙ্লুব অদুন মচানৈ। য়েনথী য়েপসে হায়রবসু ময়েপসি হূয়থী য়েপসি হায়রবসু য়েপসি। য়েনথী লোক্সি হায়রবসু মলোক্সি। হূয়থী লোক্সি হায়রবসু মলোক্সি ফারিব শা অদু করি শানো। অব্রা- অনা কোকপা শানি। কনান ফাবা শানো? শা অসি ঈয়। ব্রন ফাব শানি। লোল্ল লুন তৌ। খৌরুগনু লুন তৌ। ফদী ফোংপগুম্ মফোংচিললু, য়েত্তুমনা ফদী ফোংপদ হনজিন্বগুম্ মহন্জিলু। হে অঙাংমচা, নহাক্ন খুন্চৌও। হংকেল্ কোল্লো, হংকেল্ কোল্লো, হংকেল কোল্লো।

--------------

হোইররো, হোইররো, হোইহৌরে। হোইরগে হোইরগেদা, হোইরকলেশে। য়ারগে য়ারগে, য়ারেনেসে। (ওব্লেনেসে)। সত্য যুগত শাব জগোইবু মৈন মথং মথং লামদুন চাক্পগুম্, অমদি পোংন মতাং মতাং শম্লদুনা

তাংনা শমন নোয়পাতি লম্লেল্মাতা নোয়য়ে। মতাইমতা নোয়য়ে। লম্লেল্ মহৌচিঙ্তা, নোয়পী নোয়্তম চিঙ্তা কোন্তে খুৎচুম মাইপা হে লাইকল্ চিঙ্তা ফুয়তিংঙা তংকান্ চনু হে শাইওন্চিঙ্তা, য়োয়পু তোইপী কৌপী তোইপী তংকা চনু, তংকাননুপী ফুয়তিং ব্রাক, খুইয়োল্ ফূয়তং লওকি, খাপী লেংনাউ মোম্পীনা মপল্ লাইপু য়ুকৌয়ে। লাইরেল্ লাইপু য়ুকৌয়ে তাউরোয় নাইপু য়ুকৌঙে হন্পা লূক্ থুংতারেতো। হন্নু লূক্থেক্তাপাকি নহা নূপী নুংতা পাক্না তাইনা লাইথুংলে। লিল্কাম্ লাইকম্ লাইতুপু লাইথুংলে ।০। তোইপী তংকা, কোরও নোমতং লেংপীনা খাপী মথি নাইরেতা, অমাই মরাঙ্ হওরেতা। হয়্রেম্ ফুনিঙ শিংকি, খুন্চাল্ ব্রান্নিঙ্ শিংকি চাম্লও লাপোৎ শুনা শিঙপোৎ মঙা য়াওনা হে চেনকি চেন্চিন্খিয়ে। হে পাংকি পাংচিল্খিয়ে। মান্পী নূঙতেক্পাকা কোরও নোংমাই হন্পীনা লৈকি মরী পায়্না নোংকি মরী থিনা খীক্মারক্না খীক্পতি শারাই লান্য়াই খীক্খৎলে। খীক্মারকনা

---

তন্দব মশাং অমা শাবগুম্ মথং মথং তল্লকয়ে। মথং মথং শারকপদি অথোইব লম্ অমদা শাই। অথোইব লম মহৌচিঙ্ জগোই তম্ফম্ চিঙ্দ কোন্দে খূৎচুম্ মাইবন লাইবু কন্খিব চিঙ্দ ঈবেম্ম তোইবী তংকাল্ নিঙোল্ ফুইতিং কৌবী ঈশৈ শক্পী খুইয়োল্ ফুয়তং লওবী, মাইবী লেংনাউ মোমবীন মপাম্গি লাই অথোইব তাউরোই নাইবু চাক্যূ তৌদুনা চাক্ কৌই। মতম্ অদুদ হনুব লাইগি চাক্লুক্ থুংদরে। মরম্ অদুদগি অঙাং নহা নুবী পুম্নমক্কি মরক্তা শিন্ব থুংন লাইথুং থুংলে। লিন্কাম লাইকাম্ লাইথুং পক্নুনা মপূক্ কংদুন নানরে ।০। নোংদোল ফাওব মমিং চৎপী তংকান নিংঙোল্ তোইবীনা মাইবীগুম্ম ঙাওরে, মাইবগুম্ম শাউরে। হয়রেম্ খূঞ্জান্গি ব্রাৎহৌব মখাক্কি লাকোৎ শুরে, শিঙপোৎ ৫ য়াওন চেল্লক্তুন পাংব য়াব পাংনরে। মান্বী নূঙ্তেক্প মাইবগ নোংমাইহন্নবী মাইবীগন লৈপাক্কি মরী খঙ্ন নোংদোন্গি মরম্ খিদুনা লাই শেংবদি শাগী লাল্গি মহী ময়াই খঙ্ন লাইবু তিল্শেং লাইশেংলে। লাইশেংবগি খাকপদ হনুব হনুবীসু তিন্কোক্ লাইকোক্লে। হনুব হনুবী অমন পোক্লা

খীক্পতি হন্পা হন্নুমাপু হে খীক্কি খীক্থরে। হন্পা হন্নুমানা পোক্মারক্না পোক্পাতি হে পোক্ ২ পোক্য়ে। পোক্মারক্না পোক্পতি হে পোক্ ৩ পোক্য়ে। মহৌ মহৌ পোক্য়ে। মহৌ ফাইপোক্ চিঙ্তা।০। খাপী লেংনাউ মোম্পী তোইপী তংকাল চনুনা থিঙ্লওনিঙ্না তেনাতি মপল্ লাইপু য়ু কৌয়ে। লাইরেল্ লাইপু হন্না য়ু কৌয়ে। তাউরোয়্ নাইপু য়ু কৌয়ে। মহৌ মহৌ হন্না হন্না য়ু কৌয়ে। হন্পা লূক্থুংতাপাসুঙ্ হন্পা লূক্ কা থুংলে। হন্নু লূক্ থূংতাপাসুঙ্ লূক্ থুংলে। নহানুপী নুংতাকি লাইতুপু লিন্কাম্ লাইকাম্ লাইতুপু লাইথুংসুঙ্ পাক্না তাইনা লাইকোক্লে ।০। তুপী ঙাঙ্য়েক্ চনু তোইপী তংকা নুপী খাপী লেংনাউ মোম্পীনা অমাই মরাঙ হওনা হে শান্ওন্চিঙ্তা য়োংমু শারঙ্ চিঙ্তা তংকা নুপী ফুয়্তিংব্রাক খুয়োল্ ফুয়তিঙ্ লওপী তওরা নোংতং লেংপীনা মপল্ লাইকা নোয়্য়ে। মপল্ লাইপু নোয়্য়ে। লাইরেল্

---

রকপগি মরক্ত পোক্পদি অনী পোক্ই। অমুক্ পোক্পন অহুম পোক্ই। অসুম্ন মহৌ লাইপোক্চিঙ্দ হন্জিন হর্ন্জিন্ন পোকই।০। মাইবী লেংনাউমোম্বী তংকান চনু তোইবীন অমুক হন্ন মপা মপু লাই লাইরেল লাই তাউরোনাইবু য়ু কৌই। হনন হন্ন য়ূ কৌরে। হনুব চাক্ শব্দক থুংদবসু থুংলে। হনুবী চাক্লুক্ থুংদবীপু চাক্লুক্ থুংলে। নহা নুবীগি মরক্ত থুংলম্ব লিন্গাম্ লাইকাম্ লাইগি কংখৎপা লাইথুং অদু শিনব থুংন কোক্লে। মঙাং নিংঙোল্ তোইবী তংকাল্ নিংঙোল হায়না লেংনাউ মোম্বী কৌবী মাইবীন হরাউবগ লোয়্নন মশক্ ওন্থোক্খিব মফম্ চিঙ্ অদুদ অদুগ কোন্দে খৃৎচুম্ মাইবন লাইবু কনখিব চিঙ্, জগোই শাবগি মকোক ওইব মীশিংন জগোই তম্খিব চিঙ্, য়োংমুন মশা লংব চিঙ্দ তংকান্নুবী ফুয়তিং ব্রাক্ খুয়োল্ ফুইতিং লওবী তত্তন নোংদোন্ য়ৌন লেংব ঙমবীন (পানথোইবী) মপা মপৃগি লাইগা লোয়ননা জগোই শাই। মপা মপুগী লাইনা পেন্নবা জগোই শাই। লাইগী মরক্ত অথোইব লাই তাউরোয়নাইগ লোয়নন জগোই শাই। খোঙ্শিংন ঈপোম্- হওন

লাইকা নোয়্য়ে তাউবোয়নাইকা নোয়্য়ে। খোঙ্শিং মানপল হওপু খোঙ্শিং মালং হওনা নোয়্খুতেক্পু নোংয়তম্য়ে নোয়্মল্ লাংপু নোয়্তম্য়ে। নোয়না ঙম্তম্ হওঙৈতা শায়ু লৈরাং মশেল্ নুওক্ পায়্পং মশেল্, খয়োয় য়ুপেং মশেল্ তিংশিং নাউশং মশেল্ হূয়্রিয়া লাইখুৎ মশেল্ লাইখোং লাইহিংচাকা শিঙ্চঙ্ ব্রাখায় য়াওন, পীথেং পীতাঙ্ য়াওন তোয়পী তংকা চনুকা মপল্ লাইকা নোয়তম্য়ে। লাইরেল্ লাইকা নোয়্তম্য়ে। তুপীপানা নোয়্তম্য়ে। লাইরেম্পানা লোয়্তম্য়ে। অরেম্পানা নোয়্তম্য়ে। খোঙ্শিং মরক্তা চিঙ্লেন্ পল্লংলাতুপু হে নোয়্কি নোয়্খায়্রে। তুপীপানা নোয়্পা, লাইরেল্পানা নোয়্পা, অরেম্পানা নোয়্পাতি নোয়চুনেসেয়ে।০। তূপীপানা নোয়্পা লাইরেলপানা নোয়্পা, অরেম্পানা নোয়্পাপু শাপীরেন্না নোয়্তম্রে। শপি য়াম্ম তোম্পা নোংতা চিঙ্খল্ য়াঙ্না লাইরেল্ লাইকি নোয়্তম্য়ে। তাউরোইনাইকি নোয়তম্ঙৈ মথংলেল্না নোংয়ঙৈতি মরুম্পীনা ঙাইনোক্নায়ে। মরুম্পীনা নোয়্ঙৈতি মপারিনা

---

খুৎ থেকন হাইন হুম্ন জগোই শাব তম্খি। শারিব জগোই অদুগি মরোল্ তম্খি। জগোই তম্ব হৌব মতম্দ লৈগ লৈগ, নুওক্ক পায়্বংগ খয়োয় মশেন্, খৈরোয়গ খৈরোয়গ তিংশিং নাউশং মশেল, হূয়্রিয়া লাইখুৎ মশেল্ লাই হিংচবা ফত্তব শিঙ্জঙ্ ব্রা খায়ব, পীথেং পীদাঙ্ মখোয়্ মশেল্ অসি য়াওন তোইবী তংকাল্ চনু পান্থোইবীগ লাই ওইব মপাগ লোয়্নন জগোয় শাব তমখি। অথোইব লাইগ লোয়নন জগোই তম্খি। মগুন চাউব লাই, লাই মরক্তগি অথোইব লাই, চিঙ লেম্ব লাই মখোয়না শাব জগোই তম্খি। খোঙ্ শিংন শাব জগোইদগি চিঙ্জাউবু জগোই তম্বদ নোইখাইরে। তুবীবন শাব জগোইসু লাইরেম্বন শাবসু অরেম্বন শাবসু হৈনরে। তুবীন শাব লাইরেনবন শাব, অরেম্বন শাব জগোইবু শবিয়েন্ন তম্ই ঈয়াম্ব অতোমব শবি নোংদা চিঙ্খল্ য়াঙ্ন লাইরেল্ লাইন শাব জগোই অদু তম্ই।

ঙাইনোক্লায়ে। শপি য়িপল্ লোল্ওপা অনিঙ্পাতি নিঙ্খিয়ে। য়ারেল্ য়ান চায়িতা হে ঙাইনোক্নায়ে। শপি চিঙ্তা নোয়্পা ঙাইনোক্ চিঙ্তা নোয়্পতি নোয়্চূনেসেয়ে।

হয়িঙৈতা নোয়্পাপু মৈনা ব্রায়না নোয়য়ে, তাংনা শম্না নোয়্য়ে। কোরও তোন্তা নোয়্য়ে। নোংমতোন্তা নোয়্য়ে। খোইমোম্ পাক্তা নোয়্য়ে। লাইরৈপাক্তা নোয়্য়ে। নুংনাং কোন্তা নোয়্য়ে। খোইমোম্ লাইরৈপাক্তা নোয়্য়ে। কোরও অচীরৈতা নোয়্য়ে ব্রাঙপল অচীরৈতা নোয়্য়ে চিঙঙু নোংখোয়্রেনতা নোয়্য়ে। কোরও নোংতোল্ ঙান্না নোয়্য়ে। নোংথৌরেন্না নোয়্য়ে সোরারেন্না নোয়্য়ে। খাকপা নিংথৌ তেল্হৈপা ব্রাংপা নিংথৌ পানচুম্পা, চিঙ্ঙু নিংথৌ য়োয়্রেন্পা, য়িমু ফম্ফম্ শীন্পা শরূক্ লূকতম হুন্পা লাইপক্ খেলাই য়িপা কোরও নোংখম্ ফম্পা নুঙনাং য়াইপীরেল্ খাকপা পুরৈরোমপা চিঙ্ঙু পুরাং নাকাপা কোকমারোঙপূ ওন্তেপা, খোম্মারোঙপু হল্ব্রাই য়াম্পা, চিঙ্ঙু নিংথৌ

---

তাউরোইনাইগি জগোই অদু তম্ব মতমদা মপুবোয়্বনজগোই তম্লিঙৈদ মাগি নূপীন নোক্লখি। মাগি নুপী অদুন জগোই শাব মতমদন মচানীপান নোক্লে। শবি ঈপা ঈপূ ও নখোয়্দি অনিঙ্বতা নিঙ্খিবনি। য়াতদি চাউঈদা হায়ন মচান মমাবু নোক্লখি। শবি চিঙ্ মখোয়্ মশেন্ নোক্ল চিঙ্দ শাব জগোইদি চানরে।

সত্য যুগত শাব জগোইবু মৈন মথং মথং লামন চাক্খিবগুম্ তাংন মতাং মতাং শম্লবগুম তম্লক্ই। জগোই অসি অতিয়া অব্রাংব নোংদোন্ থক্ লাই লৈপাক্ত শাব জগোইনি। লাইগি নিংথৌ শোরারেল্গি কোনুংদ শাব জগোইনি। লাইরৈবাক্ অব্রাংবদ তাশিনদুন লৈব মফমদ শাই। লাই ময়াম্গি মরক্তদ শাই। নোংদোন্ ঙান্নব শাই। নোংলৈপাককি নিংথৌ শোরারেন্ন শাই। খাক্পা নিংথৌ তেল্হৈব অব্রাংগি নিংথৌ পালচূম্ব লাইগি নিংথৌ অথোইব, ঈশিংগি লৈফম শীনব, শরূক তমদুন খাইরগ ঈশিং য়েন্ব, থব্রায় পান্ব জীব পুম্নমক্কি লাইবক্তা অফ-ফত্ত খায়্ন নোংশি-নোমদম্ব অতিয়া ময়োন্দ ফম্লিবা

সোরারেল, কোরও নোংথৌ নোংশাপা, ব্রাংপা নিংথৌ লীহৈপা খোইমোম্ লাইকি লাইনিংথৌ, খোইমোম্ য়াইপী য়েল্হৌকি চিঙ্ঙু থংপা নিংথৌ খোইমোম পাখঙ্ য়োয়্রেন্পা চিঙ্ঙু লাংকোই মখূনেৎ লাংকোই ঙৌনা হেন্পা শায়া মরি পান্পাপু লাংকোই খূনেৎপ কোরও চয়্খাকপাতা কোরও চয়্খাকপা, ব্রাংপল্ তেন্থা চূমপা চিঙ্ঙু থংনা নোয়্য়ে। নোংপাখংনা নোয়য়ে। অতেংপানা নোয়পতি মশানৌকা নোয়্য়ে। খোইমোম্ লৈমাকা নোয়্য়ে। নোংতোন লৈমাকা নোয়য়ে। কোরও নোংতোল্ লৈমা খোইমোম্ নোংখোয়্ ফম্পী, কোরও লৈমাকা নোয়্য়ে। নোংতোল্ লৈমাকা নোয়পতি নোংথৌরেলকা নোয়্য়ে। সোরাবেল্কা নোয়পাতি মপারিকা নোয়্য়ে। সনাহল্কা নোয়্য়ে। ব্রাপীহন্কা নোয়যে। হে খোইমোম লাইয়িংথৌ- ও।

চিঙ্ঙু হয়না চাউপা হয়না নউ চাউপা পামেল্ ব্রুচুঙ্ হক্ন খোইমোম্ কোরও হন্পাকা কোরও নোংতোল্ হন্পা, নোংথৌ

---

থব্রায়গি মরু ওইরিব খাক্প পুরৈরোম্ব পুরাং নাগাব মকোক্ লোঙ্ববু হল্হেন্ব, মখোম্ লোঙ্বদগি য়াম্ন হল্লকপ স্বর্গগি নিংথৌ সোরারেল নোংমদোন্ থক্কি নিংথৌ, নোংশাব, লীশু তেন্শু হৈব নিংথৌ, লাইগিসু নিংথৌ ওইরিব লাইনিংথৌ, থব্রায়্ পান্ব শেম্ঙৈগি লাইগ থংনব নিংথৌ পাখং অথোইব, মহাক্কি শাদোং অঙৌবন মচুন লেম্জব ময়া মরি পানব শাবু শাদোং ওইব, নোং খাক্লক্পদ চয়্থা ফব অব্রাংব মথক্তগি কাপথরক্প তেল্ন পান্দম চুমব লাইগ থংনন জগোই শামিন্নে। নোংদোনগি পাখংন জগোই শাই। লাই মরক্তগি অথোইবন শাব জগোইদি মশানৌ লাইরেম্ম লাই পূম্নমককি মবেম্ম নোংদোল লৈম অব্রাংবীগ লোয়নন শাই। নোংমদোন্ অব্রাংবগি ঈবেম্ম, অতিয়াগি ময়োন্দ ফন্নিবী ঈবেম্মগ শামিন্নে। নোংমদোন্গি মবেম্ম লৈমগ শাব জগোইদি নোংমদোন্গি নিংথৌরেনগ শামিন্নে। অদুগ লাইগি নিংথৌ সোরারেন্ন শাব জগোইদি মচা ঈবুংঙো অহল্ সনাহল্গ শামিন্নে, হে লাইনিংথৌ- ও।

হে লাইনিংথৌ নতীক্নগুনন চাউবদি পামেল্ অচৌবগি

খায়রী হায়পা, নাউবা খোয়্রী খোয়্তাং শাংপা, হে নাউবা খায়্শাং শিংপা, চিঙঙু লৈশম খেক্বায়্পা লৈরাং খৈয়োম্ লেনৌপা লাংকোই তুখায়্ তোংপাকা মপারিকা নোয়য়ে। ঙাইরোয়্নানা নোয়পাতি চিঙঙু লাই পাখংকা খোয়মোম্ লাইরুরাকা না লৈমাকা নোয়্য়ে। থম্পাল্ লৈমাকা নোয়্পাতি চিঙঙুরলেকা নোয়্। নোংথৌরেলকা নোয়্। সোরারেল্কা নোয়্পাপু য়রৈ ফিঙৌ শেংন তড়া চাক্মাংতানা, বাংলৈ য়ুমাংতানা চয়রৈ ফিঙৌ খন্না ফিশঙ্ শাইতানানা বাংলেল্ থীন্না নোয়্। পুঙ্চাউ থীন্না তড়েৎ নোয়্। শেন্ফাং য়ৈনা, মোইপুঙ্ থি কাম্ নানা চিঙুতম্না নোয়্। মণ্ডল তম্না নোয়্। খোইমোম্ মরেম্ তম্না নোয়্। কোরও কপ্তুম্ কূপ্না নোয়্। বাংপল্ লংনা নোয়্। লংতুম্ লংনা নোয়্। কোরও নোংতোল্ ঙান্না চিঙঙু মঙাইরোয়্কা খোইমোম্ মহীশাংকা চিঙঙু মায়কৈ ঙাক্পা মায়কৈ শুংতাই ঙাক্পা লরিং নোংনিংপোকা চিঙঙু শেম্তুম শেম্পাকা, হুম্লেল্ য়াইপী

---

মগুন লৈব উগুম্ব নোংমদোন্গি অহল্ ওইব লাই অহল্ মমিংন খোয়রী ফাব কৌব অঙাং ওইরীঙৈদ খোয়রী খোয়দাং শংবগুম্ খোয়্শং শিংনা কপলবদ লৈশং খেক্বায়ব পীবদ কপ্প তোক্খিবগী লৈশং খেক্বায়ব লৈরাং খয়োম্ লৈনৌব কৌব, মশোং ময়াম খায়ব শগোন তোংবন মচাঈবুংঙোগ জগোই শামিন্নে। মচা ঈবুংঙোগ মপাঈবুঙো শোরারেল্গ শাব জ .ই অসি লাই পাখঙ লাই লৈশাবী পুম্নমক্ক সনা লৈমগা শামিন্নে। থম্বাল লৈমগ শাবদি লাইগি অখোইব নিংথৌ শোরারেল্গ শাই। শোরারেল্গ শাবদি ফীঙৌ ফিশেৎ শেৎলগ চাক্শেং চাদুন, য়ুমাং থক্তন ফিঙৌন থাখল্ খল্লগা ফিজঙন শাইগুম্ তান খল্লগা পুঙ্জাউ থীন্দুন শেল্ অন য়ৈরগা মোইবুঙ্ খোংদুন লাইগি মতিক্ উৎতুন লাইন চিঙ্ লেম্ব উৎতুন জগোই শাই। নোংদোল্ শিন্ন তকুপ্ তরং ঙান্ন লংন শাই। নোংমদোল্ শিন্ন থুংন লাই মরূপ মপাং, ফম্লাই ফানাইব মনাইশিংগ অমসুঙ্ মায়কৈ ঙাকপ লাই মরি, শুংদাই মরি ঙাক্পা লাই মরি লৈপাক শেম্বদ মকোক ওইখিব লাই নোংদোল্ শেম্ব লাই পুম্নমকসু লৈপাক শেম্ব লাই, থবাই ওইব নোংশিৎ মশেল্ মৈগি মকোক

মশেল্ মৈপী হান্তোং য়াওনা চিঙঙু নোংলৈ য়িরৈ মশেল্ মালেম্ লৈরী শূপপা কোরও নোংলী চিংপা কূপ্তূপনা নোয়য়ে। হুই থাপানা নোয়য়ে। চিঙঙু য়ম্লোয়্ হওনা, অপোক্ চাতা য়াওনা, চাতা লাই হুই য়াওনা, অশঙ্ অঙাই য়াওনা, অতোং অরেংপাকা কোরও রেম্তা নোয়্য়ে। নোংতোল্ লেন্তা নোয়য়ে। নোংখায়্রেন্তা নোয়য়ে। নুংনাং য়াইকোন্নুংতা খোইমোম্ লাইরূপ তিননা নোয়্ লেংনা তিননা নোয়পতি চিঙ্ঙু নোংথৌ সোরারেন্ থাংপা, নোংনিংথৌ অতুপতি য়ায়্তা লাংনা নোয়। খোইমোম্ লাইপু কুপতম তপ্না নোয়্। চিঙঙু ঙান্তুম্ ঙান্না নোয়। কোরও থৌনা নোয়্। নোংনিংথৌনা নোয়্। কোন্খেপানা নোয়্। অতাম্পানা নোয়্। শোংলেন্ পানা নোয়্। অথাপ্পনা নোয়্পাতি নুমিৎ চাউনানাপা নোয়্। মালম্ পাক্নাপা নোয়্। মরা পাক্নপা নোয়্। কোরও কুইনাপা নোয়্। নোংলী কুইনাপা নোয়্। খোইমোম্ থৌনা

---

ওইব লাই, নোং লৈপাক লৈব লয়দূন লৈব নোংমশেক্ন লৈপাক্কি মরমদ মপু ওইরিব, নোংদোন্ মরম্দ খুর্জী পায়রিব লৈ নোং শুপন হুইগুমন ওইব লাইন শাই। লাইরৈবাক্কি য়ুম্থোঙ্ হাঙ্দন হওদুন অপোক্প মচা মশু তারক্প মথং মথং পোক্লক্প মচা মশূ য়াওন, ময়ুম্ শঙ্ব, মথৌ ঙাইদূনা লৈব পূম্নমক্ য়াওন খ্বাইগী মকোক্ ওইব লাইন নোংমদোন্ লৈবাক্ত জগোই শাই। নোংমদোন্ লৈবাক খ্বাইগি ময়োল ওইব লাইগি কোনুং মনুংদ শাই মরূপ্ মপাং তিন্ন শাই। লাইয়াম্ তিন্দুন জগোই শারবদি লাইগি নিংথৌ সোরারেন্ ময়ায়দ লেপ্লগ শাই। লাই পূম্নমক্পু ইলং লংহন্দূন পুম্ঙান্ ঙান্ন শাই। নোংদোন্ নিংথৌ, নোংলৈবাক্কি নিংথৌ অথোইব সোরারেন্ন শাই। অথাপ্পদ লৈব শোংলেন্বন শাই। সোরারেন্ন শাবদি নমিৎকুম্ মগুণ চাউব, মমিং চৎনব, লৈবাক্ চাউনব, লৈবাক্ মরা তপ্ন ননুংঙাইন পান্নব, পূন্শিনব শাবনি। লাইগি নিংথৌন শাই। লাইয়িংথৌন শাই। সোরারেন্ন শাব, য়োয়রেন্বন শাবা জগোইদি হে লাইনিংথৌও, শক্ক চপ চানবনে।

নোয়্। লাইয়িংথৌনা নোয়্। সোরারেন্না নোয়্। য়োয়্রেন্পানা নোয়্পাতি নোয়্চুনায়ে লাইয়িংথৌনা, নোয়্চুনেসে।

হয়িঙৈতা নোয়্পাপু সোরারেন্না নোয়্পাপু চক্পারেল্না উরক্য়ে। চক্পা সাব্বাংপানা উরক্য়ে। সাব্বাং মেনোঙ্পানা খঙ্লক্য়ে। মেনাং হামেঙ্মিৎনা য়াওরকও শচি তান্পানা উরকয়ে। শচি তানপাতা খঙ্লক্য়ে। য়াওরৌও শচি তান্পনা শচি কুরাং তানপানা, কোরও নোংখল্ তুনাল্শা, য়াওরও শচিতেংতুপু লাপা খূমল্ পুপা, য়াংতৌ শারম্ লীপানা কোবওলম্তা তান্খৎখিয়ে। নোংকারম্তা তান্খৎখিঙৈতা খোইমোম্ থৌনা নোয়্পা, লাইয়িংথৌনা নোয়য়ে। নোংথৌরেন্না নোয়্ঙাম্য়ে। সোরারেন্না নোয়্ঙাম্য়ে। অহোঙ্ নোয়পু নোয়ঙাম্য়ে। পূঙফানাপা নোয়্পু নোয়্ঙাম্য়ে। লুম্লাং নোয়্পু নোয়্ঙাম্য়ে। য়াইফা নোয়্পু নোয়্ঙাম্য়ে। য়াইফা নোয়্পু নোয়্পাপু কোরও চীন্তাকি ব্বুরক্য়ে। কোরও মথোঙ্ চীন্তাকি ব্বাংপল্ মরাক চীন্তাকি পাংনাংমিৎনা উরক্য়ে। হামেঙ্মিৎনা

---

সত্যযুগকি মতম্দ সোরাবেন্ন শাবা জগোই অদু চক্পগি মকোক্ন উরক্ই। চক্প সাব্বাংবন উরক্ই। সাব্বাং মেনোংবন খঙ্লকই। চক্প মেনাংহামেঙ্মিৎনা শা তান্ব চৎপদ উবক্ই। শাজি তানব চৎপদ খঙ্লক্ই। শজি অরাংব তান্বন, নোংদোন্ মখন্ অমদ লৈব মতু নাম্ব অথোইব শজি অদূবু লাব খুমন্ পুব শারম্ লীবন (শাগি খোঙ্গুল লীবন) নোংদোল্লোম্দ তান্খৎখিয়ে।নোংদোন্ কানব লম্বীদ শাজিবু তান্খৎখিব মতম্দ লাইগি নিংথৌন শাব অদূ লাইনিংথৌন শাই। নোংদোন্গি নিংথৌ সোরাবেন্ন শাবম্ই। সোবারেন্ শাবম্ব জগোইদি চাক্হোঙ ঙাহোঙ্নব, লৈবাক্ মপূঙ্ ফানব জগোই শারম্ই। অদুগ নুপীশিংন শাব জগোই শারম্ই। যাইফনব জগে ২ শারম্ই। য়াইফনব শাব জগোইবু নোংদোল্ কানব মচিন্দগি উরক্ই। নোংমদোল্ কানব মচিন্দগি লৈপাক্ক নোংথৌগ তাইনব মফম্দগি মেনাং হামেঙ্মিৎনা উবক্ই। শাতান্ব চৎপদ শজি মতু অরাংব তান্ব চৎপদ উবক্তুন খঙ্নরক্ই। লাইগ থংনব নোংলৈবাক্কি নিংথৌ পাখঙ্বন শাব জগোইদি য়োয়্রেন্বন শাব, নোংথৌরেন্ন শাব, সোরারেন্ন

উরক্‌য়ে। য়াওরও তান্‌পাতা উরক্‌য়ে। শচি তান্‌পাতা খঙ্‌লক্‌য়ে। কুরাং তান্‌পাতা ৱুবক্‌য়ে। চিঙভু থংপা নোংনিংতৌ পাখঙ্‌পানা নোয়্‌পাতি য়োয়্‌রেন্‌পানা নোয়পা, নোংথৌনেনা নোয়্‌পা, সোরারেন্‌না নোয়্‌পাপু চক্‌পারেন্‌না তম্‌লক্‌য়ে। সৱাং মেনোংপানা ময়িম্‌ হেংচেংনাক্‌তা চক্‌পা মশাইকোন্‌তা চয়্‌রৈ ফিশঙ্‌ খননা চকপারেন্‌না নোয়্‌য়ে। সাৱাংলেন্‌না নোয়্‌য়ে। মেনোংপানা নোয়্‌য়ে। মেনোংপানা নোয়্‌য়ে। মেনাংহামেঙ মিৎনা উনা, হয়ি হয়া তাক্‌চা সৱাং মেনোঙ্‌পানা হেমচেং চিঙ্‌তা নোয়্‌য়ে। শূপ্‌না চিংনা নোয়্‌য়ে। চক্‌পা চা পাখংকা হেমচেং চানূরাকা চক্‌পা য়োম্‌ লোয়্‌ হওনা কোরও নোয়্‌পু নোয়্‌তম্‌য়ে। নুংনাং নোয়্‌পু নোয়্‌তম্‌য়ে। হয়িঙৈতা নোয়্‌পাপু কোরও শম্‌না নোয়্‌য়ে। ৱাংপল ৱায়্‌না নোয়্‌। মৈনা ৱায়্‌না নোয়্‌য়ে। তাংনা শম্‌না নোয়্‌য়ে। হেনোয়্‌না হওনা নোয়্‌। ঙম্‌তম্‌ হওনা নোয়্‌। খোইমোম্‌ থৌকি নোয্‌ তম্‌পা লাইনিংতৌকি নোয়্‌পাপু নোয়চুনে সে সে।

---

শাব জগোইব চক্‌পগি মকোক্‌ন তম্লক্‌ই। সৱাং মেনোংবন চক্‌প মখোয়্‌গি ময়ুমগি মনাক মখোয্‌গি লম্‌দ ফিজঙ্‌ খল্লগ চক্‌পগি মকোক্‌ন জগোই্‌ শাই। মাদুদ সাৱাংলেননসু মেনোংবন শাববু মেনাং হামেঙ্‌ মিৎনা জগোই অদু উদুন মখোয্‌গি অহল হবি হবাদ তাক্‌তুন সৱাং মেনোঙ্‌বন চক্‌পগা হেমচেং চিঙ্‌দ শাখি। মেনোঙ্‌বন মকোক্‌চিংদুন চক্‌প পাখং লৈশাবীগ চক্‌প যুন্নথোঙ্‌ পূন্ন মক্‌ হওদুন নোংদোন্‌দ শাব জগোই্‌ অদূ তমখি। লাইকোননুংদ শাব জগোইবু তমখি। সত্যযুগত শাব জগোইদি অতিযা শম্‌নন শাইয়ে। নোংদোন্‌যৌন শাই্‌। মৈন মথং মথং লাম্‌বগুম্‌ মথং মথং তম্নদুন শাই। তাংন শম্নবগুম্‌ মবী তত্তন মীরোন্‌ মীবোন তম্‌দুন শাই্‌। মযাম্‌ হওদুন শাই। মাগি মাগি মতাংদ শাই। লাইনিংথৌদগি তমব জগোই অদু লাইনিংতৌন শাব জগোইগ মান্নবেসে।

সত্যযুগত হে তম্ফা ৱাঙম্‌লোন্‌ লাইরৈম পান্‌থোইবী নপা নমা কিদবী, নবুং নপৱাবু মীথাদবী অঙোম্‌গি খূবায্‌ মৈতৈলৈম ওইবী, অঙোম্‌ শাগৈগি যুম্‌লেল্‌ ফুঙ্গাগি লৈম লৈবাক্‌ অপুন্নন কিনবী তংকান্‌নিঙোল্‌ তোইবী

হয়িঙৈতা য়োয়পু খোইমোম্ লাইরেম্মা তম্পা, ব্রাংঙমলোন্ পান্থোইবী নপল্ তাংশক্তা নতু মীথাতপী, লংমাই খুরায়্ মৈতৈ লৈমা অঙৌপা য়ুম্লেন্ লৈমা কংলৈ পুঙ্ফানীক্পী, য়োয়্পু তোইপী কৌপী তোইপী তংকা চনু তংকা নুপী পুয়তিং ব্রাক্ও তম্পা খাপী নপাউ শাপূ নশাপী অঙৌপা খোঙ্চোমপাকা কোরও নোংলোন্ ফাওতম্পা পাউতোয়্নাপী য়োয়্পু শানু কূমমৈ খেরাংথাং নহওশানা মালেম্ লৈপাক ঙান্পী তম্পা ব্রাংঙমলোল্ নোইনু থুমলৈমা য়োয়্পু তন্থও তুংইনতান্পী, তম্পা শক্থোং য়িঙাঙ্ কাপী, লান্ফম্ য়াইফা মাঙ্ওই লেপ্পী নঙ্কা নশাপি অঙৌপা কোরও খোঙ্চোমপাকা মালং য়াইপী ফেন্তঙ্ হুমমানানা নয়িম্ শেন্পী লওরেল্গা চাইচী লওরাং খাম্তা খাল্লৈ লওকূম্য়ে। তম্পা কোরও অব্রাংপীতি তাংখুল্ শারম্ নূরাপীপু ওইনা শাল্ওল্খিয়ে। চিন্ফি খানীক্না লাইফি খোয়্থোমনা কক্চা শমথোম্না কোন্ঙৌ পন্চল্শি, লীক্লাই নাথংনা চিঙনা য়িরুমথোৎ, লওখোং মাঙয়িন্না হাওশম তুংথাংনা লংমাই চিঙঙুচা তাতরাপাপু চূপা লৈথেৎ ফানা খাল্লৈ লওতায়ে।

---

তংকান্ নুবী পূয়তিং ব্রাক্- ও ওইবী মাইবী তম্পা নঙ্গী শান্নকুম্মেগী ব্রাদি নশাবী অঙৌব খোঙজোম্বগ নোংথৌ মরোল ফাওন পাউরৌনবী নহাক্কি শান্ন কুম্মেদ মখেলাংব নহৌশা ওইবন লৈবাক্ ফাওরিবী হে তম্পা পান্থোইবী থুম্লৈম- ও, য়েক্লবগি মতুংইন্নন তান্নবী, শাউরবদা নমায়্ ঈগুম ঙাঙ্বী লালফম্দ মায়থীব লৈতবী ঈবেম্ম নহাক্ক নবুঙো মখোঙদা মতূ চোমব অব্র াংবদ লৈব অঙৌবগ নুংশিৎ লাংমিন্নন নয়ুম শেন্বীগি অথোইব লও, চাইচিগি ঈশিংতন চাব লওদ লও কূমমিননৈ। অচীব শাগৈদপোক্পী তম্ফা নহাক্ন তাংখুল্ শারম্ নিংঙোল্ লৈশাবী ওইন উহনখি। চিনফি হায়্ব ফি অদুন থাখুম্ ওইরগা লাইফিন ফনেক্ ওইন খোয়্দোম্ শেৎতুন লূমাঙ্গি শম্ কক্তন লৈশরগ তুংগি শম্ন খোম্জিন্ন তাহল্লগা কোল অঙৌবন ঙক্তশি, ননাদ লীক্লাই শিরগ তেংনাগি য়েম্পাক্ তূপ্তূন লও খোংনব য়োৎন মাঙ্দ হাওশম্ন তুংদ য়ান, লাইন থাব নোংমাইচিঙগি লৈন চুবাদ থেৎতুন লাও তাব চংখি।

মশাপ লংমাই নিংতৌ য়োয়্রেন্পাতি তাংখুল্ হূয়্তোক্ পাখংপাপু শানা চয়রে, য়ূংচিংনা মান্লও শেংকম্ন. শরুফৈথেংনা চুমপল্ লাল্লৈ থেম্ হূ[illegible]২ চুমফ। চল্ লোল্লৈ কোব্তুহপ্না কুরাউ ফালাং থাং য়াইরী খাংথোমন। তাংখুল্ তোরো লৈখম্ থাঙ্, থাঙ্লেন্ চচিনীলোঙ্পাপু নাক্ত য়েপ্না তেন্তোং নম্তা হূল্ লীকং শাপাইনানা তাংখুল্ য়ায়্রোঙ্ নামিপা ফিপু চয়রে খাংন্না খূৎখাঙ্ মিতম্শিংনা হেমপা খুল্লান্পাপু শানা লাক্লক্য়ে। লংমাই নিংতৌ চিঙ্শোম্পানা পাওমেন্খিয়ে। হে য়োপুনাই চিঙ্লেন্ নাকপক্ য়ান্পী পামেল্ উশা থানা হাউনা নারোল্শৎপী য়াংকেল্ থৌপী। মরুতুপ্না য়োৎয়া খন্তওনাপীও, লোইপী খম্লাং য়িপালও হেমপা য়িপুলওপু লওতাঙামর্পা নংপু কনানো হায়্না পাওহংপপু তম্পা মৈপী হান্তোংপীনা পাওখুম্খিয়ে। হোয়্তা তাংখুল হূয়্তোক্ পাখংপা য়িপুংঙো তাও- ও, ঐতী তাংখুল্ শারম্ নূরাপীনে। নমু পোংন। তম্পানিকিনা মোমনু য়িতোম্ লওতায়ে। থৌরৈ তেংপাংলি লাও- ও।

---

মবুংঙো নোংপোক্ নিংথৌ য়োয়্রেনব হূয়তোক্ তাংখূল্ পাখং শাদুনা ফি ময়ুং ইনন শেৎলগ ইনফি ফৈজৈ ইল্দুন মকোক্ত শরূ ফৈন থেৎলগ মতোনদ লৈ মপুল্ পয়ান শাব লোল্লৈচিনশিল্লগ কুরাউন শাব থাংখুমবু য়াইরী মরী ওইন খ্বাঙদ পুল্লগ তাংখুলগি তোরথাঙ মচা নাইববু নাকন্দ য়ান্দুন মনমগনদ তেন্দোং পোরগ লীরুং খূৎত পায়দুন তাংখুল ফি লৈরুম্ অৱাংববু খাওন্নন ইল্লগ মখুৎত খূথাঙ্ হাপতুন খুল্ লাল্ব হাও শাদুন লাকলে। লাংমাই নিংথৌন হায়রক্ই, হে ঈবেন্ম লেংমান্নবী চিঙ্জাউ অসিগি নাক্ অমদ পাম্ য়াললিবী উগি উশা কক্তুন হাউনা হায়ব নাপীগি মপাল্ ফুকলিবী, য়াংগেল মপাল্ ফুক্তুন য়োৎ তাওরিবী- ও ঐখোয়গি ঈপা ইপু লওদা লওতারিবী নহাক্পু কনানো হায়ন হংলকপদ অচৌব মৈবীদ হানন লৈরমবী পানথোইবীন খুম্লক্ই। হোয়দ হে হূয়্তোক পাখং ঈবুংঙো তাও, ঐদী তাংখুল শারম লৈশাবীনি। ঐখোয়্গি থবক্ শুবীনবমী লৈজদবগি নুপী ঈতোমতন লওপুবনি। ঐগী ঈতেং পাংবিদুন য়োৎ তওবদ ঙম অমত য়াওবিরম্মু। অঙৌবন খুন্তাবদ থক্খিব য়ু (পূকয়ু) তোংজিন চিংদুন থক্প

তেৎনৌ ঙমলুমপীরা- ও। অঙৌপা খুন্তায় 'শিঙকাঙ্ খন্ ফৈ চয়্নম্ য়ু উমী তোন্ থূময়ু, য়ুঙৌ পুন্চা ওন্পা লৈয়ু অথুম্পাপু লৈয়ে থক্মিন্নখিসে। মোমনু অব্রা শোন্খৈ নীক্লে। খাল্লৈ লওলুমপীরা- ও হায়না পাওখুম্খোন্কিপু পাওখুম্লক্য়ে। য়োয়্পুনাই তাংখুল্ শারম্ নূরাপী- ও, ব্রায়রং লম্চীক লওকূম্পী শেললোয় নতোম্ লওতাপী, মোম্নু শিঙ্লেন্ তাইচাপী, ব্রাংলৈ চোপনা য়ুকৌপিও, ঐতি নংপু কতৌপা থৌরৈ তেঙ্পাংলুসিপানো। তেৎনৌ ঙম্লুমলোইয়ে। অয়ু তাংখুল্ হূয়তোক্ য়িপালও, হেম্পা য়িপুলও অসিকি তমকপু নয়ূম শারম্ তানা তপাকা অয়ুম তাংখুল্ হূয়্তোক্পা মনিল্ নাইপাকা উপা খুন্থীনাপা চেঙ্চা লাল্লুম্নাপাপু লৈপানে। শায়ী লৈতা তান্নরিয়ে। তাউপা হূয়রিল্ থৎনাতারিয়ে। য়োয়্পুনাই নঙ্পুতুম লাংপল্ করোঙ খুৎখুমকে, লৈকাই পুচ লূককুমনা লাংপল্ অওল্লুক্কুমপাপু লল্শিংকে হায়্না উনপী কচক্ হওনতি ব্রায়রা শেংকম্ থোংনা লকা তেনমী লাক্না লাপা কমলাক শেংচৌনা

---

য়ু, ব্রাইন শুংব ব্রাইয়ু, অথুম্ব, অদুগ লৈয়ু অথুমব য়াওরি, থক্মিন্নসি। নিংঙোল ঐসু ব্রাবন হক্চাং অসি নীক্রন খাঙঙে। লওশুব য়াওবিরো হায়ন খুম্লক্প ব্রা অদু তারবদ হূয়তোক্ পাখংন খুমলকই। লমহাং অচীকপদ নতোমদ লওকুম্বী, শেল্লোয় চিঙজাউদ নতোমদ লওতাবী, লৈরাংগুম্বী নশাবু হাদুনা য়োন্জবী হে ঈবেম্ম শবম্ তাংখূল নিংঙোল্ 'লশাবী- ও, নহাক্ন চোপ্ন হাজদুন য় কৌবীও করিগীদমক্ ঐন নহাককি থবক্ত নতেং পাংগদগে? অদুন নহাক্কি পাম য়ান্ব অদুদ লৈঙম্ পুরোইয়ে। হূয়্তোক্ তাংখুল্ ঈপূন থনমব লওফম্ অসিগি দমক্ মীযাম্ তাব শরম্ তাংখুল্ নখোয়গ মমিং চৎলিব হূর্তোক্ তাংখুল ঐখোয়্গ ব্রাপা ওইন য়েংথিনবদগি অমগ অমগ লানশিংনদুন লৈনরিবনি। শয়ী লৈন তৌবগ অমগ অমগ মুক্নদূনা লৈনরিবনি। চান্নবগি খুদম্ ওইব হূয়্রিল্ খৎনদ্রি। নিংঙোল্ ওইবী নূপী নংবুদুম্ লৈকাইদ ওন্থোক্ ওন্শিল্ তৌদুনা শিজিন্নব থুম্মুক্কুম্ ওন্দুনা চপ্ চান পোৎশিংবগুম্ লম্মন্ শিংগে হায়্ন মথব্রায় শোক্ন শাউন লীরীদ তেংগা থোংদুন লীরী থম্মোই য়ৌন চিংলগ শেংজৌনন লেপ্তুন ময়াদ

কাঙকম্ য়াতা চীক্না তক্লও শিতংশোন্না মিয়েং কোরি হওনা চয়্থাকে হায়্না তাংখুল্ কল্হও নীক্লাপাপু অঙৌপা য়ূম্লেল্ লৈমা য়োয়্পু তংকা নূপী পুয়তিংব্রাক্তি মৈরা ফানীক্নাপীনে কচেং নোংথাঙ্ খোঙ্ওইনাপীনিকিনা তম্পা কোরও কূপ্তুম্ কূপ্না চিম্পাল্ মোইমোই তায়াল্ মান্পানা পাওমেন্খিয়ে। তাংখুল্ হূয়্তোক্ পাখং য়িপুংঙো তাও- ও মোমনু ঐসু ব্রায়রং লম্চীক লওকূম্তে, শেল্লোয়্ তোপ্না লওতাতে। মোম্নু শিঙ্লেন্ তাইচাতে। ব্রাংলৈ চোপ্না য়ুকৌতে। মুব্রা নিংথৌ খুৎথাহয়, হয়রাঙ্ নানৌ থোইপীনে। মোম্নু নূচানিকিনা য়িপল্কি খাল্লৈ। অঙনপা লওনে। পূয়েং কোক্পা লও অসীপু লাংচেং খোন্পা লওনে। পান্ফুক পান্ফোই লওনে। শিংখা শিংথুম্ লওনে। চায়িন্ নাফা লওনে। মুম্লাং পোপ্তেক্ লওনে। থাঙ্য়ি অঙল্ লও অসিপু মোম্নু য়িতোম্ লওতাপীনে। য়োৎয়া খন্তওন য়োৎলৈ নোংথাঙ্ কূপ্ কুম্না চিঙ্লেল্ মনাক্ হোৎনা, পামেল্ উরা শম্মা মালেম্

---

লীবী চীক্লগ তক্শি শোন্দুন মমিৎ কোবী কাদুন তেল্ কাপ্লগে তৌববদ অশাউব তাংখূল অদুবু অঙৌব য়ুমলেল্ লৈম পান্থোইবীদি মৈবান ফনেক্ শেৎপী নোংথাঙ্ লৈমদ তোংদুন চৎপগুম যাঙ্ন চৎপী ওইবন তয়াল্ মান্ব অঙাঙব, চিম্বাল্ন নোংদোন্ ফাওন ঙান্ব নোংথাংনা কুপ্লগ মায়্কৈ ঙানন ব্রা হায়্বক্ই। হে তাংখুল্ হুয্তোক্ পাখং ঈবুংঙো ঐ ব্রা হায়্গে তাও, নিংঙোল্ ঐন লওকুম্ব অসী অচিক্প লম্দ ঈতোম্ত চিক্ন লওকুম্ব নত্তে। অদুগ নোংমাইজিঙ্গদি অতোপ্পদ লম্দ লওতাবীসু নত্তে। ঐহাক্ লৈরাংগুম্ন অপাম্ অ- পাম্ব মীদ পীজদে। মফম খঙ্দব মীদ ঈচোপ্ চোপ্ন য়ূ থক্উ হায়ন কৌব নত্তে। মূব্রা নিংথৌ মখুৎমক্ন থাব হয়্গি অনৌবা মনাদগি হেন্ নৌবী নূপীনি। ঐ অসি ইপা ঈমান পোক্প নিংঙোন্নি। লও অসিন ঈপাগি অঙল্ ফৌ থাব লওফম্নি ঈকুন কোক্লম্ব লও অসী নূপাপাখংন তিন্ব লওনি। পাল্, শিংথা, শিংথুম্, চাইন, মুম্ন পোপ্ লৈন তুব লওফম্নি। অসীগুম্ব অঙন্ফৌ থাব লওফম্ অসিদ ঈতোম্ত লওতাবনি। য়োৎ ময়ান চাং পুন নোংথাঙ্ কুপ্লগুম্ য়োৎ য়ান্দুন

লৈঙাঙ্ মপাক ফুক্লা তেংপাক থারোল্ তও মোমন্ খোইমা য়িথোক্ কাবক্‌পীনে লাংচেং য়িকারক্‌পীনে। পন্থৌ পামাচাকি নমোম্ শনম্ ঙাইথিঙতোনকুম্পী ঐপু ঈনুং শিল্‌য়োমলা মনাকুমনা নাউৱা খোয়রী মাকি মোমনু চয়্‌রৈ নাহোংতোল্ মশেন্‌নে। থীকলেল্ চাইচিমাকি খোম্‌লাং পিশিল্ চীন্‌তাইমাকি নমোম্ শনম্ ঙাইথিঙ্ তোনকুম্পী ঐপু করিকি লাংপল্ করোঙ খূৎকূম্‌কে হায়্‌পানো? হেম্‌পা নতীক্ নত্তে, লোইপী নপা নত্তে। হেম্‌পা নতীক্‌নকে হায়্‌রাপাতি লোইপী নাপা মপাতা টিমেল্ লূম্‌থানা থাঙ্‌লেল্ লুময়ান্‌নানা খূৎকূম্‌লুও। নমোম চয়্‌রৈ ফিচি হোতাম্‌কুমপী ঐপু লায়্‌শেংপী- ও। য়িপাম তাংখুল্ শারম্‌চা পাখংপু পামেল্ উয়োক্ থাপা, য়াংলৌ লম্‌তাং ফাননা, খোইমা নাকা থৎনা লাইথাঙ্ হূইয়োম্ শানা টিমেল্ ঙানোয়্ চোংপকুম্‌পা তাউপা কাঙ্‌তেল্ শুপা, চিঙ্‌শাং পন্‌কা থারাউপা, লাংপল্ খোইয়ু থক্‌পা, হাওমল্ শিংকূপ্ তয়্‌পা, ঙাইরোং শিংকূম্ শাপা খরূঙ্ য়ুঙৈ শেম্‌পা, পূক্‌য়ু খোম্‌নিঙ্ ফোয়্‌পা, কোক্‌লও

---

হোৎপনি, উরা কক্রূন লৈঙাং লৈতুম্ ফুক্‌ন তেংপাক্ মথক্ মখা ওল্‌লিবী নিংঙোল ঈথোক্ কারক্লবী, মীওই মপুঙ্ ফারক্লবী ঐনি। ঈপা অমত্তন পোক্‌প নচল্ অতোম্‌বী গুমবী ঐ অসে ঈমাগি খাউ অমতদগি তাব খোয়রী অমদগি নচল্ অতোম্‌বী অদুগা অক্মানি। ইমাগি থবাক্‌কি খোম্‌লাং মচেৎ অমগি নচল্‌গুম্‌বী ঐবু কবম্‌ন মতীক্ চাব লম্মল্ শিংগে হায়রিবনো? নংগুম্ব হাও নহাক্‌কি নতীক্ নপা নত্তব ৱানি। হাও নহাক্‌ন ঙল্লরোইদব ৱানি। হাও নংগি নতীক নপা চাব য়েংনগে হায়্‌রবদি নপা চাব নমান্নব হাওদ নঙ্‌গি টা অদূ লুম্‌দুন লোন্ন থিল্লু। লুম্‌লগ নখূৎত শুব থাঙ্‌ন লোন্ য়ান্দুন লম্মল্ খুমজরু। নচানূপী নঙ্‌গি ফিজি পায়দুন ইল্‌লিবী অদুগ মান্নবী ঐঙোন্দ তৌগনু, ঈরাল্ লৈতবীনি হায়্‌ন খল্লু। ঈপামগি শরম্ তাংখুল্‌গি উয়োক্ত উ থাব, নাপী হাইদুন লম্বী শেম্ব, থাঙ্‌তোন্‌ন চয়োম, শাব, টাতোল্ অরংবন ঙানোয়্ চোংবগুম্‌ন মখে লাংব, হূয়্‌গি কাঙদেল পায়্‌ব, চিঙ্‌শাংদ লাউ খোংদুন চৎপ, লাংবল থাগি য়ুগুম্ ময়াই কাব খোইহী থকপ মশাদ শিং মকুপ্ তয়ব, শিংগুম মরিল্ খাব খরূঙদ শেম্ব কোককাব

লীতং ফান্পা, শারেপ্ লৈতোয় য়াংপা শংকাই মকোং চেংনা শাক্ ৱাল্লোং থন্না নিঙ্কোয় ওৎনা শিঙ্উৎ মিতম্ লওনতি থম্লাং ময়োল্ শৎনা থাঙ্চী মিতম্ তংপা, হাওতৈ য়ুমৈ কোক্কাপা, হেম্পা থেন্পুঙ্ ফম্পা য়িতু শারম্ হাও পাখং, পাখং নমান্ নপাপু লৈপনে। লাংপল্ অওল্ লূক্কুম পাপুলাল্শিংনরুও। তম্পা নীপা থোক্লাপতি খোংফেল্ মায়োক্ য়ানা চায়নারুও। হেম্পা য়ুমলোয় হওয়ে। য়িতোম্মতা মরোংপু লাল্তা ঙম্লোই হায়রাপতি লৈপুঙ কোয়চালাউপা লম্চৎনা লাংপল্ কোয়চালাউপা লম্চৎনা খোইমা লিলা নাথেৎও। তাঙ্চা লম্কা ফম্নাতি মংশক্ খুৎকুম্ তাললুও হায়্না পাওমেল্পপু পাওখুম্লক্য়ে। য়োয়্পু নাই শারম্ নুরাপীও, নঙ্পূতুম্ ৱায়্রা য়িশানে, হুইয়েল্ য়িরান্নে। শাপল্ নাউতু লৈহেক্না লৈরাং তোন্তা থেক্লাকে য়েল্লাং খূতাপ চেল্ৱাইনানা কালক্ নোংতংলেংলাকে, খৌনাউ লোন্থোঙ্ লেল্লাকে হায়্না লাপা মিৎয়েং কোরি হওনতি লীরী থম্মোই তিং লকা তেল্মৈ লাক্না কাঙ্ কম্ য়াতা চীক্না চয়্

---

য়ু পুক্য়ুন চনিঙ্ ফারব লীরুং তেন্ শুদুন অচৌব শা ফারগ মখূত্ত পায়্ব শংগাই ময়েং তাব মখৈ শা শেম্দূন ৱাল্লোঙ্ থন্ন থোংবদ মনিঙ য়ৌনা ওত্তনা শিঙ্উৎন পাদম্ য়েংলগা থুম থাকূম, থাঙ্জি মহাউ তংব য়ুমৈ অথুম্ব থক্পদা মকোক্ কারব হাওগি য়াকাফম্ থেন্বুঙ্ ফম্ব শারম্ তাংখুল্ পাখং নমান্নব ইবুংশিং লৈবনিমখোয় অদুগঅওল্ লূক্ত ওন্দুন শেন্দোল্শিংবগুম্ লল্শিংনরু। নঙন নীপা থোক্লবদি শক্উনন মায়োক্য়ান য়ান্নরুও। অদুর্দি য়ুম্মুম্ খূদিঙ্মক্ হওরক্লগনি। নতোম্তন লাম্তাব ঙম্লোই হায়্রগন লৈবূঙ্ কোয়্ব লিল্গুম্ন লোংতুন লৈরগ লম্মন্ শিংজৌ হায়্ব অদুদ খুম্লক্ই। অচৌব শাবম্ নিংঙোল্ ঈবেম্ম, ঐগী ঈশামক্কী ঈরান্দি নঙতনি। শাবল্ নাউদু মপাল্ হেক্পগুম লৈরাং লৈতোল্ থৎপগুম্ নিংঙোল্ নঙক্ মতা ফব অদু য়েল্লাঙ্ খূদাপ্ চেন্থৎ থৎপগুম্ন থৎলগে হায়্দুন মমিৎ কোরি মুক্ ঙাঙ্ন নীপা ওইবগি মতিং উত্তূন লীরী থম্মোই য়ৌনা চিংলগ ময়ান লীরী চীক্তন তেন্ন থাগদবগি পীশুম্ শুক্ন শেংজৌনন লেপ্তুন হাওগি য়ুকোক্ থাংবগুমন লেপ্লগা তেন্ন মঙক্ কক্কে

থাকে হায়্না পীসুম পাকোই লয়্, লাপা কপলাক শেংচৌনা হাওরা ঙান্কোক শোন্কুম্নাতি লূরক্ কাঙ্তৈ থিকে হায়্পাপু তম্পা অঙৌপ য়ুম্লেন্ লৈমানা তাংখুল্ হূয়্তোক্ পাখংপা য়িপুংঙো তাও-ও, য়োয়্পু ঐতি তাংখুল্ শারম্ নূরাপীপু ওইনা শাল্ ওন্পিনে। তম্পা থাঙ্লেন্ হায়কূপ্ চেন্পী কচেং নিঙ্থও কন্পীনে হায়্না পাউখুমলাপাতা অঙৌপা লংমাই নিংথৌ মাল্লং নোংপোক্ হুম্ওইপন তম্পা মৈতিংঙু চনু ৱাংঙম্ লোন্ ও, ঐসুঙ্ তাংখুল্ হূয়্ তোক্পা পাখং তাওপুতী নংতে। অঙৌপা নিংথৌ কাইনৌ চিঙ্শোম্পা শেল্লোয়্ চিঙ্খোঙ্ লাক্পানে। তম্পা হৈনা নতুং ইন্না মারা নখোঙ্ কুন্পু লিরাক্পতা তাংখুল হূয়্তোক্ পাখংপাপু শারক্য়ে হায়্না পাওখুম্ লাপাতা তম্পা ৱাংঙম্লোন্না অঙৌপা য়িপুংঙো তাও-ও, তাংখুল্ হূয়্তোক্ পাংখংপাতাপু অখা চীক্য়ে। লোইপী কচক্ হও, হেম্পা নুংয়েং চেংপাকিপু শোংকিয়ে হায়্না তম্পা হেক্ঙায্ নুংয়েং চেংনা ৱাওইখিয়ে। অঙৌপা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ

---

তৌরবদ তম্পা অঙৌব য়ুম্লেন্ লৈমন হায়খি, হে হূয়্তোক্ তাংখূল্ পাখং ইবুংঙো তাও নবেম্ম ঐদি শরম্ তাংখুল নুপী নত্তে, নবেম্ম লাইরেম্ম ঐগি মাইবীগি পাউশা কুম্মৈগীদমক্ তাংখুল্ শারম্ লৈশাবী ওইরকপনি। তম্পা ঐদি অহাইব থাঙ্গি ময়ান ইলংলংন চেন্বগুম্বীনি থাঙ্ য়ানশ থৌনা ফবীনি হায়্ন খুম্লক্লবদ নুংশিৎত ময়ুম ওইব নোংপোক্ নিংথৌ অঙৌবন খুমখি। হে ইবেম্ম মৈগি নিংঙোল্ তম্পা, ঐসু হূয়্তোক্ তাংখুল্ পাখং নত্তে, ঐদি লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চিঙ্শোম্ব নোংমাইজিঙ্ লাক্পনি। তম্পা নহাক্ন চৎখিব লম্বী মতং ইন্ন নঙ্গ থিরক্পদ হূয়্তোক পাখং শাশিন্নরক্পনি হায়্ন খূম্লবদ তম্পা পান্থোইবীন হায়্রক্ই। অঙৌব ইবুংঙো তাও, তাংখুল হূয়্তোক পাখংতবু অখাব ফংন শাওনিংই। হাওন মনুং ফত্তন শুব গিদমক্পু কিরুবনি হায়্ন পান্থোইবীন মপূক্ নুংশিবগ লোয়্নন শাউখি। নোংপোক্ নিংথৌসূ মখূত্ত শূব থাঙ্কোক্ত শৌবগ মথরায় নুংঙাইতন খন্খি। অদুগি দমক্ত খাবী কপ্নিঙ চিঙ্ লংব নুংশি চিঙ্ হায়্ন মফম্ অদুবু কৌনখি। অচৌব নিংঙোল্ তম্পা মাইবীন

চিঙ্শোম্পাসুঙ্ কচেং থাঙ্কোক্ নুংওন্কিয়ে। অতুনোংকিপু লংমাই খাপী কপ্নিঙ্ চিঙ্ লংপা নুংশি চিঙ্ ও তৌনা কৌয়ে। তম্পা ৱাঙম্লোন খাপী কপ্নিঙ্ চিঙ্ লংপা নুংশি চিঙ্পু শাইওন্পীতি কোরও নোংচারেন্পু শেল্লোয় চিঙ্শা খুতিঙ্ত লংমাই য়িরোক্। লাইচম্ হাঙ্তানা মহৌ ফাইপোক্ চিঙতা পান্পা শিংপু শংলও য়েন্লাঙয়ে। লুৱাং লোয়্নাই লাইশা তান্পানা লাপা খুমন পুনা য়াংতৌ শারম্ লীরক্ঙৈতা য়োয়্পু খোইমোম্ লাইরেম্মা নোইনু থুম্লৈমা মালফম্ লৈয়েংপী, কোনফম্ লৈতক্পীনা পাওমেন্ঙাম্য়ে। লুৱাং শোয়্নাই লাইশা তান্পা- ও, অঙৌপা য়িতাউ লাই অয়াঙ্পানা য়াওরও মশাল্ তম্পানে। নঙ্না ফংলারোইয়ে। মহৌ ফাইপোক্ চিঙ অসীপু নমু পোংথোক্লম্ য়াংলৈ তাউপা হূয়্মাঙ্ ফমনে হলৱাইখিরো। শমু চাংচৌ য়িখূৎফাং ৫ মানা ওইখিশিং অসিপূ নঙ্না নুংপাল্ নমী য়োক্ও। লুৱাং নশাল কন্নরুও হাওমল্ য়েৎওই খোম ফপা ঙাইরোং শিংমিৎ য়েৎনা নমফাপা অসীপু ঐনা পীরক্য়ে হায়্কুনো।

---

কপ্নিঙ্চিঙ্, লাংব নুংশি চিঙ্বু ওইবী পান্থোইবীদি নুমিৎ খুদিঙ্গি নোংমাইজিঙ্গি চিঙ্শা পূম্নমক্ চিৎথদন লোক্ খুদিঙ্ চঙ্ন মহৌ ফাইবোক্চিঙ্দ হওব শিংবু য়েন্শাং ওইন থিখি। লুৱাংগি লাইগি লাইশা তান্ব লোয়্নাইন খূমন্গি হূয়্লায় পূদুন শাগি খোঙ্গুল্ মতুং ইল্লক্প মতম্দ অচৌব কোন্দ লৈবী লাই ওইবী ঈবেম্ম থুম্লৈম, মফম চাব লম্ য়েংবী, কোন্ ফম্দ (মফম্ চাব অকুৎপ লম্) লেংদবা লাইবেম্মন হায়্রকই। হে লুবাং লাইশা তান্ব- ও ঈতাউ লাই অঙৌব লম্জেল য়াঙ্বন শা শাদুন লাক্পনি। নঙ্ন তান্বফংলোই। মহৌ ফাইবোক চিঙ্ অসির্দাগী মীপোক্প লম্নি অদুগ হূয়্ মাঙ্ব মফম্নি। মদুন মফম্ অসিদগী হল্লো। ঐগি ইখুৎ খুৎফাং ৫ ন ওইখিব শিং অসী পুদুন লুৱাং নঙ্গি নমী যেক্করু। লুৱাং নখোয়গি নরম কন্নজরু। পাম্ অমন্বগি য়েৎ ওয়্দ ফজন খোম্জিন্ব মমিৎ য়েৎন নম্ব শিং অসী ঐন পীরক্ই হায়্গনু ঐগি চান্নবী ইতা চিঙ্ অসীগি মবেম্ম ঙাইখোংনুবী খম্দিংনূন পীরক্ই হায়রু। অসি হায়্ন লাইরেম্মন পীরক্পা শিংবু খোইজিঙ্ কাংব চনু

খোয়্নৌ য়িতা লোইপী, মরৈমাপী থাঙ্শা ঙাইখোং নুপী ঙামরা খম্তিংনুপীনা পীখৎলক্‌য়ে হায়রুও হায়না য়োয়্পু খোইমোম্ লাইরেম্মানা পীখৎশিং, ফোইচিঙ্ কাংপা চনু চক্‌পা নূপীনা মমান্ নিংথৌ লূৰাং তপ্‌তি তপ্‌তাই পাপু য়াঙ্নিঙ্ শোন্‌মোই য়াম্‌মে, শিসনু হায়্না য়াইনাপাপু লোইতাম্ থা হারেঙ্ হারেঙ্ অনৌ অনৌ ঙাঙ্‌না শিংনা হৈনারক্‌য়ে। লূৰাং তপ্‌তি তপ্ তাইপানা ঙাঙ্নিঙ্ শিংনিঙ্ শিংপু হাওমল্ য়েৎওয় খোমফাপাপু শংলৌ য়েন্‌পোম্ শানা তম্‌পা ৰাংঙম্‌লোন্‌না শেল্‌লোয়্ লওতারৈ লংমাই চিঙ্নুং চাতারৈপু শিঙ্‌লেন্ লৈ লাংয়ে। কোরও নোংচা খূতিঙ্‌পু পানম্ চৎথোক্‌পাতা অঙৌপা মশাপিতি মিরেল্ থৌয়াঙ্‌নাপানা হকচাং নুমপোংতুং য়িন্‌পাকুমন ময়িল্‌লে। তম্‌পা মশানৌপু থানাতানা তম্‌পা শিঙ্‌লেল্ লৈরাংপাতা অঙৌপা হরাউ য়িথোন্‌ন শিংলেন্ লৈচিল্‌লে হায়্‌তপারা? খাপী নাপাউশাতী অতৃসুঙ্ মতোম্‌তে।

কোরও নুমিৎমতী হাওরৈ নোংপোক্‌লা পাংপরম্‌তা ৰায়্‌রংনিতা লম্‌নুংশিতা ৰায়্‌রংতা লম্‌মাহন্‌তা থৌপাল্ লাইচা অরুপা, ঙানপা

---

চক্‌প নিংঙোন্‌ন মমান নিংথৌ লুৰাং তপ্‌তিতপ তাইববু মীতুংদ ৰায়াম ঙাওই শিসনু হায়্ন য়াই কাপ্পপু (পোৎ শেম্ব) থা চাওখৎলক্‌পা খুদিঙ্ ঙাড়্নিঙ্ শিংনিঙ্ব ইনৌ নৌন হেল্লক্‌লে। লুৰাং তপ্‌তি তপ্তাইবন ঙাঙ্‌বদ শিংব হেনব য়েৎ ওয়্দ ফজন কোন্বশিং অদুবু য়েন্‌শাং পোল্লাংদ হাপ্তন পান্‌থোইবীন লংমাইজিঙ্দ শাৎপ লওতাবদ চিনব লৈ, নোংমাইজিঙ্ চিঙ্দ শাৎপ লৈ অদুবু হেক্‌খি। নুমিৎ খুদিঙ্ পান্‌থোইবীন চৎথোক্‌পদ মবুংঙো নোংপোক্ নিংথৌসু মিন হক্‌চাংবু থাদন মতুং ইন্‌বগুম্ কোয়্ন ইন্ন চৎখি। মনাও ঈবেম্ম পান্‌থোইবীগ থানব লৈতন পান্‌থোইবীগি লৈ লাংবদ য়াওদুন অঙৌব কাইনৌ চিঙ্‌শোম্বসু হরাউবগ লোয়নন লৈ চিন্‌মিন্‌নখি। পান্‌থোইবীন মাইবী ওইরগ শান্নখিব থবক্তি অদুনসু লোইব নত্তে।

নোংমদি নোংপোক্ পাংব মায়্‌কৈদ নোংপোক্ লোম্‌গি নুংশিব লম্ লম্‌গি অহান্‌ব থৌবাল তুরেল্‌গি অরুব ঈশিং ঙান্‌ব শল্লাইগি অঙাং তৃচোং

নহা তূচোং ব্লাইনেম্পী ব্লুশাং তাউশাং তাউপান যিবান্‌ফম অথিঙ্ শোয়্থিঙ্ পীচা মরওপাল্, সনা মৈবেনপা মকাইফম্‌ত্রা নোংয়ায্ কোক্‌চা ঈকুপানা কোইপারম্ অতোল্ লাংহেম্‌শিনা ঙাকপবম্‌পু অহৌ তোঙকল্‌শা মতুয়া নৈমা পীতোল্ লাংপী মরমখৈপু থৌপাল্ লাইচা য়িনুংহক্‌তা তম্‌পা লাইরেম্মানতি খিক্‌লোয্ মান্‌পল্ থক্‌তা শাচেল্‌য়ে। থৌপাল্ লাইচা য়িপাক্ থক্‌ততি শান্‌তেংযে। শংলৌ যেন্‌পোৎ লীনাইপাপুতি থৌতু নূঙ্‌পু ওইনতি শান্‌তেংখিযে। লৈকূ খুতিঙ্ মি য়েংয়ে। হিতেল্ চংলৈ খূতিঙ্‌পু শান্‌তেংযে। মশাপ লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চিঙ শোম্‌পাতি তম্‌পা মশানৌকি মাবা মখোঙ কুনপু লীবকযে, ব্লাঙম্ খোঙকূল্‌পু লীবক্‌পাতা ঙৌপা লংমাই নিংথৌ নোংপোক অপান্‌পা মালং হুম্‌ওইপানাতি কোবও মতে যামপানে বাঙ্‌পল অওল্ হক্‌পানিকিনা পান্‌পা কৈযেক্‌লা নিঙ্থিপাপু শাল্‌ওললে। কৈবেল্ ব্লুমপী শা, খোয্‌মা নাতোল্ চোংপা অথৌপু শালওললক্‌যে। পানপা

---

ব্লাইনেম্বী উশাং তাউবন ঈবালফম্ অদুগ শোযথিংবী মচা অথিঙ্‌গি লৌদ সবা মৈবেন্‌বগি মবম, অঙোম্ কোক্‌চা হীকুবন পুব লম, অতোল লাংহেমশিন ঙাক্‌প লম, অহৌবদ তোংব অকল্‌ব শা মতুযা নৈম পীতোল্ লাংপীগি মবম অবোইব থৌবাল তুবেল্‌গি অকুব ঈশিংদ তমফা লাইবেম্ম পানথোইবীন খিকলোইন থিংব পল মথক্ত চেনখি। থৌবাল তুবেলগি ঈপাক্ত ঈকজখি। মবী চৎপা যেম্‌পৎন নূঙ ওইন নূবা ননদুন ঈকজখি লৈকুৎ লৈবাই খূদিঙদ মমি যেংই। অদুগা হিদেল তাফম্ খুদিঙ্ হাঙ্‌দন ঈকজখি। মবুংঙো লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চিঙ্‌শোমবন মশানৌ ঈবেম্ম পানথোইবীন চৎপ মফম থিবকই। মনাও ঈবেম্ম নিংথৌগি মচান্‌পী পান্‌থোইবীগি খোঙ্গুল লীবকপদ ওইনিঙ্‌বত ওইব ঙমব শাল্‌লোল্ যাম্‌ব লাই ওইবন নোংপোক্ মায্‌কৈ ঙাক্‌প নূংশিৎত মযুম্ ওইব লংমাই নিংথৌ অঙৌবনা নিঙ্‌থিজবব, মযেক্ নিঙ্‌তিন লংব কৈজাও অমা ওইন লাক্‌লে। অথোইবা শা চাব, নাপী মতোল্ চোংনা চৎপা কৈ ওইবক্‌লে। নাপী খোম্‌লগ চোংদুন চৎপ শা চাব কৈ, হাউনা মশাদ পক্‌প ঈশং মান চৎপদ কেনব, লোক্‌লৈ হওব চিঙ্‌মায্‌দ লৈবা শা, যাংগোল্ হওব লোক্ত মথৌ ওইন শা লূম্‌ব শা,

নাখোম চোংপা কৈরেল্ ব্রুম্পী শাপূ, হাউনা ইশংখপ্ থাংশাপাশা লোক্লৈ নাপোম্ কোয়্পা শাপু পান্পা য়াংকেল্ থৌপীনা ফম্পা চিঙ্য়া পলকোয়পা শাপু শাল্ওল্য়ে। শারেল্ মঙাইরোয়্পু থিঙ্লও মহী শাংপু খূৎতূম্ লাল্লোয় থানা য়িমু তোংকা চিংনা য়িঙাঙ্ ফাথা তানা চাক্চা তানপা শাপূ পান্পা খূৎনা য়োল্লাপাতি কৈরেল্ য়ানা হৈপা শা কৈরেল্ য়ানা য়োল্লাপাতি পান্পা খূৎন হৈপা পান্পা কৈচেংলাং কিয়াংরাহু শাব্রায় থৌকুম্পাপু শা অথৌপাপু শাল্ওল্লক্য়ে। তম্পা ব্রাংঙম্লোন্তি লাইচা পাশানা যিঙাঙ্ খোঙ্ কাওনানা য়িমু ঙম্লোন্নানা য়িরাং পূম্ফা লোন্না লাইচা যিপাক্ থক্তা তোংনা পোম্পী চাক্তানা চেক্লা শাফূনা খরা য়িফু তৈনা য়েন্পোৎ হীনোয়্ য়িনা শান্তেংলিঙৈতাপু অঙৌপা মশাপিনা পাম্পা মথি নাইনা কৈরেল্ মরাঙ্ হওনাতি য়িমু খুৎপুল চোংনা লাইচা য়িনুং হক্পাপু থৌপাল্ লাইচা য়িয়ায়্ খায়্না শান্পা য়িরোই তম্নাতি যিমু খোংকাউনানাতি পাম্পা মতু চুংনা কৈরেল্ মৈপু কানাতি

---

চিঙ্যা পূম্নমক্ত কোয়্ন চৎপ শাবু ওল্লক্লে। মমান্নব অকন্ব লাম্বা চানব কৈবু খুৎতুম্ন থাদুন হাৎলগ ঈমুগা লোয়নব তোংশা চাবদ ঈন ঙাঙ্ন তৈরগ মপুক্ থন্ব মচিঙ্গাক্ চাব শা, মখূৎন শোয়্রগ ময়ান শিন্ব, ময়ান শোযবদ মখূৎন শিন্ব, মখূৎ মচিল্ চপ্ মাননব লাক্নবা য়াদব কৈগুম্ব অদুগা বাহুগুম্ন শারকা থৌব অথৌব কৈ ওইদুন লাক্লে' নিংথৌ মচা ঈবেম্ম পান্থোইবীদি ঈশিং চাইদুন ঈরোইদুন ঈপোম্ কান, ঈশিং মনুংদ লূপ্তুনা অমসুঙ্ ঈশিং ঈপাক্ থক্ত তাউরগ ঈশিং তাব উচেক্ন মশা ঈশিং ফুদুন শান্নবগুম মপাম্বোম্ন ঈশিংদ ফুদুন ঙানু খরান ঈফূনাদুনা শান্নবগুম্ যেম্পৎ মহীন ঈরুরিঙৈদ মবুংঙো অঙৌব খোঙ্জোম্বন ময়াই কাদুনা মখে লাংলব কৈ ওইদুন থৌবাল্ তুরেল্ অরুব ঈশিং ঈমায়্ চোন্ববু মখুৎ হোৎনা মখোঙ্ কাওন ঈরোইদুন লাক্লগ মতু য়ুংনা, মমৈ থেকখৎতুন মতু মমাল্ নীক্লগা মনা অনীমক্ চপ্ য়ুংলদুন মখে লাংন খোং লাউদুন ময়াঙ্ তেক্খত্তন খুজিল্ খূৎফা মঙামক্ ফন্দোক্তুন চোংশিল্লক্লগ পান্থোইবীবু ঈশিং ঈয়ায়্দ চঙ্ন ফাগে তৌরবদ নিংথৌগী মচা তমপান

পান্পা মতু নীক্না শারেল্ মনা য়ুং কৈরেল্ খোংতুম্ খোং, পান্পা লাউতুম্ লাউনা কৈরেল্ মরাঙ্ হওনা পান্পা কৈয়াঙ্কুইনা খুচিল্ মোইফাং শাংনতি লাইচা য়িপাক্ থক্ত কৈরেল্ নোংতং চোংনা ব্লাংম চঙ্না লাক্কে তৌকুম্ লাপতা তম্পা ব্লাংঙম্ লোন্না অমাই শাল্ওল্ য়াম্পীনি খাপী মথি নাইনা অমাই মরাঙ্ হওনাতি পান্পা তাংশক্তানা শারেল্ শোংকাঙ্তানা কৈরেল্ শোঙকীতানা পান্পা মায়োক্ য়ানা কৈরেল্ থাফংনা পান্পা ঙক্থী লুম্লাং কোন্না কৈরেল্ শায়াঙ থক্তা তোংখৎলে পান্পা শাথও থোইনাতি তম্পা মরাঙ্ হওনা ব্লাংঙম্ চূপ্পু থোইনা শাথওরাপতা অঙৌপা আরুপা কৈশাপাসুঙ্ মালং মথি নাইনা নোংপোক্ মরাঙ্ হওনা কোরও নোংখোঙ মতেক্ মানা মালেম্ লৈখোঙ কোয়্ কোরও নোংতোল্ পাই, লৈরোল্ নোংলোন্ অহুম্মপু ফাওনা কোয়্মল্ লাপাকি তমক্পু তম্পা কোরও তেংলোয়না ব্লাংপল্ তেংথানাপীতি খাপী মথিনাই, য়োয়্পু তোইপী মরাঙ্ হওনা শাংলৌ লাইচা য়িয়াই য়েনকা তম্পা তাঙ্চা খোঙ্নন্ নূঙ্কা থৌতু খূৎব্রাইথোং ফাপাকানা পান্পা লুরেল্ কোক্তা য়ৈরাপাপু নূঙ্লেন্ মচিনাইপানা শোক্লাপাকি পান্পা কৈথৌ

---

ওইনিঙ্পত ওইব ঙম্বী ওইবগি হৌনশা অশাউবগ লোয়্নন মখে লাংদুন কৈবু উশিংতবন কিদদুন কৈজাউ অদুগি মায়োক য়ারগ হকচাংগ হকচাংগ হকথেংনন কোন্নদুন কৈ অদুগি ঙকথী চপ্তুন ফারগ অথৌব কৈজাউ অদুগি মনম্গন্দ তোংখৎখ্রে। পান্থোইবী নুংঙাইবন মখে লাংদুন কৈ অদুদ শাজয়্ তোইন থাবগ চুপ্লী ইন্বদদি হেন্ন থিন্দুন থওরমবদ তাৎ তৌদুন কৈ শারিব নোংপোকসু নুংশিৎ পুন্নমক মরাঙ্ হওহল্লগ হবাউবগ লোয়্নন মতেক্ অমা নোংথক্ত, মতম খব লৈবাক্ত চেনবন লৈবাক নিংথৌ মরোল্ অহুমমক্ অসি ফাওদুন হন্ন হন্ন চেল্লবদ অতিয়া ফাওন মহাককি মমিংবু নোংমদোন য়ৌন ফাওখ্রবী তম্পান্ মাইবীগুম্ শাউগন্বীন অশাউবন মথোই কাবগ লোয়নন ঈশিংদ হওব য়েন্নাগ, খোঙ্ নন্নব খূৎপায় চাব নুঙ্গ অনীন কৈগি মকোক্ লব্রাই লুতোন্দ শুবদ নুঙ্ন মচি লৈরম্দুন কৈ মকোক্ কায়্রে। অথৌব কৈ অদুদি মকোক্কি ঈ অদু নূঙ্ অদুদ

য়িনা থৌতূ নূঙ্ঙতা পক্লে। তম্পা ৱাংঙম্লোন্না থৌতূ য়িপক্নুঙ্ঙপু লংপা মায়্পোমপা ওল্লও থাঙ্শাপা নিংথৌ সনা অসি খোইকুম্পনা চিঙ্শেম্লম খোইমোম্ লাইনা থুপ্ফম্তা থৌতূ নূঙ অতূপু থনম্লে। পান্পা খোংতুম্ খোং, কৈরেল্ লাউতুম্ লাউরে। নাৱা থেল্- ও তৌনা কৌয়ে। নোংপোক্ চিঙ্য়া লায়্খুল্ য়িলাইকুম্ য়িরীক্লাইনা পান্পা শারেল্ য়িপু শেংনারম্য়ে। তম্পা ৱাংঙম্লোননা লাইকোল্ য়িরিক্ লাইনা পান্পা কৈকি য়ুপু শেংঙময়ে। য়ি কৈশেং- ও তৌনা কৌযে। নুংপাল্ তোইপী লৈমা লূৱাং খূপা চনুনা লাইচা য়িরাল্ খোং, হয়রাঙ্ অশং লাই, তাউচিঙ্ অমুল্ লাই, মপল্ ওন্তে হল্ৱাই লাইপু লাইকোক্- ও তৌনা কৌয়ে। পান্পা অথৌপা কৈবেল্ ঙৌয়েক্লাপু শিতারে। তেংলৈ লওশীখোং শীকোং লোল্যাম্ পাংও তৌনা কৌযে। তম্পা ৱাংঙম্লোন্ যোয়পু মৈবা পান্চেম্পীকা খোইমোম্ মশাপি নোংপোক্ মালং হুমওইপাকাতি অসাইঙৈকি থৌপাল্ য়িরূফম্তা তম্পা শান্তেংফমতা ৱাইথুংলবে।

---

পক্লে। নিংথেম্ চনু পান্থোইবীন কৈগি ঈ পকপ নূঙ্ অদু অসি খোইগুম্ব নিংথৌ লংব মায়্পোম্ব ওল্লও থাঙ্ শাবন চিঙ্ শেম্ব লম্ লাই পূম্নমক্ন মাঙ্খিব মফম্দ থনমলে। অথৌব কৈজাউ অদু নাবন খোংবগ লাউবগ তৌবে। মবম্ অদুদাগি মফম্ অদুবু নাউৱা থেল্ কৌনখি। নোংপোক্ চিঙ্গি চিঙ্যাদ লৈব লাই খুল্গি ঈশিংন অদুগ লাইকুম্ লম্গি লীক্লান কৈগি পক্লিব ঈ অদু চাম্থোক্লম্ই। মদুগিদমক্ তম্পা পান্থোইবীন ঈশিং অদুবু লাইকোল্ ঈবিক্লাইন কৈগি ঈবু শেংনব কৈ শেং ঈ হায্ন কৌবম্ই। লূৱাং নিংথৌগি মনাও নিপান পোকপী লূৱাং নিংঙোল্ তোইবী লৈমন ঈশিং লান্খিব থোং, অশংব হযগুম্ন পোম্ব, অমুন্ব হযগুম্ পুম্ব অনাব অদুগি দমক্ মপাম যৌনব লাইথুংবু কোক্লখিবগি দমক অনাব লায কোক্ফম্ হায্ন কৌই। অথৌব অঙৌবন মযেক্ লান লাংব কৈ অদু শিদ্রে হায্বগি লওন কুপ্প থন্ন লৈব খোং শীখোং লোল্যাম্ পাং হায়না কৌই। নিংথৌগি মচানুপী মৈবা পোন্চেন্ৱী পান্থোইবীগ মবুংঙো নুংশিংত মযুম্ ওইব নোংপোক্ক

হায়্তাপারা? অতুনোংকিপু থৌপাল্ কৈমায়্ মাল্ লম্লেন্ কৈরাল্চিঙ্ - ও তৌনা কৌয়ে। তম্পা ব্রাংঙম্লোন্সুঙ্ তম্পা পান্পা ফাপী ব্রাংঙম্ কৈরেল্ তোংপী খিক্লোয়্ মান্পল থক্তা লাংকোই শাকোল্ থওপাপূ তাঙ্চা খোংখুল্ তাতাপীও তৌনা কৌয়ে। লাইচা য়িপাক্- থক্তা লম্ চেন্পাপু খূয়া য়িচোংতা খূতোল্ খোঙ্খুল্ নাইতাপীনা থৌপাল্ কৈমায়্পাক্ য়েন্পোং হীনোই য়িপু শাইওন্পী তম্পা কোরও অব্রাংপীকা মালং নোংপোক্ হুম্ওইপাকা শেল্লোয়্ মচিঙ্লেন্তাতি কোরও কূপ্তুম্ কূপ্নাতি পান্মন্নবে হায্তাপারা।

হে তম্পা ব্রাংঙম্ লোন্ পান্পা ফাপী অঙৌপা য়ূম্লেন্ লৈমা- ও, তমপা লাইরেম্মা নঙ্পু নহাল্ নোং নমাল্ খাপা শোক্চ্রোংপা কংলৈ লৈপাক্ মাপানা তম্পা মহূয়রোল্ তুপী ঙাঙ্য়েক্ চনুকি মার মখোঙ্কুন্পু লীবক্পাপু নাকা য়ি মরু থংমা য়িমৈলওকি হল্ব্রায্ ওন্তেবক্পাতা মোম্নু তাল্লোয়্ মরুম্পী মনু তেক্ঙা শোক্চ্রোন- পীনাতিয়িথিংল্লে খাপা শোকচ্রোংপা- ও, তম্পা যিহূয়রোন্

---

অনির্দি পান্থোইবীন ঈকুবম্ব মফম্ থৌবাল্ তুবেল্ অদুদ থুংলবে মদুগি দমক্ কৈমায়্ মান্ব চিঙ্ অদুবু কৈবাল্ চিঙ্ হায়ন কৌই। অদুগ তম্ফা পান্থোইবী ঈবেম্মবুসু কৈজাউ ফাবী, কৈরেল্ তোংবী খিক্লোয়্ মতোন্দ শগোল্ থওবদ শগোল্ খোঙ্গুল্ তাদবী হায়ন কৌখি। অদুগ ঈশিং ঈপাক্ মথক্ত লম্জেল্ চেন্বদ মখোঙ্ খুয়া চোংতবী লম্জেল্ চেনবদ মখোঙ্ খোঙ্দোল্গি মমি তাদবী থৌবাল্ কৈমায়্ পাক্ য়েন্পৎ নোইবগি মহীন ঈশিং ওইবী পান্থোইবীগ মশাবি ঈবুংঙো নূংশিংত ময়ূম্ ওইন লৈব নোংপোক্ নিংথৌগ মখোয়্ অনীন মখোয়্গি অথোইব ময়ূম নোংমাইজিঙ্দ অতিয়া শিম্লুংন ঙান্ পান্মিন্নবে।

হে নিংথৌগী মচা ঈবেম্ম কৈরেল্ ফাবী অঙৌব শাগৈগি অথোইবা ঈমুংগি মবেম্ম তম্ফা- ও, তম্ফা লাইবৈমা নহাক্পু নকু ঈবুংঙো কংলৈ নিংথৌ খাব শোক্চ্রোংবন ঈবেম্ম নহাক্কি খোঙ্গুল্ লীদুন থিজবদ নাগ তুরেলগি মরু ঈথৈলওদগি হল্লক্পদ মহাক্কি নুপী মনুতেক্আ শোক্চ্রোংবীন মপুরোয়বদ হংজখি। হে ঈবুংঙো থংলেল্ খাব শোক্চ্রোংব ও, নহাক্ন ঈমৌ ঈবেম্ম

তুপী ঙাঙ্‌য়েক্ চনুকি তাঙ্‌চা খোঙ্খুল্ লীরুপাতি য়োয়্‌পু তাঙ্‌চা মখোঙ্ কুল্‌পু লীখঙ্ তানা কতৌপা হল্‌ব্রারক্‌পনো? ব্রাঙম্ লোন্‌পু মৈরা তন্ তুম্ ওইনতি মাল্‌লং ফেন্‌চিল্ ওইনতি খম্‌কোল্ নোংলৈ ওইনাতি কোরও মথোঙ্ চিল্ কতায়্‌রম্‌তা খোইমোম্ লাই ওইখিপানো হায়্‌না পাওহংপাপু খাপা লৈরেল্ হন্‌না হে মোম্‌নু তাল্‌লোয়্ য়িরুম্‌পী- ও, তম্‌পা য়িহূয়্‌রেন্‌কি কোরও নোংকাফম্‌সুঙ খঙ্‌লকতেয়ে। তাঙচা খোঙ্খুল্‌পু ওৎলাপাকিপু মৈরাচিঙ্ পোন্ চেন্‌লম্‌তাকি হল্‌ব্রাইরকয়ে হায়না পাউখুম্ খোন্‌কিপু তেক্‌ঙা নিঙ্‌ঙোন্‌পীনা থংলেন্ খাপা লৈরেল্‌হল- ও, নপারি তরম্ খোইনুচাসুঙ্ তম্‌পা চিঙ্‌লাইরৈমানা লহাল্ খাপা য়িবাল্‌য়ায়্‌তা য়াংকোইনোংকিপু তুরেল্ লাংমৈপুঙ্‌তা তম্‌ফা ব্রাংঙম্ লোন্‌না লাইচা পাশানানা শাম্‌তেংঙৈতা অঙৌপা কাইনৌ চিঙ্‌শোম্‌পানা পাওথেম্‌লাপাপু লৈয়ে। মতু ঙাংঙোই য়োয্‌মোংপানা য়িমোম্ তম্‌পা ব্রাংঙম্‌লোন্ নঙ্‌কি চিঙ্‌ঙু নতিক্‌ন খোইমোম্ নপা চাপনে হায্‌নাতি

---

মতিক্ মগুণ চাউব অঙাঙ্‌ব ফিজেৎ ওইবী শাগৈগি নিংঙোন্‌গি খোঙ্গুল্ লীব চৎলুবদি ঈবেম্ম মহাক্‌কি মফম্ খঙ্‌দন হল্‌লকপগে? নিংথৌ মচা ঈবেম্ম তম্‌ফান মৈবাগি মশক্ ওইব তন্দন্ ওইদুন নোংশিৎক যেৎনদুন অতিযা মকোযদ লৈব নোংশিৎ ওইন কবম্ব অতিয়া অমদ চৎখিদুন লাই ওইথ্রবনো? মহাক্‌কি ব্রা অদু তাবদ খাব লৈবোন্ হন্‌ন হায্‌খি, হে ঈবেম্ম ঐনা তৌব থবক্ত লোয্‌নন ঐগি ঈরুম্ থূপ্‌লিবী, ঈমৌ ঈবেম্ম তম্‌ফান কদোম্‌দ চৎতুন নোংকাথ্রবগে শিথ্রবগে হায্‌ব অদুসু খঙ্‌লক্‌ত্রে। ঈবেম্ম মাগি খোঙ্‌চৎন মফম্ খঙ্‌দনব চৎথ্রবদি মফম্ খঙ্‌দন নুমিৎ মশেক্ কুপ্প চিঙ্‌মৈবোংদগি হল্লক্লবনি। মাদু তারবদ মনু তেক্‌ঙান হায্‌জখি ঐগ থংনবগি অথোইব ওইরিব হে খাব লৈরেল্ হন- ও, নচা ঈবুংঙো তরম্ খোইনুচা নহাক্‌সুঙ্ খল্লু। লহাল চিঙ্গুম্ মগুণ্ চাউবী তম্‌ফা লাইরেম্মন খাব ঐখোয্‌গি য়ুম্‌দ লৈরিঙৈদ নোংম মহাক্‌ন তুরেল্ লাংমৈপুঙদা ঈরোইদুনা শাবগা ঈরুরিঙৈদা অঙৌবা কাইনৌ চিঙ্‌শোম্ব লাক্‌তূন থেম্‌লম্ববগি ব্রা লৈবনি। অদুগ মবুং য়োয়্‌মোংবনসু মচন্দ হায়্‌খিব ঈচল্ ইবেম্ম তম্‌ফা নিংথেম্ ময়ুম্‌গি নিঙ্‌ঙোল নহাক্‌কি মতিক্ মপা চাব

ৱাহমলম্পাপু লোয়্য়ম হংনেম্পী চানা মিৎয়েং শানখৈরওপাপু লৈপাননে। অঙৌপা চেংলৌ শকউনা তম্পা চিন্কোয় পাউবান্নাঙৈকি মখৈপু তম্পা পুক্নিঙ্ লোন্না লাঙ্নাত খাপা খঙ্হন্তা য়াংপা উহন্ তানা হয়্রাঙ্ লোল্চৎনা শিঙ্লেন্ লৈৱায়নানাতি তোপ্না হুললাল্লময়ে। তম্পা কোরও অৱাংপীপু পামুয়ে হায়না তক্লও শিতং শোন্না শেন্মোইখিয়ে। য়িথংলেল্ কংলৈ লৈপাক্ মাপা- ও, তম্পা কোন্খৈ অতাম্পীতি শেললোয় তকূপ্ পুরৈচিঙ্ সনা হাযযাইচিঙ কুপ্তুম কূপ্না পালিঙৈনে। তম্পা ৱাংঙম্লোন্না লহাল্ খাপা যিবাল্যায়াতা য়াংপা য়িশাইকোন্তা য়াংকোইনোংকিপু লৈপনে। য়োয়্পু চয়্রৈ শেৎনামাল অমনপা মাল্লও ওন্নামল্পু লৈযে। তম্ফা চয়্বৈ ময়িনফি অমন্পাপূ তাবম্য়ে। য়োয়্পু যোম্লাং কাওপী মনাশি অমন্পা, লৈবাংচিন্নামল্পু ফক্লাং লোন্চা নুংদা থেৎলম্পাসুঙ্ লৈযে। খুকা নান্পী ৱা শম্চেৎনা তোন্ নান্ নোংকিপু শম্লাং চোইনা কেল্লওপাসুঙ্ লৈপানে। তম্পা চয়্বৈ

---

লাইনি হায্না ঙাঙ্নব মতম্দ হংনেম্বীগি মচা নীপা লোয্যম্ন থেংনদুন উহৌব ৱাসু লৈর্বনি। অঙৌবগ মশক উনদুন ৱা ঙাঙ্নখিব নুমিৎতগি হৌন পান্থোইবীগি মপুক্ ওনদুন লোন্ন খাবা শাগৈব্র খঙ্হন্দন মখোয্ অনী যানবগি মতৌ উৎতন হাযনিঙ্ব হায্নব চামিন্ননিঙ্ব চামিন্নবগি মওঙ হয্বাঙ্ লোন্ন চানব, অমগি লৈন অমন চিন্দুন পূক্চেল্ তিন্নখিবদগি ঐখোয্বু হুন্দোক্লুন চৎথ্রবনি। নোংদোন্গুম্ন মগুণ্ চাউবী তম্ফা অদু পান্মুই হায্ন তক্শি শোন্খি। হে থংলেল্, কংলৈ নিংথৌ- ও, চাউবগি ঙম্খৈ লৈতবী তম্ফা পান্থোইবীদি তকূপ্ঙান্ব শেললোব্ চিঙ সনাগি মশক্ ওইব হয্য়াইচিঙ্দ মতকি মগুণ চাউনা পাল্লবিগনি। নিংথৌগি মচা ঈবেম্ম তম্ফা পান্থোইবীন লহাল্ঙৈদ খাব ঐখোয্গি যুম্দ লৈবিঙৈদ তৌবম্ব থবক্ লৈরি। ঈবেম্ম মহাক্ন শেৎলমব অমন্ব ফি যাওন্নবম্ব, অমন্ব ইন্নফি লৈ। তম্ফান ইল্লম্ব অমন্ব, ফি তাবম্খি। ঈবেম্মন মনাদ চিল্লম্ব নাচোম অমনবা মহাক্ন চিল্লগ ফক্লাংদ থেৎলম্ব অমন্ব লৈসু লৈবি। খুগাদ হওব ৱান শাব শম্চেৎন মশম হাংপদ কেল্হৌব শম্অচোইবসু লৈবি। তম্ফা

ওন্নাফি অমন্পাপু ৱাংঙম্ মহাক্ শাংকুম্পানে চিংঙ্ু লাইফম্ শেম্নাতি খোইমোম লাইফম্ য়াসে। তম্পা য়িহূয়্রোল্ কোনখৈ অতাম্পীকা মশাপি মালং নোংপোক্ হুম্ওইপাকা লোক্লৌশানা লাংকোন্নাতি নাউয়োক্রাপিরাসুনো হায়্নাতি য়িথংলেন্ কাপা লৈরেল্হন্- ও, নারুম ঐতি শেল্লোয়্ খূৎলাম খাম্ মণ্ডল্ তরং ৱাংপা চিঙ্তা, লাংমাই খূনেৎচিঙ্, শেল্লোয়্ অমম লৈশালোক্তাতুম তম্পা য়িহূয়্রোন্ পান্পা কৈরেল্ তোংপীকি হৈনা মতুং য়িন্তুম য়িন্তুনপু পাওথেম্লুকেতা থংলেন্ কংলৈ লৈপাক্ মপা ও, নঙ্তি তড়া চাক্ হানানাপাপু শারেল্ শানৈঙাম্ ও। অঙৌপা মশাপিকি তমক্সুঙ্ তড়া চাক্মাংতাপাকি তমক্সুঙ্ চকমোম্ খাম্পী মৈরূপ্ তৈনা শেম্লম্- ও হায়না তিল্মেল্লাপাকা তেক্ঙা নিংঙোনপীনা তম্পা মহূয়্রোন্কি চয়্রৈ শেৎনামল্, মাল্লও লন্নাম্ল্ অমন্পাপু চূপা থেৎনামল্ লৈরাং অমন্পা শম্লাং চোইনা কেল্লওপাপু লৈয়ে। তম্পা মাকি নূরা ঙাইখোং লংলূক শিনশূরূক্ অনমপাতা হাপ্তনা চয়্রৈ ফিনা য়োমমতূনা থনময়ে। চেংলৌ মিৎথিৎলুরাপাকিপু

---

মহাক্ন নৈনরম্ব মফি অমন্ব অসিদি মহাক্কি মশামকুম্বনি, ফিমন্ অসি লাইফম্ শেমদুনা খুভম্ য়াদুনা লাৎলসি। ঈমৌ ঈবেম্ম ঙম্খৈ নাইদবী তম্ফা পান্থোইবীগ মশাবি ঈবুংঙো নুংশিৎতা ময়ুম্ ওইব নোংপোক্ নিংথৌগ অনীন পল্ ওইন ঐখোয়্বু কোল্বিদুন য়োকপিরসনু। হে থংলেল্ খাব লৈরেল্হন্- ও নশানৌ ঐদি হান্ন শেম্ব চিঙ্ শেল্লোয়্ চিঙ্জাউ, মগুণ লৈন ৱাংব চিঙ্ নুমিৎন অহান্ব তাব চিঙ অমম্বদ লৈপাক শাবদ য়াওব লোক্ত ঈমৌ ঈবেম্ম কৈরেল্ কৈজাও তোংবী তম্ফাগি মতুং ইন্দুন মাগি খোঙ্গুল্ লীরগ হায়জরুগে। কংলৈ নিংথৌ থংলেন্ নঙন ঈবেম্মন লূক্ হাননব ফজ ফজব শা- ঙা শেম্ল* ধু অদুগ চাক্মাং কৎপ য়াদব মশাবি ইবুংঙো অঙৌবগি দমকন অতোপ্প চাকখুম শেমলম্মু হায়ন পাওমেল্লমলগ মোমনু তেকঙান মমৌ ঈবেম্মগি শেৎনরম্ব অমন্ব ফি য়াওন ইন্নরম্ব ইনফি অমন্ব, চুবাদ থেৎনব লৈ অমন্ব, কেল্হৌব অচোইব মশম লৈ পান্থোইবীন মাগি অমন্ব, শিল্লূক্ত হাপ্পগ ফিন য়োমদুন থনমই মোনু তেকঙান মাদু থেংনবদগি মমিৎতুমপি কংদনা কপ্পগ

পিরেম্ খক্মাতানা থীক্লেন্ থাতা পম্নাতি তম্পা মনম্ খাঙ্পা মনমথাংনা তচাপী পাইখু লেংহাপ্নানা মনু তেক্ঙানা তম্পা মহূয়্রোন্ কি তম্পা সনা মখোঙ্খুন্পু লীরক্য়ে। লংমাই মুংপী লম্লেন্ য়িল, থোংলেল্ তিংপী লান্না শেল্লোয়্ পায়্রংথেল্ লংমাই তওমুকোল্ অঙৌপা পুরৈরোম্পাকি লৈয়োল্লক্কি শিনথা য়ি, লংমাই চিঙ্খোঙ্ শাচাম্পাৎ, কেকে মাইপা হাইপাহায়্পল্ মনাওনা অঙৌপা পুরৈরোম্পাপু কোরও লল্শানাপা মেন্নাংতন্পা শাচাম্ পাৎপু লাল্লকলে। অঙৌপা মকাইফম্তা খাপা হোইতোন কোক্পম্ নিংঙোন্পীনা অৱাং কোরও নোংপু য়েং পিরেম্ চাইচি য়িরোয়্নানা তম্পা ৱাংঙম্লোন্পু মালেম্ থৌরৈ লৈকা পায়্না পুকুম্চাখিয়ে। তম্ফা তুপী চিঙ্লাই লৈমা- ও, খাপা য়িরালয়ায়্ য়াংপা য়িশাইকোন্ তাপু পূনুং হারেপ্ লৈকুম্না ঙাননাবীও, খাল্লৈ লওরু কোয়্কুম্না মিরেল্ খাথারাক্না খান্নাকে হায়্না হোয়্থিরুপাপু চিঙঙু লাইপক্ থীপী ঐপু য়াম্চেং কাশা চাউপীনিকিনা শিঙ্লেন্ অরেম্পা লৈরাং অতিংঙাপু

---

শিল্লক্ অদু মথাদ কোল্লগ পান্থোইবী মনমদ ইল্লমব লমথাং অপাব অদূন মরেংবান্দ য়াল্লমব মমৌ ঈবেম্ম তম্ফা পান্থোইবীন লৈখিব লম্দম্ য়েংন পান্থোইবীগি খোঙ্গুল্ লীরক্লে। লংমাইজিঙ্ তাব লম্বী লমজাউ ইন্ন অচৌব থোংজাউ লাল্লগ শেল্লোয্ চিঙ্গি পায়্রংথেল্, তওমু কোল্ কৌব পুরৈরোমবগি লৈবাক্ ময়োন্দগি চেম্থরক্প ঈশিংন তারুব লংমাইজিঙ চিঙ্খোঙ্গি শাচামপাৎ কৌব মফম্, কেগেগি হায়্পল্ মনাও মাইবন অঙৌব পুরৈরোম্ববু ঈড়াৎননব হামেঙ্ লাবগি মশা চাম্খিব পাৎপু লাল্লক্লে। নোংপোক্ নিংথৌগি লৈফম্দ হোইতোন্ কোকপম্ নিংঙোল্ খাবগি মৌ মনূতেক্ঙান অৱাংবদ লৈখ্রব অৱাংব নোংদোনবু য়েংলগ মমিত্ত পি তান তম্ফা পান্থোইবীবু লৈপাক্ পকন খুরমজখি। হে ঈবেম্ম মগুণ্ লৈব চিঙ্গি লাইরৈম- ও, খাব ঐগি শাগৈদ ঐখোয়গি ঈয়ুম্দ লৈনুংদগি চোংথোক্তুন ঙান্ন শাৎপ লৈগুম্ন ঙান্নজবীও, নহাক থিজবদি লওগি ঙম্খৈ খাব শম্বন্গুম্ ঈচা ঈসু পূম্নমক্কি য়োকপি থাক্পিনব থিজবনি। অদুবু ঐগি ঈরাইবক্ থীবন লাইবক্ ফত্তবদগি চিন্নব য়াদব অবেম্ব লৈন কান্নদবগুম অরেম্ব তারে। লাইবক্ থীবী লাইবক্তঃ তুরৈন পান্বী

ওইহৌরে। ঐতি শব্বা তুরৈ শোয়পী য়িশুংলাংকিপু নুরা হংকেল্ পৌরা য়িন্খোঙ্ লীকুম্ শোয়্নরে। তুরেল্ ব্রায়্খূ পীচা চেংলৈ মমা মথা ফক্কুম্না করম্ না ফক্নারাপানো? লাংপল্ লৈরাই চোপতা খোইরীনা তৎপাকুম্না তৎনারে। তম্পাকোরও য়িনোংথী নঙ্না নোংথী মাইরৈ চল্লাপাকি নতাইরেম্ খাপা য়িখোয়্কি য়িরান য়ায়্পু খনখু ময়েং তানা কাঙ্খা নাউথী হওরে। শূমায়্ তিংথৌ হওরেতা। য়োয়্পু সনা নথৌচান্পু চান্পিয়ো, নুংশি য়িংতৌ য়েংনতি নুংওন্পিয়ো। তম্পা সনা নখোঙ্ খুন্পু থিখঙ্ তারাপকি নমান্ কংলৈ লৈপাক্ মাপানা তম্পা নঙ্কি ভম্বক্পু শংলৌ থৌরাঙ্ লওয়ে। অঙৌপা নশাপিকি তমক্সুঙ্ তড়া চাক্ মাঙ্ তাপাকি তমক্সুঙ্ লাপা খুৎপী তৌরাইচিং মৈপা মৈয়ে মৈশূৎয়ায়্তাচল খাম্পী মৈশেংলও, চক্মোম্ খাম্পী মৈরূপ্ অমা তৈনা হৌরে। অঙৌপা পুরৈরোম্পা খুন্তা য়ুপু য়ুঙৌ পুন্চা ওৎলওয়ে। তম্ফা কোরও য়িনোংথৌ নঙ্পু তাঙচা লুতা থোংনাতি নোংহাম্চারিয়ে য়োয়্পু লাইরূরা অতেংপী নঙ্কি চয়রৈ নফি য়িন্পু মাল্লও নকানপ

---

ঐগিদি হংগেল্ পৌরা পুন্ব লীন মপা শোয়্রগ ইনখোঙ্ শোয়্নবগুম শোয়্নরে। তুরেল্ ব্রায়্খূ মচান লৈরাইদ মমাগি মথা ফক্তুন হুন্দোক্পগুম্ করম্ন ফাক্তোক্লবনো? লাংবল্ লৈরাইদ খোই চোপ্লদ খোইরী তৎখিবগুবাম্ন ঈবেন্ম নঙ্বু তৎনরে। ঐখোয়্গি নিংথৌ ওইবী পান্থোইবী ঈবেন্ম নঙ্ন ফত্তব নোংমিৎ থোক্পগি নমায় ওস্থোক্পিখিবদ ননাই খাব ঐখোয়্গি ঈমুং অসি লৈজবা ময়েং তারে, কাঙ্খাদ ঈশং কাদুন নাউথী হওরে। শুমাঙ্ তিংথৌ হওবে। ঈবেন্ম নহাক্ন পান্বিদুন ননাই ঐগি ঈতৌ যেংন নুংশিবিয়ু। ঈবেন্ম নঙ্ন চৎখিব মফম্ থিব ফংদ্রবগি নকু ইবুংঙো কংলৈ নিংথৌন ঈবেন্ম তম্পা নঙ্গিদমক্ চান-থক্লব থৌরাঙ্ তৌহৌরি। নশাবি চাক্শেং চাব অঙৌবগিদমক্সু মৈবাচয়ন থারগ ময়ায়্দ মৈ মশক্ খঙ্নব মৈশূৎ হাপ্লগা মৈবা চিংদুন মৈ অশেংব লওরগ মৈফম্ অমা তোপ্ন হৌরে। অঙৌব পুরৈরোম্বন খুন্তাবদ থক্খিব য়ু অঙৌব অদু অতোপ্প পুন্ মচা অমদ থোংহৌরি। ঐহাক্কি লাইগি নিংথৌ ওইবী তম্ফা নহাক্পু ঈকোক্থক্ত থোংগৎতুন ঙাইজরি। লাইগি নিংঙোল্ পুম্নমক্কি

অমন্পাপু তাপু তারমলায়ে। খুকা নানপি ব্রা শম্চেৎনা তোন্নান্ নোংকিপু নশম্লাং চোইনা কেল্লওপাপু লৈরম্য়ে। মনু তেক্ঙা হনু হায়ু কাপী ঐনা নাপা উরেকশেক্ অঙৌপানা চুপা লৈওইনরপী তারি মান্লৈ কাপাপপু লোইপী কাকুম্লাপী ঐনা তাঙ্চা লূতা থোংনাতি চয়্রৈ ফিনা য়োম্না নোংহাম্চারিয়ে। তম্পা তাঙ্চা শম্তোংমাতাপু য়োন্তানা তারমলায়ে। তম্পা কোন্খে অতাম্পী- ও, নাপল্কি কংলৈ পুঙ্মায়োন্তাপু অমুকতাপু হল্ব্রাইপি- ও। খাপা য়িরাল্ য়ায়্তাপু মালং ফেন্চিল্ ওই, খম্কোল্ নোংলৈ ওইনা চেংলৌ মিৎকুপ্ মারম্তাপু তাপিরম্লা- ও। নশাপি অঙৌপা কাইনৌ চিঙ্শোম্পাকা ঙাইরোয়নানাতি খাপা য়িরান্য়ায়্তা য়োন্তানা কুম্পিরম্লা- ও হায়না পিরেম্ চাইচি থারূপ হওনাতি মালেম লৈতা ওন্নাতি মীকপ্ খোন্কিপু অঙৌপা চীঙ্লেন্ শোম্পাকা তম্পা ব্রাংঙম্লোন মতৈ মনাউনা চিঙঙু মরল্কু থৌচাল্ মিৎয়েং থুংনা খোইয়ম চেংলৌ শক্ওঙ্ব্রুৎনতি শংশঙ্না মনু তেক্ঙাতা য়োয়্চান্পিরে। কাওরেল্ শল্তন্পা শায়াঙ্

---

মকোক্ ওইবী ঈবেম্ম নহাক্ন ইললম্ব ইন্নফি অমন্ব, থাখুম অমন্ববু তারম্ই। খুগাগি ব্রান শাব শম্জেৎন নশম তোয়্ন হাৎপদ চোইন কেলহৌব ঈবেম্মগি তাহৌব অচোইব শম্সু লৈরম্ই। ননেম্ মনুতেক্ঙা কৌবী হনুরবী চূবাগি শম্ন উরোক্কি মতু অঙৌব উরোক্কুম্ ঙৌরবী, দারি কাবদ চিঙজাউ কাবগুম্ ব্রারবী ঐন নশম্ নফি পূম্নমক্ ফিন য়োম্লগ কোকথোং পুরক্তন ঙাইজবি। তম্ফা নহাক্কি নশম্ অদু শম্না অমত মাঙ্দন তারম্ই। হে ঈবেম্ম নগুণগি ঙম্খে লৈতবী তম্ফা নহাক্ন নকুগি য়ুমদ অমুক্তদি হন্বিরক্উ। খাব ঐখোয়্গি য়ুম্দ মিৎকুপ্ অমত ওইরবসু তপ্ন শিৎপ নুংশিৎ ওইন, নত্রগ অতিয়াবু কোল্লিব নোংশিৎ ওইন ওইরবসু চঙ্বিরম্মু। নশাবি ইবুংঙো নোংপোক্ নিংথৌ কাইনৌচিঙ্শোম্বগ লোয়্নন খাব ঐখোয়গী য়ুমদ কুম্বিরক্উ হায়্ন মমিৎত মপি তাদুন লৈপাক্ত ওন্ন থোইন কপ্চরবদ নোংপোক্ পান্থোইবী মপু মনাই অনীমক্ন চান্বীব হৌনব মিৎয়েংন য়েংবিদুন থাঙ্গৈশেংব লাইগি মশক অদু উত্তুন মনু তেক্ঙাবু তশেংন চান্বিরে। থব্রায়্গি মশক্ ওইব অনীন অথোইব শল্লাবগি মথক্ত তোংব, নুমিৎ

থক্তাতিসনা ফম্পাল্ ওইনা হেন্মোইপাপু নুমিৎ লিশিঙ্ থোক্কুম্না মালং য়াইপী খাপাংনানা তম্পা মৈরা ফানীক্না য়িশিং কানক্না সনা লৈখাম্ তোল্লোঙ্ চিন্না তাঙ্চা লিল্লা খৌ য়েৎনা, টিমেল্ টারোঙ্ শূপা য়োৎকী খূরুম তোংপা, শেন্কি কাতি শুপ শম্লাং চোটাপুপাপু খাপ্রাং লেপ্মান্না নামৈরা ফনীক্না, থওপি লাইচা কান্কনা, অঙৌপা থপাক্ লীক্শিরমতাতি নুমিৎ লিশিঙ মঙাল্কুম্ শক্লেন্ শংশংন ব্রুৎপিরে। য়াৰা খোঞ্জেল্ মিনাতি য়িনু তেক্ঙা খাপা নিংঙোল্পী- ও পিরেম খক্মাতানা মালেম্ লৈতা ওন্না শমলাং ফাথানানা নুংওল্লাকূনো। য়িশাপি অঙৌপাকাতি মালং নোংহুম্না লাংকুম্না কূম্লককে। অঙৌপা য়িশাপিসু চিঙ্ঙু মতিক খঙ্নাতি প্রুম চাঙাম্ ও হায়না পাওমেল্লাপাতা তম্পা মঙল্ তম্নাতি হনচিনখিরে।

মনুতেক্ঙা খাপা নিংঙোন্পীনা মালেম্ লৈতা ওন্নাপু পাওথেম্চাপা খোন্কিপু তম্পা মৈরা পোন্ চেনপীনা মশাপি কোরও খোঙচোম্পাপু য়াহৌখোন্কিপু তম্ফা মতৈ মনাও অনিমতি কোরও

---

লিশিঙ্ অমা খব্রাংনন থোক্পগুম উৎপিরে। তম্ফা পান্থোইবীন মৈরা মচু মান্ব ফনেক্ শেৎলি, ঈশিং মচু মান্বন খাংজেৎ ওই, সনা লৈখাম্ মতোল্ লোঙ্ব চিন্লগ লিল্ খাওনা ওন্ব টা মতোল্ লোঙ্ব পায়্ব মশম্ জোটা পুরগা য়োৎকি খুরুম তোংব শেন্গি কাতি পায়্ব নোংপোকক লেপমিন্নদন মৈগি ফনেক্ শেৎপী ঈশিঙ্ থাকুম্নবী লীক্লা তারক্প অঙৌব থবাক্ন নুমিৎ লিশিঙ্ অমগি মঙালগুম্ন অসেঙ্ব মশক্ উৎপিরে। ঈবেম্মন খোঞ্জেল্ নৌন নুংশিবগ লোয়্নন হায়রক্ই, হে খাব নিংঙোনবী মনু তেক্ঙা- ও, নমিত্ত নপি তান লৈপাক্ত ওন্ থোইন নশম্ ননা ফান কপ্প তৌরগনু। ঈশাবি ঈবুংঙো অঙৌবগ ঐখোয়্ অনীমক্ শিনন থুংন লৈব নুংশিৎ নোংহুম ওইন লাক্লগে। ঈবুংঙো অঙৌববু লাইনি হায়্ব মশক্ খঙ্ন খুরুমজহৌ হায়্ন তাক্পিরম্লগা নিংথৌ মচা ঈবেম্ম তম্ফা পান্থোইবীদি মশক্ অওইব খঙ্হল্লগ হান্নগি শক্তম্হনজিনখ্রে।

খাব নিংঙোন্বী মনু তেক্ঙান লৈমায়্থক্ত ওনথোইন কপতুন হায়্জবগি মপান্ন অদুগ ঈবেম্ম মৈগি মশক ওইবী পান্থোইবিন মশাবি নোংপোক্ত থেম্জমন্গি নোংপোক্ পান্থোইবি অনিমক্ চেক্লা নোংইন্ন নোংগ য়েৎনন

নোংযিল্ চেক্কুম্না লীযেৎনানা মালং ফেন্চিল্ ওইমিন্না খমকোল্ নোংলৈ নোংহুম্ ওইমানানা মপল্ কংলৈ পুঙ্মাযোনতা খাপা মবাল্ যায্তাতি তাবক্লে। যাংপা পুম্না হওনা চাম্লও লাকা থা, পশোৎ লমকালোই, লোইমোম ফৌ কপোক্ মায্পান্‌পীপূ ফাম্না হুল্ খোইযম লাইথোঙ্ শিন্না যূম্‌পী চাউবা খূতিঙ্তা চাম্লও লাকা যোম্না ফিঙৌ থক্খল্ খন্না মালেম্ লৈমায্ লৈঙোই পাকতয্না শন্থি কাংকা নাল্লাপাতা নুঙ্লক্ পেংলৈ হও নাউকল্লা থোংনাং চিঙ্তা পান্পা লা চাম্লও লাতোল্ থানা চেঙ্ঙৌ ফাহাপ্না যেকম কাংখিল্তম, শিঙেল্ লৈহুল তৈবাপাতা তম্পা নোংথাং যাংপা মযূম নাক্তা চঙ্লক্পাপু মমান্ নিংথৌ খাপা শোকচ্রোংপানা চক্থাঙ্ যৌবোঙ্ ফান্না মনুতেকঙা খাপা নিঙোন্ পীনা মৈপুল্ হাইচৌ থাল্, শবিক্ লাইহূয নোংতম খিঙ্, মোইপূঙ্ - থিন্কাম্নানা, তঙেৎশেনফাং যৈ, শিংকা খুদোংনা, ৱাংলেন্ মবাঙ্ হওনতি লম্ওক্ঙাম্যে। খাপা মবান্ যায্তা খোইমোম্ লাইশঙ্ শা,

---

লৈবগুম্ন যেৎনন খাবাংনন লীযেৎনব নুংশিৎকুম্ নোংদোন্ কোনব নুংশিৎ নোংলৈ নোংহুম্ ওইমিন্নন মকু ঈবুংঙোগি কংলৈ পূঙ্মযোন্দ লৈব খাবগি মযূমদ লেঙ্শিল্লক্লে। খাব পূম্নমক্ তিন্দুন লা থাবে, লম্বী থুংন ফিঙৌ থুংন থাবে, ফৌগি কবোক্ অফাবন ফান চাইবে। লাইশঙ্গি যুম্বী পূম্নমক শিন্ব থুংন লান যোম্লগ মথক্ত ফি অঙৌবগি থাখল খল্লে। অদুগ লৈমায্দন লৈঙেংগন পাক্ন তয্বগ শন্থীন নাম্লনব নান্শিল্লে মাদুগি মথক্ত নুঙলক্কি লৈকুপ্ত হওব মযোন্গ তাইনব, থোংচুপ্ মায্কৈদ হওব লাগি লাতোল্ থাবগ চেঙ্ঙৌ ফাহয্ ওইন হাপ্লগ মথক্ত যেকমন কাংখিল খিন্বগুম্ ফজন খিলল্গা লৈনৈ মতুং ইন্ন লৈ কৎলবদ তম্ফা পান্থোইবীন নোংথাংঙ কুপ্লাওন্ ইঙাল্ ঙান্ন খাব মযূমদ চঙ্লক্লবদ মকু নিংথৌ খাব শোকচ্রোংবন থাঙ্ যৌগল তৌজবে, মনেম্ ঈবেম্ম মনু তেকঙান শবিক্ খিঙদুন মৈবা চাউন কৎলে। মদ্দ মোইবু খোংলে, শেনফাং হায়বদি ঝাল্, মাঙ্গঙ খিঙ্লে, শিঙ্গা খুতোংনন খোং পুঙ্জাউ মখোল্ হওন থিন্দুন ওক্লমলে। খাব শোক্চ্রোংবগি মযূমদ লাইশঙ্ শাবগ লাইফম্ যাদুন থম্লে। মবুংঙো

চিঙ্ঙু লাইফম্ শেম, চয়্রৈ ফিঙৌ খন্না তেরা নম্খাঙ্ তৈনা শেম, মোলাং তপ্তাই থানা প্রুম্চাঙাময়ে। তেকপী ওক্চাউ শারেল্ শাফালাক্, কাইরৈ য়েন্ফাং চল্ মেনাংতন্পা চীরৈ চিংনা, খারা, মৈতুঙা, ঙানু খেরে চিন্পাক্পীকা খুনু মানথিক্ তোঙ্কা য়াওনা অঙৌশাচা মাংতাকপাকিসুঙ্ খাম্পী মৈরূপ্ অমা তৈনা হৌনাতি থাঙচি য়াতোই লেল্, শঙপাই মকোংচেং, ব্রাল্লেং নিঙ্কোয় ওৎনা চপাল মিতম্ য়েংনা চেঙ্ঙৌ ফাহাপনা য়েন্ল্ কাংখিন্না হয়্রাঙ্ মথেল্ তৈনা তাউচিঙ্ পুঙপু লেম্না মৈতেংঙু সনা কয়থেল্লেনতাকি লুক্মায় তরেৎতা থোকপা অথুম অহাউপা মরম্ তরেৎপু লফোয়্ লাতং হয়্কল্ লাকল্ মশিঙ্ শুনা লুকলেন্ পামনা হারে। অঙৌপা মশাপিকি তমক্সুঙ্ তড়া চাক্শেং লুকপু লূকলেন্ পামনা হানা য়োয়্নাখিয়ে। শিঙ্লেল্ চুনপা লৈরাং নিঙ্থিপানা য়োয়্নারে। খাপা পুমনা হওনা য়াংপা মায় ফং শানা মান্পী খূৎতপ্না মূক্মু লৈতোল কোন্না প্রুম্জখিয়ে। খাপা শোকচ্রোংপা কংলৈ লৈপাক্ মাপাকা মরুম্পী

---

মবেম্মগি দমক্ থাখল্ অঙৌব খললে, অদুগ খুদাদ তেবান নম্ঙা শেল্লগ মোন্দুম্ মোন্তেক্ থাদুন কৎলগ খুরুমজরে। মবুংঙো মবেম্মদ অচৌব ওক্ ফাদুন শারেল্ কৎলে, য়েল্ অনীন য়েলহিং কৎলে। হামেঙ্ লাববু মচিদ থওরী থুদুন চিংলক্ ঙানু খরা, মৈতুঙা, মচিল পাকপ ঙানু খেরে মথীক্ তোঙ্ব খূনু য়াওনা চাকমাঙ্ চাদব নোংপোক্ নিংথৌগিসু মৈফম্ অমা তোপ্ন হৌরগ শায়্বদ থুন তোইনব থাঙ্জী মচা মচা ওইন শংগাই মযা থূমব ফাওব কুপন লেন্দুন ব্রাললোংদ ওৎন ওৎন থোংলগ চবানদ খুদম্ যেংলে। অদুগ অঙৌব চেঙ্ন ফাহয়্ ওইন হয়্রগ মথক্ত য়েরুম খিন্দুন অমসুঙ্ অতোপ অতোপ্প মখলগি হয়্ মখল মখলনা পুঙ্ পৈবগুম পৈরে। মদুদ কয়্থেলগি লুক্ মায়্ ৭ কি কবোক্ অথুম, অহাউ মরম্ শুন হাপ্পগ লফোই লতং হয়কল্ লাকল্ মশিঙ্ শুন চানব কৎলে। মশাবি নোংপোক্ নিংথৌগিদমক্ত অশেংব লুক্লেল্ অমা চাউন কত্তুনা চান্বিনব খুরুমদুন হায়্জখি। মবুংঙো মবেম্মন চিনবদ পক্কদব ফজব লৈ কৎতুন থৌগল তৌজরে। খাব ঙানব শল্লাই পূম্মক্ তিল্লদুন নোল্লুক্ন মখুৎ অনী লোন্নরগ অনোন্ব নিঙ্থিব ব্রাহয়্ন খুরুমজখি। কংলৈ নিংথৌ খাব শোক্চ্রোংবগ মনু তেক্ঙাগ অনীন নোংপোক্ পান্থোইবী

তেক্ঙা নিঙঙোল্ পীকানা তম্পা মতৈ মনাওকি মমাঙ্ শংশঙ্ পাতা শমু মখূৎ লোন্নানা পিরেম্ খাক্মাতানা য়াথং লৈশি লৈথোল্ তৈনাতি হে খোইমোম্ লাইয়িংথৌ অঙৌপা কোরও খোঙ্চোম্পা কোরও য়ি নোং তাও- ও, তম্পা নশানৌ তুপি চিঙ্লাই লৈমা ব্রাংকোল লাইরূরা অতেংপী ব্রাপল্ য়িকাশাকা নপিঙ্ঙানা নামান য়িথংলেন্ য়িরুম্পী য়িপিঙ্ঙাকি লঙ্চা কোংচাপা ব্রারৈ নারৈ চেন্পাপু নোংথি মায়রৈ চেন্পিকুনো। নতাইরেম্ খাপা লাঙতক্ন য়াংপা লাঙ্ফেন্না খাপানা মাঙ্তা থানা য়াংপালক তুংয়িল্ তান্পা নোংকিপু লৌশিং ফৎমাঙ্নাপাপু ব্রাওইপিকুনো। নপল্ কংলৈ পুঙ্ময়োল্ অসীপু ব্রাঙম্ পুঙথাঙ নীক্তাপা তেৎনৌ চিতাই নাইতাপা পোইরৈ মনিল্ নাইপা, ব্রাঙম্ তানাতানা পান্পাপু পোইরৈ চারী কূইনা পান্পা, ব্রাঙম্ খোম্তোন্ শাংপা, থৌতু লেপনা খিন্পা চেঙচা তূকুম্পাপু লেপ্না য়ুংপাপু লল্কূপিরম্ও। নতাইরেম্ খাপা য়িরাল্ য়ায়্তাসুঙ লওরূ চাউপোক্পা ব্রুরূম ব্রাহোঙ্পা, শিঙ চা কোন্খিনপা, তাইয়ম নাইশীপা

---

ঈবুংঙো মবেম্ম অনীগি মাঙ্দ মমিংত মপি তান কপ্তুন মখূৎ অনী লোন্নদুন লৈশি লৈথোন্ব নিঙ্থিব ব্রাহয়্না হায়জখি। হে ইবুংঙো লাইগি নিংথৌ অঙৌব অতিয়াগি মশক ওইব নখোঙ্দ নতু য়াম্ন হওব ঐগি অচৌব লাইসু ওইব নিংথৌসু ওইব তাবিয়ু। ননাও ঈবেম্ম অচৌব চিঙ্গি লাইরেম্ম ওইবা, নিংথৌগি মচা অথোইবী ঐগি লাই ওইবী তম্ফা লাইরেম্মগ নখোয়্ অনীমক্ন নকু ননেম্ ওইব ননাই ঐখোয়্ অনীগী অয়োন্ অরান্ব কয়া লৈরবসু নোংথি নোংমংব অতিয়ান তৌবগুম মিংলৈ মায়্রৈনদুন নমিংশুক্পিগনু। ননাই ঐখোয্ খাব শাগৈন মাঙ্দ তা, ঙান্ব শাগৈন তুং ইন্নদুন অঙাওবগি মতৌগুম্ন ঈবুংঙো ঈবেম্ম নখোয়বু তান্নবদ লৌশিং য়াওদন তৌখিব অদুসু পুক্লিংদা ব্রা ওইন লওবিগনু। নপা ঈবুংঙোগি কংলৈ লৈবাক্ অসি লৈবাক্ মরা তপ্ন পান্জব, পুক্চেল্ খোয়্জেল্ তিন্নন অচাল্ অরাই নাইদব লৈবাক্ অসিগি মগুণ মীন ঙাঙন্নব লৈবাক্ মমিং চৎন পান্ব মচা মশূ মথং মথং কুইন পানবা মচা মশূ ময়াম্ন পোক্প, মপা মপুগি মথৌ চাউন তৌদুন মিংচৎকি উরোং খিনব, চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্ন পান্দুন নুংঙাইব য়ূম্বীয়ুংব পীনবিরম্মূ। ননাই ঐখোয়গি খাবগি ঈমুংদসুঙ্ লওরূ ইংখোল্ চাউব, ব্রাহয়

কাওপী শং লোইপা, য়ুমলেল্ মনিল্ নাইপাপু ললকুপিরম্- ও। তম্ফা নঙ্কি চয়রৈ শেৎনমাল্, শিঙ্লেন্ চিন্ নামল্ লৈরাং অমন্পা শম্ লাং চোইনা কেল্লওপাপু তাঙচা পম্তোং শমলাং শম্পূম্মা অসিপু তম্পা নহাক্শাংকুম্পানে। থৌচাল্ লল্কুপিরম্- ও। নতাইরেম্ খাপা য়িখোয়্সুং, তম্পা নহাক্পু শংশঙনা লৈপাকুম্না নিঙ্চারকে চিঙঙু প্রুম্চারাকে। পোইরৈ লৈপাক্ ঙাক্পি- ও হায়না খাপা পুম্ন হৌন য়াংপা পাক্না তাইনাতি কাওপী চীকারূক্না মালেম্ থৌরৈ লৈকা পায়্ন প্রুম্লাপাতা অঙৌপা, কোরও খোঙচোম্পা, মালং নোংপোক্ হুমওইপানা, খাপা প্রুম্খাচঙ্ ৱাকিপু চিঙ্ঙু পুক্লিং হরাউ চঙ্নাতি নোংপোক্ মশক্ থোংপু শংশংনা ৱুৎপিনা ৱুহল্লে। তম্ফা ওয়্বম্ থা, তাঙ্চা লিল্লা পাখংপাপু লিল্লা খাউওন্নানা লিল্লা ঙাঙ্কোয় থৌযেৎনানা মায়কৈ ফিশেৎনা নুমিৎ লখামাকি মঙাল্কুম্না পোইরৈ লৈপাক্পু ঙাক্না চিঙ্ঙু সনা মযা থংপু থৌচাল যাথং অমেঙপানা লাংপল্ চিঙ্শাং খোইবেল্ হীকুম্পা যাথংপু

---

খূবাম্ চাউব, চেঙ্- শিঙ্ ৱাৎতব, শীজিন্ননব মচা মনাই হোঙব, মশল্ মনাই যাম্ব শাগৈ চাউন মমিং চৎন পান্ব পীবিবম্মু। তম্ফা নহাক্ন শেৎলমব অমন্ব ফি, নহাক্ন চিল্লম্ব অমনব লৈ. কেন্দুন তাহৌব নশম্ন পুল্লগ শম্ মপুম্ অমা ফবব হায়্বদি শনমবান্দোং অসি ঈবেম্ম তম্ফা নহাক্মক্নি। মসি চানবিদুন পীবিয়ু। অদুগ ঐখোয্ খাব ঙান্ব পুম্নমক্সু তম্ফা কৌবী ঈবেম্ম নহাক্মক্ লৈবি হায়্ন নিঙ্দুন নহাক্কি সেবা তৌজগে। ঈবুংঙো ঈবেম্ম নখোয্ অনীগি খূভম্ যাদুনা লাইফম্ শেমদুন খুরুম্জবগে। ননাই ঐখোযগি লৈপাক তসী ঈবেম্মা ঈবুংঙো নতৈ ননা ওন ঙাক্পিয়ু হাযদুন খাব শাগৈ পুম্নমক্ ঙান্ব শাগৈ পুম্নমক্ তিনদুন মশোক নোনদুন লৈপাক শোক্ল খুরুম্জববদ নোংশিৎত লৈব নোংপোক্ নিংথৌন খাবন খুকম্জব অদুদ পেন্বিদুন মহাক্কি অশেংব নোংপোব্কি মশক্ অদু উহল্লে। তম্ফা পান্থোইবীন ওয্দ ফম্লগ লিল্তা পাখংন খাওন্ ওন্দুন মঙক্শম্দ লিনন য়েৎলগ মাযকৈন ফিগি মশক্ ওইন উহন্দুন নুমিৎ লখা অমন পুম্ন থোক্পা মঙান্গুম্ন ঙানন কংলোগি লৈপাক ঙাক্লগ লাংবল্ থাদ চিঙ্শাংদ শাব খোইবেল খেইহীগুম্ থুমসব, থৌজাল্বব ৱাহয্না মনিপুর

পোইরৈ লৈপাক্ নীক্তাপা, ব্রাঙম্ পাংশোয়্ নাইতাপা পোইরৈ খোংতোল্ শাংপাপু লেপ্না ললকুপিরাপাতা খাপা তুপূ চুংনা বুন্পী খোয়খৈ তানাতি প্রমচারওয়ে হায়্তাপারা?

হে তম্ফা ব্রাঙম্লোন্ নঙ্কিতমকপু মনু তেক্ঙা খাপা হোইতোন্কোক্পম্ নিংঙোন্পীনা মতু চনু সনা লাংমৈরেম্পী মন্ কৌ থাঙ্না চোম্লাং মায়্কোয়্লেননা শিঙ্লেল্ লৈতোয়্ য়াৎনা লৈরাং কায়্তোয় চন্না তীন্তূ লাইফম্ তাউনা উশোঙ্ লৈরা খিন্না খোইমোম্ লাইফম্ য়ারওয়ে। তম্ফা নঙ্কি চয়রৈ শেৎনামল্মাল্লও থোননামল্ অমন্পাপু লৈরাং চিন্নামল্ অমন্পাপু তম্পা নহাক্ শাংকুম্পাপু শংশংনা লেপ্নাতি খোইমোম্ লাইফম্ য়ারওপাপু খাপা শোক্চ্রোংপনা কংলৈ লৈপাক্ মাপাকা মরুম্পী তেক্ঙা খাপা নিঙ্ঙোন্ হন্পীকানা হাওশি ঙম্কা চিংনা ময়ূম্ খাপা পূম্না তিল্ য়াংপা পূম্না হওনা তম্পা নহাক্শাং শংশংনা লৈপাকুম্না শিঙ্লেন্ নিঙ্থিপা খল্ হয়রাঙ্ অশং য়েং, তাউচিঙ্ অমুল্ খন্না তড়া লূক্মায়্লেম্না লাইচা যিকা লান্না কোরও নোংচা খুতিঙপু লুক্লেল্ পাম্না হানাতি তম্পা

---

লৈবাক অসি অব্রা অনা লৈতব মরা চেৎপ পুকচেল্ অমত ওইনা লৈদুন খুন্জোউ লৈচাউব পীনবে। মাদুদ খাব পূম্নমক্ মতু চুংন, মপুক্লিঙ্ পেনজবদুন খুরুম্জখি।

নিংথৌগি মচা ঈবেম্ম হে তম্ফা নহাক্কিদমকত খাব হোইদোন্কোক্পম নিঙোল্ মনু তেক্ঙান মতু নিংঙোল্ সনা লাংমৈবেমবীগি মমল্ ওইখিব থাঙ্ন কোন্মায়্ শেন্নগ লৈ অদু মচেৎ মচেৎ য়াৎলগ মচেৎ মচেৎ তাইব লৈতন লৈতেংদুন লাইশঙ্ শারগ লাইফম শেমদুন খুভম্ য়াখি। তম্ফা ঈবেম্ম নঙ্গি শেৎনব ফি অমনব ইন্ফি অমন্ব নহাক্ন চিল্লম্ব লৈমল্ অসি ঈবেম্ম পান্থোইবী নহাক্মক্নি হায়্না মপুক্ত লেপ্চদুন খুভম্ য়াহৌববু কংলৈ নিংথৌ খাব শোক্চ্রোংবগ মনাও ঈবেম্ম খাবগি মৌ অহল্ ওইবী মনু তেক্ঙাগন লুচিংদুন খাব ঙানব অনীগি মী পূম্নমক্ তম্ফা নহাক্মক্ লৈ হায়ন খন্দুন ফজ ফজব লৈ থিদুন নঙোন্দ কৎলি। অশংব হয়্ন খন্দোক্লগ অমুন্ অমুন্ব ফজব হয়্ত লুক্মাঙদ থাদুন ঈশিং অশেংব কৎতুন নুমিৎ খুদিঙ্দি

নঙ্গপু কৌপা লাক্শঙ্ কানা খোইমোম্ লাইশঙ্ শাপা অসিতা চিঙঙু খোংপাল্ ব্রায়্না কোরও নোংচা খুতিঙ পু ব্রাংপল কাশারেল্পু ওইনাতি খুরুম্নাখিয়ে। য়োয়্পু খোইমোম্ লাইরেম্ম- ও, তম্পা লাইচম্লৈমা খেকমোই থান্পী- ও মমান্ মচাকি কোল্লোয় মতিল- মেন্কিপু চিঙঙু লাইফম্ য়াপা অসিতা নপল্ কংলৈ পুঙ্‌মযোনপু তেৎনৌ চিতাই নাইহন্তা মালেম্ পাংশোয়্ নীকহন্তানা পোইরৈ চারী কুইনা ব্রাঙম্ খোঙতোন শাংনা পান্পাপু তম্ফা নথৌচাননা অঙৌপা মরল্কুকিপু পোইরৈ তানথোঙ মযুং কুইনৈয়ে। লেম্ থোঙ্ মফৈ পাক্না পানপা পুঙনে। য়ুচেংনা নীক্তাপা য়ূহানা হাতাপা পুঙ্নে হায়্তাপারা?

হে তম্ফা ব্রাংঙম্লোন্ও, য়োয়পু অব্রাংপী নঙ্কি নপাউতোয়তি পাউতোয়্ মরোল য়ামপানে। কোরও নুমিৎমাতি শেল্লোয়্ কোরও চিঙ্‌ব্রাংথক্তা লংমাই সনা থোঙলেন্ ঙাল্ তিঙ্না য়ৌরম্ খোংতা সনা পুল্লাংলুরোয়্ থোংনা লাইচা য়িপাল লাংকে

---

ফজ ফজন লুক্ কৎতুন ঈবেম্ম পান্থোইবী নহাক্কি খুভম্ য়ারগ লাইশঙ্ শাদুন হরাউ মথোই কান ঈবেম্ম নঙবু মখোয়্গি অথোইব লাই ওইন নিঙ্দুন খুরুম্খি। হে ঈবেম্ম লাইরেম্ম- ও, লাই পূম্নমক্তগী অহেন্বী হামৈগুম্ন অকোযব মপাক্ত ঙাল্লিবী ঈবেম্ম- ও, মশাবি ঈবুংঙো নোংপোক্কি য়াথংদগি লাইফম্ য়াজব অসিদা নপাম্ কংলৈ লৈবাক্ অসি অথোই অ'হন্ নাইহন্দন পূন্ন চাওখৎহন্দুন লৈবাক্ মরা তপন মতম কুইন পান্ববু, অমসুং ধারা শাংনা পানবা অসি ঈবেম্ম তম্ফা নহাক্কি থৌজানদগি ঈবুংঙো অঙৌব নোংপোক্ নিংথৌন চানবিবদগি পোইরৈ লৈবাক্ অসি চাউব ঙম্খি। মচা মশূ য়াম্নন পোক্'তন শাগে চাওখিব লৈবাক্নি। অদুগ লৈবাক্কি চুপ্ ওইন ঙাক্লিব য়ুচেংন নিক্তুন মফম্ লেঙ্দব অদুগ য়ুহান হাইদবন লেঙ্দন নুংঙাইন পানব লৈবাক্নি।

হে ঈবেম্ম নিংথৌগী মচা তম্ফা পান্থোইবী ও, ঈবেম্ম নঙগ নবুংঙোগ শান্নব লীলাদি মখল্ য়ামবনি। নোংমদি অব্রাংব শেল্লোয়্ লংমাই চিঙ্গি চিঙ্থক্ত লংমাই নিংথৌগি সনা শঙ্গাইগি থোংজাউ পুনঙাল্ ঙানন তিঙ্না

হায়্না চিঙ্লেল্ খূনেৎ কূমনা লংমাই থেন্ খাঙ্ তাল্লক্পাতা অঙৌপা কোরও খোঙ্চোম্পা মালং নোংপোক্ নিংথৌনা তাঙ্চা লিল্লাথী লীল্ কপোক্ অঙৌপাপু শাওল্ঙাম্লাতানা লংমাই য়িশোক্লম্পু মুংপী লমচাউ খন্নাতি তাঙ্চা পাওপুরোন্না লিল্লা লম্পু থিংনাতি চিঙ্লেন্ পল্লাংলাতাতি লিল্লা ময়া পাক্না তাঙ্চা মরৈপু তম্না হূরেল্ মথৌ হেন্নাতি মুংপী লম্তাংখল্লাপতা তম্পা মৈতেংঙু চনুনা ঐতি কোরও নোংতংলেংপী মালেম্ লৈরী পায়্পীনে লিল্লা নঙ্পুতুম্ ঙঙ্কোয়্নাকে হায়নাতি তম্ফা য়াইপী খেবাং থাংনা য়োয়্পু খাপী মথি নাইনা তাংচ থীখাঙ্ লাক্লিল্লা ফৈকোন্নানা তম্ফা পুকনিঙ্ খেরাং থাংনা তিঙ্না য়ৌবম্ খোংতাকি লাইচা য়িপাল্ লাং য়িমু ময়োল্ শৎনা লংমাই মুপী লম্চাউ কাখিয়ে। অতুনোংকিপু লংমাই তিঙনা য়িশোক্থেল্ তাঙচা লিন্ কপোক্ অঙৌপানা ময়া কাপাথেল্ ও, তৌনা কৌয়ে।

তম্পা মপাউ তোয়্তি অসীসুঙ্ মতোম্তে। অঙৌপা কাইনৌ

---

য়ৌবম্ খোংদ ঈশিং শোক্কে হায্বগী সনান শাব পূল অমা কোক্থোং নাদূন অৱাংব চিঙ্দোন্দগি মথং মথং কুম্থবক্তুন চিঙ্গি অতেমব লম্ তাল্লক্পদ কোবও খোঙ্জোম্ব অঙৌব নোংপোক্ নিংথৌন তম্থিবব অঙৌব লিল্ অমা ওইবদুন ঈশিং খোং চৎনব লম্বীদ পৌ তিংবগুম ফৈগাক্ থৎলম্লে। অদুগ লিল্ অদুন ময়া কাদূনা মবৈতম্ল তম্লগ তম্থিব হূ কাম্দুন লম্বী থৎলবদ মৈ নিংথৌগি মচা ঈবেম্ম তম্ফান ঐদি লৈনোং তুন লেংলগ লৈপাক্কি মরী পায়্বিবী নূপীনি, নঙ্গুম্ব লিল্দি ঙর্কি লৈতেং ওইনগে হাযরগ ঈবেম্মন ইথৌ থৌওইদন নোক্ন খেন লিল্ অদুগি মযাযদ পায্বগ কোন্শিন্দুন তম্ফাগি পূক্লি ঙ্ নুংঙাইন তিঙ্না য়ৌবম্ খোঙ্দগি ঈশিং শোক্লগ নোংমাইজিংগী লম্বী মতুং ইন্ন কাখ্রে। অদুদগি হৌন লংমাই তিঙ্না ঈশোক্ থেল, অঙৌবন লিল্ন ময়া কাব থেল্ হায্ন কৌনখি।

পান্থোইবীন শান্নখিব লীলাদি অসিনসু লোইদে। মবুংঙো অঙৌব

চিঙ্শোম্পানা শেল্লোয্ নাক্পক্মাতা তম্পা মশানৌকি য়োয়্পু শমু মখুৎফাং খুৎফা চাংচৌ মঙামক্পু ব্রায়বং মৈনুংশিকুম্পীতাকি ঙাইরোং নৎতানা লৈরাং অতিংঙাপু শিংশানা ঙাইরোং শিংমিৎ লওনা শিং থায়ে। হয়িঙৈতাপু লৈরাং অতিংঙাপুতি হো ও কৌযে। অতূনোংকিপু লংমাই হোতাম্পা ও তৌনা কৌয়ে। লংমাই কাইনৌ হোতাম্পানা অযুক্ চামায্ লাংনাতি শিংথাপাপু তম্ফা মৈরা পোন্চেন্পীনা নুমিতাং শিংলৈ লওপাপু হাওমল্ মপাল্ থেক্কে থেক্ঙমতে। ঙাইবোং মপাল্ ফুক্কে ফুক্ঙমতে। ঙাইবোং শিংপোৎ পুঙম্তে। অতুনোংকিপু লংমাই হোতাম্পা লও- ও থোন্নাযে! তম্পা ব্রাঙমলোল্ ঙাইরোং শিংলৈ লওপু লওওনপী নঙ্না কোবও নুনিংমাতি তম্পা চয়্বৈ মকা ফোংনা মান্লও মীমাঙ্ তাক্নাতি তোয্তৌকে হায়্পাকিপু চয়্বৈ নারেঙ্পা ফিশঙ্ খোইমা তোম্পাপু ঙৌতুম্ ঙৌন খাল্যে। লংমাই লওতারৈপু শিঙ্লেন লৈকোয্ যাৎন লাইয়ু যুঙৌ পুন্চাতৈ, কিযাম্পী তন্তুম হৌনা কপোক্ ফাম্না হুন্ন

---

কাইনৌ চিঙ্শোম্বন লংমাইজিঙ্ চিঙ্জাউগি নাকল্ অমদ মশানৌ তম্ফা লাইরেম্মগি মখুৎ খুৎফাং মঙামক্পু মান্ন নোংপোক্ মাযকৈগি মনম্ নুংশিব লৈগুম্ব, মশক্ নাইদব লৈশিং নত্তন শিং শাদুন অদুগুম্ব শিং অদুগি শিংমিত্তগি চাবা লওবগা শিং থাখি। সত্যযুগত মশক্ লৈতব কান্নদব লৈবু 'হো' কৌনৈ। অদুদগি নোংপোক্পু লংমাই হোদাম্ব কৌখি। লংমাই হোদাম্বন অযুক চাক- চমাঙ্দ শিং থাববু তম্ফা পান্থোইবী মৈবা পোল্জেন্বীন নুমিদাং শিংলৈ লওগে তৌববু শিং মাপাল্ ফুক্প ঙম্দে। শিংলৈ মচা তৌবসু মচা শেৎপ ঙম্দে। শিং মপোৎ পুনব তৌববু পুব ঙম্দে। অদুগিদমক্ নোংমাইজিঙ্বু হোদাম্বলও কৌই। হে তম্ফা ব্রাঙম্লোলও, শিংলৈ লওবু লওওন্বী নঙ্ন নোংমদি নহাক্কি নফিজেৎ, নঙ্ন ইনব ইন্নফি মশক্ তাক্ন কুম্মৈ তৌগৈ হাযবগিদমক্ মনা লেক্প ফিগি ফিজঙ্ অঙৌববু ইঙৌ ঙৌনা খল্লে। লংমাইজিংদ লও তাবদ চিন্ব লৈবু কোয্ন য়াল্লে, লৈয অঙৌবন তোপ্ন খিল, চমায্ত হৌবগ কবোক্ হাম্পেৎ চাইবে থাঙ্

থাঙলেল্ য়ৌথাঙ্ ফান্না শিঙ্চেপ্ মৈরা হাইচাউ থাল্, শরিক্ নোংতম্ খিঙ্ মোইপূঙ্ থিন্কাম্না তম্ফা মৈরা ফানীক্না থওপী লাইচা কানক্না লিনতু অচঙ্পা খাঙ্শেৎনা লিলা খারৌ লেংহাপ্না তাংলৈ চয়শূনা নূঙ্কোল্ শেরাল্ লিল্না লেংতা য়াল্ কাইনও শম্চি হূক্পু তুংথাংনা চূপা লৈথেৎ মঙাল্ নাই অঙৌপা মায়্কৈ ফিশেৎনা সনা লৈখাম্ তোল্ লোঙ্ চিন্ তাঙ্চা খৌয়েৎনা লিল্লা থৌথাংনা শেল্লোয়্ লওতারৈ কোকলেন্ লুফম ঙান্নাতি অঙৌপা পোন্পী ব্রাকোল্না নোয়্কুম্ নোয়্য়ে। তম্পা পাইতুম্ পাইনা চেক্লা ব্রাহোং মৈপূঙ্ শানাতি নোয়্তুম্ নোয়্য়ে। ব্রাংঙম্ খেরাং থাংনতি নোয়্তম্য়ে শেল্লোয়্ ফম্ পাল্ য়াইরেল্ চিঙ্ব্রাংপপু লংমাই নূংখোং নূংলাউপীপু মনিল্ নাইনা খোংনা কোরও কূপ্না খীকচুনা, ব্রাংপল্ খোংতুম খোংপানা চিঙ্শেম্পাতা য়াওপাতি লাইফম্ থৌপু লেংনা তিল্ চিঙঙু পুম্না হওনাতি কোরও কূপ্তুম্ কূপ্না খিকচুনা ব্রাংপল্ লংতুম্ লংনা হূয়্ ক্রু কপাক্ লৈ, কৌপা নুঙ্পু চিঙ্তাকিপু শারম্

---

থৌগল তৌরে। মৈরা চাউন থাল্লগ শরিক্ খিঙ্দন মোইবুঙ্ খোঙ্লে। অদুগ পান্থোইবীন মৈ মচুগি ফনেক্ শেৎলে ঈশিং মচু মান্ব ফিন থাখুম ওইন শেৎলগ লিন্দূন খাঙশেৎ ওই। খাউরৌন লেংবান্দ য়াল্লে। তাংলৈবুন চয়শু শুরগ নূঙ্গোল্ শেরল্ লিলন লেংবান্দ য়াল্ লগ শম্জিদ চিন্নব লৈন শাব শমজি হূক্পু তুংদ থেৎলে, চুবাদ ফজব লৈ নিঙ্থিন থেৎলগ অঙৌব মায়কৈন ফি ওইনা শেৎলগ মাশানা শাব মতোল্ লোঙ্ব লৈখাম্ লৈ চিন্দুন ঙক্ শম্দ লিলন য়েৎলগ লিল্হা লেংদ য়ান্দুন নোংমাইজিঙ্দ লওতাবদ চিন্নব লৈন মকোক্ত ফজন চিল্লগ অঙৌব ব্রাহোঙ্ন থেক্ নৌন জগোই শাবগুম্ থেক্ন নৌন জগোই শারে। পান্থোইবীন মমৈ পুঙ্ব ব্রাহোং শাদুন লয়ন জগোই শারে। তম্পা ব্রাংঙম্লোন্ হরাউ মথোই তোংন জগোই শাখি নোংমাইজিঙ্গি অব্রাংব ফম্বাল মফম্ অথোইব নুঙ্ খোং নূঙ্লাউবীবু ঈরাং হওন খোং- লাউদুন নোংথাঙ্ কূপ্লগ লোয়্নন নোং চুদুন অতিয়াদ লাউ খোংব লাইন চিঙ্ শম্বদ য়াওবদি লাইবুঙ থৌ পূম্নমক্ তিল্লগ লাইয়াম্ পূম্নমক্ চঙদুন অতিয়া পূম্নমক্, নোংথাঙ্ কুপ্তন

নুরাহা খোয়্নিঙ্ চান্তওনু লীক্তোপ্ ব্রাহোংনুকুম্পা নাউশংনা তেল্লোঙ্ ব্রামৈনুশংলা অচোংপানচিংনা তিন্না তোয়্তওন্য়ে। হুন্না কোঙ্কোয় থুনা লাঙ্চল্ লীতোল্ ব্রায়্ন কোরও নোংনা নারাপাসুং নোংতাই শৈ, মালেম লৈনা নারাপাসুঙ্ লৈতাই শৈপু ঔক্রিখোল্ লোল্ থোক্না কৃপিশৈয়ে। খেন্চো লাংমৈ চিরোঙ্ চিপু শৈপু শৈশকয়ে। তম্পা শিংত্রি চাসু শৈপু শৈশক্নায়ে। শিনৌ পান্ফৌ শৈপু শৈশক্নায়ে। শা হূৎ কোংতাই পাওহংশা হা হও লিরীতোয়্তও হৈপু তম্ফা খোঙ্লৈ নোংথাঙ্ কুপনাতি অঙৌপা তকুপ্ তকুপ্ মায়্বেঙ্ হওন শেল্লোয়্ চিঙ্তা তোয়্তাওনোংকিপু পোইরৈ চারী কুইনাপা তম্ফা নঙ্কি চিঙ্ঙু লাইফম্ লেন্পু খাপা মরাল্য়ায়তা মৈনা ব্রায় তাংনা শম্না তোযতাওনরিয়ে।

---

পুম্লাং লংন কবাক্ থঙ্ মান্ব হুয়্দ্র লৈ লৈব নৃঙ্ পোক্প কৌব্রু চিঙ্দগি শরম্ নিংঙোল্ মচা খোয়্নিঙ চান্দওনু, লীক্তোপ ব্রাহোংনুন পোক্প তেল্লোঙ্ ব্রাইমৈনু শংলা অচোংবুনচিংব তিন্দুন জগোই শাখিয়ে। থওবী কোঙ্গোয়দ থওরী লীতোল্ লৌশিন্দুন শম্নরগ মাদু পায়্দুন নোংমদোনদ অকায়্ব উরবসু ফনব, লৈপাক্ত ফত্তব খূদম্ উরবসু ফননব খোঞ্জেল্ থোক্ন ঔগ্রি শক্নয়ে। খেনচোরে হায়্ব ঈশৈ অদু ঈশৈ ওইন শক্নৈ। তম্ফা নঙ্ন হরাউবদ ফিজেৎ লৈতেংন মপাল্ শাবগুম্বগি পাউরৌ ঈশৈ শক্নৈ। লশিং লোক্লগ অনৌব লশিং ফৌবগি ঈশৈ শক্নৈ। লৈতাই নোংতাইবদ শা হাৎপগি মহুৎতা ব্রাহয়্ন অব্রায়- অখুম তৌদুন পাউরৌনব হা হওলিবী শান্নব ব্রাশক্তুন নোংপোক্ পান্থোইবী অনীনা মখোঙ্ খোঙ্থাঙ্ নোথাঙ্ কুপ্পগুম্ন জগোই শাব, অদুগ নুংঙাইবন মমায়্ কুইন চারোন শুরোন্ তানব ঈবেম্ম নঙ্গি চিঙ্গুমন মগুণ, লৈব লাইফমলেন্ শেম্দুন খাব মরাল্ যায়্দু ইকায়্ কায়্দন হরাউজরি।





# পরিষদনা ফোঙবা হৌজিক-হৌজিক ফংলিবা লাইরিক খরা

1। অথোম্বা ৱারেং
2। খঙ্গৎপা শৈরেং
3। খঙ্গৎপা ৱারী মচা
4। রঘু বংশ
5। মহাকবি অঙাংহল
6। লাংলোল
7। মেঘনাথ তুবা কাব্য
8। ক্লাসিকেল মণিপুরী জগোই
9। মাধবী
10। পান্থোইপী খোঙ্গুল্
11। The Bishnupriya Relation of Manipur
12। Influence of Vishnavism
ON
The literature of Eastern India